# সীতারাম

---

( অহানবা পন্দুপ—মুংখিল—য়ুমগী মবেন্মা )

## অহানবা মতাং

মমাংদৈঙদা নোংপোক-বাঙ্গালাদা ভূষণা কৌবা নগর অমা লৈরম্মী। হৌজিক্তি মতুগী মমিং "ভূষণো" কৌৱ্রে। মতমতুগী কলিকাতা কৌবা পিক্লবা খুলগী খাংপোক্তা-লৈবা-মীশিংনা শা-কৈ কিবদগী অহিং চৎথোকপা ঙম্নদবা মতমতুদা, ভূষণা অসিদদি ফৌজদার অমা লৈরে। ফৌজদারশিংনা লম লম অতুগী গবর্ণরনি; হৌজিক্কী মতমদা লৈরিবা গবর্ণরদগী মথোয়গী তলবনা য়াম্না হেল্লি। মরম অতনা ভূষণানা লম অতগী কোন্নুংনি।

ঙসিদগী চহি চাম-মরিফুয়োমগী মমাংদা নোংমা অহিং থেংজিল্লক্লবা মতমদা, ভূষণা নগরগী থূরবা লৈরক অমগী লময়াই-মক্তদা, মুসলমান ফকির অমা হিপ্তুনা লৈরম্মী। ফকিরদু কৈগাক কৈনা মশা তিংথোক্লকপনা লম্বীদু পুমক্ফুন ফুনগ্রে। অসুমদৈঙগী

তাঙ্গাদা লম্বেল চৎপা নিপা অমথক মফম অত্থ্দা হেক লাক্লে। লম্বেল চৎপত্থ্ য়াম্না ফিংনা লাকপনি, অত্থ্বু ফকিরত্থ্না লম্বী থিংত্থ্না হিম্লম্বত্থ্ উবদা, চমন্না লেপ্তুনা লৈরে।

লম্বী চৎপত্থ্ হিন্দুনি। জাৎনা উত্তররাঢ়ীগী কায়স্থনি। মমিংনা গঙ্গারাম দাস কৌই। চহিস্থ্ নৌরি। গঙ্গারাম ওম্মোক্লা অন্নাবদা তারে। ময়ুমদা মমা শিহৌদৌরে, থব্রাই লাল্লমদাই তাঙ্গা য়ৌশিল্লক্লে, অত্থ্না তফিং তফিং কবিরাজ কৌবা চেল্লকপনি। অত্থ্বু হৌজিক মাংদা লম্বীদি থৎখ্রে।

মতম অত্থ্দদি মুসলমান ফকিরবু য়াম্না লুনা তৌনৈ। আকবর শাহ মশামক ইসলাম-ধর্ম্মদা বন্না মায়পুনদ্রবস্থ ফকির অমথক্কী ময়াথংদি ইল্লি। হিন্দুশিংনা ফকিরশিংবু য়াম্না ইকাই খুম্নৈ, থৌওইরুদ্রবদি পুক্লিংদা কিবা অমা পোক্লৈ। গঙ্গারামত্থ্ ফকিরবু পাক হেক লাম্মোক্তুনা চৎপসি নিংহন্নবা অমা পোক্লে। মানা হায়রকই, "সেলাম শাহ-সাহেব! লম্বী খজিক্তুংদদি থাদোকপিয়ু।"

শাহ-সাহেবত্থ্ লেঙদে, রামচেৎ অমা কাওবা ঙাংলক্লে। গঙ্গারামনা মখুৎ লোম্নরে অত্থ্গা হায়রকই, "আল্লানা নংবু থৌজানৃবিসত্থ্, ঐ ওম্মোক্লা অন্নাবদা তারে। লম্বী খজিক্তুংদদি থাদোকপিয়ু।"

শাহ-সাহেব করিমতা লেঙদে। গঙ্গারামনা মখুৎ লোম্নরত্থ্না য়াম্না নোম্না থম্মোই শোক্লা হায়জরকই, অত্থ্বু ফকিরত্থ্দি শুকলেঙ লেঙদে, রাস্থ্ ঙাংদে, মতৌত্থ্দদি গঙ্গারামনা মহাকপু কাম্মোক্লগা

অহুম্মক চৎলে। কাম্থোরকপা মতমদা গঙ্গারামগী মখোঙতুনা ফকিরগী মশাদা হেক থেংশ্রে; মতুম্ ফকিরগী ফড-লৌশিংনা ওইরমাগ্লে নিংই। গঙ্গারামদি য়াম্না তহা-তহানা চৎলিবনি, করিগুম্বা রা অমতা হায়রমদনা কবিরাজগী ময়ুমলোমদা অহুম চৎশ্রে। অহুদগী ফকিরতুস্ হৌগৎলক্লে — মহাক কাজিগী ময়ুমলোমদা পাংশ্রে।

গঙ্গারামনা কবিরাজ থেংনরতুনা, মহাকপু ময়ুম তাম্না পুরক্লে। কবিরাজনা মমাতুবু য়েংলরে, মিহুন পায়রে, মন্ত্রনচিংবা তৌরে, হিদাক-লাংথক অমা অনি পিথক্লে, অহুবু মমৈথংদদি মপানগী থৌরাং তৌনবা হায়রক্লে। তুলসী মখোঙদা হরিনাম শোন্না শোন্না গঙ্গারামগী মমাতু মপুন্সি অহুম্মক লোমশ্রে। অহুদগী গঙ্গারামনা মমাবু পোৎলোইনবা লৈকাইগী মী কৌরুরে। মী খরা লাক্কুনা হৌনবী তুংইন্না গঙ্গারামগী মমাবু পোৎলোইশ্রে।

পোৎলোইবা লোইরগা হুমিদাংরাই, গঙ্গারামনে মচন শ্রী কৌবীতুনে, লৈকাই মীয়ামগা লোইননা ময়ুমলোমদা হল্লকই, তাঙ্গা অসিদা চৈতুপ পায়বা সন্ত্রী অনি লাক্কুনা গঙ্গারামবু ফাররে। সন্ত্রীশিংতু অতোনবা জাৎকী মী ঙাক্লি, মখোয়না মশা শোক্লবতুদা গঙ্গারাম মথল্লাই হুংঙাইত্রে। মানা কিনা কিনা য়েংলকপদা উরক্লে, সন্ত্রীশিংতুগা লোইননা শাহ-সাহেবতুস্ লাক্লি। গঙ্গারামনা হংই, "কদাইদা পুগদৌরিবনো? করিগী ফারিবনো? ঐনা করি তৌরবগে?"

শাহ-সাহেবনা হায়রকই, "কাফের! চিন্থিবা! শাগী জাৎ! চৎলু।"

সন্ত্রীশিংহুস্ন হায়রকই, "চৎলো চৎসি।"

সন্ত্রী অমথক্না থংইন ইন্দুনা গঙ্গারামদু লৈমাইথক্তা ইস্নুরে। অতুগা অমনা চোংশিল্লক্তুনা খোঙপাক্না অহুম মরিল্লক কাওরম্নে। অমহুনা অমুক হোংচিল্লক্তুনা গঙ্গারামবু পুল্লরে, অমনা মচন্দুবু ফানবা হোৎনরক্লে। অতুবু মচন্দু খোঙথাং য়াংনা হৌদুদা চেনখ্রে। লোইনরকপা লৈকাইগী মীশিংহুস্নু, কদোম কদোমদা চেন্নখ্রবা, কনাস্নু থঙহৌড্রে। সন্ত্রীশিংহুনা গঙ্গারামবু পুল্লগা ফুর-ফুরহুনা কাজিগী মনাক তাম্না পুখ্রে। ফকির মহাশয়হ্ মকোই নাল্ল-নাল্লহুনা হিন্দুশিংনা হৌন-থঙদবগী মরমদা য়াম্না লুরবা ফারসি অতুগা আরবিগী রাহৈ ঙাক্তা শিজিন্নরহুনা ঙাংনা-ঙাংনা মখোয়গা চৎমিন্নরি।

কাজি সাহেবকী মনাক তাম্না গঙ্গারাম পুরক্লগা মাগী বিচার হৌরে; রাকৎলিবা মী শাহ-সাহেবনি - সাক্ষীস্নু শাহ-সাহেবনি অতুগা বিচার তৌরিবস্নু শাহ-সাহেবনি। কাজি মহাশয়হ্ মঙোন্দা ফমফম শিন্নরগা লেপ্তুনা লৈরে, অতুদগী ফকিরনা শাংলবা রা পরেং অমা ঙাংখ্রবা তুংদা কাজিহুনা, কোরাণ-নে, মাগী আনোকনে অতুগা শাহ-সাহেবকী শাংনা য়াম্বরক্লিবা অঙোবা কোইহুনে নিংথিনা মুন্না থম্বরগা মমৈথংদা য়াথং তাওথরক্লে, মাবু হিংনা হিংনা ফুম্মু। হুকুমহু তাবা মী থুদিংমক খাই লাওনখ্রে। গঙ্গারামনা হায়রকই, "ফংনিং-ঙাই ফংলে, অতুদি কৈদৌদনা পুক্লিংগী মুংঙাইতবা রাখল ফুমহুনা অমুক থম্নুখিনি ?"

অসি হায়রগা গঙ্গারামনা চোংশিন্দুনা শাহ-সাহেবকী মমাইদা খোঙপাক্না তিংথত্তুনা কাওরে। তোবা তোবা হায়রহুনা শাহ-সাহেবতু থুংনা মমাই নাল্লগা লৈমাইথক্তা তুথখ্রে। চহি মতাং অসিদা মাগী

ময়া অনি অহুমদং লেমজহৌবহু, গঙ্গারামগী খোঙপাক্লা শোকপদা অয়াম্বা অহুম অরান-খুভম ফংগ্রে। মতৌহুদা মপু নিংলবা সন্ত্রীশিংহু চেনশিল্লক্লুনা গঙ্গারামবু চেৎনা ফাররে অমস্থং কাজি সাহেবকী য়াথং মতুংইন্না মথুম্বা হাতকড়ি, মখোঙদা য়োংহ্লিং চল্লে, অহ্নগী অর্থ ফোংদোককম খঙম্ববা রাহৈ কয়া কয়ানা চৈ-থাংলহুনা কিন, খুত্তুম, খোঙপাক্লা ফুবগা কাওবগা লোইননা কৈশুমশঙ তাম্না পুগ্রে। হুমিক্তুদি হুমিং তাথোকগ্রে, খবক মথা অমুক চথবা য়াদ্রে, নোংঙাল্লকপদা মাবু চঙনা ফুম্বদা তারে।

---

## অনিশুবা মতাং

উথাদা তুরহুনা মশম-মনা ইফা-ফানা লৈমাইথক্তা ওন-থোইনা, গঙ্গারামগী মচন্না কপ্লুনা লৈরিবা মঙ্কমহুদ', পাওসি য়োরক্লে। মচন্দু তারে, মবুংবু হয়েংদি হিংনা হিংনা ফুম্নগনি। পাওহু হেক তাবদা মহাক হৌগক্লুনা মপি তৈথোক্লগা মশম-মনা পুনশিল্লক্লে।

গঙ্গারামগী মচল শ্রী হায়বীসি চহি কুনমঙারোম শুরে। মহাক গঙ্গারামগা হেক থংনবনি।

সংসারসিদা গঙ্গারামনে, গঙ্গারামগী মমানে, শ্রীনে নওনা মথোয়গী কনামতা লৈজদে। গঙ্গারামগী মমাহু হন্দক মরক য়াম্না শাথীরবা লায়নানা পায়গ্রে, অহুনা শ্রীনা য়ুম-পুবী হায়বহু ওইরে।

শ্রী য়ুম পাল্লবীনি, অদুবু মরাইবক খীবনা মপুরোইবগী মনাক্তা লৈজবদি কংঙ্গে।

য়ুমদা শালগ্রাম অমা লাংলি, —ঙমজবা নৈবেদ্য খজিক্তং কত্তুনা নিতিগী পূজা তৌজৈ। শ্রীগা শ্রীগী মমাগনা থজৈ, মহাকসি তশেংবা নারায়ণনি। মশম-মনা তাশিন-খোমজিল্লগা শালগ্রাম লাংলিবা শঙদুগী থোঙজিন মপান্দা লেপ্তুনা মপুক্লিংদা মশীং নাইদনা খুরুমজরক্লে। অদুদগী মখুৎ লোম্নরত্তনা হায়রকই, "হে নারায়ণ! হে পরমেশ্বর! হে তোল্লবগী মরুপ! হে গতি লৈত্রবগী মপু! ঐনা ঙসি তৌঙমত্রবা থবক অমা তৌগদৌরিবসি, নহাক্না ইতেং পাংবিয়ু। ঐদি মুপীজানি— পাপচেনবীনি! ঐনা করি পাঙথোকপা ঙমজগনি! নহাক্না ঙাকপিয়ু প্রভু।"

অসি হায়রগা মফমদুদগী শ্রী হোৎলক্লগা য়ুমদগী মপান থোক্লক্লে। পাঁচকড়ি-মমা কৌবী মাগী য়ুমলোম্নবী অহল ওইরপ তৌবী মুপী অমা লৈ। য়ুমলোম্নবীসিগা মখোয়গী ইমুংগা ওন্থোক্লা লুনা তিনৈ। মহাক্ন শ্রীগী মমাগী অয়াম্বা থবক ইনখাং হেক হেক তৌবি। হৌজিক মাগী মনাক্তা চৎলগা শ্রীনা লোম্না করি করিনো খরা হায়রুরে। অদুদগী মবানি শোরোক অচৌবা লান্থোক্লগা, অমম্বদুদা লৈরক-কোম্সাং মথং মথং লান্থোক্তুনা য়াম্না শাংনা মখোঙনা চৎলক্লে। লমদমসিদা চেক্কী য়ুম পংলৈ লৈতে, অদুবু হৌজিক্কী মতমদগীদি মতমদুদনা চেক্কী য়ুম য়াম্না লৈবা হেল্লি, মরক মরক্তা চাওর-চাওরবা দোলাল অমা অনিসু অদুক মউই। মুপী অনি অসি অসুম লাকপনা, হায়রিবা চাওরবা দোলাল অদুম্বা অমগী থোঙ্গাল য়োরক্লে। য়ুমদুগী মমাংদা পুখ্রি লৈ, পুখ্রিদু চেক্লা

সিড়ি চল্লি। চেকী সিড়িত্থগী মথক্তা থোঙশঙবা থরা কম্লত্থদা কনানা সিদ্ধি নোইরি, কনানা টপ্পা শক্লি, কনা অমনা মরৈবাক্বী রারিদা মথল্লাই লুপ্লি। মথোয়ত্থগী মরক্তগী অমথকপু য়েংলত্থনা পাঁচকড়ি মমানা হায়রকই, "পাঁড়েঠাকুর! ভাণ্ডারীবু অমুক্তা কৌবিরকউবা!" থোশঙবত্থনা হায়রকই, "ঐ পাঁড়ে নত্তে, মিশরনি।"

পাঁচকড়ি মমা।—ঐদি অত্থ অদা থোইনা থঙদে ইবুংঙো! পাঁড়েবু করি বামোম্নো? মিশরদি শেংগ্রবা বামোম্নিনা।

মসি তাবদা মিশ্রদেব মথল্লাই ভুংঙাইরত্থনা হংলকই, "নং ভাণ্ডারী উনরগা কৈদোদোরিবনো?"

পাঁচকড়ি মমা—কৈদোদগে? ঐগী য়ুমদা থোংক্রম মাইরেল থরা পাল্লি, মত্থ হয়েংসি লাক্তুনা হেক্লোরাও হায়গে তৌবনি।

থোঙশঙবা।—ফরে, ঐ মত্থ হায়গে। নং নয়ুমদা হল্লো।

পাঁচকড়ি মমা।—ঠাকুর, নংনা হায়রগা, কনাগী য়ুমদা য়েনছাং নাপী পাল্লিবনো হায়বসি মহাক হেক থঙগত্রা?

থোঙশঙবা।—অত্থ ওইরগা নংগী নমিংত্থ হায়রম্মু।

পাঁচকড়ি মমা।—লাইবক থীবা হায়বত্থনিকো নংসে; নঙোন্দসু থোংক্রম অমা মপিগে খনবনি, অত্থবু নরা ইবক্তুদা ফংউ তমত্রমাল্লে।

থোঙশঙবা।—অত্থদি নং ঙাইরম্মু। ঐ ভাণ্ডারীবু কৌথোক্-পিরুগে।

অত্থদগী মিশ্রঠাকুরত্থ য়ারক্তা ইশৈ ঙংল-ঙংলত্থনা দোলাল মতুং তাম্না চংগ্রে অত্থগা খিন্দনমক জীবন ভাণ্ডারীদা পাও পিররে,

"য়েনছাং য়োংবী অমথক লাকই। ঐস্থ খরা ফংগনি, নংস্থ খরা ফংবা য়াই। চৎসি লাও থীল্লস্থ।"

জীবন ভাণ্ডারীত্থ চহি হাইফেৎ য়াম্রে, খ্বাংলিদা শো চবুন অমস্থ য়াল্লি। শকফমদি য়াম্না কক্রক-কক্রাক্লে। খরদং ফংগনি হায়বা মমিত্থ উবদা মহক থিন্থবা তৌদনা মপাল থোক্লক্লে। মহাক্না উরে, সুপী অনিথক লেপ্তুনা লৈরি। হংঙকই, "কনানো ঐবু কৌবা ?"

পাঁচকড়ি মমানা হায়রকই, "ঐগী য়ুমদা য়েনছাং-নাপী খরা পাল্লি, অত্থগী কৌবনি। মত্থ খরনা নং লৌ, খরনা থোঙশঙবদা পিয়ু, অত্থগা খরা অমনা বাবুগী য়ুমগী ওইনা লৌ।"

জীবন ভাণ্ডারী —অত্থদি নংগী নয়ুম কদাইরাইদনো তাক্লম্মু, হয়েং লাক্লে।

পাঁচকড়ি মমা —অত্থগা রা অমনা, তোল্লবী কনা লৈজব্রবী সুপীমচা অমা লাক্লি। মানা করিনো খরদং হায়জনিংই, মত্থ অত্থক তাবিয়ু।

শ্রীদি ঙকয়োনা মাইথুম চিংথত্থনা চেকপল ময়াদা নাকল অমদা লেপ্লি। জীবন ভাণ্ডারীনা মঙোন তম্না য়েংলগা থোইশাও-ননা হায়রকই, "ভিক্ষা নি-লাকপগী রাদি, ঐ য়ুম্বুরেম্দা হায়কা শুকঙম ঙম্রোই।"

পাঁচকড়ি মমানা মতমত্থদা লোল্লপ ভাণ্ডারী মহাশয়দা হায়রকই, "করিগুম্বা ভিক্ষা ফংলকপা থোক্লবদি তংখাই অমা নংগীনি।"

মতু তাবদা ভাণ্ডারী মহাশয়দু মপুক্কিং হন্নাওনা হায়রকই, "করি হায়নিংই নংবো ইবেম্মা ?"

ভিখারীগী দমক্তদি ভাণ্ডারীগী মবুংঙোগী থোঙদু মতম পুন্নদা হাংদুনা থম্মী। শ্রীনা ভিক্ষা নিনিংবগী রাঙাং ওইনা হায়রক্রে, অদুনা ভাণ্ডারী মহাশয়দু মাবু মবুংঙোগী মনাক্তা পুশিনবদা তারে।

ভাণ্ডারীনা শ্রীবু পুশিল্লক্লবদা মবুঙোগী য়াথংনা মহাক মপান্দা থোকখ্রে।

শ্রী চংঙক্লুনা থোঙজিন্দা লেপ্লরে। মাইথুম থুম্মী, মশা তনিক তনিকই। য়ুমগী মবুঙোনা হায়রকই, "কনানো নং ?"

শ্রীনা থুম্মী, "ঐ শ্রীনি।"

"শ্রী ! অদুদি নহাক ঐবু থঙজ্রা ? খঙদদুনা ইনাক্তা লাক্লিব্রা ? ঐ সীতারাম রায়নি।"

মতু তাবদা শ্রীনা মথাইদগী মাইথুমদু হায়দোরক্রে। সীতারামনা উরকই, মাইথোংদু পিনা থল্লি, নোংজুখাগী নোংনা ঢোংলবা থম্বালগুম চাংদমকম লৈতনা মাইথোংদু নিংথিজরি। হায়রকই, "নহাকপু শ্রী ! অসি য়োনা কজপ্রবা ?"

শ্রীনা হায়রকই, "ঐদি য়াম্না তোল্লবীনি। নংনা ফাগী-জুগাই তোবদা মতিক চাদবীনি।"—শ্রী কপ্লক্রে।

সীতারামনা হায়রকই, "মতম অসুক কুইরবা তুংদা করিগী লাক্লিবনো ? লাক্লগনা করিগী দমক কপ্লিবনো ?"

অদু কাওবা শ্রী অদুম্মক কপ্লি, য়া ঙাংদে। সীতারামনা হায়রকই, "নাক্তা চংঙকউ।"

শ্রীনা হায়রকই, "ঐ ফমুংনচিংবা শোক্লোই—যুম মাংলি।"

সীতা। করি মরমদগী ?

মখোল তনিক-তনিক মিংতা পি ঈরা পানা চেন্নচুনা শ্রীনা হায়রকই, "ঙসি ঐগী ইমা লৈত্রে।"

সীতা। অরাবা অদুগী দমক্তা নং ঙসি ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবরা ?

শ্রী। নত্তে—ইমাগী থবক পুন্নমক্তি ঐনা ঙম্বা উপায় য়েংচুনা অদুম্মক হোৎনগনি। মদুগী দমক নঙোন্দা ঙৎলোই। অদুবু ঙসি ঐ ওম্বোক্লা খুদোংথীবা অমা থোক্লে।

সীতা।—অতৈ করম্বা খুদোং-থীবনো ?

শ্রী। ঐগী ইবুং শিবদা তারে। কাজি মাহেপনা মাবু হিংনা ফুমজিন্নবা হুকুম তৌগ্রে। মহাক হৌজিক কৈগুমশঙদা লৈ।

সীতা। করম্না ? করি তৌরুরদনা ?"

মতমদুদা শ্রীনা, মানা অতাবমখৈ অদুগা উহৌবমখৈ কপ্পা-কপ্পা তপ্পা চিথদনা তগ্রে। মদু তাবদা সুংশাম্বর মপী শাংনা হোল্লদুনা সীতারামনা হায়রকই, "হৌজিক করি উপায়নো ?"

শ্রী। উপায় হায়ববু নংনি। অদুনা চহি অমুক য়াম্না হোৎবা তুংদা ঐ লাক্লিবনি।

সীতারাম। ঐনা করি তৌগনি ?

শ্রী। নংনা করি তৌগনি হায়বা ? অদুদি কনানদি তৌগনি ? ঐ খঙই, নহাক পুন্নমক ঙম্মি।

সীতা। দিল্লীগী বাদশাহগী থবক তৌবা মীনি কাজি অসিদি। দিল্লীগী বাদশাহগা থৎনগদবসিবু কনানো ঙমগদবা ?

শ্রীনা হায়রকই, "অদুদি করিগুম্বা উপায় অমতা লৈত্রবরা ?"

সীতারামনা য়াম্না মুম্না খন্থরগা হায়রকই, "উপায়বুদি লৈ। নংগী নবুংবু কনবদি ভমগনি অদুগা ঐহাক্তি শিগনি।"

শ্রী। য়েংউ, লাই লৈ,ধর্ম্ম লৈ নারায়ণ লৈ। পংহায়-হায়জিনবা করিমত্তা নত্তে। নহাক য়াম্বা-তোল্লববু কনবিরবদি কৈদৌরুংদা নংগী খুদোংথীবা কত্তবা থোক্রোই। হিন্দুবু হিন্দুনা কনক্রবদি কনানা কল্লনি?"

সীতারাম ফনা কুইনা রাখল তৌথরে। মথৈথংদা হায়রকই, "নংনা হায়রিবহু অচুম্বমক্তি, হিন্দুবু হিন্দুনা কন্দ্রবদি কনানা কল্লনি? ঐহাক নংগী নকমদা তশেংনা হায়রবনি, গঙ্গারামগীদমক ঐনা অঙম্বমথৈ হোৎনগনি।"

মহু তাবদা মথয়াই হয়াওনা মাইথুম অমুক চিংথরগা শ্রী চৎখ্রে।

সীতারামনা থোঙহু পোয়োল থাজিল্লগা মনাইদা হুকুম তৌরকই, "ঐনা থোঙ হেক হাংদোক্লক্তি ফাওবা কনামত্তা ঐবু কৌহল্লকহু।" মপুক্লিংদা অমুক হন্না মথন্তা অস্ম রাখল তৌরকই, "শ্রীনা অস্থক ফজপ্রবা? ঐদি খঙউদেদনা! ইহান হানবদা শ্রীগী থবক পাঙথোকখিনি, অতৈনা কোম্না।" অমুকস্থ খল্লকই, 'হিন্দুবু হিন্দুনা কন্দ্রবদি কনানা কল্লনি।"

---

অহুমশুবা মতাং

সীতারামগী গুরুদেব অমা লৈ। মহাকসি ভট্টাচার্য্য ওঝা ওইবা কাংবুগী মীওইনি, একতাড়ী নমাবন্দী শেৎ-ইল্লি, মকোক্ত,

চেকশিন্না শম হৌহন্দে, খাকহৌবা হায়বদু— "রেক" অমত্তংনি। শম হৌদবনা চন্দনদি পুমনং-নংই—সিরি শাংনা চিংই। অতৈদি বামোন ওইবগী মতৌ ওন্নমক কান্নদে। মাগী মমিং চন্দ্রচূড় তর্কালঙ্কার কৌই। মহাকসি সীতারামগী য়াইফনবতা থনবা মীনি। সীতারামনা হেক লৈবা মফমদা চন্দ্রচূড়স্থ অত্থম লৈ। হৌজিক্না ভূষণাদা লৈরি। ঐখোই হৌজিক্কী মতমদস্থু অসিগুম্বা বামোন ওঝা অমা অনি মষ্টরি, মখোয়স্ত টোলদা ব্যাকরণ-সাহিত্য তম্বিবদা হৈ-শিংবমুক, নিংথিনা ঙাক্তবা লমদা ইরাং হৌনবা শাক্লবদস্থু য়াম্না থুজিন-থোরাং ফবা। চন্দ্রচূড়সি হায়রিবা মওংচ্বগী মীতানি।

ঙাইহাক্তং লৈরগা সীতারাম য়ুমদগী থোক্লক্তুনা গুরুদেবগী শঙ্কায় তাম্না লাক্লে। চন্দ্রচূড়গা লোইননা অচিকপদা সীতারামগা য়ারি কয়ামুক শারে। করি শারিবনো হায়বত্থ, ঐখোয়না শন্দোক্না ইরুবগী ফান্নফম লৈতে। য়ারিচ্বদা তারবপা মল্দি অসিনি, সীতারামনে চন্দ্রচূড়নে মবানিমক অহিং অত্থদা কোইচৎ চত্তুনা সহরগী মী অতৈ কয়ামরুমগা উনরে; অত্থগা সীতারামনা অহিং থেংজিল্লক্লবা মতমদা ময়ুমদা হজিল্লক্তুনা মাগী ইমুং মন্থুংগী মী পুন্নমক, চাম্নরবা মীশক অমগা লোইননা মধুমতী য়াংম্না তাম্না থাগ্রে।

---

## মরিশুবা মতাং

অহাংবা লমজাও অমদা সহরগী য়াংমদা গঙ্গারাম দাসকী ফবর শেম্রে। বন্দীনা মকমত্থ য়োরক্তি্ৈেদগী হৌনা মী তিনথৎপা

হৌরক্লে। অয়ুক য়াম্না ওয়া—উরকুগী অমম্বনা চথোক্তি্রবৈ—অমম্ব মরক্তগী থয়ানমিচাকপুম্বা মাঙখিদ্রিবৈ, শঙ্গু শঙ্গু ওইনা মপৈ মপৈ ওইনা অহিংবা মী কবর তৌবত্থ য়েংননবা মী লাক্লরে। মী অমা শিবদা অহিংবশিংগী দি চাওরবা কুন্নৈ অমগা মান্নৈ। হুমিৎ হুন্দোক্লকপা মতমদদি লমহাংত্থ মীনা থম্লিংচিৎ তৌরে, অত্থ ফাওবদা নগরগী লৈরক খুল্লক লমজাও শোরোক পুম্নমক্তগী ককচেং পরেংগুম মীয়াম থোক্লরক্লি। মমৈথংদা পাক্লবা লমহাংত্থ কাওবা মী চংকম লৈরক্তে্র। অয়েংবা মী কয়া উথক্তা কাত্থনা য়োংগুম্না লৈনরি—মমৈ পাম্বগী হাইফেৎ পেন্নদবা য়াওনরি; —করিগুম্বদনা শেকপিগুম্না য়াম্বরি, হুমিৎ মঙাল উরকপদা হাইরপ খোইশাওনবা পোক্লরি। তুংলোমদা নগরগী চেক্কী য়ুম খরদং উরিবত্থসু, য়ুমথক পুম্বা মীনা থনশ্রে, লেপকম লৈত্রে। ইগী য়ুমনা অয়াম্বনি, মত্থদসু কৈরাক থাত্থনা, কৈরাক্তা খোঙ থমত্থনা, মী কয়া অমা কাত্থনা য়েংনরি। লমহাং অত্থ মুশিন মুরবা কোক্কী ইপাক ওনশ্রে—ঈম্নরি, তোৎনরি। মী লাকপগী লেপ্পা লৈতে, চংশিল্লি, হন্দোকই, কোইচৎ-চৎলি, অমুক কুক কুক ঈম্নরি। নিনূবনা হায়কম খণ্ডদ্রে। বন্দী হৌজিক ফাওবা য়ৌরক্তে্র হায়ত্থনা মীয়ামত্থ কম্না লাংতক্লরক্লে। লাও-খোংবা, খৎনবা, চৈনবা, ফুনবা হৌরক্লে। হিন্দুনা মুসলমানবু চৈরক্লে, মুসলমানূনা হিন্দুবু চৈরক্লে। কনানা লাওরি, "আল্লা!" কনানা লাওরি, "হরিবোল!" কনা অমনা হায়রি, "ঙসিদি তৌররোই, য়ুমদা হল্লসি!" কনানা অমুক হায়রি, "য়েংউ অসে লাক্লে।" উথক্তা লৈরিবশিংত্থনা অতৈ তৌনিংঙাই লৈত্রত্থনা উনা, লৈ, উশা মচা মচা থুদেক্লত্থনা মথাদা লৈরিবা কাংবুত্থগী মথক্তা

থাদরক্লে। কনা অমনা মহুনস্ু পেন্দ্রহ্না তিন শিথবা য়াঙরক্লে। অসিগুম্বা মওং অসিদগী, উ হৌবা মফমশিংহ্দা, উথাদা লৈবগা উথক্তা লৈবগা শাথীনা লাওনরক্লে, চৈনরক্লে। উ অমথক্তংগী মথাদদি অহুগুম্বা ইরাং অহু তোদে। উথাহুদদি মী পংয়াম য়াম্না লৈতে। সমুদ্রগী ইয়াইদা লৈবা পিক্রবা ইথংকুম মী তাঙই। মী অহম মরিথক্তং মকমহুদা লৈদি হায়রবু, মখোইহু নিন খোংবা করিমতা তৌদে; তুমিন তুমিন্না লৈ। কনাগুম্বা মীনা উথাহুদা লেপকে চংলক্রবস্ু মখোয়না মঙক পায়তনা হেক্তমক ইম্বোকই। মখোয়হুগী মশা-মউ য়াম্না ফবা, মথুন্তনা চৈতুপ অচৌ-অচৌবা পায়বহু উহুনা, ময়াম্মক তুমিন তুমিন্না হেক হন্দোক্লখি। উহুগী ম-রাথক্তা লেপ্লগা সুপী অমথক্তংদি উগী মউহু পায়রহুনা মমাই লোংখৎনা উথক্তা লৈরিবা কনাগুম্বা নিপা অমগা রা ঙাংনরি। মাগী মমিৎ-মমাইহু ইপোম-পোম্নি; ফীজোন্দু চমোংনৈ—অহিংচুপ্পা কপ্লুবগুম তোই। অহবু হৌজিক কপ্পা-লাকপা তৌদ্রে। উথক্তা লৈরিবা মীহুদা সুপীসিনা হায়রি, "ঠাকুর! হৌজিকসু করিমতা উজিবরা?"

উথক্তগী মীহুনা হায়রকই, "উদে।"

"অহুদি নারায়ণনা কনবিরবোইদনা!"

পাবিরিবশিংনা খঙবিরম্লগনি, সুপীসি শ্রীনি। উথক্তগীসিনা চন্দ্রচূড় তর্কালঙ্কার মশামক্নি। উশাদা তোংবসি মহাকা চূনবা থৌওং নত্তে, অহুমু তর্কালঙ্কারনা থম্লি, "ঐদি ধর্ম্ম কনবা লৈরিবনি; ধর্ম্মগীদমক পুম্নমক তৌবা তাই।"

শ্রীনা হায়রিবহুগী পাওখুম ওইনা চন্দ্রচূড়না হায়রকই,

"নারায়ণনা লেপ্পমক ফনবিগনি। মহু ঐ কন্না থাজৈ। নহাক থোইনা পাখৎলুগনু। অহুবু হৌজিক ফাওবা কন্নবা পাম্বৈদি শেমৃত্রিমাল্লে নিংই। কোইয়েৎ অঙাংবা থন্না লাকপা উরক্লে।"

শ্রী। করিগী কোইয়েৎ অঙাংবনো?

চন্দ্রচূড়। ফৌজদারী সিপাহী ওইরমগনি।

অওইবমক খুৎলাই পায়বা ফৌজদারী সিপাহী চনিথক্লা পরেং শানা গঙ্গারামবু কোইশিল্লহুনা পুহুনা লাক্লে। মহু উবদা মশীং লাকঙমত্রবা মীয়ামহু চপ মান্নন। তুমিন তুমিন্না লেপ্তুনা লৈনখ্রে। অউ-অউবা মওংশিংহু চপচানা চন্দ্রচূড়না শ্রীদা হায়বা হৌরক্লে। শ্রীনা হংঙকই, "সিপাই কয়ানো?"

চন্দ্র। চনি ওইগনি।

শ্রী। ঐখোয়দি তে'ল্ল-তারবা পাম্বৈ লৈত্রবনি। ঐখোয়বু হাৎনবগীদমক সিপাই অস্তুক য়াম্নদি করিগীনো?

চন্দ্র। মী য়াম্না তিল্লে হায়বহু তারহুনা, চেকশিনবা ওইনা ফৌজদারনা লাম্মী অস্তুক য়াম্না থারকপা ওইরমগনি।

শ্রী। মথং করি করিদি তৌথরে?

চন্দ্র। সিপাহীশিং লাক্তুনা পরেং শানা, তৌ-হুনা থন্নবা ফবরগী মনাক্তা লেপ্পরে। মন্নাইদনা গঙ্গারাম। তুংদা কাজি মশামক অহুগা ফকির অহু।

শ্রী। ঐগী ইবুংদি করি তৌরি?

চন্দ্র। পাপাশিংনা মাগী মথুত্তা হাতকড়ি, মখোঙদনা য়োংছিলং চনশিল্লে।

শ্রী। মহাক কপ্পা?

চন্দ্র। কপ্তে। তুমিন্না লৈ—লেঙদে। শকৃতমৃসি য়াম্না চীং-লেম্মী, য়াম্না ফজে।

শ্রী। ঐ অমুক্তা উজবা ফংলোইদ্রা? পূজিগী ওইনা অমুক্তা য়েংজহৌগে।

চন্দ্র। য়েংবা য়ানি। নহাক মখা থংবা উশাহুদা কারকপা ওমগদ্রা?

শ্রী। ঐদি হুপীনি, উ কাবা হৈতে।

চন্দ্র। হৌজিকপু ইকাইবা য়াম্নবা মতমলা ইমা?

উ মরুহুদগী থুহুপ অনিরোম য়াংনা চুমজ্রিং চুম্বা উশা অমা লৈ। উশাহু মথকলোমদা হাইগন্থনা, চুমজ্রিংনা মপাল্লোমদা শাংদোরকই। থুহুপমুক শাংদোক্লগা উশাহু অনিথোক্লা অমুক মশা লোঙখ্রি। উশা অনিহুদা খোঙ অনিনা নেৎলগা, অনকপা উশা অমদা পায়হুনা লেপ্পবা থুদোং য়াম্না চায়। চন্দ্রচূড়না শ্রীদা পুম্নমক্কু তাক্লে। শ্রীহু ইকাই-হঙ্গোইবা থাহুনা কাখৎনবা হোৎনরক্লে—মোংফমদদি ইকাইবা চঙদে।

অহানবা অমুক অনিরক হোৎনবদা কাখৎপা ওমদ্রে—মহাক কপ্লক্লে। অহুদগী করি করম্বা লৌশিংননো কনানা খঙনি, শ্রী মশামকসু খঙজদে—মখাগী অনেম্বা উশাহুদা কাখৎখিহুনা, উশা অনীহুদা মখোঙ অনি নেৎলগা উশা অমা পায়হুনা লেপখ্রে।

মতৌহুদা কল্লবা ইরাং অমা থোক্লক্লে। শ্রীনা লেপ্লিবা মফমহুগী মমাংথংবা শরুক্কু উনানা কুপশিন্দে—শ্রীহু মশীংলাকঙম-ল্লবা মীয়ামহুগী মমাংমক্তদা লেপ্পবগুম তৌরে। ময়াম্মন্না উরক্লে, খঙহৌদনা চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজরবী অমা উশা পায়রহুনা

শংবান্নরবা উনা মরক্তা ঙাম্বোইহ্নুনা লৈরি। ইরাংলিব লাইবু লৈতেং শেম্বগী মওংগুম, মাইকৈ মরিদা উশাগা উনাগনা ইকোই কোইশিল্লি। শম্ মথক্তা উনা য়াম্বরি, পুম্বুম তাবা পাম্বোমথক্তা উনা তারি, থবাক্তা তারিবা শমলাংশিংহু থরদং কুপশিনবা ওইনা উনা লৈরি, উশা অমা হাইজিল্লক্তুনা খোঙ অনিহু কুপশিল্লি, কনামতা খঙনদে—অসুম্বী বন-লাইরেম্বীগী শকওইবীসি করিগী মগক্তা লেপ্লিবনো হায়বা। মহু উবদা মনাক অহুল্লাইগী মীয়ামহু ন্নুংশিংনা হুল্লবা ইপাক্লুম খঙহৌদনা তথক-ত্তথক্লরক্লে।

শ্রীদি মহু পুন্নমক্তু করিমতা খঙদে। মশানা লৈরিবা ফিভমহুগী মরমদা মহাক করিমতা খন্থরুদে। মমিৎ কুপ্তুনা গঙ্গারাম তম্না মুন্না য়েংলি, মমিৎ অনিদা অরেপ্পা লৈতনা পি শিন্থরি। তাঞ্জাসিদা অতোপ্পা উশাদগী চন্দ্রচূড়না কৌরহ্নুনা হায়রকই, “অ-সোমদা য়েংউ! অ-সোমদা য়েংউ! শগোল তোংল-হুনা কনানো অমা লাক্লে?”

শ্রীনা লমদোন তাম্না য়েংলকই, শগোল তোংলহুনা কনানো অমা লাক্লি। লানগী ফীজোন শেৎলি, অহুবু থুৎলাইদি য়াওদে। শগোলহু ইচং থৌই, অহুমকপু মীয়ামহু নমখায়হুনা মাংলোমদা চংশিনবদি ঙমদ্রে। শগোলহু থুমাং চোংথৎলি, লৈ-না লৈ-না হুল্লি, মঙকশম থেক্লি, অহুবু মাংলোমদা চংশিনবদি শুকঙম ঙমদ্রে। শ্রীনা মশক খঙলে, শগোল তোংলিবহু সীতারামনি।

অসোমদা গঙ্গারামবু সিপাহীশিংনা কবর মহুংদা লংথরগে হায়না তৌরক্লে। তাঞ্জাসিমক্তদা মথুৎ অনি থাঙ্গৎলহুনা সীতারামনা থিংলকই। সিপাহীশিংহু থংলেপ লেপ্লে। শাহ-

সাহেবনা হায়রকই, “করি য়েংলি ! কাফেরছু লংথরগা লৈপাক হৈজিল্লো ।”

কাজি সাহেব ওহাক রাখল তৌরকই। কাজি সাহেবতি অতুম্বা মতমদা মফমতুদা লাকপসি থোইনা কান্নদবনি, মী য়াম্না তিল্লে হায়বতুদা য়েংনিংতুনা অতুক লাকপনি। লাক্লবনিনা হৌজিক্তি মহাক্না মকোক হায়বতু ওইরে। মহাক্না হায়রকই, “সীতারামনা থিংলক্লিবসি মরম অমা লৈরমগনি, মহাক য়ৌরকপা ফাওবদং ঙাইখো।”

শাহ-সাহেব মথরাই মুংঙাইত্রে, অতুবু য়াদবন সীতারাম য়ৌরকপকাও ঙাইবদা তাখ্রে। গঙ্গারামগী মথরাইদা হাইরপ আশা থজিক্তং পোক্লক্লে।

সীতারাম কাজি সাহেবকী মনাক য়ৌরক্লে। শগোলথকুগী কুমথরগা মঙক নোম্না শাহ-সাহেবপু ইকাই খুম্না খুরুমজক্লে। অতুদগী কাজি সাহেবতসু অতম্না তৌরে। কাজি সাহেবনা হংঙকই, “করম তৌরি রায় সাহেব ! মুংঙাই য়াইফরিদনা ?”

সীতারাম। আল্লানা থৌজানবিরি। হুজুরগী অফ-মুংঙাই পাওসু তাহনবিরবদি তোল্লবগী মুংঙাইবা ওইজগনি।

কাজি। খোদানা মনাইবুসু ঙাকপিরি। হৌজিকসিদা হায়গদবা হায়ববু, কোক ভৌশিল্লক্লে, অরোইবা য়াহিপ ঙাইতুনা লৈবা হায়বতুনি। চাবা-থকপা মরাং-কায়রিদনা ?

সীতা। হুজুরনা ঙাক্লিবা লৈবাক্তবু লাইরবগী খুদোংথিবা করি লৈদগে ?

কাজি। হৌজিক মফমসিদদি করি মরমগীনো ?

সীতা। গঙ্গারাম অসে—হৌন-খঙদবা—লমচৎ নাইদবনি, অহুমকপু, ঐ মা জাৎ মশেন্নি।—অহুনা অন্নাবদা তান্নবসিদা হুজুরদা চংজরক্লিবনি, মথরাইদদি কন্নবা নয়াখং তাওথবিয়ু।

কাজি। করিনো হায়রিবহুবো? মহুবু করম্না ওইদৌরিবনো?

সীতা। চানবিরবা হুংশিবিরবদি ঙম্নমক ওইবা য়াই।

কাজি। খোদানা উরিনি, ব্রাহ্মসিদা ঐহাক তৌনিংঙাই করিমতা লৈতে।

সীতা। শনা মোহর লিশিং অমা ব্রাকোংজগে। মথরাইতদি কন্নবা নয়াখং পিবিয়ু।

কাজি সাহেবনা ফকির তম্না য়েংঙকই। ফকিরনা মঙক হাইরকই। কাজিনা হায়, "মহু থক য়াররোই, কবরদা কাফেরসিবু হুম্বরো।"

সীতা। শনা মোহর লিশিং অনি পিজগে। ঐ খুৎ লোন্নহুনা হায়জরিবসিনি, মসিদা য়াবিয়ু। ঐগী মায় অমুক্তা য়েংবিয়ু।

কাজিনা ফকিরদা অমুক য়েংলকই, ফকিরনা খিংলকই, ব্রাহ্মহুমস্তু অরেম্বদা তারে। মতুংদা সীতারামনা শনা মোহর লিশিং মরি পিজগে হায়রে। মহুদস্তু য়াদ্রে। লিশিং মঙা—মতুনস্তু য়াদ্রে। লিশিং নিপাল—লিশিং তরা, মহু ফাওবদা য়াদ্রে। সীতারামগী অতৈ অমুক লৈজদ্রে। মমৈথংদা সীতারামনা থুকউ লৈতারহুনা মথুৎ লোম্নরগা মথরাই শোক্লবা খোম্থাংদা হায়রকই, "মসিদগী হেনবদি ঐগী লৈজদ্রে। অহুবু অতৈ পোংচৈ থরা লৈজবদো, মহুস্তু পিজরবনি। ঐগী লম তু, লৌ-ইংখোল,

পোৎচৈ-হুংজৈ পুম্নমক পিজরবনি। পুম্নমক লৌবিরো। মাবুতদি থাদোকপিয়ু।"

কাজি সাহেবনা হংঙকই, "মহাকসি নংগা কয়ামুক নক্লবা মরী থোক্তুনা মাগীদমক লৈজবপুম্বা পিরিবনো ?"

সীতা। নক্লবা নক্লদবগী রাফম নত্তে, ঐ মাগী মথর ই কনগে হায়ব্রে—ঐগী লৈজবপুম্বা পুথোক্তুনা মাগী মথরাই কনবা তাই, মসিনি ঐখোয় হিন্দুগী ধর্ম্ম।

কাজি। হিন্দু ধর্ম্মনা অহু অদা ফনা ওইহনস্থু, মুসলমান ধর্ম্মনা হেল্লি চাওবা। নিপাসি মুসলমান ফকিরবু থৌওই-উশিংত্রে। মহাক্কী মথরাই লৌরগদবনি—মসিদা থন্ননিংঙাই লৈতে। কাফেরসিগী মথরাই লৌবা নত্তনা, অতৈ অতোপ্প দণ্ড অমা লৈতে।

মহু তাবদা সীতারামনা থুকউ লৈতানা, কাজি সাহেবকী ফুরিৎ অচোনবহু মচি মতোম্দা পায়রহনা, খোঞ্জেল হিক্না হিক্না হায়রকই, "কাফেরগী মথরাই লৌবা ? ঐস্থু কাফেরনি। ঐগী থরাইসি লৌরগা প্রায়শ্চিত্ত অসি তৌবা য়ারোইদ্রা ? ঐ কবর অসিদা কুমথজরগে—লৈপাক হৈহনা ঐবু ফুমজিনবিয়ু, হরিনাম শোন্না শোন্না ঐ বৈকুণ্ঠ ফংজগ্রগে — ঐগী ইথরাইসি লৌহনা তোল্লবসিগী মথরাই কনবিয়ু। থৌজানবিয়ু কাজি সাহেব! নংগী আল্লাগুম্না ঐগীস্থু বৈকুণ্ঠেশ্বরনি। ধর্ম্ম য়েংবিয়ু। ঐ থরাই কচ্চরবনি — মহুগী মহুত্তা তোল্লবা মীসিগী মথরাই কনবিয়ু।"

রাইহেসি মনাক অহুরাইগী য়েংলিবা হিন্দুশিংনা তারহনা হরিধ্বনি লাওনরক্লে। থুবাক থুরহনা হায়নরকই, 'ধণ্যনি রায়জী!

"ধণ্যনি রায় মহাশয় ! জয় কাজি সাহেবকী ! তোল্লবা লাইব্রবত্থ থাদোকপিরো !"

করিমতা তাদনা কাংবুত্থসু হরিধ্বনি তৌবা ঃহৌরক্লে। পুমলাঙ লাঙনরক্লে। কাজি সাহেবসু ঙক্লত্থনা সীতারামদা হংঙকই, "করিনো হায়রিবত্থবো রায় মহাশয় ? মসিবু নংগী কনানোনে, মাগী দমক্তা নথরাই ফাওবা থাগে হায়রিবসে ?"

সীতা। মসি ঐগী ইনাওদগীসু, ইচাদগীসু হেন্না নক্লপ্রবা মীশক্তি, মরমদি, ঐঙোন্দা চংজরক্লবা ওইবনা। হিন্দু শাস্ত্রগী বিধিদি, লৈজবা পূম্বা থাদোক্তুনা, থরাই থারফাও, চংজরক্লবা মহাক্তুবু কনবিগদবনি। নিংথৌ উশীনরনা মশাগী শত্থম শত্থম কক্থক্তুনা থুত্থু অমবু কনখি। অত্থনা ঐবু লৌবিরো—মহাকপু থাদোকপিরো।

কাজি সাহেবতু সীতারামগী মফমদা হাইফেৎ অপেনবা অমা পোক্লক্লে। শাহ-শাহেবপু অচিকপদা পুথোক্লগা লোম্না রা থরা ঙাংনরে। মানা হায়, "নিপাসি শনা মোহর লিশিং তরা পিগে হায়রি। মসি লাক্লবদি সরকারগী লনগৈ খরদং কান্নবা মওইগনি। শনা মোহর লিশিং তরাসি লৌরগা মরাইবক থীবসিবু থাদোক-পিখিবা য়ারোইদ্রা ?"

সাহ-সাহেবনা হায়রকই, "ঐনা পাম্বদি, মথোয় অনিমক কবর অমতদা হেক ফুমজিনথিবা। করি হায়বগে ?"

কাজি। তোবা ! ঐ মত্থদি ঙম্মোই। সীতারামদি করিগুম্বা মরাল অমতসু লৈতে। অত্থগী মথক্তা নিপাসিদি লৈপাক্লা ইকাই থুম্নরিবা মরমচৎ ফজবা মীনি, মত্থম তৌবদি চুমদে।

মতমসি ফাওবা গঙ্গারাম কন্নিগুম্বা ন্না অমত্তা ঙাংদে ; মহাক খঙই, মহাক্কী লিংফম লৈতে। অদুবু শাহ-সাহেবকা কাজি সাহেবকা অচিকপদা ন্না ঙাংনবঙ উদুনা মহাক মখুৎ লোন্নদুনা কাজি সাহেবতা হায়রকই, "হুজুরগী পুক্কিংদা করি খনবিবা, মতুদি খঙজদ্রে, অদুবু তোল্লবসিগী থরাই কম্বোক্ কন্‌শিনগী মরমদা তোল্লবগী ন্নাসু মত্তাবিবা চুম্মি। অমগী মরান্দা মীতোপ অমগী মথন্নাই লৌবসিবু করম্বা লৈবাক্তা চৎনবগে ? সীতারামগী মথন্নাই লৌরগা ঐবু হিংহনবা, মতুম্বা মহিং অদুদি ঐ পামজদে। হাতকড়ি অসিনা শুগাইদুনা ইথক্তা কোক অসি থুগাইজগনি।"

মতম অদুদা মীরক্তগী কনানো অমনা খোঞ্জেল ন্নাংনা লাওরকই, "হাতকড়িনা নকোক্তু শুগাইরগা অদুম্মক শিখো। মতুনা মুসলমানগী মথুক্তগী লিংথোকপা ওইগনি।"

লাওরকইবা নিপাসি চন্দ্রচূড় ঠাকুর মশামক্নি, মহাক হৌজিক উথক্তা অমুক লৈত্রে। জমাদার অমনা ন্নারোলসি তারদুনা হায়রকই, "মী অসি ফাও।" অদুবু চন্দ্রচূর তর্কালঙ্কারবু ফাবা হায়বসি য়াম্না লুপ্পবা থবক্নি। ফাবা ঙমদ্রে।

অসোমদা হাতকড়িনা কোক শুগাইরনি হায়বা ন্নাসি তাবদা ফকির মহাশয়দু, চংনা-চংনা মী ফুম্বগী মুংঙাইবদু ফংলরোইদ্রা হায়না হাইরপ মপুক্কিংদা চিংনবা অমা পোক্লক্লে। কাজি সাহেবতা হায়রকই, "হৌজিক মাবু হাতকড়ি চল্লুবগী করি কান্নফম লৈরিবগে ? হাতকড়ি লোথোক্লবা হায়বিদ্রো"।

কাজি সাহেবনা হায়রিবদুমক হুকুম তৌরে। য়োৎ-শূবা মী চংশুক্তুনা গঙ্গারামগী মথুক্তু থাদোক্লরে। য়োৎ-শূবদি মকমদুদা

লাকপগী থোইনা কান্নফম লৈভবনি, অদুবু সরকারগী য়োংহিলং-কোরৌ, হাতকড়ি পুন্নমক্তি মাগী মথুক্তা লৈ, মদুগী মরম ওইনা লাকপনি। মসুংদা অরোনবা রাফম খরস্তু লৈ। অহিং অথেংবদা য়োং-শূবা মহাশয়দু চন্দ্রচূড় ঠাকুরগী লুপা খরা লৌশিল্লুরে।

মতমদুদা ফকিরনা হায়রকই, "করি অমুক তপথরিবনো ? মহাকপু কোম্নুংদা হুনথখিনবা হুকুম তৌবিগ্রো।"

মদু তাবদা য়োং শূবদুনা হায়রকই, "য়োং'হ্লিং-ফলাংসি মথোঙদা অস্নুম চনখিগদ্রা ? সরকারগী য়োংহিলং মাঙহল্লুবগী করি কান্নগদগে ? হৌজিক্কী মতমদা অফবা য়োং ফংবসি য়াম্না রারে। অদুগা ফত্তবশিংস্তু অস্নক্কী মতিক য়ামখৎলক্রে, মশীং শুনবা য়োংহিলং লাঙবা ঐ ঙমশিল্লক্তে।" রাসি তাবদা কাজি সাহেবনা য়োংহিলংদু লৌথোক্নবা হুকুম তৌরক্রে। য়োংহিলং লৌথোক্লে।

য়োংহিলং-ফলাং চন্দ্রবা গঙ্গারামদু লেপ্লদুনা অমুক্তং মাইকৈ শুনা য়েংলকই। অদুদগী গঙ্গারামনা ঙক্লবা থবক অমা তৌরক্রে। মনাক অদুরাইদা সীতারাম লৈ। শগোল শাজৈদু মথুক্তা পায়রি। খঙহৌদনা মাগী মথুক্তগী শগোল শাজৈদু মুল্লগা গঙ্গারামনা খোঙহৌ অমুক্তদা সীতারামগী মী তোংত্রবা শগোলথক্তুদা চোংখৎত্তুনা শাজৈ কম্না থারক্রে। মরিংজেল লৈরবা শগোলদু শাজৈ চারবদুদা ফিংনা ফ্রং হৌদুনা খোঙহৌ অমুক্তদা কবরগী কোম লাম্থোক্লগা সিপাইশিং শমদত্তুনা মীয়াম মরক্তা চেনশিনখ্রে।

নোংথাং ফৎ কুপ্পদা চংবা মতমদুংদুদা থবকশিং অসি পাঙথোকপ্রবনি। মতৌদু উবদা য়ামথ্রবা মীয়ামদু খোঞ্জেল রাংনা

হরিধ্বনি তৌরক্লে। সিপাইশিংত্বনা "ফাও ফাও" হায়ত্থনা মতুংদা তান্নরক্লে। অত্থবু মত্থদা ওস্থোক্না তাঞ্জা চাদবা অমা থোক্লে। কন্না চেন্নক্লিবা শগোলত্থ কিবনা মী ময়াম্মক পরপ পরপ থৈদোক্নৈ, অত্থনা গঙ্গারামগীদি লম্বী অত্থম্মক ফাংলে; অত্থবু সিপাইশিংত্থদি চৎফম লৈত্রে। মখোয়গী মাইযোক্তা মী ময়ামত্থ তনপুন অমুক পুনশিল্লক্লে; মতৌত্থদা মখোয়না খুৎলাই শিজিন্নত্থনা লম্বী ফাংতোক্নবা লাক্নরকই।

খুদকসিদা মখোয় ঙকপগা লোইননা উরক্লে, অশিবগী লাই যমগী মতৌগুম্না মশা-মউ ফরবা খুৎলাই পায়বা নিপা খরা মথং মথং মীয়ামলক্তগী চোংথোক্লক্তুনা পরেং শানা মখোয়গী মমাংদা লম্বী থিংত্থনা লেপ্লরে। মতমত্থদা সিপাই অতৈস্থ থোমজিল্লক্লে; মত্থ উবদা চুঙ্গোই-চৈতুপ-পায়বা হিন্দু কয়ামুকস্থ চংঙক্তুনা লম্বী থৎলরে। অত্থদগীদি কাংবু অনিত্থ য়ান্না কন্না ইন্নবা ফুনবা হৌরক্লে।

মত্থ উবদা শাওনা কাজি সাহেবনা সীতারামদা হংঙকই, "করিনো তৌরিবা মতৌসে?"

সীতা। ঐ করিমতা ভাব তাদে।

কাজি! ভাব তাদে? ঐদি তারে, মসি পুন্নমকসি নংনা শীনবনি।

সীতা। মত্থবু ওইরবদি ননাক্তা খুৎলাই য়াওদনা শিজগে হায়না কৈদৌন্থংদা লাক্লম্মোই।

কাজি। হৌজিক্তি নংনা হায়জবত্থ য়ারগনি। কবরসিদা নং নশামক ফুন্নগনি।

অসি হায়রগা কাজি সাহেবনা য়োৎ-শূবত্থদা হুকুম তৌরকই,

"মহাক্নী মথোঙ মখুত্তা হাতকড়ি য়োংহ্লিংহ্ন চনশিল্লু।" অতোপ্পা নিপা অমবুনা, ফৌজদারগী মকমদা ফৌজদার সাহেব মশামক সিপাইময়াম পুহ্না থিন্দনা লাকপিয়ু হায়না হায়রুনবা থারক্লে। য়োং শূবহ্ন চংঙক্নুনা সীতারামবু ফাররে। উথক্তা তোংলিবী বন-লাইরেম্বী শ্রীনা মতৌহ্ন উরক্লে।

অসোমদা গঙ্গারামনা রানা, অহ্নমদি ওইরগা অপন-অরাক লৈতনা শগোল পুহ্না মীয়াম মরক্তগী লাম্বোরক্লে। রানা লাম্বোরকই, মরমদি, মানা অস্তম চৎলকপদা, মীয়াম অহ্ন শাথীরবা ইরাং অমা থংহো হৌবা উরকই। ইরাং অহ্ন অস্তম কনশিল্লক্লে, মী পুম্নমক মাংলোমদদা হোৎচিন্নখ্রে। মাগী শগোলহ্ন মতৌসিদা কিবা থংবা পোকখিবদগী লাক্ল-ফানবা ঙমশিল্লক্কে। শগোল তোংবসি গঙ্গারামদি কয়া নিংথিনা হৈতে, অহ্নুনা শগোলহ্ন ফানবদা মহাক অস্তকী মতিক রানা কন্না হোৎনবদা তাখ্রে, মহ্নদগী মমিৎ চোইথোক্নুনা মহাক কদাইদা করি তৌরবা হায়বহ্ন য়েংনবা মতমফাও ফংখিদ্রে। "হাৎলু! হাৎলু!" হায়বা খোঞ্জেলতমক মহাক তায়।

মীয়াম মরক্নুদগী উপায় অমা তৌহ্না লাম্বোরক্লগা গঙ্গারাম শগোলহ্ন থাদোকখিহ্না খোংনাং পাম্বী অমদা কাথৎলে; করি তৌরিবনো হায়বহ্ন য়েংগে হায়হ্না। মানা উরকই, য়াম্না ইরাং তৌরে। য়াম্নরা মীয়ামহ্ন শরুক অনি থোক্না থাইদোক্লে। নাকল অমদনা মুসলমান পুম্নমক, নাকল অমদনা হিন্দু পুম্নমক। মুসলমানশিংগী মমাংদা সিপাই থরা, হিন্দুশিংগী মমাংদনা চুঙ্গোই-চৈতুপ পায়বা মী থরা। হিন্দুশিংহ্ন অথম্নবা অকনবা মী ওাক্লি অহ্নগা মীশিংদস্নু

হেল্লি। মুসলমানশিংছু মখোইগী মথৃক্তা মায়খিরে। অয়াম্বনা চেম্নরে। হিন্দুশিংনা "হাৎলু হাৎলু" হায়না লাওরদুনা কোইতান তাম্নরি।

"হাৎলু হাৎলু" হায়বা খোল্লাওসিনা অতিয়া, লমহাং, উমং শীন-থুংনা খোম্বাং য়ৈরক্লে। লাল তৌরিবা মীশিংদুসু, "হাৎলু হাৎলু" লাওরি; লাল তৌদবা মীশিংদুসু "হাৎলু হাৎলু" অদুম্মক লাওরি। "হাৎলু হাৎলু" হায়না লাওর-লাওরদুনা হিন্দুশিংনা মাইকৈ মরিমক্তা কোইথুং থুংনা চেল্লি। অদুগী মথক্তা গঙ্গারামনা ভকপগা লোইননা তারকই, "হাৎলু হাৎলু" হায়না লাওরিবা মীশিংদুনা মরক মরক্তা হায়রক্লি, "জয় চণ্ডীকে! ইমা চণ্ডী লেংলক্লে! চণ্ডীগী য়াথংনি, হাৎলু হাৎলু! হাৎলু! জয় চণ্ডীকে! গঙ্গারামনা খল্লকই" 'করিনো হায়রিবসিবো!' অদুদগী অসুম কোইরৈ-লৈনা য়েংলকপদা গঙ্গারামনা উরক্লে, চাওরবা উ পাম্বিগী শংবান্নবা উনানা লৈতেং-লদুনা চণ্ডীমুর্ত্তি, উশা অনিদা মখোঙ অনি থম্লদুনা, মখুৎ ওইনা নৌরবা উশা অমা পায়রগা, য়েংৎ থংবনা ফীজি হাইর-হাইরদুনা লাওরক্লি, "হাৎলু! হাৎলু। য়েক্লবা হাৎলু!"—ফীজি কম্না হাইরি, কুপশিন্দ্রবা চোইজাইনরবা শম্লাং মপৈছু হুংশিংকী ইপোমদা কোইপাই-পাইরি—খোনাগী শাফু তুংইল্লবা খোঙনা নেৎলকপদা উশা অনিছু নোম্লি, অমুক হাইগৎলি, অমুক হাইথরি—মদুগা লোইনা-লোইননা শুমহৎনিংঙাই ওইরবী হকচাংছু রাংখৎলি, নেমথরি—নোংশা-শাদোং ওইবীনা নোংশাথক্তা লেপ্তুনা লাললী-ইরাংলক্তা জগোই শাবগুম্লি, ইমানা হিংচাবা হাৎপদা ময়াই-কাখিদুনা লাওরকপগুম তৌরি, "হাৎলু! হাৎলু! য়েক্লবা হাৎলু"!

শ্রীত্ব অমুক ইকাইবা লৈত্রে, রাখল লৈত্রে, অকিবা লৈত্রে, পোত্থাবা লৈত্রে —হয়া হয়া অত্থুমক লাওরি,—"হাৎলু! য়েক্লবা হাৎলু! লাইগী য়েক্লবনি, মীওইবগী য়েক্লবনি, হিন্দুগী য়েক্লবনি—ঐগী য়েক্লবনি— —হাৎলু! য়েক্লবা হাৎলু!" থাজৎলক্লিবা পম্বোম, কয়াদা নিংথিগ্রব! মকারায়বা চিনবান, কপ্পোক্লবা নাতোন, ম্নোংথাংগুম্বা মিৎয়েং, ছমাং চোৎলবা লাইবক্তা ছমাংগা য়েৎশিন্নরবা চোইরবা শম্লাংনা কয়াদা নিংথিরিবা! হিন্দু পুম্নমক মাইকৈ অদোমদা য়েংনরি, অত্থুগা "জয় মা চণ্ডীকে!" হায়না লাওরহুনা লানক্মদা চেনশিন্নরি। গঙ্গারামত্থু অহানবদদি খল্লকই, থাজৈশেংনমক চণ্ডী লেংথরক্লে— অত্থবু মতুংদা, ঙকপগা কিবগা লোইননা শকথঙলক্লে, শ্রীনি!

চণ্ডী অসিগী ইথিন্না হিন্দুনা লাল ঙম্লে। চণ্ডীগী মপান্না কনথৎলবা হিন্দুগী শাফু মুসলমানশিং থাঙবা ঙমদ্রে; লাও-খোংলহুনা কোইচেন চেনবা হৌরক্লে। মতম থরদংগী মত্থুংদা লানক্মত্ত মুসলমান মশক উদ্রে। অত্থুদগী গঙ্গারামনা উরকই, চাও-শাংলব কল্লবা নিপা অমনা সীতারামবু মরেংবান্দা থাজৎলগ, মী ময়ান্না কোয়শিল্লহুনা চণ্ডীত্থুগী মাইকৈতয়া চৎলি। অত্থুগা মসিমস্থ উরকই, মতুং ওইরপ্পা চৈশাং পায়বা নিপা অমনা শাহ সাহেবকী অককপা মকোক্তু চৈশাং-হুদা লেংশিল্লগা রাংনা থাজত্তুনা ময়ামত্থুগা চৎমিন্নরি। মতমত্থুদা শ্রীদি খঙহৌদনা উথক্লগী তারক্তুনা লৈমাইথক্তা জ্ঞান-মাঙবগুম্না লৈপ্রে। তাঞ্জাহুদা গঙ্গারামস্থু উথক্লগী কুমথরক্লে।

---

## মঙাশুবা মতাং

মতম অসিদা ওম্বোক্না শাথীবা মওং অমা থোক্লক্লে, নোংমৈ, টোপ, গুলিনচিংবা পুরদুনা, লান্মীশিংগা লোইননা ফৌজদার সাহেব য়েক্লবশিং লাকশিন্নবা লাক্লে। নোংমৈ টোপকী মরুরক্তা চুঙোই-চৈতুপ্না কৈদৌনি ? হায়রুতনা কান্নদে, মিংনকুপ্পগী মহুংদা মশাক্কবা কাংবুদু মশক উথিদ্রে। মথোয়গী মরুম থুপ্তুনা লানতম খোল্লাওনা পুমনিন নিলহল্লবা খুৎলাই পায়দবা অকন অথৌশিংদু হৌজিক্তি হায়নরক্লে, "ঐখোয়দি তৌরুমু হায়বদুনি।" অসি হায়না হায়না তুংহন্না অমুক য়েংলম্বা তৌদনা তিংথকুনা ময়ুম তান্না চেন্নখ্রে। ফুন-চৈনবদা য়াওজরুদবা মথোয়দুনা, 'ষণ অশিবা মনাক্তা লেপ্পুরবদি প্রায়শ্চিত ফংই 'হায়বদোমদা তারক্কদৌবা উবদা সীতারামগা গঙ্গারামগবু মখল কয়া থোক্না চৈর-চৈরদুনা পাখৎপগা লোইননা চেন্নরক্লে। ভহাক্তুংদগী মহুংদা অদুক য়ামগ্রবা মীয়ামদু পুম্নাঙ মাঙখ্রে। মী লৈতবা লমহাংদু হান্নগুম মী মশক উথিদ্রে। অদুক লৈরিবা হায়ববু, উথাদুদা চন্দ্রচূড়, সীতারাম, গঙ্গারাম অদুগা রাম্বদুনা লৈমাইথক্তা তারিবী শ্রীতা মঙাইরে।

সীতারামনা গঙ্গারামদা হায়রকই, "নংনা ঐগী শগোল হুরান্দুনা চেনখিবদু কদাইদা থম্মুরে ? য়োম্বোক্তুনা চাগ্রবরা ?"

গঙ্গারামনা নোক্লদুনা হায়রকই, "চাজদে। লমহাংদা অদুম থাদোকখ্রে—অমুক ফাজরুগে।"

সীতা।—ফায়গা অদুম তোংথত্তুনা চেনখ্রো।

গঙ্গা। ময়ামসিবু হুন্দোক্লম্নগা ?

সীতা। নচনগীদি থোইনা থল্লুরমু।

গঙ্গা। নংবু হন্দোক্তুনা ঐ চংলোই।

সীতা।— নহাক অচৌবা ভুরেলসি লাম্বোক্তুনা চৎলু। শ্যামপুর খঙইগনা?

গঙ্গা। করিগী খঙদদগে?

সীতা।—মফমদু জাম্না ওন্মিবমথৈ থুনা চৎখ্রে। মফমদুদা ঐহাক্কা উনুগনি; নত্রবসি নংগী লিংফম কৈত্রে।

গঙ্গা।—ঐ নংবু খুদোক্তুনা চৎপসি ওম্মোই।

সীতারাম পিশুম শুরক্লে।

গঙ্গারামদু সীতাবামগী অশুকপা পিশুম উবদা তুমিন্না লৈখ্রে: অদুদগী সীতারামনা হাইফেৎ কিহনবোই শাওবোই উৎলকপদা কিরদুনা শগোল থিবা চৎখ্রে।

চন্দ্রচূড ঠাকুবদু সীতাবামগী ইঙ্গিত্ ফংদুনা ম্যাগী মতুং ইন্নখ্রে। শ্রীসু অসোমদা জ্ঞান তারক্তুনা তপ্না তপ্না হোল্লক্তুনা কম্নগা মকোক্কী ফীথুম চিংথবে। অদুদগী কোইরৈ-লৈনা য়েংলগা লেপখৎলক্লে।

---

## তরুকশুবা মতাং

সীতাবামনা হায়রকই, "শ্রী, নং হৌজিক কদাইদা চৎকনি?"

শ্রী। ঐবু চৎক্কুম, অমুক কৈরিব্রা?

সীতা। করিগী লৈতনি, নংগী ইমাগী য়ুমদিনা?

শ্রী। কনা লৈরি মফমদুদা—হৌজিক কনানা মফমদুদা ঐবু ভাকপি শেনবীগনি?

সীতা।—অদুদি নং কদাইদা চৎকে খল্লিবা ?

শ্রী—কদাইদসু চৎলোই।

সীতা।—মক্ষমসিদা অসুম্মক লৈদৌরিবা ? মসিদি লমহাংনি। মক্ষমসিদদি নংগী য়াইফবা থোক্লোই।

শ্রী। করিগী, মক্ষমসিদা কনানা করি তৌরদগে ?

সীতা।— মহাক ফুনা-চৈনবদা য়াওরুরে —ফৌজদারনা নংবু ফাঁসি তৌথিবা য়াই, হাত্তোকখিবা য়াই নত্রগনা অদুম্বা করিগুম্বা দণ্ড অমা পিরবা য়াই।

শ্রী। —মদুসু ফৈ।

সীতা।—ঐহাক শ্যামপুরদা চৎকনি। নংগী নবুংসু মক্ষমদুদা চৎকনি। মফমদুদা মাগী লৈফম-চাফম থোরাং তৌরবা য়াই। নংসু মফমদুদা চৎলো। মফমদুদরা নত্রগা অতোপ্পা অমদরা নংনা পাম্বা অমদা লৈনবা তৌরুরো।

শ্রী।—মফমদু তাম্না কনাগা লোইননা চৎকনি ?

সীতা।— ঐহাক কনাগুম্বা মী অমা নংগা লোইননা থাগে।

শ্রী।—কনানো থাগদৌরিবা মীদো, ঐবু ফত্রবা সীপাইশিংগী মথুত্তগী কনবা ঙমগদবা ?

সীতারাম ঙহাক রাখল তৌই ; অদুদগী হায়রকই, "চৎলো, ঐ নংবু পুদুনা হেক্তমক চৎলগে।"

শ্রী ফিংনা হোৌগত্তুনা ফম্লে। মমাই থাক্নৎতুনা মুম্না শংত্রিরু। সীতারাম তম্না ঙহাক তুমিন্না য়েংদুনা লৈরক্লে। অদুদগী হায়র কই, "অসুক কুইরবা তুংদা হায়রক্লিবদু করিগীনো ?"

সীতা।—ব্রা অহ্ খঙহনগদবা ওম্বোক্লা লুই। খঙদবনত্নম হেম্না ফৈ।

শ্রী।—মহ্ খঙত্রবদি নংগা লোইননা ঐ চৎলোই। নংনা হুন-দোকপিরবনিনা, করিগী ঐহাক নংগা লোয়ননা অমুক চৎমিন্নগনি? চৎমিন্নদফমস্থ করিগী থোকই? অদুবু নংনা থৌজানবিদুনা ঐগী থরাইসিতা কনবিনবগী দমক নোংমতং ঐবু লোয়নবিগদবা, মদুগী থৌজান মফংদুদি ঐহাক পামদ্রে। ঐসি নংগী লুহোংদুনা লৌবী হুপীনি, নংগী অরেবা পুন্নমক্নী হক লৈবীনি—ঐহাক নংগী থৌজানতং করিগী কংকম থোকই? হক করিমতা লৈত্রবা মীদুতনবু থৌজান নিবনি। নত্তে ইবুঙো, নং চৎলো, ঐদি চৎলরোই; অমুক কুইবসি নং য়াওদনা অসুম্মক লেল্লক্রবনিনা, ঙসিস্থ অদুমক লেল্লগনি।

সীতা।—লাকও, ব্রারোলদু ঐহাক নঙোন্দা খঙহল্লগে।

শ্রী।—করিনো খঙহনগদৌরিবা? ঐসি নংগী ধর্ম্মগী থোঙলোই ওইরবীনি, ময়াম্মক্নী মাংদা। নংগী অতৈ হুপী অনি থকস্থ লৈরি, অদুবু ঐ নংগী ধর্ম্মগী লৈপুন্নি—লমচৎ চুমদবীস্থ নত্তে, লোনচৎ কায়বীস্থ নত্তে। অদুবু ইরাল লৈতনা লুহোংবা মতুং হুমিৎ থরনিদংগী মতুংদা ঐবু নংনা থাদোকপিরে। কৈদৌহুংদস্থ তাকপিদে, করি ইব্রালদগী থাদোকপিরিবনো হায়বা। ফনা হংজরফাও খঙবা ঙমদে। মতম কুইনা থল্লক্রবনি, নংগী নরালসিগী দমক ঐ থরাই থারগে। নংগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ঐনা তৌহুনা, নংবু পাপুগী কল্লগে হায়বসি। ব্রারোলদু ঐহাক নংগী নফমদগী ঙসি খঙত্রবদি, মফমসিদগী ঐ চৎলরোই।

সীতা। ব্রারোলদু চিংথদনা তল্লগে। অদুবু নং মসিমতংদি

ঐঙোন্দা হান্না রাশকপা তাই—রারোলশিংছু তারগা নং ঐবু থাদোক্তনা চৎলোই হায়না।

শ্রী। ঐনা নংবু থাদোক্কদবা ?

সীতা। রাশকউ থাদোক্লোই হায়না।

শ্রী। কয়ামুক শাথীপ্রবা রা ওইরদনা ? অদুবু তাদ্রিবৈনা হাক্লা করম্বনো রাশক্কদবসিবু ?

সীতা। য়েংউ, সিপাইশিংনা নোংমৈ কাপ্লকপগী মখোল তারক্লে। চেঞরবা মীশিংদস্তু, সিপাইশিংনা কোইতান তান্নরি। তাঞাসিদা চৎহৌরবদি নংবু নগরগী রাংমা তান্না পুহৌবা ঙমগদ্রা খল্লি। অদুগা মিকুপমতং পন্থরবদি, ইবানিমক মাঙবা তাই।

মতু তাবদা শ্রী হৌগত্তনা সীতারামগা চৎমিন্নরক্লে।

---

তরেৎশুবা মতাং

সীতারামদু য়ৈথাই-থিনগাই লৈতনা নগর লাম্থোক্লগা তুরেল মপান্দা থুংলরে। চেল্লকপদা অপনবা কয়া লৈপ্রে। অদুনা অস্থুপ থিন্থথিবনি। হৌজিক অহিং ওইশিল্লক্লে। সীতারামনা থরান-মিচাক মঙান্দা, তুরেল মপালগী লৈঙোইথক্তা ফম্লগা শ্রীবুস্থ মনাক্তা ফম্মবা হায়রক্লে ; শ্রী ফম্লরে। মহাক্না হায়বা হৌরকই, "হৌজিক্তি নংনা তানিংলিবদু তারো। তাদবনদি ফবনি।"

"নংগা ঐগা লুহোংনবা রা লোইনরকপা মতমদা, ঐগী ইপানা নংগী কোষ্ঠি অমুক্তা য়েংগে হায়খিবদু, নং নিংশিংলিব্রা ?

নংগী কোষ্ঠীদি লৈরমদ্রে, অতুনা ঐগী ইপানা নংগা ঐগা লুহোংবসি য়াদ্রে। অতুবু নংসি ওম্মোক্লা ফজরবী নুপীনি হায়তুনা ঐগী ইমানা তক্লতুনা নংগা লুহোংখিবনি। লুহোংলবা থামুক্নী মতুংদা ঐখোইগী য়ুমদা ফাওরবা পাঞ্জি অমথক লাকই। মহাক্লা ঐখোয় পুন্নমক্নী কোষ্ঠী য়েংলে। মহাক্লা হৈরিবা মতৈংদু উবদা ঐগী ইপাদু ওম্মোক্লা অপেনবা অমা পোক্লে। নিপাদু মাঙখ্রবা কোষ্ঠী নৌনা শেম্বা হৈ। ইপানা মাবু নংগী কোষ্ঠী শেম্বিনবা হায়জরে।

"পাঞ্জিদুনা কোষ্ঠী শেম্নগা পুরক্লে। মদু পাদুনা ঐগী ইপাদা তাহল্লে; নুমিত্তদগী হৌনা নংসি থাদোকপদা তাখি।"

শ্রী। করি মরমদগী ?

সীতা। নংগী কোষ্ঠীদা কল্লবা চন্দ্রনা মাগী লৈফমদা হায়বদি কর্কট রাশিদা লৈদুনা শনিনা শরুক কুন্থ। উমদুনা লৈরম্মি।

শ্রী। মদুম তৌরগা করি থোকই ?

সীতা। মদুম তৌবা মীশক্তু, নুপী ওইরগা নুংশিবগী মথরাই মাঙহনবী ওই *। হায়বদি মাগী নুংশিবদুবু হাৎলি। নুপীগীদি "নুংশিবা" হায়রগা মপুরোইববু খঙনৈ। নপুরোইবা হাৎপসি নংগী কোষ্ঠীগী ফলনি হায়দুনা নংবু থাদোকখিবনি।

অসি হায়রগা সীতারাম ঙহাক তুমিন্না লৈপ্রে। অদুদগী অমুক হায়থরকই, "পাঞ্জিদুনা ইপাদা হায়, 'নমোশিবু চৎহনপ্রো, অদুগা

---

* চন্দ্রাগারে থাগ্নিভাবে কুজস্য স্বেচ্ছাবৃত্তিজ্ঞস্য শিল্পে প্রবীণা। বাচাং পত্যঃ সদ্‌গুণা ভার্গবস্য সাধ্বী মন্দস্য প্রিয়প্রাণ হন্ত্রী॥
ইতি জাতকাভরণে।

নচাবু অমমুক লুহোংনবা তৌ। মরমদি, য়েংউ, মুপী ওইবীশিংগি মহৌশানা মপুরোইবতবু মুংশিজবা ওইরবস্থ, মুপীতুনা মুংশিদবা মপুরোইবা ওইরগনা, ফল অসি মপুরোইবদা পান্দতুনা অতৈ মুংশিবা মীশকশিংদা অতুম পানগনি। নিপাগা মুপীগা শক শক উনজরবদি, মপুরোইবতু মুপীগী মুংশিবা মীশক ওইরোই; অতুগা মপুরোইববু মুংশিজরবদি, মানা মপুরোইবা হাৎপা ওইথোক্তবনি। অতুনা নংগী নমৌসিগা নচানিপাগা কৈদৌমুংদা লৈমিন্নদনবা অমদি মুংশিনবা পোক্তনবা অকনবা থৌরম শীনবিয়ু। 'ঐগী ইপানা হায়রিবা ৱাফমসি খাইদগী ফবনি খন্দুনা, মুমিত্তু মক্তদা নংবু নপামদা চৎহনখিবনি। অতুগা ঐঙোম্দস্থ, নংবু লৌশিল্লুদনবা অমদি নংগা লৈমিন্নদনবা কন্না য়াথং পি। মরমসিদগী নহাক মুমিত্তুদগী হোনা ঐহাক্না কায়নবা হায়বতু ওইরবনি।"

শ্রী লেপথৎলক্লে। করিনো অমা হায়গে তৌরকই, সীতারামনা মাবু চিংথতুনা ফমহল্লে, অতুগা হায়রকই, "ঐনা হায়গদবা ৱা লৈরি। ইপা লৈরিবৈদদি—ঐ ইনিং ইথা তম্বা ঙম্নমদে—মানা তৌ হায়বতুতা তৌবদা তারম্মি।"

শ্রী। হৌজিক মহাক নোঙ্গাপ্রে হায়তুনা নং অমুক মাগী ময়াথং ইনবা ওইজরবরা?

সীতা।—ইপাগী য়াথংদি মতম চুপ্পদা ঙাকফম থোকই—মহাক হিংলিবৈদস্থ ঙাকফম থোকই—মহাক নোঙ্গাপ্রবস্থ ঙাকফম থোকই। অতুবু ইপানা ধর্ম্ম-নত্তবা তৌ হায়রব্রবস্থ অতুম্মক ঙাকফম থোকপ্রা? ইপা ইমা অমদি গুরুগী য়াথং ওইতুনস্থ ধর্ম্ম-নত্তবা তৌবা য়াদে—মরমদি ধর্ম্ম-নত্তবা থবক তৌরবদি, ইপা ইমাগী ইপা ইমা ওইরিবা অতুগা গুরুগী গুরু ওইরিবা মহাক্তুগী বিধি থুগাইবা

থোকই। মরাল লৈতনা হকপান্নবী হুপীবু থাদোকপা শাথীরবা অধর্ম্ম'গী থবক্তি—অদুনা ঐহাক টপাগী য়াথং ঙাকপদা অধর্ম্ম' তৌরবনি—মসিগী রারোলসি ঐ থিন্দনমক নঙোন্দা থঙহনগে তৌরম্বনি, অদুবু—

শ্রী অমুক লেপখৎলে। অদুগা হায়রকই, "ঐবু থাদোক-পিরবসু নংনা ঐবু ওন্থোক্লা থৌজানবিরে, ঐগী ইবুংগী মথন্নাই কনবিরে, মসি নংগী হায়ঙমত্রবা গুণনি। ঐ অমুক কৈদৌনুংদা নঙোন্দা ইশকসি উৎলরোই, অদুগা কৈদৌনুংদা নং অমুক ঐগী ইমিংসিসু তাররোই। পাঞ্জিনা হায়গে মখৈ হায়সনু, মপুরোইবা নত্তনা হুপীগী হুংশিবা কনা লৈতে। লৈমিন্নরবসু লৈমিন্নত্রবসু, মপুরোইবতনা হুপীগীদি হুংশিজবা মীশক্তি। নহাক ঐগী লেংত্রবা হুংশিবনি—মসিগী রাসি অমুক লোৎলুবগী কান্নদে। ঐ হৌজিক্কুগী হৌনা নঙোন্দগী যোজন চাম লাপ্না লৈরগনি।"

অসি হায়রগা, শ্রী অমুক হন্না য়েংলম্বা তৌদনা, মফমদুদগী চৎখ্রে। অমম্বা মরক্তা মহাক কদাইদা তিনখ্রবা, সীতারামনা অমুক উবা ফংখিদ্রে।

---

## নিপালশুবা মতাং

অদুবু, রাফমসি ঙসিতা নৌনা সীতারামগী মপুক্সিংদা পোক্লকপরা? নত্তে। ঙরাং শ্রীবু উবদগী পোক্লকপনি। ঙরাংনা ইহান হানবা ওইনা মপুক্সিংদা পোক্লকপরা? মানি, মতমক্তি। সীতারামগা শ্রীগা কয়া হকচিন্নদি শকথঙনখ্রে? লুহোংলবা মতুং

হুমিৎ কয়ানিমুক্তনি শকখঙনখিবা—মহুদি খঙনদবগুম্বনি—শ্রীদি মতম অহুদা য়াম্না তনৌ-তনৌরিবী হুপীমচানি। অহুগী মতুংদা সীতারাম মথং মথং অনিরক লুহোংখ্রে। মৈহুংদা ফুদোংলিবী শনাগুম শংবান্নবী নন্দাবু লুহোংলবদস্ু শ্রীগী রাখল কোকপা ঙমদ্রে—অহুনা মাগী মপানা অমুক উন মপৈ শক্তম্বী লৈরাং থরো শকওইবী রমাগা মচানুপাগা লুহোংবিরে। ঙসি অমনা বসন্তগী নিকুঞ্জ হরাও-তয়াম-হনবী ইমাই চোন্দবী তপ্পবী ইচেল্লি; অতোপ্পা অমনা-ইপানথাগী ইশিং মপৈনা ইনোৎ কারবী ইমাই চোনবী কল্লবী ইচেল্লি। ইচেল অনিসিদা শ্রী তাওথখ্রে। অহুদগীদি শ্রীগী মরা-মপাও অমুক ফংখিদ্রে।

ঐখোই হায়নিংই, অহুম ওইনমক শ্রীবু নিংশিংবদি সীতারামগী তৌফম থোকপনি। অহুবু অসিগুম্বা তৌফম থোকপা কয়া লৈ, কনানস্মু নিংশিংলুদবা। নিংশিংবা য়াবা থৌদোক অমা থোক্তি মখৈ, খক নিংশিংলুদে। হুমিৎ খুদিংগী লুপা ফংবা মীহুনা, কৈদৌঙৈ কদায়দা সিকি অমা মথাই অমা মাঙখিবা, থোইনা পংখন-হল্লুবা লৈতে। মাইকৈ অমদা নন্দা, মাইকৈ অমদনা রমা লৈরবা মীহুনা, কৈদৌদনা মফম-মরাং খঙদবা শ্রীবু নিংশিংলক্কদগে? মাইকৈ অমদা গঙ্গা, মাইকৈ অমদা যমুনা লৈরবা মীহুনবু, করম্বা মতমদা কদাইদা লৈঙোই মরক্তা সরস্বতী কংহুনা মাঙথ্রবা, করম্না নিংশিংবিগদগে? মাইকৈ অমরোমদা লংলবা থরানমিচাক, মাইকৈ অমরোমদনা থা লৈরবা মীহুনবু কৈদৌঙৈ কদাইদা মুৎথ্রবা থাওমৈগী মঙাল নিংশিংবিরক্কদগে? রমানা হুংঙাইবনি, নন্দানা লনগৈনি, শ্রীনা অরাবনি — মাইকৈ অমদা হুংঙাইবা, মাইকৈ

অমদা লল্‌, লৈরবা মীদুনা, অরাববু নিংশিংবিখিগদ্রা ?

অত্থবু হুমিত্তুগী অহিংদা শ্রীগী থাজ-মাল্লবা মাইথোং, তরু-তরু তবা তবা পিরাং ইহৌবা নোল্লবা মিংফম অনি অত্থুনা য়াম্না হুংনাংবা অমা পোকহল্লম্মে। শকতা শুমহৎপা ? ইস, অরাবনি ! ইকাইনিংঙাইইনি ! মত্থতনদি ওইনিংঙাইরা ! অত্থবু মাগী মশক্কে, মাগী অরাবনে অত্থগা সীতারাম মশানা চৎথিবা অরানবনে, অহুম অসিনা তিন্নখিদুনা হুংনাংবা পোকখি। অত্থু অদা ওইদুনসু—মত্থ নিংথিনা জ্ঞান তানা চথবা ঙম্নমগদবনি ; তপ্না ইংথনা, মতম চানা, হৌনবা হৌনদবা ধর্ম্ম-অধর্ম্ম খন্থরগা, গুরু পুরোহিতনচিংবা কৌদুনা অপোকপা মপাগী য়াথং ঙাক্তবগী প্রায়শ্চিত তৌনবা হোৎনরগা, ফরবসু ফত্রবসু মশীনগদবনি।—অত্থবু নোংশা শাদোংবী শক্তমদো ! ওন্থোকপনি—মত্থবু অমুক ওইবা য়াবা থবক্লা !

অত্থবু সীতারামগী মীচং ওইনা রা অসিমসু ঐখোয় হায়ফম থোকই, নোংশা-শাদোংবী শক্তমত্থ নিংশিংবতনা, সীতারামনা হুপী খায়নবগী ধর্ম্ম-কায়বা রাখল্লোমদা লুপ্লুবা নত্তে। হৌখিবা অহিংদা শ্রীবু হেক উবা থুদক্তুমক্তদা, মহাক থনখি, ঐ ইপাগী য়াথং ঙাক্লবা হোৎনবদগী পাপকী থবক তৌরে। মহাক্না রাখল তৌখি, অহানবদা শ্রীগী মবুংবু মথরাই বল্লগা, নন্দা রমাবু মাংজোননা অত্থক মপুক্লিং ফাথরগা, চন্দ্রচূড় ঠাকুরগা থরদং তান্নত্থনা তৌফম থোকপত্থ অত্থম তৌগে। অত্থবু মত্থগী নোংঙাল্লকপগী থোদোক পরেংহুনা খল্লম্বা পুন্নমক্তু মাঙহনখ্রে। নিংবা-কায়রবা হুংশি ইথক্লা লৈভোইগী পল পুন্নমক নমথায়খ্রে। নন্দা, রমা, চন্দ্রচুড়, ওম্নমক লাপ্না থমখ্রো—হৌজিকপু কদায়দনো শ্রী !

খঙহৌদনা অহিংগী অমম্বা মরক্তা শ্রী শকলোংথ্রবদা, সীতারামদু কোকথক্তা বক্ত তাবগা চপ মান্নখ্রে ।

সীতারাম ফুক হৌগত্তুনা, শ্রীনা উমং মনুংদা শকলোংখিবা মাইকৈ অদোমদা, ফিংনা য়াংনা চেল্লক্লে। অদুবু অমম্বা মরক্তুদা মাবু মফম কৈদস্থু উবা ফংদ্রে। উমং মনুংদু তাঙ্কক-তাঙ্কক মম্লি, মফম অমদা উশা ককখিবগী নত্রগনা উ মখল অমগী উশাদু লংনা উবদগী ভৌনা ভৌনা হেক উরকই, সীতারামনা মাইকৈ অদোমদা চেনশিল্লি—অদুবু শ্রীদি থেংনদে। অদুদগীদি শ্রীগী মমিং পন্দুনা সীতারামনা খোঞ্জেল ৱাংনা কোইকৌ কৌবা হৌরক্লে। তুরেল-তে'র্ব্বান নাক্তগী উপালশিংদুদা খোঞ্জেলদুগী খোন্থাং য়ৈরক্লে— পাওথুম্নকপগুম্না তারক্লে। খোঞ্জেলদু তম্না সীতারাম চেল্লি—অমুক শ্রী হায়না কৌই, অতোপ্পা অমরোমদা অমুক খোম্থাং য়ৈরকই —মাইকৈ অদোমদা অমুক সীতারাম চেল্লি—অদুবু কদাই, শ্রীদি মফম কদাইদস্থু লৈরমদে! ওস্থোকপনি শ্রী! ওম্বোকপনি শ্রী! ওস্থোকপনি শ্রী! হায়না হায়না অহিং লোইদুনা নোং ঙানশিল্লক্লে — শ্রীদি থিবা ফংদ্রে।

কদাই, কৌরিবা মহাক্তুবু, ফংবা লৈত্রে। থিরিবা মহাক্তুবু থেংনবা লৈত্রে। ফংলম্লবা মহাক্তু, খৌশাদবনা মাঙখ্রে, থিবা অমুক খঙদ্রে। রত্ন মাঙহনখ্রে, অদুবু মাঙহনখ্রগা অমুক থিবা খঙদ্রিবা করিগীনো? মতম চানা থিরম্মবদি ফংবস্থ ময়াই—হৌজিক থিরুবনদি ফংবা লৈত্রে। থল্লকই, মিৎ উত্রমাল্লে, পৃথিবীসি শুক্না মমথ্রমাল্লে, থিবা হৈত্রমাল্লে। অদুবু করিদি তৌনি,—অমুকস্থ থিথিবা তাই। হন্দক্কী মপোক্তা থিবা ফংথিত্রবদু, মপোকসিমগী থাইদগী খোই-দাজবনি। অমম্বা অহিংনা ঙাম্থোরক্লবা মতমসিদা শ্রীদি, সীতারামগী

থম্মোইদা মুংশিবা খিবিক্তগী থোইনা হেন্না মুংশিবনি, থম্মোইগী মবেন্মনি। শ্রীগী চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা নিংথিরবা শকফম, মাগী থম্মোইমুংগী ইথক ইপোম লক্তা তত্তনা শকউৎলক্লে। শ্রীগী মগুণ হৌজিক মাগী থম্মোইদা মঙান লংনা ফাওরক্লে। উথক্তা ঙানবী মহিষাসুর নমহৎপী কৌজিগী শউমতনা লান্মী লমজিংহুনা লান ঙমখিবী, শ্রী অহুনবু পাম্বে ওইরবদা, সীতারামনা পাঙথোকপা ঙম্মোইদবা করি অমুক লৈ ?

খঙহৌদনা সীতারামগী মপুক্লিংদা আশা অমা পোক্লক্লে। শ্রীগী মবুং গঙ্গারামবু মহাক শ্যামপুরদা চৎলু হায়খি, গঙ্গারাম শোইদনমক শ্যামপুরদা লৈরম্লগনি। থিন্দনা সীতারাম তফিং তফিং শ্যামপুর মাইকৈ পা'লক্লে। শ্যামপুর য়ৌরকপদা উরে, গঙ্গারামনা মাবু ঙাইহুনা লৈরি। হেক উনবমক্তদা সীতারামনা মঙোম্দা হংঙকই, "গঙ্গারাম, নংগী নচল কদায়দা লৈ ?" গঙ্গারামনা ঙক্লহুনা খুম্মকই, "ঐদি কদায়দগী খঙনি!"

সীতারামনা মাইথোং লাংশিন্না হায়রকই, "ওম্থোক্লা চমম্লরে। মহাক মফমসিদা লাক্ত্রা ?"

গঙ্গা। লাক্লে।

সীতা। নং হৌজিকমক মাবু থিবা লাক্লরু। থিবা ফংদনা হল্লকহু। ঐ মফমসিদা ঙাইরমগে। নংনা কোংনা চংবা য়াদবা মফমশিংহুদনা, মী নেকউ। মহুগী চংগদবা শেল-থুম পুম্বা ঐ পিগে।

গঙ্গারামহু চংগদবা শেল পুরগা মচন থিবা চৎল্রে। য়াম্না চেকশিন্না, চয়োল অমা মাবু থিবা লাক্লরে। থিবা ফংদ্রে। নিংবা কায়রহুনা হল্লক্লগা সীতারামগী মফমদা ৱারোল পুম্বা তম্লরে।

---

## মাপলশুবা মতাং

মধুমতী তুরেলগী মপান্দা শ্যামপুর কৌবা খুল লৈ, সীতারামগী মপা-মপুগী লমনি। মফমত্তুদা সীতারাম লাক্লুনা লৈরম্লে। ভূষণাদা কাং-খোং চাইবা থৌদোক থোকখিবত্তু সীতারামনা থোকহনবনি হায়বসি, হায়রুদনবু কান্নদে। ভূষণা নগরদা সীতারামগী মতুংইনবা, ময়াথং ইনবা প্রজা অমদি মরল শিজিন্নবা মীয়াম্মে সীতারামনে মখোই পুন্নমক্লু অহিংদা উনরগা হায়রিবা ফুনা চৈনবগী থবকসি থোক্লবা শীনখ্রিবনি। অদুবু সীতারামনা অসুম্না খল্লম্মি, করিগুম্বা থৎন-চৈনদনা গঙ্গারামবু কনবা ঙম্লবদি, মত্ত অমুক থোকহল্লুবগী কান্নদে। অতুগা থৎনরবস্তু অদুম মফৈ ;—মূসলমানগী ওৎ-নৈবসি শাথীনা কা য়াম্না হেনজিল্লক্লে, থরদং লাকথুহোবনা চুম্মি। চন্দ্রচূড় ঠাকুরগী মপুক্লিংদি হিরমসিদা অমুক্কা হেন্না তশেং তশেংই—মুসলমানশিংগী ওৎ-নৈবসি অসুক্কী মতিক হেনগৎখ্রে, অতাঙবা-মকোক থরদং চৈতুপ্না থোমগাইদ্রবদি য়াররোই। অদুনা সীতারামনা পাম্বা-পামদবা ঙাইবা শুক্তৌ তৌদনা চন্দ্রচূড় তর্কালঙ্কারনা ফূনবত্ত হোইহনখ্রিবনি। অদুবু থবক মপাঙথোক্তা থরদং হেনজিনখ্রে—ফকিরগী মথল্লাই লৌরুবত্ত ওন্থোক্লা শাথীরবা থোদোক্নি, অদুনা সীতারাম অথুকপা অমা পোক্লুনা মতম থরদংগীদমক ভূষণা থাদোকপনা চুম্মি থনখি। তুমিত্তুগী ফুন-চৈনবদা য়াওরুবা মখোয় পুন্নমক্লুসু অরানবা মীশক মখোয় ওইরে খঙজদুনা, অমদি নোংমা নত্রগা নোংমা ফৌজদারনা দণ্ডি পিরবা য়াই হায়না চিংনদুনা, ময়ুম থাদোক্রগা, শ্যামপুরদা সীতারামগী শেগাদা ময়ুম মকৈ শাদুনা লৈরম্লে।

সীতারামগী প্রজা, মতুং ইনবশিং অদুগা মপোৎ-মরল চাবা কাংবুপুম্বা, অরৈ অরৈবা মকমদগী সীতারামনা কোইহল্লুদুনা শ্যামপুরদা লৈহল্লে। অসুম্না পিক্লবা খুদং শ্যামপুর অদু থঙহৌদনা মী ময়াম তাশিল্লদুনা চাওরবা নগর অমা ওনখ্রে।

অদুদগীদি সীতারামনা নগর শেমগৎপরোমদা মপুক্লিং চংলক্লে। মী য়াম্না ত্তিনবা মফমদা, লল্লোনবা মীসু হেক্তমক লাকই ; মরম অসিনা ভূষণা অমসুং অতোপ অতোপ্পা নগরদগী দোকানদার খুৎ-শা হৈবা, খুথাং য়োনবা, মহাজন অসিনচিংবা লল্লোনবা কাংবু লাক্তুনা শ্যামপুরদা লৈররে। সীতারামনসু মখোয়দবু চেকশিন্না লুনা তৌদুনা ফমহল্লে। অসুম তৌনা অনৌবা নগরদু, কৈথেন মচা—অচৌবা, পুকৈ, কোট্, হিথাংফমনা পুমথন থনখ্রে। সীতারামগী মপা-মপুনা তাল্লম্বা লল য়াম্না লৈ হায়বসি মথক্তা হায়খ্রে। মদু চাদ্দিং তৌদুনা মহাক অনৌবা নগরদু নিংথিনা ফজনা শেমগৎলক্লে। প্রজা য়াম্না লৈরকপনা মাগী শেল-থুমসু হান্নদগী হেন্না কারক্লে। হৌজিক অমুকসু ৱা ৱা নিম্নরক্লে, সীতারামনা হিন্দুগী কোন্নুং শেমগৎলে ; মদু তাবদা লৈপাক লৈপাক থুদিংদা মুসলমাননা ওৎপিরবা, নিংথৌগী চৈরাক কিরবা অমদি ধর্ম ঙাক্লবা হিন্দুগী লৈপাক্তা লৈনিংলবা কাংবুশিংদু মপৈ মপৈ লাক্তুনা সীতারামগী শেগাদা চংঙক্তুনা লৈররে। মরম অদুনা সীতারামগী শেল লাক্লবা লম্বী হায়ঙমদনা হেনগৎলক্লে। মহাক্না কোন্নুংগা মান্নরবা ফজরবা মযুম, ৱাং চাওরবা লাইশঙ, মফম অয়াম্বদা সিড়ি চল্লবা পুখ্রি অদুগা পাক্লবা শোরোক ময়াম শেম্নদুনা অনৌবা নগরদু য়াম্না ফজবা অমদি চাওখৎলবা ফীভমদা

পুখৎলে। প্রজাশিংনসু হিন্দুগী লৈপাক লিংখৎনবগী দমক মশা মশানা পামজনা লন-থুম দান ত্তৌনরক্লে। মরল লৈঙ্গদবা কাংবুত্নুনা মপাঙ্গল থাংদোক্তুনা নগর শেম্বা অমসুং নগর ঙাকপদা মত্তেং পাংলক্লে।

সীতারামগী থবক্তা অইনকনবা অত্থুগা প্রজাশিংনা হিন্দুগী লৈপাক শেমগৎনিংবগী অকনবা ইথিল্তুনা মতম থরদংদগী মনুংদা হায়রিবা থবক পুন্নমক্সি পাঙথোক্লক্লে। অত্থুবু মহাক নিংথৌ হায়বা মিংথোলসিদি থক লৌদে; মরমদি, দিল্লীগী বাদশাহনা মাবু নিংথৌ ওইনা হাপ্লক্তুবদি, মহাক মশানা নিংথৌগী মিংথোল হেক লৌরবদা, মুসলমানশিংনা মাবু লালহৌবা মীশক্লি হায়না লৌখিত্নুনা মাঙনবা শোয়দনা শীলকনি হায়বসি, মহাক নিংথিনা খঙই। ঙসি ফাওবা মহাক লালহৌবগী করিগুম্বা থবক অমতা পায়খত্তে। গঙ্গারামবু কনবা মতমদা ফুনা·চৈনবগী ইরাং থোকখিবত্নুনদি, মহাকপু ফোংনা খুৎলাই পায়রবা অমদি ইরাং শেম্বা মীশক্লি হায়না ফৌজদারনা মপুক্লিংদা খনবা ঙমদে। মরম অত্থুনা মাবু লালহৌবনি হায়না লৌনিংঙাই মরম লৈত্তে। মহাক হৌজিক নিংথৌ হায়বা মিংসু লৌদে; অহোইনত্থুম দিল্লীশ্বরবু সম্রাটনি হায়না য়াত্থুনা জমিদার ওইবগী খাজনা হান্নগুম নিংথৌগী লনগৈ য়ৌনবা লাক্লরি, অত্থুগা হিরম খুদিংদা মুসলমানশিংদসু অফবা লমচৎ চৎনবা হোৎনরি; অত্থুগা অনৌবা নগরত্থুগী মমিং "মহম্মদপুর" হায়না থোন্দুনা, হিন্দু অমসুং মুসলমান প্রজাশিংগী মফমদা চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংলি, অত্থুনা মুসলমানশিংনা মাবু মুংশিদনবা করিগুম্বা মরম অমতা লৈত্তে।

অহুমকপু, মাগী প্রজা হেনগৎলকপা, মপাঙ্গল কনখৎলকপা, মঙান চাওরকপা, মিংচৎ ফংলকপা অমস্তুং ইনাক কৈরাক খুল্লকপা, পুন্নমকসি তাবদা ফৌজদার তোরাব খাঁহু মপুক্কিং লৈতারক্তে। মপুক্কিংদা খল্লকই, করিগুম্বা লৌনম-পাবৈ অমতং হেক ফংবদা মহম্মদপুর লুঠ তৌত্তনা সীতারামবু মাঙহনবা তাই। লৌনম-লৌশিংগীবু অরাংপা করি লৈ? তোরাব খাঁনা সীতারামদা য়াথং থারক্রে মহুদি, নংগী লমদা লালহৌবা অমদি ফত্রবা মীচেন কয়ামুক লৈরে, মখোইশিংতবু ফারগা থারকউ। সীতারামনা পাওথুম পিরকই, অরানবা মীশিংহুগী মমিং পিবিরক্রবদি, মহাক্না মখোয়হুবু ফারগা থাজরক্কনি। ফৌজদারনা মীচেন প্রজাশিংগী মমিং পরেং অমা ইহুনা থারক্রে। মহু তাবদা মীচেন প্রজাশিংহু ঙম্নমক মমিং ওম্বোক্তুনা লৈনরে। সীতারামনা কনামতগী মমিংগা পিরকইবশিংহুগা মান্নবা খেংনত্রহুনা, ইহুনা পাও হনব্রে, চেদা ইরকইবা মিংশিংসি কনাগুম্বা প্রজা অমতা কৌবা য়াওদে হায়না।

অস্তুম্না চিনগা চিনগদি মুক্বরক্রে। অমনা অমগী মপুক্কিং অহুম খঙনরে। তোরাব খাঁনা সীতারামবু মমু স্বয়থংনবা লাম্মী লাঙখৎপা হৌরে। সীতারামস্তু মশা কন্নবা, মহম্মদপুরগী মাইকৈ মরিদা য়ৈথাই-থিনগাইবা ভর্ম্মরোইদবা লানবল শাগৎব্রে। প্রজাশিংবু থুংস্তু-থুংলাই অমস্তুং লানগী থৌরম তম্বিরক্রে, অহুগা সুন্দরবনগী লম্বীদা লোন্না থুংলাই খোমজিনবা হৌরক্রে।

হায়রিবা থবকশিং অসি তৌবদা সীতারামনা মতিক চারবা মী অহুমথক্কী মতেং ফংই। মী অহুম অসিগী মতেংদগী অস্তুম্বা লুপ্রবা থবক অসি, অম্বুক খুজিন্না অমদি চংখোম্না পাঙখোকপা

ঙমম্রিবনি। অহানবা পাম্বৈনা চন্দ্রচূড় তর্কালঙ্কার, অনিশুবগী মমিংনা মৃণ্ময়, অহুমশুবনা গঙ্গারাম। বুদ্ধিদনা চন্দ্রচূড় পাঙলদা অমস্মুং খৌনাদা মৃন্ময়, অদুগা খুৎলৈ-খুবদা গঙ্গারাম। গঙ্গারামত্থু সীতারামগী থানজ্রব' তুংইনবা অদুগা থবক তৌবা মী অমা ওইনা মহম্মদপুরদা লৈরে। মতম অসিদা চাঁদ শাহ কৌবা মুসলমান ফকির অমা সীতারামগী সভাদা হেক হেক লাকই। ফকিরত্থু জ্ঞান লৈ, পণ্ডিতনি, য়াম্না চম্মি অদুগা হিন্দু মুসলমান খায়দে। মহাক সীতারামগা ওন্থোক্না চান্নবা মীশক ওইরে। মহাক্না তাকপা তুংইন্না, নবাবপু পেলহন্নবগী দমক, সীতারামনা মাগী কোন্থ'গী মমিং থোনখি "মহম্মদপুর"।

ফকিরত্থু চথোক-চৎশিন তৌদুনা লৈ ; হংলকপা পুম্বা অফবা রাফম তাকই। কনাগুম্বনা খৎন চৈনবা তৌরক্লবস্থু থেমজিন্দুনা নেমহল্লি। মরম অদুনা তাঞ্জা তাঞ্জাদা থোক্লকপা হিরম পুম্নমক নিংথিনা চংথোম্না পাঙথোকপা হৌরকই।

---

তরাশুবা মতাং

সীতারামগী পাম্বৈ মীশক অহুম লৈবগুম, মাগী নিংথিরবা থবকসিগী অচৌবা য়েক্লবা অমস্থু মরৈ। য়েক্লবদি— মাগী লুপী অতোম্বী রমানি।

রমাদি য়াম্না নৌ রিবী লুপীমচানি, ঈশিংনা চামথোক্লবা যাত্তি লৈরাংগুম মপুকচেল থোৎ-নৌই। মঙোন্দদি জগৎতা লৈরিবা ঙম্নমক, খঙ্ঙমজ্রবা অরুবা ওইনা থোকই—পুম্নমক মঙোন্দদি

অকিবা হিরমি। খৎনবসি রমা য়াম্না কি। সীতারামগী মথৌনা মপাঙ্গলবু রমা ওস্থোক্লা কি। মক্ত ওইনা মুসলমন নিংথৌ, মখোয়গা শাওনবা রমা শাথীনা কি। অতুগী মৎক্তা রমা অকিবা মঙ অমসু মঙলুরে। মঙদা উই, মুসলমানশিংনা লাল ঙমখিত্বনা মাগা সীতারামগবু কাত্বনা পংফুঙ্গা ফুই। হৌজিক রমাত্থু অত্থুম্বা মশীং লাকঙমদ্রবা মুসলমানগী য়া পরেং খিগৎলবা কোইয়াম্না য়োমশিল্লবা মাইথোংত্থু অহিং মুংথিল নাইদনা মমিত্তা উত্থুনতা লৈরে। মখোয়গী য়াক্লবা খোল্লাওত্থু অহিং মুংথিল মনাকোংদা ঙংত্থুনতা লৈরে। রমানা সীতারামবু শ্রু শ্রু নৈরক্লে, ফৌজদারগী মখোঙদা কপ্তুনা তুরু—মুসলমাননা থৌজানবিত্থুনা ঙাকপিরক্কনি। সীতারামনা হায়রিবা পুন্নমক্তু না ওইনা তাদ্রে—রমাসু তুম্বা চাবা তৌখিদ্রে। সীতারামনা ফনা তাকই, মহাক মুসলমানগী মফমদা অকায়বা থবক তৌদে—অত্থুবু রমাদি জ্ঞান শুকতা তাদে। ইৎেল থাগী মতৌগুম, অহিং মুংথিল অনিদা রমাগী মিৎলুত্থু পিগী ইচেন কংখিদ্রে। খোইদৌ শাওগৎলত্থুনা সীতারাম রমাগী মনাক্তা পঙচৎ চত্রে। মরম অসিদগী নুপী অহন (শ্রী থারগনা য়াইমা) নন্দাগীদি তরামাথোই কাফমদা বৃহস্পতি তিনবগুম থোকখ্রে।

মত্থু উবদা, নৌরিবী নুপীমচাগী পুকচেন চেল্লিবী রমানা অমুক্তা হেন্না নিংথিনা থঙলে, মুসলমানগা হন্দক খৎনবসিনা, মমৈথংদা মহাক্কী অমাঙবা থোক্লগনি। অত্থুনা রমাত্থু পোত্থাবা লৈতনা সীতারামবু কোইতান তাম্নরক্লে। কপ-লাওত্থুনা, হায়জত্থুনা, খোঙদা তুত্থুনা, মরাইবক শুত্থুনা, খাঙ্ঙমদনা নৈরকপদগী রমানা লৈবা লমদমত্থুদা,

সীতারাম অমুক মিৎচিনা য়েংবা তৌখিত্রে। মতুদদি রমাহু, নন্দাগী মনাক তান্না মহাক্না চৎপা লম্বীতুগী ময়াদা লুমহনা লৈরক্লে; খুদোং চাবা কংলবদি খঙহৌদনা হোৎচিল্লক্তুনা ফাহুনা অতম পুখি; অতুদগীদি—হান্নগী অতুম্না কপ্প-লাওবা, খুত্তা খোঙদা পায়জবা, মরাইবক শুগাইবা—ঙং ঙুং ঙেং ঙেং,—করিগুম্বদা নোংখোঙ ফুইনা চুবা, করিগুম্বদা নোং খাক-খোংবা, করিগুম্বদা শক্জিবুগী নোংহো, করিগুম্বদা মেরাগী নোং মুংশিং। তকশিল্লিবস্তু হান্নগীহু— মুসলমানগী মখোঙদা চংহুনা কপ্পু নত্রবদি শাথীরবা অৱাবনি তাগদৌরিবা! সীতারাম মখোয়দো ত্রি ত্রি পাথৎলে।

অতুগী তুংদা রমানা,—মহম্মদপুরদি ভূষণাদগী হেন্না মী কুঙলবা কোম্নুং ওইরক্লে, মাগী লানবল, চেকপল, থাঙ্গপাৎ, মতুগী মথক্তনা টোপ পরেং লেংলিবা, খুৎলাইশঙদনা নোংমৈ-টোপকী মরূ ময়ামগা নোংমৈ-টোপনচিংবা খুৎলাই মপৈ পৈরিবা, শঙ্গু শঙ্গু সিপাইশিংগী কাওয়াজ তৌরিবা—পুম্নমকসি উরকপদা থরাইগা কোম্ননা হকচাংস্তু শোকখিবনা ফমুংদা য়াত্তাবা হায়বহু ওইখ্রে। পুজা আহ্নিক তৌনবা অমুক্তং ফমুংদগী হোৎলকপা মতমদা রমানা, মানা লাচ্চরিবা লাইতুগী মফমদা নিতিগী খুৎ লোম্নহুনা নিজে—"হে ঠাকুর! মহম্মদপুরসি উৎ ওইনা তুন্নসন্থু— ঐখোয় অমুক মুসলমানগী মনাই ওইদুনা য়ৈখাই-থিনগাই লৈতনা পানজরগে। শাথীনা খুদোংথিবসিদগী ঐখোয়বু কনবিয়ু।" সীতারামগা উনবা মতমদস্তু, মহাক্কী মমাংমক্তদা রমানা, ঈশ্বরগী মফমদা হায়রিবসিমকনি।

হায়রুহুনবু কান্নদে, রমাগী অস্তুম্বা খোয়দৌ শাওগৎহনবা

শাজৎসিনা, সীতারামগী মফমদা মহাক মিৎ-নাবা মীশক হায়বন্থ ওইরে। মতমন্থদা সীতারামনা মথন্তা শোঙরকই, "ওম্মোক্লপনি! মতম অসিদা শ্রীনা ইত্তেং অত্থক পাঙলরবদিকো!" শ্রীগী রাখল মহাক্তী থম্মোইদা অহিং নুংথিল তন্তনা ফাওরক্লে। শ্রীগী নিংশিং-লাইয়ুমথক্তা তারিবা মুত্তিন্থগী মনাক্তা নন্দাসু উদে, রমাসু উদে। অন্থবু মপুক্লিংগী রাহু খণ্ডরবদি, রমা অমদি নন্দানা মথরাই শোকথিবা য়াই খন্দুনা সীতারামনা কৈদৌনুংদা শ্রীগী মমিং মচিন্দা পন্দে। অন্থবু রমানা ওৎ-নৈবন্থদা খাঙবা ঙম্মক্তন্থনা নোংমদি মানা হায়রকই, "অরাবনি! শ্রীবু হুন্দোক্লগা রমাবু করিগী লৌরুবা!"

রমানা মপি তৈথোক্লগা হায়রকই, "অন্থগা শ্রীবু লৌশিন্দ্রিবা করিগীনো? কনানা থিংবা য়াওরবগে?"

সীতারামনা নুংশাস্বর মপী শাংনা হোল্লগা হায়রকই, "শ্রীবু কদাইদনো হৌজিক ফংগদবা!" রাঙাংন্থ রমাগী থম্মোইদা য়ূথ্রে। রমাগী মরাল কনা লৈরবসু, মন্থগী মরু থিকরবদি মচা-মরাবু য়'ম্না নুংশিজরুবদগীনি। মখোযগী করিগুম্বা অরাবা তারগদ্রা হাযবা রাখন্তনা, মহাক অসুক লাংতক্লবনি। সীতারামসু মন্থ খঙদবদি নত্তে। খঙলবসু রমাবু হরাও হরাওনা লোয়নবদি মহাক ঙমদ্রে— ওম্মোক্লা ঙ্‌ং ঙ্‌ং ঙংথ্রে—থবক্তা য়াম্না য়ৈথাইথ্রে—ওম্মোক্লা অরাবা পিথ্রে। হুপী-নিপা অমগা অমগা নুংশিনরগা য়ুম্বানবগী হেক নুংঙাইবা নত্তে, লোনচৎ মান্নবা—পুকচেল-থোইজেল তিন্নবা—অসিত্তনা য়ুম্বানবগী নুংঙাইবনি। রমানা খঞ্জে, ইরাল লৈত্তনা ঐবু ইপুরোইবনা নুংশিবিদবনি। সীতারামনা খল্লি, "গুরুদেব! রমাগী নুংশিবদগী ঐবু কনবিয়ু।"

রমাগী মরাঞদগী, সীতারামগী থম্মোইহুংদা লৈবা মুত্তিহু নোংমা নোংমগী অস্তুম লংথৎলকপা, ইথিন কনথৎলকপা হৌরক্লে। সীতা-রামনা মপূক্লিংদা লেপথি, লৈপাক শেমগৎপা নত্তনা অতৈ করিগুম্বা অমত্তা মহাক থনবা তৌগ্ররোই—অদুবু হৌজিক্তি শ্রী চংঙক্লনা মথং মথং অস্তুম সিংহাসন্দুগী তংথাই অমা কনশিনগ্রে। সীতারামনা থল্লকই, ঐনা শ্রীগী মফমদা তৌথিবা পাপ অদুগী দণ্ড, রমাগী মফমদগী ফংলরিবনি। মসিগী তোঙানবা প্রায়শ্চিত্ত তৌবা তাই।

অদুবু মন্দিরসিদা মুত্তিসি লিংথৎপদা রমা মথন্তনা দায়ীরা, মহাদি নত্তে। নন্দাস্তু মতেং পাংই, অদুবু মওংদি অতোপ্পা অমদনি। মুসলমানগী রাফমদা নন্দাদি করিমত্তা অকিবা পোক্তে। সীতা-রামনা ঙমগনি হোৎনরিবনিনা, মদুগী মরমদা নন্দানা রা কাঙথোক্লু-বগী কান্নবা লৈতে। নন্দানা থল্লি, রাফমসিগী অ-ফ ফত্ত থনগদবদি ঐগী ইপুরোইবনি—মহাক্না অফবনি থল্লবদা ঐনা অমুক রাক্লনিংঙাই করি লৈ? অদুনা নন্দাতু রাখল্লদোমদা করিমত্তা থল্লুবা তৌদনা, মপুক্লিং চপ য়ুংনা মপুরোইবগী সেবা তৌরক্লে। মমাংগুম হুংশিবা, মচাহুপীগুম ভক্তি লৈব, মীনাইহুপীগুম সেবা তৌবা পুম্নমকসি সীতারামনা নন্দাগী মফমদগী ফংই। অদুবু ধর্ম্মগী খোঙলোই-ওইবগীদি কদাই? মহাক্কী রাংলবা আশাদা আশা-পীবী, থম্মোইগী অনিংবদা শরুক য়াবী, অরুবা থবক্তা তেংবাংবী, অরুবদা রা তাম্নফম ওইবী, অরাবদা থৌনা হাপ্পী, মায়পাকপদা হুংঙাইবা পোকহনবী, অদুগুম্বী অদুদি কদাই? বৈকুণ্ঠদদি লক্ষ্মী ফে, অদুবু লাম্ফমদাদি নোংশা খোঙনেৎনবী কদাই? অদুনা নন্দাগী হুংশিবদুনা, সীতারামগী খোঙথাং থুদিং শ্রীবু নিংশিংলক্লে, খোঙথাং থুদিং

কঙাওনরবা লাম্নী শিং থৌজিনখিবী অদুবু নিংশিংলক্লে। "হাংলু! হাংলু! য়েক্লবা হাংলু! লৈপাক্নী য়েক্লবনি, হিন্দুনী য়েক্লবনি, ঐনী য়েক্লবনি, হাংলু!"—হায়খিবা রারোলশিংদু নিংশিংলক্লে। অদুনা সীতারামনা মপুক্লিংদা, অদুনী গুণ চেল্লবী নোংশা-খোঙনেং-নবী মূর্ত্তিদুবু পূজা তৌবা হৌরক্লে।

হুংশিবা করিনো, মদু ঐ খঙদে। উরে, অদুগা লুপ্ত, লুপ্লে, অদুবু থরাইন য়ানিংবদি পোক্কে, কদাই, অসুক চাকপা মৈচাক্তি সংসারদা তাতৈ অমা থেংনদে। হুংশিবগী রারোল লাইরিক্তদি কয়া পারে হায়রবু, সংসারদদি "খোইদাবা" চান্নবা নত্তনা হুংশিব-গুম্বা পোৎশক্তি করিগুম্বা অমতা উবা ফংদে; অদুনা মদুগী মশক মতৌ নিংথিনা তাকপা ঙমদ্রে। লাইরিক্তা ময়েক লানা ইরিবা হুংশিবা হায়বদু, মালং-ফুরাগুম করিগুম্বা পোৎশক অমা ওইরম্বা য়াই, পাখং লৈশাবীশিংগী মথক্লাই পেম্নবা অদুক কবিশিংনা শেল্লম্বা ওইবা তাই। অদুবু রাফম অমদি য়াদবা য়াদে। সংসারদা অসুক লুনা তৌনরিবা, খোইদাবা অমদি চান্নবা হায়বসি লিরবা-শিংতনা ফংনিংঙাইনি, অনৌবদদি মসি পোক্কে। মাগা লোইননা মতম শাংনা লেনমিন্নরক্লবা, থুদোংথিবদা, য়াইফবদা, হুংঙাইবদা, অন্নাবদা মাগী মগুণ খঙলবা, অন্না-হুংঙাই লিপুন্না মাগা পুনমিন্নরক্লবা, অদুগুম্বা মীশক্তুদদা খোইদাবা অমদি চান্নবা হায়বসি পোক্লকই। অদুগা অনৌবনা, অতোপ্পা পোৎশক অমা ফংনৈ। অনৌবনি হায়দুনা মাবু লুনা তৌনবা অমা লৈ। অদু নত্তবা অতৈস্সু মরৈ। মাগী মগুণদি খঙদ্রি, অদুবু থুদম উরগা ভাবনা শাবদি মঙম্মি। চাং য়েংলবদুদি ঙমখৈ লেপ্পবনি; চাং য়েংদ্রিবা ভাবতনা শারিবা

অহুগুম্বগীদি ওমথৈ লেপ্পা লেপ্তবা পূক্লিংগী ফীভম ভুং-ইল্লি। অহুনা অনৌবগী গুণদি অয়াম্বা মতমদা পংথৈ নাইদবগুম উই। মরম অসিদগী অনৌবা অহুগী দমক অপাম্বসি লাকওম ফাওম্মক্তে। মহুবু মুংশিবনি হায়রবা, অহু ওইরবদি সংসারদা মুংশিবা নৈ। মহুম্বা মুংশিবহুদি য়াম্নমক কঙাওঃহল্লি। অনৌবতনা মহু ফংনিং-ঙাইনি। মহুগী লিচিংদা অরিবহু মতম অয়াম্বদা তাওথখি। শ্রীদি সীতারামগী মফমদা অনৌবনি। শ্রীগী মফমদা অহুম্বা কঙাওনবা মুংশিবহুনা সীতারামগী থম্মোইবু খোনৱে। মহুগী ইচেম্দা নম্দা রমা তাওথৱে।

ওম্মোকপনি অনৌবা! নহাক অসিবু ফজরবমক্লা? নত্রগা, অরিবা অহুনা ফজরিব্রা? অহুবু হে অনৌবা। নংদি ওমথৈ নাইদবগী শরুক অমনি। ওমথৈ নাইদবগী পিকথ্রবা মচেৎ অমতনি ঐথোইনা খঙলিবা। মচেৎ অহুতনি ঐথোইগী ইফমদা লিরিবা; ওমথৈ নাইদবগী অতৈ পুম্নমক্তি ঐথোইগী ইফমদা অনৌবনি। ওমথৈ নাইদবগী খঙবা ওমত্রিবহুম্মু ওমথৈ নাইত্রবনি। অনৌবা, নহাক্তি ওমথৈ-নাইদবগী শরুক্তি। অহুনা নংসি অস্থুক কঙাওনফম ওইরি-বনি। শ্রী, ওসিদি সীতারামগী মফমদা—ওমথৈ নাইবদগী শরুক্তি।

অরাবনি! নং ঐগী অনৌবা হায়বহু ফংলরোইত্রা? নং ঐগী শ্রী থেংনররোইত্রা? অরিবা পুম্নমক থাদোক্তুনা চৎপা মুমিত্তুদা, অনৌবা পুম্নমক থেংনগনি, ওমথৈ নাইদবগী মমাংদা মাইয়োক্লনা লেপ্পগনি। মিৎ উইশিল্লগা শ্রী থেংনগনি। মতমহু য়ৌত্রিফাও লাও, ঐথোই থম্মোই ফাজিন্দুনা হরি নাম শোনসি। হরিনামনা ওমথৈ নাইদবা ফংবনি।

---

## তরামাথোইশুবা মতাং

"মসিনিকো বৈতরণী! লাম্বোক্লবদি মৈচাকপুম্বা কোকই হায়রৈ! ঐগী মৈচাকসি কোকথিগদ্রা?"

ইচেল কল্লবী বৈতরণীগী তোর্ব্বান্দা লেপ্লদুনা শ্রী মথস্তা রাখল অসি তৌরকই। মতুংলোমদা য়াম্না থাপ্না অমুক নোংগী মতৌগুম নীলগিরিগী * চিংদোন ময়ামদু উরি; মমাংদা শংবান্নবা ইশিংনা চোল্লবী থেক খোয়রবী তুরেম্না লুপা মচুগী নুংগুম্নবা পাক্লা শনগ্রবা লৈঙোই মরক্তা তোরৈ থেক্লা চেল্লি; রাংমদা অমুবা-নুংনা-চল্লবা থাক পরেংগী মথক্তা সপ্ত—মাতৃকাগী মণ্ডপনা লৈতেংলি; মদুগী মমুংদা লৈরিবী সপ্ত– মাতৃকাগী নুংগী মুর্ত্তিদুস্নু হাইফেৎ হাইফেৎ উরি; রাণীগী ফজবতনা পূল্লবী ইন্দ্রানী, চেংলৌ-নিংথিবী বৈষ্ণবী, কৌমারী, ব্রহ্মাণী, তশেংবী অকি-শক্রোন-শক্তম্বী যমগী মচান্নপী ছায়া. লৈতেং কয়ানা নিংথিরবা ফৈবোম খোঙ-খুৎ থবাক্তা থোনবী, মোইবুং ওংদাগী ঙক্তা রত্ন পরেং শিবী, পুকচোনবী, লংলবা অপাবা ফীজোন থোনবী বরাহ শক্তম পানবী বারাহী, কংলবা শরু উনশাতা ঙাইবী পোকহৌবী, ফীজোন পক্তবী মী মকোক শিবী অকিবা শকওইবী চামুণ্ডা,—লৈ, চন্দন, হৈথাগোক মনা মপৈ মপৈ য়োম্নদুনা ঙাম্বোইরি। অদুগী মনিংদা বিষ্ণুমণ্ডপকী রাংলবা মতোম্না অশংবা আতিয়াদা

---

* বালেশ্বর জেলাগী অব্রাংথংবা শরুক্তা লৈবা চিং থরবু নীলগিরি কৌই। মদুগী করি করিগুম্বা মফমদু বৈতরণী মপান্দগী উবা ফংই।

লৈতেংলি ; মচুগী মথংদা অশংবা নুংগী রাংলবা য়ুম্বী মতোন্দা আতিয়া মকোইদা খগপতি গরুড় লৈরি। * য়াম্না থাপ্না উদয়গিরি অমসুং ললিতগিরিগী চাওরবা শংলবা মঙক্না আতিয়া চিদাই পল্লা য়াহিপ্নি। * * পুন্নমক অসি শ্রীনা কোইয়েং য়েংলকই ; অদুগা হায়রকই, "ওম্মোকপনি ! মসিনিকো বৈতরণী ! লাম্মোক্লগা ঐগী মৈচাকসি কোকখিগদ্রা ?"

"মসিদি হায়রিবা বৈতরণী অদু নত্তে—

যমগী থোঙজিন্দনি কল্লবা মৈশা লাংবী বৈতরণী তুরেলদি—

হান্না যমগী থোঙজিন য়োথো—অদুগা বৈতরণীদু উগনি।"

তুংলোমদগী কনাগুম্বা অমনা শ্রীগী রাদুগী অসুম্না পাওখুম পিরকই। শ্রীনা লৈদুনা য়েংঙকই, সন্ন্যাসিনী অমনি।

শ্রীনা হায়রকই, "অঙকপনি ! সন্ন্যাসিনী অদো ! অদুদি, ইমা, যমগী থোঙজিন্দা লৈবা বৈতরণী অদু মাইকৈ সোমদরা নত্রগা রাংম-অসোমদরা ?"

সন্ন্যাসিনীদু নোক্লক্লে ; হায়রকই, "বৈতরণী লাল্লগা যমপুর য়োগদবনি। করিগীনো ইমা, অসুম্বা রাসি হংলিবা ? নহাক মাইকৈসোমদা অসুম্মক যমগী মৈচাক ফংলবরা ?"

শ্রী। মৈচাক্তি মাইকৈ অনিমক্তা অদুম লৈমাল্লে।

সন্ন্যাসিনী। নত্তে, ইমা, মৈচাক পুম্বদি মাইকৈসোমদনি।

---

* হায়রিবা গরুড়স্তম্ভসি য়েংবদা অঙকপা মতৌনি।

* * পুরুষোত্তম চৎনবা হৌজিক লৈরিবা লম্বী অচৌবসিগী ওইথংবদা চিংশিং অসি লৈ। মনাক্তদি নত্তে।

য়াংম অসোমদা মৈচাক্নী য়া তারিবত্থুদি, ঐখোইনা মাইকৈসোমদগী লোয়নত্থনা পুথিবনি। ঐখোয়না মপোকসিদা পৈশিনখিবা পাপময়ামত্থু ময়োম ওইনা য়োমশিল্লগা, বৈতরণীগী হিরানবা মীত্থুগী ছিদা হাপচিন্দুনা, মমল তিংদনা লাম্বোক্ত্নুনা চৎলি। অত্থুদগী যমালয় য়োরগা ময়োমত্থু হাংদোক্ত্নুনা, তপ্পা ইংনা মত্থুগী মহৈত্থু ইশা ইশানা চাজে।

শ্রী। অত্থুদি, ইমা, পোৎলুমত্থু মাইকৈসোমদা অশুম্বক থনম্নবা উপায়দি লৈত্রা? লৈর্বদি ঐঙোন্দা তাকপিয়ু, ঐহাক থিন্দনা মত্থু য়েনখোক্নম্নগা ঙম্লিঙৈদা লাম্বোকহোনবা তৌজরগে, অমুক থেংথরুবগী কারকম লৈগনি নিংত্রে—

সন্ন্যাসিনী। অত্থুক তফিং তফিং করিগীনো ইমা? হৌজিক্তমক নহাক্নীদি অয়ুক ওইরি।

শ্রী। হুমিং চায়শিল্লরুবদি অকনবা হুংশিং শিংলক্নগনি।

সন্ন্যাসিনীত্থু হৌজিকফাও নোং-হুংশিং লাকপগী মতম ওইত্রি—চহিত্থু ফনা নৌরি। অত্থুনা শ্রীনা অশুম্বা য়াঙাং ঙাংবা ঙম্বনি। সন্ন্যাসিনীত্থুসু মওং অত্থম্না পাওথুম পিরকই, "নোং-হুংশিং কিরিবা ইমা। করিগীনো, নহাক্নীবু হৈ-শিংবা হিরোয় লৈত্রনে?"

শ্রী। হৈ-শিংবা হিরোয় লৈ, অত্থবু মাগী হিদদি তোংত্রে। করিগী মাগী হিত্থু লুমহল্লুদোরিবনো?

সন্ন্যাসিনী। অত্থনা অশুম কোইথি থিরক্ত্নুনা বৈতরণী মপান্দা কল্লরিবা?

শ্রী। অমুক্না হেম্না হৈ-শিংবা হিয়োয় থিরক্লিবনি। ঐহাক তায়, শ্রীক্ষেত্রদা ঙাম্বোইরিবা মহাক্ত্নুনি, য়াংম-লানবিনবা হিনাও-শাবদি।

সন্ন্যাসিনী। ঐস্থ হিনাও-শাবহ্ থিবা চৎলিবনি। চৎসিদনা ঐখোয় অনি পুম্নপ্না। অদুবু নহাক ঙসি নথম্তা ঙাইরিবা করিগীনো? নহাক নোংমা সুবর্ণরেখাগী তোর্ব্বান্দা নংবু উবা মতমদুদদি, ননাক্তা মী য়াম্না লোয়নৈ- ঙসিদি নথম্তা করিগীনো?

শ্রী। ঐগী কনামতা লৈত্রে। হায়বদি ঐগী য়াম্নদি লৈ, অদুবু ইশানা পাম্না পুম্নমক থাদোক্লবনি। ঐ লমদুদা চৎপা কাংবু অমগা তিন্নদুনা শ্রীক্ষেত্র মাইকৈ তম্লৄরবনি, অদুবু ঐখোয়গা লোয়নরিবা লমজিংবা (পাণ্ডা) অদুনা ঐঙোন্দা থরা থৌজানবিবগী মিৎয়েং য়েংলকপগুম উরে। থরদং হৌনদবা লোনচৎ চৎলক্কত্রা চিংনদুনা ঙরাং অহিং কাংবুদগী থাযথদুনা লৈহৌরবনি।

সন্ন্যাসিনী। হৌজিক্তি কমদোবা?

শ্রী। হৌজিক বৈতরণী মপান যৌরকপসিদা থম্লিবনি, অনিরক লা-ল্লুদগী কান্নদে। অমুক্তং ল-নবনা হেন্না ৈফ। ইশিংস্থ মরাং-কায়না লৈ।

সন্ন্যাসিনী। ব্রাফমদু অদু ওইবগনা, নং ঐ চংদুনা হুমিৎ নিনি অদুক মথন্নখিসি। অদুদগী থন্নবদা তারকপদু অদুম্মক তৌ। বৈতরণীদি নংবু কিবদগী চেনবমক্তি চেনথিরোইদনা! করি হায়বগে, ঐগা লোয়ননা চৎলসিদনা?

শ্রীগী মপুক্লিং ওল্লক্লে। শ্রী দি পৈশা অমফাও পক্তে। চৎমিন্নবা কাংবুত্ত থাদোক্লুনা লাকপদগী করিমতা চাব-থকপা তৌত্রি; শ্রীনা উই, ভিক্ষা অমদি শিবা, অনিসি নত্তনা অতৈ উপায় লৈত্রে। সন্ন্যাসিনী অসিগা লোয়নরবদি উপায় অমা লৈবা মম্নাই থম্লি, অদুবু মতদস্থ চিংনবা অমা পোক্লক্লে। মানা হংলকই, "ব্রা অমতা হংগে ইমা? নং কয়ম্না হিংনবা হোৎনৈ?"

সন্ন্যাসিনী। ভিক্ষা তৌহ্নবা।

শ্রী। মতুমা ঐ ওম্মোই—বৈতরণীনা মহুদগী হেন্না কোম্না থোকই।

সন্ন্যাসিনী। মহু নংনা তৌগদবা নত্তে—ঐনা নংগীসু য়াওনা ভিক্ষা তৌগনি।

শ্রী। ইবেম্মা, নংগী চহি মতাংসিদা—নংদি ঐভোন্দগী হেন্না নোবা নত্তনা লিবদি ওইরোই। নংগী অমুম্বা ফজরবা নশকসিনা—

সন্ন্যাসিনীহ্ন ওম্বোক্না ফজৈ—শ্রীদগীবু হেন্না ফজনা উই। অহুবু শকতু লোৎনবা চংথোম্না উৎ তৈশিল্লি। মতুনা ফবদি লায়রহ্নবা ফত্তনবগুম থোক্লে—শেংদোক্লবা চেবোন মমুংদা ভানবা মৈভালগুম শকী মৈরিহ্ন হেন্নহুম লংখৎহল্লে।

শ্রীগী রাহুগী পাওথুম ওইনা সন্ন্যাসিনীনা খুম্মকই, "ঐথোইদি ইরাং পক্তবনি, সংসার থাদোক্লবনি, করিগুম্বা হিরমদা ঐথোই অকিবা পোক্তে। ধর্ম্মনা ঐশোয়বু কনবি ।"

শ্রী। ফরে মহুসু মওইরো। নংদি সন্ন্যাসিনী ওইরবনা অকিবা লৈত্রে। অহুবু ঐদি হৈখাগোক মনাদা পকপা তীলগুম্বনি, নংগা করম্না কোইচৎ চৎমিন্নগদগে ? নংনসু করি হায়না মী অতৈদা তীনসিগী মশক তাক্কনি ? হায়গন্রা, অমুম পাইজরকপদগী ইশাদা তোংলবনি ?

সন্ন্যাসিনী অহু নোক্লক্লে—ফজরবা চিনবান্দা নিংথি-মোমোন তৌরকপহ্ন নোংথাং মঙাল য়ৈরবা নোং-কুপ্লবা—আতিয়াগুম, উৎনা থুমজিল্লবা নিংথি-শক্কমহুগী মঙান শন্দোরক্লে।

সন্ন্যাসিনীনা হায়রকই, "নংসু ইবেম্মা, কৈদৌই ফীজোনসি শেৎলুদনা ?"

শ্রী কোকচাওবী কাপ্রে,—হায়রকই, "করি য়ানো? ঐনবু সন্ন্যাসিনী করম্না ওইদোরিবা ?"

সন্ন্যাসিনী। নংবু মহু ওইরো হায়বা য়া নত্তে। নং পুম্নমক থাদোক্লবীনি হায়রে, অদুনা নংগী থম্মোইহুংদা করিগুম্বা পাপ পক্ত বদি, মহু ওইবদা করি দোষ লৈরিবগে ? অদুবু হৌজিক য়াহু তোক্লো—ঐহাক মহু হায়বা নত্তে। মতমসিদা নহাক ফীজোনসি অরোনবা-ফীজেৎ ওইনা অদুক শিজিন্নো—মসিদা করি অকায়বা লৈ ?

শ্রী। লু কোক্লগদবা ? ঐদি ইপুরোইবা লৈরিবীনি।

সন্ন্যাসিনী। ঐহাক শম কোক্কে, উরেদনা ?

শ্রী। জাটা পুব্রা অদুদে ?

সন্ন্যাসিনী। মহুস্মু পুদে। অদুদা শমশিং অসি কৈদৌহুংদা থাও তৈদে, উৎ তৈশিল্লি, অদুনা জাটাদি হাইফেৎ তা-শিনবনি।

শ্রী। শমশিংহু মরৈ মবৈ তাশিল্লগা মতোক ফন্দুনা লৈবহু উবদা, ঐহাক থাও তৈরগা হাত্তোক্কুনা পুনশিন্নিংবনা লোইরে।

সন্ন্যা। হয়েংমুক্কী মপোক্তা তারে,—করিগুম্বা মীওইনা পোকচবা ফংলবদি। অদুবু নংবু হৌজিক সন্ন্যাসিনী ওইনা শেমজিন শাজিল্লো হায়রিব্রা ?

শ্রী। শমদা উৎ তৈশিল্লগবু শাবা হেক য়াগদ্রনে ?

সন্ন্যা। য়ারোই—গেরু শঙবা ফী, রুদ্রাক্ষ, উৎ, লোইনম ক ঐগী অঙাংবা ঝুলিসিদা য়াওরি। লোইনমক লাম্থোরক্কে।

শ্রীহু ভহাক নিংজিং-মাংজিংনরুরগা য়ারে। অদুদগীদি চিক্লবা উখা অমদা ফম্নহুনা নিংথিরবী সন্ন্যাসিনী অদুনা শ্রীবু নিংথিরবী

সন্ন্যাসিনী অমা ওইনা শেম-শাবিরে। শময়াম অত্থু উৎ তৈশিনবিরে, মশাদা গেরু শঙবা ফী শেৎচিলহল্লে, ওক্তা পাম্মোমদা রুদ্রাক্ষ শিজিনবিরে. হকচাং শীন্না উৎ তৈশিনবিরে, অত্থুদগী পুক্নিং সুংঙাইবগা লোইননা শ্রীগী মরাইবক্তা চন্দনগী বিন্দু অমা নম্লে। মতুংদা তাইবং জয় তোগে নিংলবা মথমমথগী মতৌগুম মবানিথু খোঙশাল্লক্তুনা, বৈতরণী লাম্মোক্লগা, হুমিত্তু লাইশঙ অমগী মী-খুংকমদা অহিং লেল্লে।

---

## তরানিথোইশুবা মতাং

মথংগী নোংঙাল্লকপদা হৌগত্তুনা, খরস্রোতাগী * ঈশিংদা হৌনবী স্নানাহ্নিকনচিংবা লোইথোক্লগা, শ্রীগা সন্ন্যাসিনীগা, উৎ রুদ্রাক্ষনচিংবনা লৈতেংলত্থুনা অমুক হন্না "কোয়না পাইবী" মৈরি অনিগুম শ্রীক্ষেত্রগী লম্বী ঙাললহন্দুনা চৎলক্লে। মফম অত্থুদা লৈবা মীশিংহুদি হুমিৎচুপ্পা মথল মথেল কয়াগী যাত্রী চৎথোক চৎশিন তৌবা উরবনি, করিগুম্বা মথলগী যাত্রী অমতবু মথোই ঙকপা তৌরুদে, অত্থুবু ঙসিদি মথোই অনিবু উবদা মথোইহু ফাওবা অঙকপা অমা পোকপ্রে। কমানা হায়রকই, "কনাগুম্বী লাইরেম্বীকা মালেমথকসিদা লাক্লবরা?" কনা অমনা হায়রকই, "শোইদনা লাই-নিংঙোল ওইরম্বা তাই।" কনা অমনা চংঙক্তুনা খুরুম্নরে; কনানা লন-থুম পিনবা বর নিরক্লে। পণ্ডিত অমথক্লা মথোইশিংহুবু

* তুরেলগী মমিংনি।

থাম্লহনা হায়রকই, "রা-লাং পংভাং ভাংউম্ব ; মখোইসি রুক্মিণী সত্যভামা মশামক্না মবুঙো থুরুম্বা চৎলিমাল্লে নিংই।" অতৈ অমনা খল্লকই, রুক্মিণী সত্যভামাদি শ্রীক্ষেত্রদা অহম্মক লৈ, মখোইহনা লাক্লিংভাই লৈতে ; অহনদি শোইদনা মখোইসি শ্রীরাধিকাগা চন্দ্রাবলীগা ওইরমগনি, গোপ-নিংঙোল ওইবহনা মখোঙনা লাক্লিবনি। রাকমসোমদা লেপ্পরবদা, চিনগনবী মুপী অমনা হায়রকই, "চৎলো! চৎলো! কদাইদগীনো! মসিদি ভৌউড়িনি, * নখোইনা খঙদহনা পংহায় হায়রিবনি।

অসোমদা শ্রীরাধিকাগা চন্দ্রাবলীগদি তুমিন তুমিন রারি ভোরহনা চৎলি। সন্ন্যাসিনীদি মায়া পক্ত বী কোইচৎ চত্তনা লৈবীনি, মতম শাংনা মাগীনি হায়বা কনামতা লৈরক্ত্রবীনি ; ঙসিদি লেঙ্গা ওইবী কোইচৎ-চৎপী অমা থেংনবহুদা মথরাইহ্ থরা মুংঙাইজরে। হৌজিকক্বাও মাগী পুন্সি ইচেলদি করিমতা কংদ্রি। অমরোমদা শ্রীগীদি কংথ্রে ; মরমদি, শ্রীদি অরাবা হায়বত্র মশক খঙলে, সন্ন্যাসী-বৈরাগীদি অরাবা থক লৈতে। রারি শারিবহুগী মম্মুংদা রারোল অমা অনিদংদি অহুক পাবিরিবশিংদা তাহনবা চুম্মি।

সন্ন্যাসিনী। নংনা হায়, নংগী নপুরোইবা লৈ। মহাক নংগা লোইননা য়ুমপানবস্ম পাম্মি। অহুবু নংনা য়ুম থাদোক্লক্লিবসি করিগীনো হায়বহু ঐ হংবা নত্তে। মরমদি, নংগী ইমুং মম্মুংগী রা ঐনা খঙউহনা কৈদৌনদগে? অহুব মসিমতংদি অহুক মহংনিংই, করিগুম্বদা নহাক য়ুমদা হম্লিংবগী রাথলদি লৈব্রা?

---

* সুভদ্রা।

শ্রী। নহাক খুবাক মন্ত্রি য়েংবা হৈব্রা ?

সন্ন্যা। হৈতে। খুবাক-মন্ত্রি য়েংলগা মহু খঙউ হায়রিব্রা ?

শ্রী। হায়দে। মহু হৈরবদি ঐ নঙোন্দা খুবাক মন্ত্রি য়েংহন্দুনা রারোল অমা হংলগা, মহুগী মরমহু লেপকে তৌবনি।

সন্ন্যা। ঐদি মহুগুম্বহু হৈতে। অহুবু ঐহাক নংবু, মসিগী বিদ্যাতা নত্তনা অতৈ বিদ্যা কয়াদস্ু শোয়বা লৈখিব্রবা মীশক অমগী মনাক্তা পুত্থনা চৎপদি ঙম্মি।

শ্রী। কদাইদা লৈ মহাক্তুদি ?

সন্ন্যা। ললিতগিরিগী হস্তিগুম্ফাদা যোগী অমথক লৈ। মহাকপুনি ঐনা হায়রিবসি।

শ্রী। ললিতগিরিদি কদাইদা লৈ ?

সন্ন্যা। ঐখোয়না হোৎনরবদি ঙসি য়াচংবা মতুংদা মফমহু য়োবা ঙমগনি।

শ্রী। অহুদি চৎসি।

অসি হায়রগা মখোই অনি ক্বিংনা য়াঙনা চৎলক্লে। পাঞ্জি হৈবা মীনা উরবদি হায়গনি, ঙসিদি বৃহস্পতি শুক্র গ্রহ অনিমক পূন্না খোঙকাপ য়াঙনা চৎলে। *

---

* হিন্দুগী জ্যোতিষ শাস্ত্রদা accelerated motion বু খোঙকাপ য়াঙবা কৌনৈ। গ্রহ অহুমথক পৃথিবীদগী রাশি অমত্তদা লৈবা উরবা, অহু ওইরবদি মখোইহু পূনবা কৌই।"

## তরাছুমদোইশুবা মতাং

নাকল অমদা উদয়গিরি, অতোপ্পা নাকন্দা ললিতগিরি, মরক্তা লাইজ-লুবী ইরাওখোল পুবী বিরূপা তুরেল, শংবাম্নবা ঈশিং মপৈ পুত্নুনা সমুদ্র তম্না চেম্বরি। ★ চিংদোন অনিহুদা কাখৎলবদি, মখাদা তাল্ পাম্বী লিশিং লিশিংনা লৈতেংলবা, লোবুক অমদি অশংবা লমহাংনা হৎলবা, পৃথিবীসি য়াম্না পুক্লিং হুবী ওইনা উই—অঙাংনা মমাগী তম্পাক্তা কারগা মমাবু মপুং ফানা চংখোল্লবী ওইনা উবগুম, মীওইবনা চিং কারগা পৃথিবীবু য়েংলকপদা, মহুগা অম্না ওইনা উই। উদয়গিরি ( হৌজিক্না অল্তিগিরি ) উপালশিংনা থল্লি, অহুগা ললিতগিরি ( হৌজিক্না নালতিগিরি ) উ হৌদে, নুংগী নুং ভ'কনি। মতম অমদা মহুগী মতোন্দা অমম্নুং মখোঙদা দোলাল, য়ুম্বী অমম্নুং বৌদ্ধ মন্দিরশিংনা লৈতেংলম্মি। হৌজিক্তী লৈতেং হায়ববু, মতোন্দা চন্দন পাম্বী, অহুগা লৈপাক-হাগৎলবা অতেকপা য়ুমগী লেমহৌবা নুং, চেক অমদি পুক্লিং হুরবা নুংনা শাবা মুর্তি মপৈ। মহুগী অহুম মরিদং কলিকাতাগী চাওর-চাওরবা দোলালগী মহুংদা লৈরবদি কলি-কাতাসি ফজবা ওইগনি। ওম্থোকপনি। হৌজিক্তী মতমসিদা হিন্দুবু ইণ্ডাষ্ট্রিয়েল স্কুলদা লাই-শাবা তম্বা তারবা! কুমারসম্ভব থাদোক্লগা সুইনবর্ণ তম্লে, গীতা থাদোক্লগা মিল্ তম্লে, অহুগা উড়িষ্যাগী নুংদা খুৎ-শা হৈবহু থাদোক্লগা, সাহেবশিংগী চীনগী-লাইবু

★ হৌজিক্তি বিরূপা ওম্থোক্লা শকওং চুমদ্রে। হৌজিক্তি মাবু খাগৎপিদ্রে। ইংরেজগী মথৌনানা বৈতরণী মশামক থিংদ্রে—বিরূপাদি কৈদৌনি—কনানা অমুক কদাইদনো?

য়া কাবা মখৈ য়েংলে। অতৈগ্ন করি করম্বা লাইবক্তা তগ্লিবা থগুবা ঙমজ্রে।

ঐনা ঊবা অতুতনি, ইরিবা। অতুম্বা ললিতগিরিদু ঐগী থম্মোইগুংদা মতম চুপ্পা লৈরগনি। মাইকৈ মরিদা—য়োজনগী মথং য়োজন শন্‌থিত্নুনা—নাপু মচুগী লৌক্ম,—ইমা পৃথিবীগী মশাদা য়োজন-কয়া-শল্লবা নাপু মচুগী ফীজোননি! মতুগী মথক্তা ইমাগী লিক-কোল লৈতেংগুম, তাল্ পাম্বী পরেং—লিশিং লিশিং, মথংদা লিশিং লিশিং অমুক তাল্-পাম্বী, চুম্না, মনা কুণ্ডনা নিংথিজনা! মরক্তা শংবান্নবা ইচেল পুরবী বিরূপা, অশংবা নাপু লৈরাংনা থল্লবা লমহাং শ-মতুনা চেল্লি—থোৎলবা গালিচা মথক্তা কনানো অমনা তুরেল য়েকপগুল্লি। মতুগী মথক্তা—মাইকৈ মরিদা লৈথিজ্রবা মহাত্মাশিংগী লংলবা মিংচৎ। অস্নুক নিংথিনা নান্না নূংশিংদু শেম্ল্লিবা, মখোইশিংদুবু ঐখোয়গুম্বা হিন্দুরা? অস্নুক চংখোম্না লাংদাই থমদনা শারম্মিবা, মখোইশিংদুবু ঐখোয়গুম্বা হিন্দুরা? অতুগা অস্নুম্বা নূংগী মুক্তিপূম্বা হক্লম্লিবা—অস্নুক নিংথিবা লৈ পরেংগী লৈতেংতনা য়োম্বা, তনিক তনিকপা ফীজোনমক মান্না শেম্বা, হকচাং পূম্বা চুণ্ড-ফীরান চাহম্বা—থৌনাগা ফজরবা শকফমগা পুল্লপ পুল্লবা নিপাগী শক্তমশিং অসি শারম্মিবা, মখোইদুবু হিন্দুরা? অস্নুম্বী—নুংশি-ওইনা-পুকচেন মকা-লান্না ফোংদোকপী, ফজরবা ফীজোন শেৎপী তথক-তথক্লবা মন্ত্র পরেংশিবী, মপুম-মরৈ ফারকপগী ইপোম্না পুঙমজ্রবী হকচাং ওইরবী—

তন্বী শ্যামা শিখরদশনা পক্কবিম্বাধরোষ্ঠী
মধ্যে ক্ষামা চকিতহরিণীপ্রেক্ষণা নিম্ননাভিঃ—

অসুম্বী মুপীগী মুত্তি ময়াম শারম্মিবা, মখোইহুবু হিন্দুয়া? মহু উবদা হিন্দুবু নিংশিংলকই। মতমহুদা নিংশিংলকই, উপনিষদ, গীতা, রামায়ণ, মহাভারত, কুমারসম্ভব, শকুন্তলা, পাণিনি, কাত্যায়ন, সাংখ্য, পাতঞ্জল, বেদান্ত, বৈশেষিক; পুম্নমকসি হিন্দুগী মিংচৎনি—অশাবা-লাইশিংসিদি থম্বু-থমখো! মতমহুদা থল্লকই, হিন্দু শাগৈদা পোকচবদগী মপোকসি মহৈ য়াঞ্জরে।

ললিতগিরিসিগী মখোঙদা বিরূপা মপান্দা চিংগী চিংশাদা হস্তিগুম্ফা কৌবা গুহা অমা লৈরম্মি। গুহানি হায়রগা, অমুক লৈবম্মি হায়রিবসি করিগীনো? চিংগী চিংশাশিংসিবু অমুক মাঙথিবা নাইব্রা? মতমনা চাপ্রবদি পুম্নমক মাঙশিল্লকই। গুহাহুস্নু অমুক লৈখিদ্রে। মথর্কী শরুক বিন্থ্রে, য়ুম্বীপুম্বা তেকখ্রে,—মখাদা নাপি হোৗখ্রে। লোইনমক মাঙখ্রে, গুহাহুগী দমক রারুহুনা করি কায়রি?

অহুবু গুহাহু য়াম্না ফজরম্মি। চিংশাদগী হকপা য়ুম্বী, চেকপল-নচিংবহু ওস্থোক্লা নিংথিজরম্মি। মাইকৈ মরিদা ঙক্রবা নূংদা হক্রবা মীগী মুত্তিশিংনা লৈতেংলম্মি। মহুগী অহুম মরিদি ঙসি ফাওবা লৈরি। অহুবু ইশং কারে, মচু কোকখ্রে, কনাগী মনাতোন তেকখ্রে, কনাগী মথুং তেকখ্রে, কনাগীনা মখোঙ তেকখ্রে। অশাবা লাইশিংহুস্নু হৌজিক্কী মতমগী হিন্দুগুম অতেক-অকায় ওইরে।

অহুবু গুহাগী শাথিরবা কীভমসি ঙসি ঙরাংঙা ওইবনি। ঐনা হায়রিবা অসিগী মতমদদি, অসুম্না স্তৌরমদে—গুহাহু নিংথিনা মপুং ফানা লৈরম্মি। মহুগী মচুংদা অথোইবা যোগী মহাত্মা গঙ্গাধর স্বামী লৈ।

মতম চানা সন্ন্যাসিনী অদুনা শ্রীবু পুন্থনা মফমত্থদা লাক্লে। মখোইনা উরকই, স্বামীদি মতমত্থদা ধ্যানদা লুপ্লি। অত্থনা করিমতা হায়দনা, মখোই অহিংত্থ গুহাগী চিদাইদা তুমত্থনা অত্থম্মক লেপ্লে।

থংনবা অয়ুক্তা ধ্যান লোইরবা তুংদা, গঙ্গাধর স্বামী হৌগৎ-লক্তুনা বিরূপাদা ইরুজরগা, অয়ুক্কী খৌরম পাঙথোক্লে। অত্থদগী হল্লকপদা সন্ন্যাসিনীনা খুরুমত্থনা খুয়াগী উফুল লৌরে ; শ্রীস্থ মত্থন্না তৌরে।

গঙ্গাধর স্বামীনা মতমত্থদা শ্রীগা করিগুম্বা রা অমতা ঙাংনদে, অত্থগা মাগী মরমদস্থ সন্ন্যাসিনী অত্থদা করিগুম্বা অমতা হংদে ; মহাক সন্ন্যাসিনী অদুতগা রারি-রাতাই অত্থমক শাই। অরাবদি —ঙাংনরিবা পুন্নমক্তু সংস্কৃত লোন্দা ঙাক্তনি। শ্রীদি মত্থগী ময়েক অমা ফাওবা থঙদ্রে।

রারোল খরদং পাবিরিবশিংনা থঙদবা য়াদবত্থ, হন্দোক্তুনা হায়জরি।

স্বামী। হুপীসি কনানো ?

সন্ন্যাসিনী। লংফৈ চৎপীনি।

স্বামী। মফমসিদদি করিগীনো ?

সন্ন্যা। তুংদা থোক্লগদবগী মরমদা য়াম্না চমন্নরে। স্বামীদা খুবাক ময়ি য়েংহন্নবা লাকচবনি। মাবু ধর্ম্মগী মত্থং ইন্না য়াথং পিনবিয়ু।

মতমত্থদা শ্রী চংলক্তুন্না অমুক্কা হন্না খুরুম্নরে, স্বামীনা মাগী মশকত্থ মুন্না য়েংলগা হিন্দীদা হায়রকই,

"নহাক কর্কট রাশিনি।" ★

শ্রী তুমিন্না লৈ।

"নহাক পুষ্যা নক্ষত্রদা লৈবা চন্দ্রদা পোকই।"

শ্রী তুমিন্না লৈ।

"গুহাগী মপান্দা থোক্লকউ—খুবাক ময়ি য়েংগে।"

অসি হায়ত্নুনা শ্রীবু মপান্দা পুথোরক্লগা, মাগী মথুং ওইথংবগী ময়িপুম্বত্নু স্বামীনা কৃপা য়েংলকই। কোর্ব্বাক্তা হোৎতুনা পোকপগী শক্, তুমিং, বার, তিথি, দণ্ড, পল পুম্নমক লেপ্লক্লে। মতুংদা জন্মকুণ্ডলী য়েক্লগা, গুহা মতুংদা লৈবা তালপত্রদা ইবা লিরবা পঞ্জিকা য়েংত্নুনা, তরানিথোই থোক্লা গ্রহশিংগী মফম মফম চানা লেংশিল্লে। অত্নদগী শ্রীদা হায়রকই, "নংগী লগ্নদা স্বক্ষেত্রদা পূর্ণ চন্দ্র অত্নগা সপ্তমদা বুধ বৃহস্পতি শুক্র শুভগ্রহ অহুম্মক লৈ। নহাক সন্ন্যাসিনী ওইরিবা করিগীনো ইমা? নংদি রাজ-রাণীনি।" ★ ★

শ্রী। তাজরে, ঐগী ইপুরোইবত্নু নিংথৌ ওইরে। ঐমক্লদি উজত্রি।

স্বামী। মত্নু নং উবদি ফংলোই। সপ্তমদা লৈরিবা বৃহস্পতিসি

---

★ পরকনকশরীরো দেবনত্রপ্রকাশ্যো
ভবতি বিপুলবক্ষাঃ কর্কটো যস্য রাশিঃ।—কোষ্ঠি প্রদীপে। অসুম্না লক্ষণশিং অসি য়েংলগা পাঞ্জিশিংনা রাশি অমসুং নক্ষত্র পুথোকই। ★★জায়াস্থে চ শুভত্রয়ে প্রণয়িনী রাজ্ঞী ভবেদ্ধুপতেঃ।

নী স্থানদনি, অদুগা শুভগ্রহ অহুমসি পাপগ্রহগী ক্ষেত্রদা X পাপদৃষ্ট ওইনা লৈ। নংগী নরাইবক্তা রাজভোগ লৈতে।

শ্রীদি হায়রিবসি করিমতা ভাব তাদে, তুমিন্না অতুম্মক লৈ। ওহাক য়েংলবা তুংদা স্বামীদা মানা হায়রকই, "অতৈ করি করুবদি উবিবগে?"

স্বামী। চন্দ্রনা শনিগী শরুক কুম্ভ্রাদা চংলে।

শ্রী। মদুনা করি থোকপগে?

স্বামী। নহাক নংগী চান্নবগী মথন্নাই-মাঙহনবী ওইগনি।

শ্রী অমুক ফমথন্রে—হৌগৎলগা চৎথোরক্লে। স্বামীনা মাবু ইঙ্গিত তৌদুনা থাম্লে। অদুগা হায়রকই, "ভাইখো নংগী নরাইবক্তা ফগ্রবা পুণ্য অমদি লৈ। মদুগী মতম হৌজিকমক্তি ওইদ্রি। মতমদু য়ৌরক্লগা নপুন্নোইবগা উনবা চৎনু।"

শ্রী। করম্বা মতমদা হায়রিবা মতমদু লাক্কদগে?

স্বামী। মদু হৌজিক পাক হায়বা ঙমদ্রে। য়াম্না হোত্তুনা য়েংখিবা তাই। মতমদু পংনক নকপা নত্তে। নং হৌজিক কদাইদা চৎকদৌরিবনো?

শ্রী। পুরুষোত্তমদর্শন তৌবা চৎকে খঙ্গরি।

স্বামী। চৎলুখো। মতম খরা লৈরগা, মথংগী চহিদা, ঐগী ইনাক্তা অমুক লাকউ। ঐহাক মতমদু তাকপিগে।

অদুদগী স্বামীনা সন্ন্যাসিনী অদুদসু হায়রকই, 'নংসু লাকউ।"

মতুংদুদা গঙ্গাধর স্বামী, রা লাং ভাংবা তোক্তুনা ধ্যান অমুক তৌথগ্রে. সন্ন্যাসিনী অনিদু মাবু থুরুম্লগা গুহাদগী মপান থোরক্লে।

---

X মকরদা।

## তরামরিশুবা মতাং

অমুকহন্না সন্ন্যাসিনী অনিহু উড়িষ্যাগী লম্বী ভালহন্দুনা পুরুষোত্তমগী মাইকৈ পাংলক্লে। উড়িয়াশিংনা লম্বীদা পরেং ওইনা লেপ্লহুনা ময়া-কানা য়েংনরক্লে। কনাগুম্বনা চংশিল্লক্তুনা মখোইগী মখোঙ ময়াদা শাংশ্রাংনা পাকথরহুনা হায়রকই, "ঐগী কোক্তা নখোঙনা অমুক্তা শোকপিরম্মু।" কনা কনাগুম্বনা হায়রকই, "ঐগী অরাবসি কোক্লবা অমুক্তা থৌজানবিরম্মু।" ময়ামহুবু মতিক চাবা পাওথুম্না পেলহল্লহুনা নিংথিবী অনিহু চৎলক্লে।

তফিং তফিং চৎলিবী শ্রীবু খরদং তপথহন্নবা সন্ন্যাসিনীনা হায়রকই, "তপ্না চৎলু ইচে! খরদং তপথৌ। চেল্লগবু লাইবক্তা তম্নকপা খেত্তোকথিবা ঙমগদ্রা?"

ফুংশি-মিঙ্গৌ অসিদা শ্রীগী থম্মোইহু খরদং ইংথরে। ফুমিৎ নিনি চুপ্না সন্ন্যাসিনীগা লোইনরকপহুদা, শ্রীহু মহাকপু ফুংশিবা হোৌরক্লে! ফুমিৎ নিনিসি, ইমা! ইবেম্মা! হায়নতা মিঙ্গৌনরকপনি, —মরমদি, সন্ন্যাসিনীহু শ্রীগীদি ভক্তি তৌফম্নি। সন্ন্যাসিনীনা অহুম্বা মিঙ্গৌহু তোক্তুনা ইচে হায়না কৌরকপহুদা শ্রী খঙলে, মহাকসু মাবু ফুংশিবা হোৌরক্লে। শ্রী তপ্না চৎলে।

সন্ন্যাসিনীনা অমুক হায়রকই, "নংগা অমুক, ইমা ইচা হায়না কৌনবসি পকচদ্রে—ঐখোই অনি চহি লেজ্জানি, ঐখোই ইচিল ইনাওনি।"

শ্রী। নংসু ঐগুম্না অরাবা নংহুনা সংসার থাদোক্লকপরা?

সন্ন্যাসিনী। ঐগীদি অরা-হুংঙাই লৈতে। মতুগুম্বগী লাইবক্তু ঐঙোন্দা তন্নক্তে। নংগী অরাবগী রাতু তাগে। হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা রাসি নত্তে। নংগী মিংবু হৌজিক ফাওবা সুকহং হংত্রি —করি হায়না কৌ হায়বগে ?

শ্রী। ঐগী মিং শ্রী কৌই। নংবুদি করি হায়না কৌনি ?

সন্ন্যাসিনী। ঐগী ইমিংনা জয়ন্তী কৌই। ঐবু নং মিং ফান্দুনা অতুম্মক কৌ। হৌজিক ঐনা হংলিবদি, স্বামীনা হায়রকপশিংতু নহাক তারেদনা ? অতুনা নহাক হৌজিক অমুক নয়ুমদা হন্নিংলমগনি হায়বসি থাজদে। মতম লেন্নবসু অতৈ পাম্বৈ লৈতে। করম্না মতম লেনগনি, মতুগী মরমদদি খল্লত্রা ?

শ্রী। খনদে। অতুবু অসুক কুইবসিদি লেল্লক্লে।

জয়ন্তী। করম্না লেল্লকই ?

শ্রী। য়াম্না রানা—পৃথিবীদা অসুক রাবসি লৈরমগনি নিংদে।

জয়ন্তী। মতুগী উপায় অমা লৈ—করিগুম্বা অমদা নপুক্লিংতু লুপ্পু।

শ্রী। কবিদা পুক্লিং লুপকদবা ?

জয়ন্তী। অসুক চাওপ্রবা জগৎসিগী করিগুম্বা অমতদা নপুক্লিংতু লুপনিংঙাই লৈত্রবা ?

শ্রী। পাপলোমদরনে ?

জয়ন্তী। নত্তে। পুণ্যরোমদা।

শ্রী। তুপী ওইবীগী অমতা ঙাইরবা পুণ্যদি মপুরোইবগী সেবা তৌবনি। মতুবু থাদোক্তুনা লাল্লবনিনা—ঐগী পুণ্য হায়বা করি অমুক লৈরি ?

জয়ন্তী।—ইপুরোইবগী অমুক মবুঙো অমা লৈরি ।

শ্রী। মহাক্তু ইপুরোইবগী মবুঙোনি—ঐগীদি নত্তে। ঐগীদি ইপুরোইবতনা ঐগী ইবুঙোনি—অতে কনা অমা নত্তে।

জয়ন্তী। নংগী নপুরোইবগী মবুঙোহু, নংগীসু অহুম্মক নবুঙোনি —মরমদি, মহাক্তুদি পুম্নমক্কী মবুঙোনি ।

শ্রী। ঐদি ঈশ্বরবুসু খঙদে—ইপুরোইবতবু খঙই।

জয়ন্তী। খঙনিংদ্রা ? খঙলবদি অহুক অৱাবা ফংলোই ।

শ্রী। খঙনিংদে। ইপুরোইবা থাদোক্তুনা ঐ ঈশ্বরবুসু পামদে। ঐহাক ইপুরোইবা থাদোকপদগী অৱাবা ফংলিবসিগা ঈশ্বর থেংনবদগী হুংঙাইবা ফংলকপহুগা, অনিগী মরক্তা, ঐ ইপুরোইবা-কায়নবগী-অৱাবা ফংবসিনা হেন্না পামজে।

জয়ন্তী। অহুক য়াম্না হুংশিরবদি—করিগী থাদোক্লক্লি ?

শ্রী। ঐগী কোষ্ঠীগী ফল তারেদনা ? কোষ্ঠী ফলহু হান্না খঙবদগীনি।

জয়ন্তী। করিদগী অহুক য়াম্না হুংশিরুরিবনো ?

শ্রীনা মতমহুদা শন্নপ ওইনা মাগী হৌখিবা পুক্নিগী রারোল তম্লক্লে। মহু তাবদা জয়ন্তীগী মমিত্তু পিগী ইরা হাইক্লেৎ চেল্লক্লে।

জয়ন্তীনা হায়রকই, "নংগা মাগদি শুকউবু উনদে হায়বফাও ম্নাই—করম্না অহুক হুংশিরুরিবনো ?

শ্রী। নহাক ঈশ্বরবু হুংশি—কয়ারক নংবু ঈশ্বরগা উনখোৎনরবগে ?

জয়ন্তী। ঐহাক ঈশ্বরবু অহিং হুংথিল নাইদনা থম্মোইহুংদা থল্লি।

শ্রী। ঐনা চহি য়াম্না নৌরিবৈঙদা মহাক্না থাদোকপিরকপা হুমিত্তুদগী হৌনা, ঐস্মু মাবু অহিং হুংথিল নাইদনা থন্দুনতা লৈরক্লবনি।

মসি তাবদা জয়ন্তী তু-থ্যাও চুংবগুম তৌগ্রে। শ্রীনা মথা তাথরকই. "করিগুম্বা লৈমিন্নতুনা মুম্বানবা হায়বত্থ ওইরম্লবদি, অসি য়োনা থোক্লম্মোই নিংই। মীওইবা হায়বসিমক্তবু দোষ গুণ লৈবা ভাক্লি। মাস্মু দোষ লৈবা য়াই। লৈত্রবস্মু ঐগী দোষতগী মাবু দোষ লৈবা ওইনা উবা য়াই। করিগুম্বদা নত্রগা করিগুম্বদা রা অস্মুম ভাংনরকপদগী, থরাই হুংভাইতবা, মরৈ য়েৎনরকপা, থোক্লকপা য়াই। অতুম তৌরবদি, মৈ অসি মৈচাক অস্মুক কল্লম্মোইদবনি। থম্মোইহুংদা লাইমক্লি নিংতুনা মাবু ঐহাক চহি অস্মুক কূইবসি পুজা তৌরক্লে। চন্দন তক্লগা ফক্লাংদা তৈবদা পুক্লিংদা থল্লকই, মাগী মশাদা তৈরিবনি হায়না। লৈকোল লৈকোলদগী লৈ হুরান্দুনা হেক্লুরগা, অয়ুক হুংথিল থবক ইংখাং শুদবমথৈ য়াম্না রানা থরাইনা তাজবা লৈরাং পরেং লেংলগা, লৈ চোম্না শাংলবা উগী উশাদা য়ানশিল্লুবদা পুক্লিংসিনা থল্লকই, মাগী মঙক্তা হুকপনি হায়না। লিক-কোল য়োম্হোক্তুনা অহাও অহাওবা পোৎচৈ লৈরগা লুনা চংখোম্না থোংলবা তুংদা তুরেলগী ঈশিংদা তাওথহনখিবদা পুক্লিংসিদা থল্লি, মঙোম্দা পিজরিবনি হায়না। লাই থুরুম্মুবদা কৈদৌহুংদস্মু থল্লুদে, লাই থুরম্মিবনি হায়বসি— ইকোক মপাদা মাগী মখোঙ থম্বালদুতবু উবা ফংই। অতুমকপু জয়ন্তী—মাবু থাদোক্তুনা লাক্লবনি। মহাক্না হন্না কৌবিরবনি, অতুমক্তদা থাদোক্তুনা লাক্লবনি।"

শ্রী অমুক রা মথা তাথবা ভমদ্রে। মমাইদ। ফীজিনা থুম্লগা মথরাই শোক্লা কপ্লক্রে।

জয়ন্তীসু মমিত্তা পিগী ইবা চেপ্লক্রে। অসুম্বা সন্ন্যাসিনী অসিবু করম্বা সন্ন্যাসিনীনো ?

---

# অনিশুবা পন্দুপ—সন্ধ্যা—জয়ন্তী

## অহানবা মতাং

সীতারামনা ইহান-হান্‌বদগী হৌনা শ্রীবু মখল-মওং কয়া থোক্লা থিবা লাক্লরকই। থাগী তুংদা খা হৌখ্রে, চহিগী তুংদা চহি লানখ্রে। চহি কয়ামুকসি সীতারামনা অতৎ অখম লৈতনা শ্রীবু লেপ্তুনা থিরকই। তীর্থ তীর্থদা নগর নগরদা মাবু থিবা মী কয়া থায়। অতুবু মহৈ য়ানবা শুক্লে-লৈত্রে। অতৈ মীনদি শ্রীবু মশক খঙদবনা থিবা ফংদ্রিবনি হায়বা ব্রাখলসোমদা চিংনহুনা গঙ্গারামবুস্মু মতম খরদং লৈবাক্কী থবক্তুগী পোখাহন্নগা থবকসোমদা থাজিল্লক্লে। অতুবু গঙ্গারামস্মু লৈবাক কয়া কোইচৎ চৎলুরবা তুংদা কান্নদহুনা হল্লক্লে।

মমৈথংদা সীতারামনা লেপ্লক্লে, অমুক শ্রীগী ব্রাখল ভোররোই। লৈবাক শেমগৎপলোমদা মপুক্লিং লুপ্পগে। হৌজিক ফাওবা মহাক থাঙ্গেশেংবা নিংথৌ হায়বতু ওইদ্রি; মরমদি, দিল্লীগী সম্রাটনা মঙোন্দা হুকুক চে পিজি। হুকুম চেতু মহাক কংনিংবা অমা পোক্লক্লে। মতু ফংনবা মহাক থিন্দনা দিল্লী চৎকে খল্লক্লে।

অতুবু মতমতু ওস্থোক্লা ফত্তবা অমা থোক্লে। করিগীনো হায়ববু, হিন্দুশিংনা হিন্দুগী ওইবা শাজৎলোমদা অস্থম-অস্থম মঙক কাংখৎলক্লে, মুসলমানশিংনা মতু য়েংবা ঙমশিল্লক্তে। মহাক মশাগী মহম্মদপুরতু হৌজিক মতোন ব্রাংলবা লাইশঙ কয়ানা পিক থনখ্রে। মনাক অকোয়বগী খুল খুলদা নগর নগরদা, য়ুম

য়ুমদা, লাইশঙ লিংখৎপা, উৎসব-পর্ব্ব, জগোই ইশৈ, হরিসংকীর্ত্তননা মথুম মবাঙ হৌরে। অদুগা তাঞ্জাসিদা, পাপ চেল্লবা, মীরজুগী তোল্লবা মুরশিদ কুলি খাঁনা ★ মুরশিদাবাদকী তাংবলদা কাদুনা লৈবনা, বাঙ্গালা শীন্না লৈবাক পুম্নমক্তা হিন্দুবু শাখীনা ওৎ-নৈবা হৌগৎলক্লে—ইতিহাসতা অদুক শাখীনা ওৎ-নৈবসি মকম কৈদা ইদমাল্লে নিংই। মুরাশিদ কুলি খাঁনা তারে, মকম পুম্বদদি হিন্দু লৈখা তাগ্রে, অদুবু মকম অসিমতংনা মখোইবু যোকখৎনকম ওইনা তৌরি। মতৌদুদা মহাক্না তোবাব খাঁদা য়াখং পিবক্লে—"সীতারামবু মাঙহল্লু"

অদুদগীদি ভূষণাদা সীতার মবু লাকথুনবা থৌরাং তৌখৎলক্লে। অদুদা "থৌরাং তৌ" হেক হায়বগা থৌবাং লোইবদি নত্তে। মরমদি, মুরশিদকুলি খাঁনা সীতারামবু হাৎনবা হুকুমদমক থারকই, লান্মীদি থারক্তে। মরমসিদা মহাক তেবারকী মকমদা অরানবা থবক তৌবকপ্রা হায়বদুদি নত্তে, মুসলমানশিংগীদি মসি অরানবা ওইদে। মতমদুগী ওইনা চৎনবী নিয়মদি,—চুম্নগী লৈবাক ইংনা থম্নবগী থবক্তদি ফৌজদারশিংনা মশাগী ওইবা ফীভমদা অদুম্মক শীঞ্জগদবনি; তঙাইফদবা মরমগী দমক নক্তনদি নবাবকী লান্মী ফৌজদারগী মতেং পাংনবা থক থারক্তে। জমীদার অমবু অদুক

★ ইংরেজ ইতিহাস-ইরাশিংনা মীচং চংবদগী অমদি কয়া শুগাইনা খঙদবদগী সেরাজউদ্দৌলাবু তুক্কচনকম ওইহল্লি, অদুগা মুরশিদ কুলি খাঁবুনা থাগৎলি। মুরশিদকা য়েংনক্ররবদি সেরাজউদ্দৌলাদি লাইগুম্বনি।

লাকশিনবদি, চুম্নগী লৈবাক-ইরাং—হৌদনবগী থৌরমলোমদা চিংই, অহুনা নবাবনা সিপাই অমতা থাম্নক্লে। অসোমদা ফৌজদারনা হিসাব তৌহুনা য়েংলকই মহুদি, সীতারাম রায়না মাগী লমদা লৈবা চহি-মতাং-চারবা নিপা পূম্ববু থুংলাই ঙম্না তম্বিয়ে হায়রবনিন্না, ফৌজদারগী লৈজরিবা লান্মী থরদং অসিতনা মহম্মদপুর লাকশিন্নবা চংপদি অচুম্বা মওং নত্তে। অহুনা ফৌজদারগী অহানবা থবক হায়ববু সিপাই মশীং হেনগংনব হোংনবা অসিনি, মহুদি নোংমা নিনিদা হেক য়াবা থবক নত্তে। মরু ওইনা মাদি নোংচুপলোমগী মুসলমাননি — লৈবাকসিগী মীনা লাম্নেংনরিবগী মওংসি মহাক শুকথা থাজবা ঙমদে। অহুনা মুরশিদাবাদ নত্রগা বেহার নত্রগা নোংচুপলোমগী লমদগী চংখোন্না তম-খোংলবা পাঠান পুরক্লবা থবক পায়থংলে। অহুগী মথক্তা মহাক তায়, সীতারামসু য়াম্না হৈ-শিংলবা রাজপুত অমসুং ভোজপুরী ( বেহারদা লৈবা ) কয়া কয়া মাগী তেঙ্গোলদা পুশিল্লে হায়না। মরম অহুনা মহুগী মতিক চাবা লান্মী পৈশিন্দনদি, সীতারামবু লাকশিন্নবা চংপসি মহাক ঙমদ্রে। মহুম তৌবহুনা মতম থরা থেংথরে। হান্না লৈরকপা মতৌগুম অহুম্মক লৈরক্লে।

তোরাব খাঁনা য়াম্না লোম্না লোন্না থবকশিংসি পাংথোক্লবা লাক্লরকই। সীতারামবু মাংজোননা করিগুম্বা অমতা থঙহন্দ্রগা, খঙহৌদনা লান্মী ময়াম পুহুনা মথক্তা হেক লান্দাবা, মসিনি মানা পাম্লিবা। অদুবু সীতারামদি পুম্নমকসি খঙই। লুরবা চন্দ্রচূড় খঙই। লোন্না-পাও-লৌবা মী থমদনদি লৈবাক লেঙদনা থম্বা ঙমদে · রামচন্দ্রগীসু হুম্মুখ থনম্বিবহুনি। চন্দ্রচূড়গী অরোনবা মী

ভূষণাদস্থ লৈ। অতুনা সীতারামবু মরৈবাক্কা কোম্নবা মাঙহন্নবা য়াথং মুরশিদাবাদতগী লাক্লে, অতুগা মতুংগীদমক অথন্নবা সিপাই থোমজিনবা লাক্লরে হায়বসি চন্দ্রচূড় অতুম খঙই।

মসিগী থৌরাং পুম্বা শেম-শারম্লগা সীতারামনা শেল-থুম খরদংগা, ঙাকশেন্নবা মী খরদংগা পুরহুনা দিল্লীগীদমক খোঙ-শাল্লক্লে। চৎলমদাইদা সীতারামনা লৈবাক ঙাক্লবগী থবক চন্দ্রচূড়, মৃন্ময় অমস্যুং গঙ্গারামদা শিন্নরম্লে। মা তান্নবা অমস্যুং লনগৈ পান্নবগী থবক্লা চন্দ্রচূড়দা, লান্মী নিংথিনা থম্নবনা মৃন্ময়দা, নগর ঙাকপগী থবক্লা গঙ্গারামদা, অমুগা কোম্মুং মসুংগী থৌরমশিংনা নন্দাদা শিন্নরে। কপ-লাওরকনি কিবদগী সীতারামনা রমাদদি তাক্লমদ্রে। অতুনা রমাদু কপ্পনা লৈমাই পুমচোৎ-চোৎহল্লক্লে।

---

## অনিশুবা মতাং

কপ-লাওবদু থরা নেমথরক্লবা মতমদা, রমানা হাইরপ ব্রাখল তৌথরকই। মহাক্কী মবুদ্ধিদা ব্রাখলসিমা ফাওরক্লে মতুদি, তাঙ্গাসিদা সীতারাম দিল্লীদা চৎখিবসি ওস্থোক্লা ফরে। মতমসিদা মুসলমান লাক্লুনা লোইনমক তুম্না হাৎপ্রবস্নু, সীতারামদি হিংহৌরগনি। অতুনা রমানা খ্বাইমক্তগী হেন্না কিবা ব্রাকমতুদি কোক্লে। মহাক মশা শিজখিবদি, রমানা থৌ-মা ওইনা লৌদে। মখোইনা তা-না লেংহুনা রমাবু হাৎলবা য়াই, নত্রগা খাংশাংনা মতুপ-মতুপ থোক্লা কক্লবা য়াই, নত্রগা নোংমৈনা কাপ্পুনা মথম্লাই

লোৌরবা য়াই, নত্রগনা শমজি লা-কু্না চিংখৎলগা য়ুমথক্তুগী হুম্বরকপা য়াই। মখোইনা তৌনিংবা অতুতা তৌসহু, রমা মতুদা থোইনা মিপাইরুবা লৈতে, সীতারামদি য়ৈথাই-থিনগাই লৈতনা দিল্লীদা ফমতুনা লৈরগনি। অতুনা, মাইকৈ অমরোমদদি ফনবু ফরে। অতুদা রা অমদি, রমানা মাবু হৌজিকসিদা অমুক উবদি ফংলরোই, উত্রবসু অতু মঙাইরে, মথংগী লাঙোম্দা অতুম উগনি। অতুগীবু হায়রুরবদি কদাই, মহম্মদপুর অসিদসু হৌজিকসিদা মাগা থোইনা-পংউ-উনরুবা লৈতে। উনত্রবসু ফরে, সীতারাম হুংঙাই য়াইফনা লৈরগতা লোইরে।

চহি অমগী মমাংদা ওইরম্মবদি, থজিক্তং থম্বরগা রমাহু অতুম নেমথখিগদবনি ; অতুবু নোংদম্বনা মাগী মরাইবক্তা অইংবা হায়বতু ইরমত্রে। চহি অমা ফারে, রমা মচানিপা অমা পোকপা। সীতারামনা মাবু ফনা য়েংনিংদবা ওইরবসু, মচাগী মশক্তু য়েংলগা রমা থরা থবা থাঙবা মঙমজরম্মি। রমাহু অহানবদা সীতারামগী মরমদা থল্লুই—মতুমা নিংঙাইদনা লৈথোকপা য়ারে। অতুদগী মশাগী মরমদা থল্লি—মতুমসু শিবা হায়না লেপ্লে। অতুগী তুংদা মচাগী মরমদা থল্লক্লে—অঙাংসিদি কমদোনি? "ঐ শিগ্রবা, ঐবু হাত্তোকগ্রবা, অদু ওইরবদি ঐগী ইচাসিবু কনানা য়োকপিহোগনি? ফরে অতু ওইরগনা, অঙাংসি ইচেদা শিম্নরম্লগে। অতুবু লোম্নবীগী মথুক্তা অঙাং শিম্নবদি চুমদবা থবক্নি ; লোম্নবীনা লোম্নবীগী মচাবু চেকশিম্না লুনা তৌবিগত্রা? অতুগা মরু ওইবা অমনা, ঐসিবু মুসলমাননা হাৎলবদা ঐগী লোম্নবীবুদি মখোই থমখিগত্রা? মহাকসু পীরদি নত্তে। অতুনদি ঐসু শিগনি, ঐগী লোম্নবাসু শিগনি। অতুদি অঙাংসিদি কনাদা শিম্নরমগনি?"

অসুম্না মওং মওং অসুম থল্লকপদা ইথঙ-থঙহৌদনা রমাগী কোকথক্তা বজ্র ভাবগুম্ থোক্লক্লে। কিরবা রা অমা মহাক খল্লক্লে, মুসলমাননা অঙাংবুদি মথল্লাই কনবিগদ্রা? মাঙলেদনা! রমা ঙসাইমখৈ করিনো খল্লুরিবা? মুসলমানশিংদি ডাকুনি, হুরানবনি, যণ চাবনি, য়েন্নবনি— মখোইনবু অঙাং কনবিগদ্রা? থনবদা তু চুংই! করিগী সীতারাম দিল্লীদা চংখ্রিবা! রমানা রাসি কনাদা হংগনি? অসুম্না চিংনবসি পুক্নুংদা লৈনা-লৈনা হিংবদি ঙক্ষম লৈতে। রমা অমুক রাথল তৌথবা ঙমদ্রে। থিম্দনা মহাক নন্দাগী মনাক তান্না হংবা চংলে।

য়োরক্লগা হায়রৈ, "ইচে, ঐ য়াম্না কিরে—নিংথৌনা হৌজিক করিগী দিল্লীদা চংখ্রিবনো?"

নন্দানা হায়রকই, "নিংথৌগী থবক্তি নিংথৌতনা থঙই— ঐখোইনা করম খঙলুগদগে ইবেম্মা।"

রমা। অদুবু হৌজিক মুসলমান কোক লাক্লবদি—কনানা কোম্নুংসি কনগনি?

নন্দা। নোংদম্বনা কনবিনি। মহাক্না কনবিদ্রবদা কনানা কল্লুনি?

রমা। অদুদি মুসলমানশিংসি, ঙম্নমকপু হেক্তা হাত্তোকপ্রা?

নন্দা। য়েক্নবনবু থৌজানবিবা হায়বা লৈথিগদ্রা?

রমা। ঐখোইবুদি হাৎপু হাৎপ্রবসু— অঙাংশিংবুদি মখোই থৌজানবিরোইদ্রা?

নন্দা। অদুগুম্বা রাদু করিগী নচিন্দুদা পল্লিবনো ইবেম্মা? নোংদম্বনা তম্নকপদু, অদুম্মক থোক্লগদবনি। লাইবক্তা য়াইফৌ

ইরম্মগনা অতূম্মক য়াইফগনি। ঐখোইদি মঙোন্দা করিগুম্বা ইরাল লঙজরুবস্থ লৈতে — করিগী ঐখোই কত্তবা খোক্কনি? পংখন খন্দুনা করিগী হুংনাংনরিবনো? কান্নদে, লাও, চোবর শান্ননিংত্রা? ননাতোন্দগী অনৌবা নাসিকাতু পোম্বাদা লৌখোক্কে।

অসি হায়রতুনা নন্দানা রমাবু রাখল লৈক্ষে চৎহন্নবা চোবর লাইয়ুম তিংখোক্কে। রমাতু য়াদতুনা পাঞ্জল অমা শান্নরে, অতূবু শান্নবদা মপুক্কিং চংবদি ঙমদ্রে। নন্দাতু পোগে হায়না পোরে—রমাগী নাসিকা মাঙদ্রে। অতূবু রমাদি অমুক শান্নদ্রে—মথংগী পোম্বা হৌগৎলকপগা অতূম রমাতু হৌগত্তুনা চৎখ্রে।

রমাতু নন্দাদগী, মানা হংলিবা রাশিংগী পাওথুম ফংদে—অতূনা মহাক শান্নবদা খোইজংদবনি। ঙসাই মখৈ মহাক রাশিংসি কনাদা হংসিগে হায়না খল্লক্লিবনি। রমানা মাগী লৈফমদা হেক য়োরকপগা, অহল-ওইরবী মাগী য়োকচবী অমদা হংঙকই, "য়েংঙোই তারিব্রা— মুসলমান্ শিংসিবু অঙাংফাও হাৎপ্রা?"

অহল ওইবীতুনা হায়রকই, "মখোইনবু কনা থাকপগে? মখোইদি ষণ চায়, নেমাজ তৌই, কৈদৌদনা মখোইনা অঙাং হা লোইদৌরিবনো?"

রমা নিংদোল পিং পিং চোংলক্লে। রমানা হেক খেংনবা মী মখৈ রাহংসি হংলে, কোক্সুংদা লৈবী অহল-নহা পুন্নমক অমতা চিথদনা হংলক্লে। ঙন্নমক মুসলমানবু কিবনা মিহুল শুত্রবনি, কনামতা মুসলমানবু নিংথি হুংঙাইনা খন্দে- ময়াম্মক অহল-ওইবী অতূগী পাওথুমগা অমহা ওইনা থুম্মক্লে। মতৌতুদা রমা মাঙবা শোয়দ্রবনি খন্দুনা, ফমুংদা চংতুনা হিপ্পগা মচা কোন্দুনা বপুনা অতূম লৈখ্রে।

---

## অষ্টমশুবা মতাং

অসোমদা তোরাব খাঁনা পাও ফংলে, সীতারাম মহম্মদপুরদা লৈতে, দিল্লীদা চৎথি। মতমতুদা মহাক্কা থল্লকই, মসি চপ চারবা মতমনি, তাঞ্জাসিদা মহম্মদপুর চাকথেকহন্দুনা চাইখাইহৌবা চুম্মি। অতনা মহাক লান্মী পুতনা মহম্মদপুর চৎনবা শেম-শারক্লে।

পাও অসিসু মহম্মদপুরদা ফংই। নগরহু চাওরবা ইরাং অমা থোক্লক্লে। য়ুম-পাল্লিবশিংনা অফং-অফংবা মাইকৈদা চেন্নরক্লে। কনানা মনেগী য়ুমদা, কনানা মন্দোলগী য়ুমদা, কনানা মথুরাগী য়ুমদা, কনানা মাম্মগী য়ুমদা, কনানা হুপী মপামদা, কনানা মঙ্কাক্কী য়ুমদা, কনানা শাগৈগী য়ুমদা, কনানা মরুপকী য়ুমদা ইমুং-মচুং হুপ্পা, কোল-লিক, উপু-হুংবু, ফমুং-কাংথোল পুতুনা চেন্নরক্লে। দোকান্দারশিংনা দোকানগী পোৎচৈ পুতুনা চেন্নরক্লে, মহাজনশিংনা, ফৌ-চেং মণ-লোক য়োন্থোক্তুনা চেন্নরক্লে, পোৎ-চৈ শোৎচিন্দুনা শেন্দোং তানবা কাংবুনা পোৎ-চৈ য়োন্থোক্লগা চেন্নরক্লে, থুৎশা-হৈবশিংনা থুৎসু-থুৎলাই নম্বো পোতুনা চেন্নরক্লে। হায়নিংঙাই লৈতনা কাং-খোং চাইরক্লে।

নগর ঙাক্লিবা গঙ্গারাম দাসনা চন্দ্রচূড়গী মনাক্তা ম্না-তান্নবা লাক্লে। মানা হায়রকই, "হৌজিক্তি ঠাকুর করি তৌ হায়বগে? সহরদি কাং-খোং চাইরে।"

চন্দ্রচূড়না হায়রকই, "হুপী-নহা-অহল চেনজখিবহু অতুম চেঞখিসনু, মখোইবু থিংলুহু। মতুনা কান্নবা অমা মরৈ। ঈশ্বরনদি

থোকহনবিদসনু, অদুবু করিগুম্বা তোরাব খাঁনা লানবল অসি কোয়শিল্লরবদি, লানবল মন্থুংসিদা চাননবা মীশিং অদুকী মতিক হন্থরিবমখৈ, ঐখোইগী অফবনি, অদুম তৌরবদি, থা মরি মঙা থাঙনবা য়াগনি। অদুগা লানগী হিরম তম্বিরবা মখোইশিংদুবুদি, কনামতা চৎহনখিনু, হেক চৎপদা নোংমৈনা কাপকনি হায়না হুকুম তৌ। খুৎসু-খুৎলাই অমতা সহরগী মপান্দা পুথোকহনখিনু। অদুগা চান থরুবসু খুজোক অমা ফাওবা মপান্দা পুহন্‌খিনু।"

সেনাপতি মৃন্ময় রায় লাক্লুনা চন্দ্রচূড় ঠাকুরগী ম-রা হংলরে। মানা হায়রৈ, "মসিদা অসুম লৈদুনা করিগী অরাবা থাঙগদৌরিবনো? তোরাব খাঁ লাক্লে হায়রবদি, লান্মী পুদুনা লমখাংদা থৎলগা মাবু করিগী হাংতোক্লোইদৌরিবনো?

চন্দ্রচূড়না হায়রকই, "ইচেল কল্লবা তুরেলসিগী মতেং ফংলিবসি করিগী থাদোকনি? লমখাংদুদা নং মাইথীবা ফংলো, অদু ওইরবদি ঐখোই থাঙকম অমুক লৈররোই; অদুগা নংনা তুরেলসিগী তোর্ব্বানসোমদা টোপ পরেং লেংদুনা থম্লবদি, কনাগী মতিক লৈ তুরেলসি লান্থোক্লকদবা? মসিদি খোঙনা লান্থোকপা ঙম্বা তুরেলসু নত্তে। পাওদুম লৌ, করম্বা মফমদা তুরেল লাল্লকদৌরিবনো। মফমদু তাম্না লান্মী পুজেন্মু, অদু ওইরবদি মুসলমানশিং রাংমসোমদা লান্থোরকপা ঙম্মোই। শেম-শাদুনা লোইনমক্ থম্মু, অদুগা ঐঙোন্দা তাক্রমদনা চৎপদি চৎখিনু।"

চন্দ্রচূড়দু লাঙাবা মী হল্লকপা ঙাইরম্মিবনি। লাঙাবনা হেক লাকপগা মহাক, করম্বা মতমদা, কদোমদা তোরাব খাঁগী লান্মী লাক্কদৌরিবনো হায়বা পাও ফংলগনি; মতমদুদা ঙম্মক শীনগনি।

অসোমদা কোম্নুং মন্নুংদা পাও য়োরক্লে, তোরাব থাঁনা লাম্মী পুন্থনা মহম্মদপুর লুট তৌবা লাক্লে। মপাম্দগী কোম্নুং মন্নুংদনা পাও খন্না হেনগৎনা তাবা হায়বসি হৌনশানি। মপাম্দা "লাক্লে" হায়বসি, লাক্লবা পৌরাং তৌরে হায়না খল্লৈ। কোম্নুং মন্নুংদনা "লাক্লে" হায়বসি, "লাক্কুনা য়োরক্লবগুম" লৌনৈ। মতমথুদা কোম্নুং মন্নুংদদি কপ-লাওবগী কল্লবা ইরাং অমা তনহৌ-হৌগৎলক্লে। নন্দাগী মথৌ ওন্থোক্লা চিনশিল্লক্লে — মী কয়াবু মথন্তনা ফাথগনি, মী কয়াবু খামজিনগনি! মরু ওইনা রমাগী দমক্তা নন্দা ওন্থোক্লা থৌ-চিনবা হায়বথু ওইরে—মরমদি, রমা তোয়না তোয়না ৱাম্বথুনা লাক্লরক্লে। নন্দানা মপুক্লিংদা খল্লকই, "লোম্নবীদি শিখিবনা হেন্না ফৈ—অদুবু ঐগী ইবুংঙোনা ঐঙোন্দা কোম্নুং মন্নুংগী থৌরম পুন্নমক শিন্নবিরম্লবনিনা, ঐহাক ঐগী থৱাই থারফাও লোম্নবীবু কনবদা তারি।" অসি খন্দুনা নন্দানা থবক পুন্নমক থাদোক্কুনা রমাগী সেবা তৌবা হোৎনরক্লে।

অমরোমদা কোম্নুংগী-মুপী অতৈশিংনা নন্দাদা কন্না তক্লবা লাক্লরকই, — "ইমা! নহাক থবক অমা তৌরো — ময়াম্মকী থৱাইসি কল্লু। কোম্নুংসি মুসলমানশিংদা লাক শুকতৌ-তৌদনা পিথোকখ্রো—অদুগা ময়াম্মকী থৱাইসি নিংমু। ঐখোই বাঙ্গালীনবু লাল অমুক শোক্ল-খোৎনরুথুনা কৈদৌদৌরিবনো! থৱাইবু হিংহৌরবদি অমুক পুম্ফ-ফরক্কনি। ময়াম্মকী থৱাইসি নংগী খুত্তা লৈরে ইমা, নংগী য়াইফবা ওইসনু—ঐখোইনা হায়রিবসি লৌ।"

নন্দানা মখোই ময়ামথু জ্ঞান তানা তাক্লকই। মানা হায়রকই, "ময়াম করি কিফম লৈবগে! নিপা-নহাদগী নখোইনা করি হেন্না

ঙ্গান তাগদৌরিবনো ? মখোইনা কিকম লৈতে হায়রিবসিদা, করিগী কিনিংঙাইনো ? মখোইশিং অসিবু মশা মশাদা হুংশিবা পোক্তুবরা—অহুগা ঐখোইসিবু হুংশিবা খঙজবরা ?"

রা ময়াম অসি তাবদগীদি রমা অহক তোয়না রাম্বত্রে। মহাক হৌগত্তুনা ফম্লে। করি খল্লক্তুনা অতক থৌনা ফরকইবনো হায়বহুদি, মতুংদা খঙহল্লকইবসিনি।

---

## মরিশুবা মতাং

গঙ্গারামদি নগর ঙাকপনি। মতম অসিদা নগর কোয়চৎ-চত্তুনা য়েংবসি মহাক মরু ওইনা তৌই। ঐনা হায়রিবা, হুমিৎ অসিগী অহিংদা, মহাক নগরগী ফীভম খঙননবা, থোঙনা, অচম্বা ফীজেৎ শেত্তুনা, লোম্না, মথন্তুমক নগর কোয়থোক্লকই। অহিং য়ুথক অহুম য়ৌরকপদা য়ারহুনা, মহাক ময়ুমলোমদা হল্লগে নিংহুনা মমাই ওল্লক্লে. তাঙ্গাসিদা কনানো অমনা তুংলোমদগী মাগী ফীজিহু লাক্তুনা হেক চিংলকই।

গঙ্গারামনা তুংলোমদা লৈ-হুনা য়েংলকপদা উরে, হুপী অমথক্লি। অহিংহু মশ্মি—শোরোক্তা মী কনামতা লৈত্রে—অহুবু হুপীহু মথন্তা। অমম্বা মরক্তুদা হুপীগী ফীভম, হুপীগী ফীজোন, মহুমদি খঙলে—অহুগা অতৈদি করিমতা খঙবা ঙমত্রে।" গঙ্গারামনা হংঙকই, "কনানো নং ?"

মুপীতুনা হায়রকই, "ঐগী ইশক ইমিংনা নঙোম্দা থোইনা কাম্লনিংঙাই লৈতে। অতুগী শরুকপুদি হংলকউ, ঐ করি পাম্বগে হায়না।"

ঙাংথোরক্পা থোনফমতু তাবদা খঙলে, মুপীসি অত্থকহাল্লা চহি পংয়াম-য়াম্বী নত্তে। অতুবু রাঙাংদি কাবক কন্দানৈ। গঙ্গারামনা হায়রকই, "মতুগী রাতু কোম্না লাকনি। হাম্না অতুক হায়খো, নহাক মুপীনা অসুক থেংলবা অহিংদা নথন্তা শোরোক্তা চৎলিবসি করিগীনো? হৌজিক লৈবাকী ইরাং করম তৌরি হায়বা নহাক খঙব্রা?"

মুপীতুনা হায়বকই, "থেংলবা অহিংসিদা ইথন্তা শোরোকসিদা ঐ করিস্তু থোইনা তৌদে—নংতবু কোইথি থিবক্লিবনি।"

গঙ্গারাম। ওইদবা রানি। নং শুকখঙবু খঙলম্মোই, ঐসি কনানো?

মুপী। ঐ মুম্না খঙই, নহাক দাস মহাশয়নি, নগর ঙাকপনি।

গঙ্গারাম। ফয়ে, নং খঙঙে। অতুবু ঐবু মফমসিদা থেংনবা ফংগনি হায়রবসি, নং হাম্না খঙফম শুক্লে লৈতে; মরমদি, ঐ ইশা কাওবা লম্বীসোমদা মতমসিদা লাকনি হায়বসি খঙদে।

মুপী। ঐ মতম য়াম্না শাংনা মহাশয়বু লৈরক থুপ্লক-চত্তুনা শিরুরবনি। মুম কাওবা য়োক্লরবনি।

গঙ্গারাম। করিগী?

মুপী। মতুগী রাতু হাম্না হংবিকম থোকপনি। মহাশয়বু তৌঙমত্রবা থবক অমা তৌবিবা ঙমগত্রা?

গঙ্গা।—করি থবক্লো?

ছুপী। ঐনা অদোম্বু পুত্নুা চৎপা মকমত্নুদা, হৌজিকমক চৎপিবা ঙমগত্রা ?

গঙ্গা। কদাইদা চৎকদৌরিবা ?

ছুপী। ঐ মত্নুদি তাক্লোই। ঐঙোন্দা হংবিরকপস্নু য়ারোই। ঙম্বিগত্রা ঙম্বিরোইত্রা ?

গঙ্গা। করে, মত্নু তাক্লনু, অত্নুবু রা অমা অনিতদি খুম্মু। নমিংনা করি কৌই ? কনানো নংসি ? করি খবক তৌই ? ঐনা তৌগদৌরিবা খবক্লা করিনো ?

ছুপী। ঐগী মিং মুরলা কৌই, অসি নত্তনা অতৈদি করিমতা তাক্লোই। চৎপসি কিবিরগনা, চৎপিরগনু। অত্নুবু মত্নুগী লিংজেল ফাওবা লৈত্রবদা, কয়মা মুসলমানগী মথুত্তগী নগরসি ফনগদৌরিবনো ? ঐ ছুপীনদি মকমত্নুদা চৎপা ঙম্লগা, নগর ঙাক্লিবা নহাক্লা রা অত্নুক পেথত্রবদি চৎপা ঙমদবা ?

রাঙাংসিনা গঙ্গারামত্নু মুরলাগা লোইননা চৎপদা তারে। মুরলানা মাং থাই, গঙ্গারামনা তুং ইল্লি। খরদং চৎলগা গঙ্গারামনা, মাংদা রাংলবা দোলান লৈবা উরক্লে। মত্নু মশাক খঙলত্নুনা হায়রকই, "মসিদি কোন্নুংদা চৎলিবনিদনা ?"

মুরলা। মত্নুদা করি দোষ লৈ ?

গঙ্গারাম। সনথোঙলোমদা চংলবদি দোষ লৈরোইদবনি। মসিদি চেকপল থোঙনি। কোন্নুংগী লৈমকোনলোমদা চংগদৌরিব্রা ?

মুরলা। মত্নুবু কিব্রা ?

গঙ্গা।—কি—মত্নু ঐ ঙম্মোই, মসি ঐগী ইবুঙোগী কোন্নুংগী লৈমকোন্নি। য়াথং ফংদনদি চংবা ঙম্মোই।

মুরলা। কনাগী হুকুম পাম্মি ?

গঙ্গা। নিংথৌগী হুকুম।

মুরলা। মহাক্তি হৌজিক লৈতে। রাণীগী হুকুম ওইরবদি য়াগনব্রা ?

গঙ্গা। য়ানি।

মুরলা। লাকপিরো, ঐ রাণীগী হুকুম তাহঞ্জরগে।

গঙ্গা। অদুবু থোঙশঙবশিংনা নংবু চংবু চংহল্লকব্রা ?

মুরলা। চংহনগনি।

গঙ্গা। অদুবু ঐবুদি শক থঙদনা মখোইনা চংহল্লোই। মতৌসিদা ঐবু ইশক থঙহনবদি ঐ পামদে।

মুরলা। শক থঙহল্লুবগীবু কান্নফম লৈতে। ঐনা পুদুনা অদুম্মক চংগনি।

থোঙদা থোঙশঙবা লেপ্তুনা লৈ। মুরলানা মাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হংঙকই, “ কমদৌরি পাঁড়ে ঠাকুর, থোঙ হাংদোক্তুনা থম্লিদনা ?”

পাঁড়ে ঠাকুরনা হায়রকই, “হোয় থম্লি। অমসিদি কনানো ?”

থোঙশঙবদুনা গঙ্গারামদা য়েংলদুনা রাসি হায়রকই। মুরলানা মদুদা খুম্মি, “মসি ঐগী ইবুংনি।”

পাঁড়ে। নিপাদি চংবা য়ারোই। মদুগী হুকুম লৈতে।

মুরলানা ঙংলদুনা হায়রকই, “ এঃ কনাগী হুকুম-? নংবু কনাগী হুকুম অমুক পাম্লিবনো ? ঐগী হুকুম নত্তনা কনাগী হুকুমনো নংনা ঙাইরিবা ? শুমজিৎনা কন্দুনা নকোইহু ফাম্দোকউ হায়রবা ?”

খোঙশঙবদু তুক্কক-তুক্কাই চনখ্রে, বা মখা ত্থাখিত্রে। মুরলানা গঙ্গারাম পুতুনা অপনবা লৈতনা কোন্নুংগী লৈমকোন তাম্না চংলক্লে। মন্নুং য়োরগা মথক্কী কারোমদা কায়রক্লে। কা অমগী ম-পাদা থিল্লদুনা মহাক্না হায়রকই, "মসিগী মন্নুংদা চংবিয়ু। ঐ অসিরাইদা অস্রম লৈগে, মন্নুংদদি ঐ চংলোই।"

গঙ্গারামদু লাংতক্লবা পোক্তুনা কাদুগী মন্নুংদা চংলক্লে। মমল য়াম্লবা পোৎতনা লৈতেংলবা কানি, লূপা মচুগী কাংথোলথক্তা তুপী অমা কম্লি—ঙাল্লবা থাওমৈশিংগী লংলবা মঙালনা মাগী মাই-থোংদুদা তারি, মহাক মরু লূকথরদুনা রাখল তৌরি। অতৈ মীতোপ লৈতে। গঙ্গারামনা খল্লকই, অসুক ফজবীদি মালেমসিদা কনা অমা লৈতে। মহাকতু রমানি;

---

## মঙাশুবা মতাং

গঙ্গারামদি কৈদৌন্নুংদা সীতারামগী কোন্নুংগী লৈমকোন্দা চংত্রি, নন্দা অদুগা রমাবু অমুক্তসু উত্রি। অদুবু মমল য়াম্লবা পোৎচংতনা ইমুংগী লৈতেং ওইবদু উদুনা মহাক খঙলে, লৈরিবীসি রাণী অমা ওইরম্বা তাই; রাণীশিংগী মন্নুংদা নন্দাদগী রমানা ফজবা হেন্লি হায়রবসি মীনা ঙাংনৈ—মরম অদুনা গঙ্গারামনা, মসি রাণী অতোনবী রমা ওইরমগনি হায়না মপুন্নিংদা লেপ্লে। অদুনা মানা হংঙকই, "মহারাণীনা ঐবু করিগুম্বা নিংশিংবিব্রা ?"

রমানা হৌগৎলক্তুনা গঙ্গারামবু খুরুম্লে। অদুগা হায়রকই, "নহাক ঐগী অহল লম্মননি—ইবুংনি, নংগী নকমদা শ্রীনা ওইম্লিবহু ঐস্মু অদুম ওইরিবনি। অদুনা ঐনা নংবু অসিগুম্বা মতমদা কৌহল্লুবসি, দোষ লৌবিরোই নিংজৈ।"

গঙ্গা। ঐবু নিংশিংবিরকপা মতমদা, ঐ অদুম্মক লাঙ্কচগদবনি —নহাক্তি ঐগী ইবেম্মানি —

রমা। মুরলানা হায়, ক্ষোংনা লাকপদি নহাক ভমদবা য়াই। মানা মসিগু হায়—খঙদে, শকখিবীদুনা করি করিনো পংহায়তা হায়, ঐ হায়ফম তম্ফম খঙদে। অদুবু, দাদা, ঐ ওম্বোক্না কিমপ্লচনা অম্বুম্বা তৌফদবা থবকসি তৌরবনি। নংনা ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু।

অসি হাযনা হায়না রমা কপ্লক্লে। কপ্লদু উবদা গঙ্গারাম মথল্লাই মুংঙাইত্রে হায়রকই, "করি তৌরবগে? ঐবু করি তৌ হায়বগে?"

রমা। করি তৌরবগে হায়বা? নংবু খঙদ্রবরা, মুসলমাননা মহম্মদপুর লুঠ তৌবা লাক্লে—ঐখোই পুম্নমকপু হাত্তোক্লগা, সহরসি মৈ থাদোক্লমতনা চৎখিদৌরিবসে?

গঙ্গা। কনানা নঙোম্দা অদুক কিহল্লিবনো? মুসলমান লাক্তুনা সহরসি মৈ থাদোক্লগনি হায়রবদি, ঐখোই লৈরিবসি কৈদোনবনো? ঐখোইনা নচেং চাদুনা হিংলিবসি করিগী দমক্তনো?

রমা। নখোইদি নিপানি, নরিংজেল লৈ—খোইনা পংখন-খল্লুবা তৌদে। করিগুম্বা নখোইনা কনবা ভমহৌদ্রবা, অদুদি কমদৌনি?

রমাদু অমুক কপ্পা হৌরক্লে।

গঙ্গা। হেক ঙস্মিবমথৈ নখোইবু কন্নবা হোৎনগনি, করিময়তা রাবিরুগনু।

রমা। মতুবুদি হোৎননি—অতুবু ঙমদবা থোক্লবদি ?

গঙ্গা। ঙময়গনা, শিখিনি।

রমা। মতু তৌনু। ঐগী রাসি তাও। ঙসি ময়ামনা রাণী অহল্দা হায়, মুসলমানবু লুনা চান্না কৌরগা, সহরসি মখোইদা শিন্নথোকপ্রো—মখোই ময়াম্মক্কী থল্লাই নিরো।—অতুবু রাসি রাণী অহল্দি না ওইনা হাপত্রে—মাগী রাখনসি অচুম্বা মওং নত্তে। অতুনা ঐ নংবু কৌহল্লিবনি। হায়রিবসিবু য়ারোইদ্রনে ?

গঙ্গা। ঐবু করি তৌ তাকপিরিবা ?

রমা। ঐগী লিক-কোল ময়াম লৈরিবসে—পুন্নমক লৌরো। অতুগা ঐগী লৈজরিবা শেল-থুমশিংসিসু ঙন্নমক পিরবসু পিরগে—খোমতুনা পুরো। নহাক কনামতদা হায়দোক্কনা মুসলমানগী মনাক্তা চৎলো। মখোইদা হায়রু, ঐখোই লৈবাক থাদোক্লগে, নগরসি নখোইদা শিন্নরগে, নখোই কনামতগী মথল্লাই লৌরোই হায়বসিমদি য়াও। মসিদা মখোইনা য়াররুবদি, নগরসি নংগী নথুঙনি — নহাক মখোইবু লোন্না পুররুপ্পা কেল্লাসি মখোইদা শিন্নথোক্লো। পুন্নমক অতুম হিংলনি।

গঙ্গারাম কোকচাওবী কাপ্রে — হায়রকই, “মহারাণী! ঐখোল্দদি তাকপিখিবজ্র মতাকপিপ্রে—অত্তে কনাগুম্বগী মমাংদদি অতুগুম্বা রাতু থক পনবিরুগনু। ঐগী থল্লাইসি থাল্লবসু মতুগুম্বা থবক কৈদৌঙ্গুংদা তৌবা ঙম্মোই। অতুগা কনাগুম্বনা তৌরুবা য়াওরবসু, ঐ ইথুৎমল্লা মাগী মঙক্তু কক্কনি।”

রমাগী অয়োইবা আশা অরেম্বদা তারে। রমা খোঞ্জেল রাংনা কপথংলক্লে। অতুগা হায়রকই, "অতুদি ঐগী ইচাসিগী মবাইবক্তি করি থোক্লগনি?" গঙ্গারাম কিয়ক্লহুনা হায়রকই, "তুমিন লৈবিয়ু। কপ্লহু তাবগা কনাগুম্বনা মফমসিদা লাক্লবদি, ঐখোই অনিমক্কী ফত্তবা থোক্কনি। নঙ্গা ইবুঙোগী দমক্তা অতুক রাবিরবদি, ঐহাক মতুগী উপায় অমা তৌগে। ইবেম্মবু অতোপ্পা মফম অমদা চংপদি যাবিনি°ব্রা?"

রমা। ঐবু ইপামদা থিনবিগে হায়ববদি, ঐ য়াই। অতুবু রাণী অহম্না কবম হাযনা চংহল্লক্কদগে? ঠাকুব মহাশয়নসু কবম্না য়ারক্কদগে?

গঙ্গা। অতুদি লোম্না পুহুনা চংপা তাই। হৌজিকমক্তি মতুম তৌকবগী ক'ন্নবা লৈত্রি। করিগুম্বা অতুম্বা খুদোংথিবতু থোক্লক্কদবা উরবদি, ঐ লাক্তুনা ইবেম্মখোইবু মফমতু তাম্না শোয়দনা থিনজগে।

রমা। ঐদি করম্না পাওতু ফংগনি?

গঙ্গা। মুরলাবু পাও হেক লোহনবিরো। অতুগা মহাক য়াম্না লোমদি ঐগী ইনাক্তা লাকপা তাই।

রমাতু স্বর মপী হোন্দুনা, মশা নিক্লা হায়রকই, "নংনা ঐগী থল্লাই কনবিবে, পুক্সিচুপ্পা ঐ নংগী ননাই ওইরগদবনি। লাইশিংনা নংগী মঙ্গল পিনবিসতু।"

অসি হায়রহুনা রমানা গঙ্গারামবু বিদায় তৌরক্লে। মুরলানা গঙ্গারামবু মপাল য়োনা অমুক থিন্দোরক্লে।

কনাগীসু মপুক্লিংদা অমোংপা অমতা পক্তে। অতুমকপু শাথীরবা দোষকী থবক অমদি তৌগ্রে। রমাসু গঙ্গারামসু, মখোই অনিমক মপুক্লিংদা মতুমদি য়াই। গঙ্গারামনা থল্লি, "ঐগী দোষ করিনো?" রমানা হায়, "মসি তৌত্রবদি করমদি তৌনি—থব্রাইদি থাগদৌরি।" মুরলাতমক মপুক্লিং পেল্লি।

গঙ্গারামগী করিগুম্বা অসিগুম্বা মিৎ পাঙ্গম্লবদি, মহাক উবা ফংলমগদবনি, মসিগী মতুংদা কনাগুম্বা অমা লোক্তুনা লৈ হায়বসি। মহাক্তু মী নত্তে—মহাক উরমগনি—

* দক্ষিণাপাঙ্গনিবিষ্টমুষ্টিং নতাংসমাকুঞ্চিতসব্যপাদম।

* * * চক্রীকৃতচারুচাপং প্রহর্ত্তুমভ্যুদ্যতমাত্মযোনিম্‌॥

অসোমদনা রাকৎলিবী অতুগী রাখলগা, বিধিগী রাখলগা অম্ধা অতুম ওইগ্রে। চন্দ্রচূড় ঠাকুরনা তোরাব থাঁগী মফমদা মথাগী রারোলসি হায়তুনা অরোনবা পাও থাগ্রে, "ঐখোই লৈবাকসি কেল্লাগা থুংসু থুংলাইগা কোম্লনা নখোইদা য়োম্বোক্লগে—মমল কয়া পিবিনি? লাল তৌরুতুনা করি কান্নদগে?—লুপা থুংশিন্নরগা অতুম লৌদিখিবসি পাম্বিদ্রা?"

চন্দ্রচূড়না মৃন্ময় অমসুং গঙ্গারামদা রা অসি থঙহল্লে। মৃন্ময়না শাওনা মমিৎ ঈ কানা হায়রকই, "করি হায়বা! অসুক-তৌ'ঙম্বা?"

চন্দ্রচূড়না হায়রকই, "তুমিন লৈয়ু অপঙবা! নংবু নবুদ্ধিতু করিমতা য়াওদ্রা? মমল লেপথোক লেপশিন তৌনবদা থা অনি হোৎনবা য়াগনি। মতমতুদা নিংখৌ অতম্মক য়োরক্লগনি।"

গঙ্গারামদি করি করম থল্লিবা, মতু হায়বা ঙমদ্রে। মাদি রা মচেৎ অমা কাওবা ঙাংদে।

---

## তরুকশুবা মতাং

অদুবু, মুমিত্তু মদি গঙ্গারাম কবিগুম্বা থবক অমতা তৌরে। ময়াগী মাইথোংদু কয়াদা ফজরবা। কযাদা নিংথিরবা মঙাল্লা মশাপুম্বা লৈতেংরবা! রাখল অসি তৌনা তৌনা মুমিত্তু অদুম হোৎরে থাওমৈ মঙাল ওইবদুনা অদুক ফজনা উবিরা? অদু ওইববদি মীওইবনা অহিং মুংথিল নাইদনা থাওমৈ থাঙ্গৎলগা ক্ষমদুনা লৈনদ্রিবা কবিগনো? কযাদা তনান্ তনান্রবা থোইরপ তৌবা শম্লাং মপৈনো! কযাদা পান্নরবা কূচুনো! কযাদা নিংথিরবা পিশুমনো! কযাদা ফজরবা মিৎনো! কযাদা নিংথিরবা চিনবান্নো—ঙাংলি ঙাংলি নবা-তবাবা! কযাদা ফজরবা শাবান্নো! কবম্ববুনো গঙ্গারামনা খনগদৌবিবসে? পুম্নমক লাইবেম্বীমক্লা মিহৌনিংঙাইনি! গঙ্গারামনা খল্লবই, "মীওইবনা অসি যৌনা ফজে হাযবসিদি ঐহাক খঙলুদে। অমুক্তং উজবা ফংলুবসি, ঐগী মপোকসিমা মহৈ যাল্লবনি। মসি খন্দুনা ঐ পুন্সি মতোল লোম্বা-ফাও মুংঙাইনা লেনবা ঙম্লগনি।"

মদুবু ঙম্বা হৌনববনে অপঙবা! অমুক্তং উরুবদা মদুম তৌববদি, অমুক্তংদগা তন্না উনিংবা হাযবসিদি অদুম পোক্লকপনি। মুংথিলগী মতমদা গঙ্গারামনা খল্লি, "অমুক্তং টকবিবসিগী রাখল্দা লুপ্তুনা, ঐগী পুন্সিগী চহি খবদং লেনজদৌবিবসি, অদুম্মক মুংঙাইনা লেনবা ঙম্লগনি।"—অদুবু যাচংবা যৌবকপদা খল্লকই, "অমুক্তংদগা তন্না উবা ফংলরোইদ্রা?" মুমিদাং দগু অদুম মরি য়ৌবকপদা গঙ্গারাম খল্লক্লে, "ঙসিদি মুরলা লাক্লেদনা!" অহিং থকয়ু

অমরোম চংশিল্লকপা অদুৱাইদদি মুরলানা মাবু অচিকপা মফম অমদা ফারয়ে।

গঙ্গারামনা হংঙকই, "করি পাও লৈ ?"

মুরলা। নংগীবু করি পাওনো ?

গঙ্গা। ঐগী পাও হায়বদি ?

মুরলা। মপাম্‌দা চৎপগী।

গঙ্গা। মহু চত্তবস্‌ য়াগনি নিংই। লৈবাকসি ক-ল্লগনি।

মুরলা। করম্না খঙলিবা ?

গঙ্গা। মহুবু নঙোন্দা হায়দোকপা য়াবরা ?

মুরলা। অহুদি ঐ পাওসি তম্মুরগেদনা ?

গঙ্গা। তম্মু।

মুরলা। ঐবু অমুক চৎলু থারক্লবদি ?

গঙ্গা। ঙরাং থেংনবা মফমহুদা ঐবু অহুম্মক থেংনগনি।

মুরলা চৎখিহুনা, রাণীগী মফমদা পাওসি তম্লুরে। গঙ্গারামনা করিমতা শুগাইনা তাক্লক্তে, অহুনা রমাস্ত করিমতা ভাব তাবা ঙমদ্রে। ভাব তাদবহুনা অমুক্কা খোয়রাংবা পোক্লক্লে। অমুকস্তু মুরলানা গঙ্গারামবু ফারগা পুরক্লুনা অহিং য়ুথক অহুম য়ৌরকপদা রমাগী কা মহুং য়ৌরক্লে। থোঙশঙবহু হান্নগুম মফমহুদা লৈরম্মি, হন্দকমুকস্ত গঙ্গারামবু মুরলাগী মবুংনি হায়জিন্দুনা লান্থোরক্লে।

গঙ্গারামনা রমাগী মনাক য়ৌরক্লগা চোইত্রং-পাত্রং করি করিনো ঙাংলক্লে, মহু গঙ্গারাম মশামকপু ভাব তাজদে, রমাদি পুম্মমু মম্মে। তশেংবদি, মতমহুদা গঙ্গারামগী মকোক্তু জ্ঞান তাবা কোক ওইদ্রে, লিক্লংপায়বা লাইহুনা লৈগী তেন কাপ্লক্লুনা অহুম্বা

মকোক্তু কাপথাইগ্রে। মমিৎ অনিহুদি লৈ, মহুনা গঙ্গারামনা পেন্না য়েংলক্লে, মনাকোংনা রাঙাংশিংহু শুমহৎপগা লোইননা তারক্লে, অহুবু মথরাই পেনবদি ঙমদ্রে।

গঙ্গারামনা হাইফেত্তং জ্ঞান তাজরিবা হায়ববু, চন্দ্রচূড় ঠাকুরগী মহুংগী লৌশিং অহুমদি, রমাগী মফমদা মহাক শুবহায় হায়দোক্তে। থাঙ্গৈশেংবসু, মহাক করিগুম্বা রারোল অমতা তাকথোকে লাকপা নত্তে, চুম্নগী য়েংননবতা লাকপনি। অহুনা য়েংলগা, দক্ষিনা ওইনা মাগী খম্মোইহু রমাদা পিরল্লগা চৎখ্রে। অমুক মুরলানা মাবু মপাল য়েনা থিন্দোরক্লে। অসুম চৎলকপদা মুরলানা গঙ্গারামদা হায়রকই, “অমুক লাকখিদ্রা ?”

গঙ্গা। করিগী লাকদৌরিবা ?

মুরলানা হায়রকই, “লাকনি হায়না নিংই।”

গঙ্গার ম মমিৎ উইশিন্দুনা নাল্লবা লম্বীদা থোঙ থারে—করিমত্তা খুমদে।

অসোমদা চন্দ্রচূড়গী রাহুগী তোরাব খাঁনা পাওথুম থারক্লে, “লুপা খরদং পিরগা লৈবাক থাদোক্তে য়ারবদি, লুপা পিবহু ঐ য়াই। অহুবু সীতারামবুদি ফারগা পিগদবনি।”

চন্দ্রচূড়না পাও হনখ্রে, “সীতারামবু ফাহনগে, অহুবু লুপা খজিক্তনদি য়ারোই।”

তোরাব খাঁনা মরোল হল্লক্লে, “লুপা কয়ানো পাল্লিবা ?” চন্দ্রচূড়না মমল য়াম্না হাইগৎনা হায়রে ; তোরাব খাঁনা খরা তানা হল্লক্লে। মতুংদা চন্দ্রচূড়না হাম্নদগী খরা অমুক তাথনা হায়রে, তোরাব খাঁনা মাগী হাম্নহুদগী খরা অমুক হাপকত্তুনা খঙহল্লক্লে মতৌ অসুম্না চন্দ্রচূড়না মুসলমানবু চওৎননা নৈহুনা থল্লক্লে।

---

## তরেৎশুবা মতাং

শকথিবী মুরলানা হায়বতুমক তৌরে। গঙ্গারাম অমুক হন্না রমাগী মনাক্তা চৎলে। মতুগী মরমদি, গঙ্গারামত্থ মনাক্তা চতুনদি লৈবা ভম্মক্তবননি রমানদি অমুক কৌবা নত্তে, মরক মরক্তা অতুক মুরলাবু গঙ্গারামগী মকমদগী পাও লৌরুনবা থাবতনি; অতুবু গঙ্গারামনা মুবলাদদি করিগুম্বা রা অমতা হায়দোক্তে, মানা হায়, "নথোইবু করম্না থাজতুনা অরোনবা রাফমশিংসি পাক হেক হায়দোক্কনি? ঐ নোংমা ইশামক্না চতু্না হায়গদবনি।" মরম অসিদগী রমানা অমুক হন্না গঙ্গারামবু কৌহল্লুরে—মুসলমান কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়বা পাওসি থঙদনদি রমা লৈফম-চাফম থংদ্রে—করিগুম্বা নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা হুংথিল চাক চারিঙৈদা কোক লাক্লবদি?

মরম অসিনা গঙ্গারাম অমুক লাক্লে। হন্দক্তি গঙ্গারামনা পুক্লিং থৌগৎপা তৌদ্রে—হেন্নতুম কিনবা রাঙাং ভাংলম্মে। অমুক হন্না মাবু কৌরক্লবা লম্বী ফাৎলম্মে। রমাদা মপুক্লিংগী রা কাংথো-ক্রু্নবগী মথৌনা গঙ্গারামগী লৈত্তে—পুবচেন চন্নবী রমাদি মাগী মপুক্লিংগী রাতু শম্না মফৈ অমা ফাওবা খঙদে। অতুগা, হুংশি রাঙাং ভাংনবগী রাখন্দা, গঙ্গারামনা চৎথোক চৎশিন তৌনবা হোৎনবস্থ নত্তে। গঙ্গারাম খঙই, মতুগী লম্বীতুদি থিংগ্রে। অতুবু অস্থম য়েংবনা, রারি-রাতাই থরা শাবতনা অস্থক হুংঙাইবা!

মসিবু হুংশিবা কৌদে—অতুবু ওইরবদি গঙ্গারামনা কৈদৌ-হুংদা রমাবু অকিবা উত্তু্না, মপুক্লিংগী অরাবা চৈনাথোল হেনগৎনবা

থক তৌরম্মোইদবনি। মসিদি খ্বাইমক্তগী হেন্না তোল্লবা পুক্নিংগী শাজৎ অমনি—মসিনবু কনাগুম্বগী থম্মোইদা চংগ্রবদি, মীহুবু পুম্মাও মাঙহন্দনা থক তোক্তে। লাইরিকসিদা মহুগী প্রমাণ ফংগনি।

অকিবা উৎলম্লগা গঙ্গারাম চৎখ্রে। রমানা মপামদা চৎলগে হেক হায়রকপদা, গঙ্গারামনা ঙসি হয়েংসিদি অহুক য়াত্রি হায়রগা অহুম চৎখি। মরম অসিদগী ঙসি হয়েং হায়বহু ঙাইরগা রমানা গঙ্গারামবু অমুক তনকৌ কৌই। অমুক গঙ্গারাম লাকই। অস্তুম্না অস্তুম চথরক্লে।

"ঙাদি ফাগে, ঈশিংদি চোৎলোই" হায়বসি কৈদৌহুংদা য়াবা হৌনদে। রমাগা লোইননা মীয়াম-মাংদা গঙ্গারামগা য়াংখৈরক উনরবা ফাওবা, করিগুম্বা দোষ অমতা লৈরোই; মরমদি, রমাগী মপুকচেন্দি য়াম্না লূই, তশেং-তশেংই। অহুবু অস্তুম্না কিনা কিনা, য়াম্না লোম্না. অহিং য়ুথক অহুম শুরকপদা উনবসিদি অঙ্কবা নত্তে। অতৈ করিমক থোক্ত্রবস্থ, খরদং হেঞ্জিন্না লুনা-চান্না তৌবা, খরদং হেঞ্জিন্না রাহৈ মকারাম্বা, রাঙাং-শাঙাংদা চেকশিল্লক্তবা, খরদং হেঞ্জিন্না পুক্নিং তিন্নরকপা হায়বসিদি অহুম থোক্লকই। হায়রিবসি থোক্তবরা হায়বহু নৎত্রে। রমাদি মহু অহানবদা খঙলমদে। অহুবু মুরলাগী রাঙাং অমা, লাইনা লাও-রকপগুম মহাক মনাকোংদা তশেংনা তারক্লে। নোংমা মুরলাগা পাঁড়ে ঠাকুরগা মসিগী মরমদা রা থরা ঙাংনৈ পাঁড়ে ঠাকুরনা হায়রকই, "নংগী নবুংনা, ইতৎ তত্তনা অহিংদা মহুংলোমদা চৎথোক চৎশিন হেক তৌরিবসি করিগীনো?"

মু। মহুনা কৈদৌরবগে নঙোম্দা মীফত্তা ? শুমজিংসি ইকি ৱিত্রবরা ?

পাঁড়ে। কিবুদি কি, অহুদা থৱাইগীসু ৱিবদি পোকই।

মু। নংগীবু অমুক অতোপ্পা নথৱাই অমা লৈরিব্রা ? ঐনি নংগী নথৱাইদি।

পাঁড়ে। নং থাদোকপদা শিবদি তৌরোই, অহুগা থৱাই থাদোক্লবদি পুম্নমক মম্নগদবনি। নংগী নবুংবু ঐ অমুক থাররোই।

মু। থাত্রবদি ঐ নংবু থাদোক্লগনি। কমদৌই, য়াব্রা ?

পাঁড়ে। য়েংউ, মী অহু নংগী নবুং নত্তে, কনাগুম্বা অচৌবা মী অমা ওইরমগনি, মহাক মফমসিদা কৈদৌবা লাক্লিবনো হায়বা ঐ করিমতা খঙদে, খঙলবসু ঐগীদি থোইনা কান্নদে। কনানা খঙনি, মহাক মহুংগী অশোই-অঙাম য়েংনবা চংথোক-চংশিন তৌরম্বসু য়াই। অহুমকপু, হায়জ-খোংচহুনা চংলবনিনা ঐহাক্কী থরদং ফংফম থোকই। নংদি খরা মফংলমগনি—তংখাই অমা ঐঙোন্দা পিয়ু, ঐ করিমতা রা ভাংলোই।

মু। মহাক ঐঙোম্দা করিমতা পিদে। পিরক্লবদি নংগী থাইনি।

পাঁড়ে। পিদবা য়াদে হায়হুনা লৌ।

মুরলানা খল্লকই, হায়রিবা রাসি মফৈ। রাণীগী মফমদগী লিক-কোল খরা ফীরোন খরা মুরলাহু মফংলে, অহুবু গঙ্গারামগী মফমদগীদি করিমতা ফংত্রি। মরম অসিদগী রাখল তৌথহুনা পাঁড়েজীদা হায়রকই, "ফরে, হন্দক অমুক লাকপদদি, নং থাদোক্লহু। ঐনা কনা হায়হুনসু থাদোকহু। অহুম তৌরবদি খরা লৌথোকপা য়ানি।"

অত্নদগীদি অহিং অমা গঙ্গারামনা কোম্লুং মন্নুং চংনবা লাকপদা পাঁড়েঙ্গীনা থাদোক্কে। মুরলানা ফনা য়াম্না ভাং-চৈরে, মমৈথংদা হায়জ-খোচ্চবা ঙাওবা তৌরে, অদুবু করিমতা কান্নদ্রে। গঙ্গারামনা লোম্না রা তান্নরকই, পাঁড়েদা মীশক তাকথোক্লসি, নগর ঙাকপনি হায়বা খঙলবদি, পাঁড়েনা থিংবা অমুক তৌররোই। মুরলানা হায়রকই, "থিংবদি তৌররোই, অদুবু মীঙোন্দদি রারি শাদোকনি। ঐগী ইবুংনি হায়দুনা চংথোক-চংশিন তৌবসিনা রারি শারকপদা খীনা ঙাংনরকপদু, ঐঙোন্দতা অচুম্বক মতাগনি।" রারোলসি অচুম্বনি হায়দুনা গঙ্গারাম য়ারে। অদুদগী গঙ্গারামনা রাখল তৌরকই, "মসি মফমসিদা অসুম্বক হাত্তোক্লগে" অদুবু মদুনদুম হেন্না ফত্তবা থোক্লনি। লম্বী অসিমা পুমথিং থিংদুনা খমখিবা য়াই। অদুনা মদোমদা খুৎ-থাবা ঙমদ্রে। পাঁড়েদি শুকয়া য়াখিদ্রে, মরম অসিনা অহিং অদু য়ুমলোমদা অদুম হনবদা তারে।

মুরলা মখম্তুমক লাকপদুদা রাণীনা হংঙকই, "মহাক ঙসিদি লাক্লরোইদ্রা?"

মু। মহাক লাক্লম্বনি—অদুবু থোঙশঙবনা চংহন্দ্রে।
রাণী। ইতৎ তত্তুনা চংহল্লগা ঙসিদি করিগী চংহন্দ্রিবা?

মু। মপুক্লিংদা চিংনবা অমা পোক্লমাল্লে।
রাণী। করি চিংনবা?

মু। মদু ইবেম্মানা খঙবিরুদুনা করি কান্নদগে? মদু পুন্নমক্তু ইবেম্মদা ঐখোই চিন কাঙথোক্তুনা হায়জনিংদে, মঙোন্দা খরদং পি-খোত্তুনা খুৎ-চনশিনবনা হেন্না ফগনি।

মপুকচেন মাংবা মীদি, মপুকচেন শেংবা মীবুসু মাগুম্না খন্দুনা খবক চথে, মহাক খঙজবা ঙমদে, মবুকচেল শেংবা মী দৈ

হায়বা, অদুনা মাগী থবক্তু হেক কায়। মুরলাগী রাসি তাবদা রমা, মশা হুমাং অনপ্পা কাংলে। পাখত্তুনা মশা নিকখিবনা মহাক ফমথরে। অদুদগী হিপথগ্রে। হিপথরগা মমিৎ উইশিন্দুনা জ্ঞান মাঙগ্রে। অসুম্বা রাদি, রমাগী মপুক্কিংদা নোংমতকাও খল্লুদে। কনাগুম্বা অমা ওইরবদি থনবস্তু ময়াই, অদুবু রমাদি অশুক্কী মতিক কিবনা বুদ্ধি চময়গ্রে, মদুগী মাইকৈরোমদা মহাক শুকয়েং য়েংশিল্লুবা লৈখিত্রে। হৌজিক্তি বজ গুম রারোলদুনা মাগী মথক্তা তারক্রে মহাক উরকই, মঙ্গুংদা অতৈ অমা লৈরবস্তু, মপাম্বোংগীদি রাসি অচুম্বনি। মহাক থম্বদুনা য়েংলকই, ওম্বোক্কা শাথীববা মরাল লঙজরে। রমাগী অপোবা বুদ্ধি, অদুমকপু দুপী ওইবীগী, মরু ওইনা হিন্দু দুপীগী বুদ্ধি অমা লৈজরিবা অদু অমুক্তংবু মচিন কাঙথোবক্রবদি রাবোলশিংসি য়াম্না তশেং তশেংনা উবকই। ভাংন-শানখিবা রাবোল পুম্নমক রমানা থম্বদুনা য়েংলক্রে —মহাক থঙলে, শাথীরবা মরাল লঙজবে। মতমদুদা রমানা খল্লকই, হু চারসিরা, নত্রগা ঙক্তা ছুবিনা থিল্লসিরা। মুম্না থম্বরুরগা মহাক লেপ্লে, ঙক্তা ছুরিনা থিনবনা মতিক চাই, অদু ওইববদি পাপপুম্বা কোকখিনি, মুসলমানবু কিবস্তু কোকখিনি, অদুবু অঙাংসিদি কমদৌবা? রমানা মমৈথংদা লেপ্লক্রে, নিংথৌ হল্লক্রগা ঙক্তা ছুরিনা থিল্লগে, মহাক য়ৌরক্রগা অঙাংগী মরমদা থোকপা অমা শীল্লনি — করিগুম্বা মতমদু ফাওবা মুসলমানগী মথুত্তগী হিংহোবা থোক্রবদি। মুসলমানগী মথুত্তগী হিংকম লৈতবদি শোয়দবনি, অদুমকপু গঙ্গারামবু অমুক কৌগ্ররোই, অদুগা মীসু থাগ্ররোই। অদুনা রমা অমুকহন্না গঙ্গারামগী মনাক্তা মী থাদ্রে, মুরলাবু শুকচৎ চৎহন্দ্রে।

মুরলা অমুক লাক্তে, রমানা কৌরকপস্থ ভৌদ্রে, গঙ্গারাম মপুক্লিং লাঙলক্লে। তুম্বা-চাবা মকম থঙদ্রে। গঙ্গারাম মুরলাবু কোইথি থিবা হৌরক্লে। অদুবু মুবলাদি কোমুংগী মীনাই হুপীনি —লগ্নী-শোরোক্তা পংথোক থোকপী হুপী নত্তে, রাণীগী য়াথংতনা অদুক গঙ্গারামবু থিবা চৎথোক্লকপনি। গঙ্গারাম মুরলাবু থেংনক্লে। মমৈথংদা মশামক্লা হুতী অমা লাওলহুনা মুরলাগী মনাক্তা থারক্লে — মহাকপু কৌরক্লবা। রমাগী মনাক্তা থাবদি মহাক অকিবা পোকই।

মুবলা লাক্লে—হংঙকই, "করিগী কৌরিবনো?"

গঙ্গারাম। পাও লৌবত্রবদি কৈদৌবে?

মুরলা। লৌবা লাক্লগা নংনা পাওবু পিবিবরা? ঐথোইবুদি নংনা থাজদে।

গঙ্গা। অদুবু কৈদৌগে, ঐ ইশানা চত্তুনা পাও অদুম হায়বা য়াই।

মুরলা। মতুনা তা-বদি, কচ্চবা পোৎলমনা রা-মাঙবা হায়বহুনি।

গঙ্গা। করিনো হায়রিবহুবো?

মুরলা। রাণী অত্তোম্বী থরদং পোথারে।

গঙ্গা। করি তৌক্লরবগে পোথারে হায়ববো?

মুরলা। নংবু থঙদ্রা করি তৌক্লই হায়বা?

গঙ্গা। থঙদে।

মুরলা। নং উত্রনে, পংথবা-লায়নানা মশা ওম্মুদবদো?

গঙ্গা। করি রানোনে?

মুরলা। অহু নত্রবদবু নহাক লৈমকোন্দা করম চংবা ঙম্মুগদৌরিবনো ?

গঙ্গা। করিগী, ঐসি কনা ওইরদনা ?

মুরলা। নংবু মফমহুগী মতিক চাবা মীরনে ?

গঙ্গা। অহুদি ঐসি কদাইরাইগী মতিক চারিবা ?

মুরলা। শেগাইরবা ফীনাসিগী। মপাম তাম্না পুবিগদবা লৈরবদি ঐবুহুম পুবিয়ু। মতম কুইরে ইপা-ইমা উবা ফংদবা।

অসি হায়রগা মুরলা নোক্না নোক্না চৎখ্রে। গঙ্গারাম খঙলে, মাইকৈ সোমদা অমুক আশা তৌনিংঙাই লৈত্রে। আশা লৈত্রে হায়বা রাক্মসিবু থরাইনা করিগুম্বদা য়ানিংবা লৈত্রা ? পাপ তৌনবা পাঙল লৈরিবমখৈ, থরাইনা পাগ্না লুপ্লিবমখৈ, আশা অহুম লৈ। পৃথিবীদা হেক লৈরিবা পাপ মখৈ ঐহাক তৌরবসু তৌগনি, অহুগা রমাবুদি ঐহাক শুকথা থাদোক্লোই। অসুম্না অচেৎপা রাখলগা লোইননা তৌবিমল-খঙত্রবা গঙ্গারামহু, অকিবা শক্তম লৌহুনা ময়ুমলোমদা হল্লক্লে। অহিং অহু লেপ্লা নাইদনা অসুম খম্বহুনা গঙ্গারামনা, রমাগা সীতারামগগী মাঙন-মুংননবা পাম্বে থিবা হোৎনরক্লে।

---

## নিপালগুবা মতাং

মতম য়াম্না কুইরবা তুংদা, শ্রীগা জয়ন্তীগা বিরূপাগী মপান্দা, ললিতগিরিগী লৈতেম-মায়বা লমদম য়োরক্লে। মহাপুরুষনা অমুক লাক্লবা হায়খি, পাবিরিবশিংনা নিংশিংবিরম্বা য়াই। অহুনা মবানিমক লাকপনি।

মহাপুরুষনা জয়ন্তীতগা উনরে—শ্রীগদি উনদ্রে। জয়ন্তী মথন্তমক হন্তিগুম্ফা মতুংদা চংশ্রে,—শ্রীনা তাম্লক অহুদা বিরাপাগী মপান্দা কোইচৎ চত্তুনা লৈ। অহুদগী চিংদোন য়ৌনা কাখৎলগা চন্দন পাম্বীগী উখাদা ফম্লতুনা, মখাদা লৈমাইথক্তা তুরেল মপান্দা লৈবা তাল্বনৃ অমগী হায়ঙম্‌দনা নিংথিজবত্ত য়েংহুনা লৈরকই। ঙহাক লৈরগা জয়ন্তী হল্লক্রে।

মহাপুরুষনা করি তাকপিরকপা হায়বত্থ জয়ন্তীদা ইহং-হুংদনা, শ্রীনা হায়রকই, "কয়াদা মুংশিগ্রবা উচেক্কী খোঞ্জেলনো! তাবদা পুক্লিং শুমহৎলি!"

জয়ন্তী। নপুরোইবগী খোঞ্জেলগা মান্নবরা?

শ্রী। তুরেল অ-সিগী জে্‌া জে্‌া শ্রো শ্রো লাওবা খোম্বাংগা মান্নে।

জয়ন্তী। নপুরোইবগী খোম্বাংগদি মান্নবরা?

শ্রী। মতম কুইরে ইপুরোইবগী খোঞ্জেল তাবা ফংখিদবা—থোইনা নিংথিনা নিংশিংবা ঙমদ্রে।

ওম্বোকপনি! সীতারাম!

জয়ন্তী মত্থ খঙিঙ, নিংশিংহনগে হায়তুনা রাসি হংলকপনি। জয়ন্তীনা হায়রকই, "হৌজিক তারবদি হান্নগী অহুম্না মুংশিবা পোকখিত্রা?"

শ্রী তুমিন্না লৈগ্রে। ঙহাক্তুং লৈরগা মমাই হাইগৎলক্তুনা জয়ন্তী তম্না য়েংলগা শ্রীনা হংঙকই, "কন্নিগীনো? ঠাকুরনা ঐবু ইপুরোইবা খুরুম্বা চৎনবগী য়াথং পিনবিরক্লব্রা?"

জয়ন্তী। নংবুদি চৎপদা মতারবনি—ঐবুসু নংগা চৎমিন্নৌ তাকপিরকই।

শ্রী। কম্নিগী ?

জয়ন্তী। মানা হায়, মতুনা অফবা ওইনি।

শ্রী। মতুনা ঐঙোন্দা হৌজিক অফ-ফত্ত অন্না-তুংঙাই করিবু ওইফম থোক্লিবগে ইবেন্মা ?

জয়ন্তী। নংবু ভাব তাবা ঙমজ্রিবরা শ্রী ? নঙোন্দা ঙসিসু অমুক ভাব তানবা তাকখিবা তারিব্রা ?

শ্রী। ঐ ভাব তাদে।

জয়ন্তী। নংগী অফ-ফত্তগী য়েংবা ওইরবদি, ঠাকুরনা নঙোন্দা করিগুম্বা য়াথং অমতা তাক্লক্লোই—মী মশাগীতা কান্নবা য়েংতুনা মহাক কনাদসু ময়াথং পিদে। মতুদা নংগী অফ-ফত্ত করিমতা লৈতে।

শ্রী। থঙলে—ঐ হৌজিক চৎলগা ইপুরোইবগী য়াইফগদবা লৈব্রা ?

জয়ন্তী। মহাক করিগুম্বা অমতা তশেংনা হায়দে—অতুক কুপথনসু তাক্কে, ঐখোইগা রা য়াম্না ঙাংনবসিংসু মহাক পামদে। অতুবু মাগী রাতু মসি ওইবা য়াই হায়রবমথৈদি, ঐ থঙবা ঙম্মি। অতুগা নংসু ঐঙোন্দগী অসুক কুইনা তারকইবা থঙলকইবসিনা, থঙবা ঙম্নমগনি হায়নদি নিংই।

শ্রী। মহাক চৎকদৌরিবদি করিগীনো ?

জয়ন্তী। মতু ঐঙোন্দা করিমতা তাক্তে। মহাক্না য়াথং তৌরকই, অতুনা চৎকদৌরিবনি। করিগী চৎলোইদগে ? নংদি চৎকনিদনা ?

শ্রী। মহুনি খল্লিবা।

জয়ন্তী। করিগী খল্লিবা? চান্নবগী মথন্নাই-চুপ্পীনি হায়বা রাফমহু খল্লুবদগীরা?

শ্রী। নত্তে। হৌজিক ঐ মহুগী মরমদা কিরুবা লৈত্রে।

জয়ন্তী। করিগী কিত্রিবা, ঐঙোন্দা অহুক হায়ু। মহু খঙলগা নংগা চৎপা চত্তবা ঐ লেপকে।

শ্রী। কনানা কনাবু হাৎপগেনে ইবেম্মা? হাৎপা ঙম্মিবদি মীশক অমতনি — শিরগদবহু মহাক্না অহুম হাত্তুনা লৈরবনি। পুন্নমক শিবা ঙাক্নি। ঐগী থুত্তবু ওইরবস্থু, অতোপ্পগী থুত্তবু ওইরবস্থু, মহাক নোংমদি শিবগা লেঙ্গোন্নরগদবনি। ঐহাক্না কৈদৌঙুংদা মাবু হাৎকে হায়নদি খক হাৎলোই, মহুদি হায়রুকম লৈতবা রানি; অহুবু পুন্নমক্কী মকোক ওইরিবা মহাক্তুনা, করিগুম্বা লেপ্পিরম্মবা, ঐমক্কী থুত্তা মহাক অসি সংসারগী অরা-চৈনাখোলদগী লাম্থোকপা ওইগনি হায়বসি, অহু ওইরবদি কনাগী মতিক লৈ নাথৈহনবা ঙমগদবা? ঐ উমং-রামংতদা লেল্লবস্থু, সমুদ্র রাংমদা লানথ্রবস্থু, মহাক্কী ময়াথংহুগী মথাদি অহুম্মক পোল্লগদবনি। ঐহাক য়াম্না চেকশিন্না ধর্ম্মগী তুংইন্না চৎকনি—মহুদা মহাক্কী ফত্তবা থোক্লবা, ঐহাক মহুনা অরা-ঙুংঙাই করিমতা পোক্লোই।

ওহোকই ওহোকই সীতারাম! কনা মঙুংলাংগী নংনা কোইঙাওননা চৎলিবা?

জয়ন্তীহু মপুক্লিংদা য়াম্না ঙুংঙাইবা পোক্লে। জয়ন্তীনা হংলকই, "অহুদি করিগী খল্লিবা?"

শ্রী। খল্লিবা হায়ববু, চৎলুরগা করিগুম্বা মহাক্না অমুক খাদোক্লক্ত বদি, অসিনি।

জয়ন্তী। কোষ্ঠীগী মরোলত্থবু কিরুত্রবদি, খাদোক্তসত্থনা কৈদোগে? নহাক কৈদোদনা অমুক চৎখোক্লকদৌরিবনো?

শ্রী। ঐসিবু নিংখৌগী ওইদা কম্বা মতিক চারিব্রনে?

জয়ন্তী। হেন্দুম্ হেনমল্লে। নংবু সুবর্ণরেখাগী মনাক্তা অমদি বৈতরণী-তোর্ব্বান্দা অহানবা হেক উবত্থদগী ওসি নশক্তু কয়া য়াম্না কজখৎলবা, নংদি শুকখণ্ডবু খণ্ডজরিরোই।

শ্রী। চরোদা!

জয়ন্তী। নগুণনা শরুক কয়া হেনগৎলবা, মত্থসু নং খণ্ডজব্রা? করম্বা মহারাণীগী গুণনা নংগা মান্নবা য়াওরিবগে?

শ্রী। ঐনা হায়রিবা ব্রাসি কদাইদনো নংনা ভাব তারিবা? কদাইদনো, নংগা ঐগা ব্রাখল মান্নরিবা? ঐনা হায়রিবসিবু মদোমদরনে? ঐনা হায়বদি, মহাক্না অমুক হল্লকহন্নিংত্থনা কোইকৌ কৌবা লাক্লরিবা শ্রী অদো, মহাক্তি অমুক লৈত্রে—নংগী নখুত্তা মহাক্ মখল্লাই থাব্রে। হৌজিক লৈরিবদি নংগী পরুয়াতা মণ্ডাইরে। নংগী পরুয়াবু লোয়নরগা মহারাজাধিরাজ সীতারাম রায়না হুংঙাইখিগব্রা? অত্থগা নংগী পরুয়ানসু মহারাজাধিরাজ লোয়নরগা হুংঙাইবা ওইখিগব্রা? রাণী ওইবগী থবক্তু নংগী পরুয়াগী মতিক চাবা থবক নত্রে।

জয়ন্তী। ঐগী পরুয়াগীবু অব্রা হুংঙাই হায়বা করি অমুক লৈরি? (অত্থদগী নোক্লত্থনা) অরাবনি অসুখী পরুয়াসিদি!

শ্রী। ঐগীদি অহ্না-মুংঙাই লৈত্রে, অদুবু মাগীদি লৈ। মহাক্না মতুংদা, মাগী শ্রীদি শিখ্রে, মহাক্কী মশাদু পুরদুনা সন্ন্যাসীনী অমথক্না লৌনম তৌরম্মি হায়বসি থঙলক-উরক্লবা মতমদা, মহাক অরাবা পোক্লোইদ্রা ?

জয়ন্তী। পোকপা য়াই, পোক্তবা য়াই। মদু পুম্নমক নৈনরুদুনা কান্নদে। পল্লেপফম লৈতনা ফজরবা কৃষ্ণপাদপদ্মদা মপুক্লিং লুপ্লবা, মদুবু নত্তনা অতৈ করিগুম্বা অমত্তা মাগী খম্মোইমুংদা ফাওবা লৈত্রবা—অদু ওইরবদি মাইকৈ খুদিংমক অফবতা ওইগনি; হৌজিক্তি চংলো, নপুরোইবগীবু ওইরবসু, অমগীবু ওইরবসু, অফবা থৌরম পাঙথোকপা তারিবনিনা, খুদকসিদা থিন্দনা খোঙশাল্লসি।

ঙসাইমখৈ রা অসি ঙাংনরিঙৈদা, জয়ন্তীগী মখুত্তা ত্রিশূল অনি পায়রি। শ্রীনা হংঙকই, "ত্রিশূলদুদি করিগীনো ?"

"মহাপুরুষনা ঐখোইবু ভৈরবীগী ফীজেত্তা চংলু তাকপিরকই। অদুনা ত্রিশূল অনিসি পিরকপনি। ঐনা খনবদা ত্রিশূলসি মন্ত্র-শোল্লবা ★ ওইরমাল্লে।"

মতুংদুদা মখোই অনিমক ভৈরবীগী ফীজেৎ শেংলে; অদুগা চিংথক্তগী কুমথরক্তুনা বিরূপা মপানগী লম্বীদুদা গঙ্গা পাংনা চংলক্লে। লম্বেল ময়াদা লৈবা উমংদগী লমলক্কী লৈরাং হেক্লগা, মদুগী লৈ-না, লৈয়োন, লৈরিক অসিনচিংবদু য়াম্না কুপ্না য়েংলয়েংলদুনা, লৈরাং শেম্নকপা মপুগী, মপান নাইদ্রবা থুংশেমগী

---

★ হৌজিক মতমগী লোন্দাদনা "Magnetized."

মগুণ শক-শোল্লহুনা চংলক্লে। সীতারামগী মমিং কনামতনা অমুক্তক্কাও মচিন্দা পম্লদে। লাইবকচাওবীশিংসিবু তাইবংবু মপুনা করিগী শক-চু চংথোনহনবিরকপা, মহুদি মাতনা খঙই। অহুগা পঙবদগী পঙলবা সীতারামনা, শ্রী! শ্রী! কৌহুনা মাইকৈ-শলাই খঙদনা চেল্লিবহৃস্নু, মাতনা হায়বা ঙম্মি। পাবিরিবশিংনা, অনি অসিবু হেলোইগী শীংদা চনবিবা য়াই নিংই। মহু লাইরিক-ইবা-মীস্নু মপুং ফানা য়াজৈ।

---

## মাপলশুবা মতাং

বন্দেআলি কৌবা ভূষণাগী পিক্রবা মুসলমান অমনা, অচৌবা মুসলমান অমগী তালোইহু পুথোরক্লগা লুহোংলুরে। মপুরোইবা অহুনা চত্তুনা মপাঙ্গলনা নমহুনা হুরানপ্রবী সীতাহু কন্নবা হোৎনরক্লে; মরুপ্তুনা বিবিহু পুরগা মহম্মদপুর তাম্না চেল্লক্তুনা লৈররে। গঙ্গারামগদি মহাক হান্নদগী হৌনা শকখঙনৈ। মাগী ফৌজাম্দগী মহাক হৌজিক সীতারামগী নগর ঙাক্লবা লান্মী মরক্তা য়াওরে। গঙ্গারামনা মাবু য়াম্না থাজৈ। হৌজিক গঙ্গারামনা লোম্না মাবু তোরাব খাঁগী মনাক্তা থারক্লে। পাও অস্নুম্না হায়হল্লুই, "চন্দ্রচূড় ঠাকুরদি লোনম্বা মীনি চন্দ্রচূড়না হায়রিবা, লুপা পিরবদি মহম্মদপুরসি ফৌজদারগী খুত্তা পিথোক্কনি হায়বহু, তশেংবা লোনম্বা য়াঙাংনি। লোনম তৌহুনা মতম শাংথহনবনি মানা পাম্লিবা। সীতারাম য়োরকপা কাওবতং ঙাইনবা হোৎনবনি।

নগরদি মাগী মথুতা লৈতে। মানা কনা পান্নবস্থ, ফৌজদারদা নগর পিখোকপা ওয়্রোই। নগরদি ঐগী খুত্তনি। ঐনবু পিত্রবদি, নগর কনামতনা লৌবা ওয়্রোই, সীতারামমকস্থ। ঐ ফৌজদারদা নগর লাম্থোকপা ওম্মি। অদুবু মতৃগী রা ওাংনবত্ত ঐ ফৌজদার সাহেবকা ইশামক ওাংননিংই — নত্রবদি ওইরোই। অদুবু ঐদি লোম্না চেন্নকপা মরাল-লৈবা মী অমনি—থরাই মাওগনি কিবনা লাকচবা ওমদ্রে। ফৌজদার সাহেবনা কিকম লৈতে তাকপিরক্রবদি ঐ লাকচবা ওমগনি।"

গঙ্গারামগী মরাইবক ফবনা বন্দে আলিগী মচনত্ত হৌজিক তোরাব খাঁগী খোয়দাবী বেগম অমা ওইরি। মরম অদুনা ফৌজদারগা উননবা হোৎনবত্ত বন্দে আলিদা থোইনা লুনা থোক্তে। রা পুম্বা ওাংনরে। গঙ্গারাম কিরুফম লৈত্রে। তোরাবখাঁ মথুৎমক্তা গঙ্গারামদা চিঠিসি ইরক্লে, "নংগী নরাল পুম্বা ওাকপিরবনি। হয়েং অহিং হুজুরগী মাংদা থুংলো।"

বন্দে আলি ভূষণাদগী হল্লক্লে। মহাক্না তুরেল লা-ল্লকপদা তোংলিবা হিত্নদা, চাঁদ শাহ ফকিরস্থ তোংলকই। ফকিরত্ত বন্দেআলিগা রারি অস্তুম শারকই। "কদাইদা চৎলুই?" হায়না হংলকপদা বন্দেআলিনা খুম্মি, "ভূষণাদা চৎলুই।" ফকিরনা ভূষণাগী পাও থরা হংওকই। বন্দেআলিত্ত ফৌজদারগা হকথেংননা উনরুবত্নদা, মশাদা নাপাল থরদং কারণ তৌনা লৈ। মহাক্না ভূষণাগী পাও তম্মকপদা, কনাগী কোতোয়াল, ফম্লাইবা, শেল-পা-নবা-মী, পেস্কার, কনামতা চিথদনা ফৌজদারগী মরমদা লোইনমক তমথোয়ক্লে। ফকির ওক্লে। ফকিরত্তদি সীতারামগী

য়াইফনবা খনবা মীনি। মহাক মপুক্কিংদা লেপ্লকই, "ঐহাক খরদং থিজিনবা ভাই।"

---

## তরাশুবা মতাং

গঙ্গারাম ফৌজদারগা লোইননা অচিকপদা উনরে। ফৌজ-দারনা মঙোম্দা করিগুম্বা অকিবা অমতা উত্তে। তৌগদবা খবক পূম্নমক লেপ্লরে। ফৌজদারগী লাম্মীনা মহম্মদপুরগী লানবল থোঙজিন হেক য়ৌরকপদা, গঙ্গারামনা লানবলগী-থোঙ হাংদোক্কনি হায়বসি য়ারে। অদুবু ফৌজদারনা হায়রকই, "লানবলগী থোঙ য়ৌরক্লবা মতমদা, নংনা ঐথোইগী দমক লানবল-থোঙদি হাংদোক্লগনি। হৌজিক মৃন্ময়গী লানশঙদা সিপাই য়াম্না লৈ। লমথাঙদা, মরুওইনা তুরেল লান্থোরকপা মতমদা, মথোই লান থেংনরগনি হায়বসি চিংননিংঙাই লৈতে। লান্নবু থেংনরবদি ঙম্বরা-মায়থিবরা অমদি শোয়দে ঐথোই লাম্ফমতুদা মায় পাক্লবদি, নংগী নতেং য়াওব্রবস্তু লানবল অদুম্মক লৌবা ঙমগনি। অদুগা মায়থিরগনা, নংগী নতেংতু ঐথোইদা কান্ননিংঙাই লৈত্রে। মতুংদি করি করম্বা থুজিল তৌরে?"

গঙ্গা। ভূষণাদগী মহম্মদপুর চংনবসি লম্বী অনি শুই। অমনা অরাং লম্বী, অমনা মথা-লম্বী। মথা-লম্বী চংলবদি, থাপ্না তুরেল লাম্থোকপা তাই — অরাং লম্বী চংলগনা লানবলগী মমাংমক্তদা লাম্থোকদবনি। নহাক মহম্মদপুরদা লাম্লারকপসি

মখা-লশ্মীরোমদা লাম্মী পুরগা চৎপিয়ু। মৃন্ময়স্থু মহু খাজগনি; মরমদি, লানবল মমাংদা তুরেল লাম্বোকপা হায়বসি ওইখোক্তবা অমদি অরুবা থবক্নি। মরম অহুনা মহাকস্থু লাম্মী পুহুনা মখা-লশ্মীরোমদা নহাক্তা লাল থেংননবা চৎলনি। তাল্লকসিদা নহাক অরাং-লশ্মীদা লাম্মী পুরক্তুনা লানবল মমাংদা লাম্বোকপিয়ু। মতম অহুদদি লানবলদা লাম্মী লৈররোই, লৈরবস্থু খজিক্তমক মঙাইরগনি। অহুনা ইরাই-লাইনা তুরেল লাম্বোক্লগা নহাক অপনবা লৈতনা লানবল মহুংদা অহুম চংবিবা য়াগনি।

ফৌজদার। অহুবু করিগুম্বা মৃন্ময়না মখা রোমদা অস্থুম চৎলিঙৈদা, ঐখোই অরাং লশ্মীদা অমুক লাম্মী পুহুনা চৎপ্রে হায়বসি তারক্লবদি, মহাক লমখাংদগী অহুম হকল্লপা য়াই।

গঙ্গারাম। মহাক লাম্মী তংখাই অমনা খারোমদা, তংখাই অমনা অরাংলোমদা থাবিয়ু। অরাংলোমদা থাবা লাম্মীশিংহুদি মাংজোননা কনামতনা খঙবা ঙমদনবা শীনবিয়ু। লাম্মীশিংহু অহিং হৌহুনা চৎহল্লগা তুরেল মপান্দগী থরা থাপ্লপ উঙুং রাম্নুংদা থুপ্তুনা লৈরবদি ফগনি। অহুদগী মৃন্ময়না লাম্মী ময়াম পুহুনা থরা থাপ্লপ চৎপ্রবতুংদা তুরেল লাম্বোক্লবদি করিমতা য়ৈখাই-থিনগাই লৈররোই। মৃন্ময়গী লাম্মীশিংহুস্থু খা-অরাং অনিমক্তা লাম্মী মরক্তা ভাহুনা অহুম্বক তুমজরগনি।

ফৌজদারহু হায়রিবা খুজিলসি তাবদা হরাওরে, য়াম্নু য়ারে মানা হায়রকই, "য়াম্না ফরে। নহাক ঐখোইগী ভগেংবা য়াইফনরা-খনবা মীনি। করিগুম্বা ম-না অমা ফংনিংহুনা অসিগুম্বা থবক্তসি নহাক তৌরিবনি নিংই। করি ম-নানো নংনা পাম্লিবদে?"

গঙ্গারামনা মপুক্লিংদা পাম্লিবা ম-নাহ্ নিরক্লে—হায়রুক্লহুনবু কাম্নদে, ম-নাহ্ রমানি।

নিংবা থুংলহনা গঙ্গারাম বিদায় তৌরক্লে। অহুগা অহিং-হুমক্তদা মহম্মদপুর তাম্না হল্লক্লে"।

গঙ্গারামদি খণ্ডদে, চাঁদশাহ ফকির মাগী মতুং কোয়ইন-ইমরি হায়বা।

---

## ভরামাথোইশুবা মতাং

য়াচংবা মতুংদা লাঙাবা-মী লাক্তুনা চন্দ্রচূড়দা পাও পিরক্লে, ফৌজদারী লাম্মী খা-লম্বেল্লোমদা মহম্মদপুর লাম্মানবা চংক্রে হায়না।

মহ্ ভাবদা চন্দ্রচূড়না মৃন্ময়গা গঙ্গারামগা কৌহল্লুহনা রা ভায়বা হৌরক্লে। রা অহ্ অম্মুরা লেপ্নরে, মৃন্ময়না লাম্মী পুহনা অহিং অহুমক খা-পাংনা চংলগদবনি—অতুগা যবন-লাম্মীনা তুরেল লাম্বোক্লকপা ওমদনবা হোৎনগদবনি।

অসোমদা লানগী থৌরাং ভৌবদা ইরাও লাওনরক্লে। মৃন্ময়দি হায়দগী লাওহনা থম্লবনি, অতুনা মহাক লাম্মী পুহনা অহিংহ্দা খাগী লম্বেলোমদা থোঙশাল্লক্লে। লানবল ওারুবা লাম্মী থয়তমক থনক্লে। মথোইশিংহ্ গঙ্গারামগী য়াথং-মথাদা লৈরে।

অম্মুরা ইরাও-লাওনরকপা মতমসিদা পাবিরিবশিংনা তোম্নবী রমাবু নিংশিংবিরিব্রা? ময়াম্মরা মুসলমান লাম্মী লাকপগী পাও

ফংনবা মওংহ্নু, রমাস্নু অহুম্মক মকংই। মুরলানা হায়রকই, "মহারাণী, হৌজিক্তি নপাবুংগী নাক্তা চৎনবা থৌরাং তৌরো।"

রমানা হায়রকই, "শিবা তারবস্নু অসিদা অস্নুম্মক শিরগনি। মিংদা থীবা মাইকৈরোমদদি চৎলরোই। অহুবু নহাক অমুক্তং গঙ্গারামগী মনাক্তা চৎলু। ঐদি শিরবস্ত্র, অসিদা অস্নুম্মক শিরগনি, অহুবু ঐগী ইচাসিবু কনগনি হায়না মহাক হায়খি, মহুগী রাহু অমুক্তং নিংশিংলু মতম চানা লাক্লুনা কনবিনবা হায়রু। ঐগদি শুকউ-উনররোই হায়বসিস্নু হায়রম্মু"

রমাহ্নু মপুক্লিং ফাথনবা নম্বাগী মনাক্তা চন্তুনা ফম্লুরে। কোম্নুং মম্নুংগী কনামতা অহিংহ্নু তূম্লরে।

মুরলা য়াথং ফংলহুনা গঙ্গারামগী মনাক্তা চৎলে। গঙ্গারামদি থেংলবা অহিংদা ইমুংদা মথন্তা ফম্লহুনা লুরবা রাখলদা লুপ্লি। রত্ন ফংনবা সমুদ্রদা চোংথগে হায়না মহাক লাক্লরি—ইরোইহুনা অমুক চাংজৌ য়োরকপা ওমগত্রা? গঙ্গারামনা ফনা ইচং-থৌনা থন্দুনস্নু, রাক্ষসিগী অরেপ্পা ফীভমদি মহাক পুথোকপা ইঙম ওমদ্রে। রাখল ফনা য়াম্না তৌহুনস্নু করিগুম্বা অমতা লেপ্পা ওমত্রবা মীহুদি, অরোইবদা ঈশ্বরদা শিম্নথোরকই। মহাক্না হায়, "ঈশ্বরনা তম্বা হায়বহুনি।" অহুবু গঙ্গারামদি মহুস্নু হায়বা ওমদ্রে—পাপকী থবক তৌবা মীহুদি মশানা থওজে, ঈশ্বরনা চানবিকম নৈত্তে—জগৎকী মরুপতু মাগীদি য়েক্নবা ওইরে। অহুনা গঙ্গারামহ্নু য়াম্না শুকথনা রাখলগী ইপাক্তা তাওখি।

অস্নুম তৌরিঙৈ মতমসিদা মুরলা ফাওরক্লে। রমানা হায়রকপা পাওহ্নু মঙোন্দা তক্লে।

গঙ্গারামনা হায়রকই, "অহু ওইরগনা হৌজিক চত্তু্বা অঙাংহু লৌরুরগে।"

মুরলা। মহুসু য়াত্রি। মুসলমাননা কোন্নুং হেক চংবা তারক্লবদা, নহাক লাক্তু্না কনবিবা, মসিনি রাণীনা পামজরিবদি।

গঙ্গা। মতম অহুদদি করি খোক্লগদগে হায়বা, কনানা হায়বা ঙম্মুনি? কল্লিংবা লৈরবদি, খুদকসিদা অঙাংহু ঐঙোন্দা পিরো।

মুরলা। ঐ মাবু পুত্থনা লাকও হায়বরা?

গঙ্গা। মহু য়াদে। ঐনা হায়গদবা রা য়াম্না লৈরি।

মুরলা। ফরে—পোইম্নু থাদা।

অসি হায়রগা, মুরলা নোক্না নোক্না চৎখ্রে। অহুবু গঙ্গারামগী ময়ুমদগী থোক্লগা শোরোক যৌরম-য়োফাৎত্রিঙৈনা মুরলাগী মিনোক্তু্ থংমাঙ মাঙখ্রে—কিবনা মমাই থকমক মকশিনৃখ্রে। মহাক উরক্লে, মমাংদা শোরোক্না, নোংঙাল্লমদাইগী শক্তিক থাবাগুম লংনা ত্রিশূল পায়বী ভৈরবীমূর্ত্তি অনি! মুরলানা মথোইহুবু শঙ্করীগী ভুংইনবীনি খন্দুনা লৈবাক শোক্না থুরুম্লগা, মথুং লোম্নহুনা লোম্লক্লে।

ভৈরবী অমনা হায়রকই, "নং কনানো?"

মুরলানা কিনা কিনা থুম্লকই, 'ঐ মুরলানি।"

ভৈরবী। মুরলা হায়বদি কনা?

মুরলা। ঐ রাণী অতোম্বীগী মনাইনি।

ভৈরবী। নগর-ঙাকপগী ময়ুমদা অমুক থেংনা কৈদোবা লাক্লিখনো?

মুরলা। মহারাণীনা থারকপনি।

ভৈরবী। মাংদা লৈরিবা লাইশঙ অসি উবরা ?

মুরলা। উজে হোয়।

ভৈরবী। ঐখোইগা লোইননা মসিদা লাকউ।

মুরলা। য়াম্না ফনি।

অসি হায়রগা মবানিনা, মুরলাবু ত্রিশূল অনিগী মতোন মরক্তুদা চংহন্দুনা লাইশঙ মন্নুং তাম্না পুখ্রে।

---

## তরানিথোইশুবা মতাং

চন্দ্রচূড় তর্কালঙ্কারদি অহিংতু তুমখ্রে। মহাক অহিং চুপ্পা নগর কোইচং-চন্তুনা য়েংলুবদা উরে, নগর ঙাক্লবা করিগুম্বা থৌরাং অমতা তৌদে। গঙ্গারামদা ৱাসি হায়রুবদা, গঙ্গারামনা মহাকপু অকনবা খোনৃ কয়া থাহনা তাম্থোরক্লে। মতৌহুদা মহাক মথরাই য়াম্না শোক্না কুশাসন্দা ফম্লহনা, পুম্নমকপু ঙাকপিরিবা অরাবা ক্লোকহনম্বিবা মধুসূদনবু নিংশিংলহনা লৈরি। তাঙ্গা অসিদা চাঁদশাহ ফকির লাক্তুনা গঙ্গারামনা ভূষণাদা চংলুবগী ৱারমপুম্বহু তম্লরে। মহু তাবদা চন্দ্রচূড় কোকচাওবী কাখ্রে। মহাক থুদক্তুদা থল্লকই, সিপাই থয়া পুহনা গঙ্গারামবু ফাজিন্দুনা থম্লগা, নগর ঙাকপগী থবক্তু অতোপ্পা মী অমদা শিন্নরগে, অহুবু মহাক অমুক থম্বরকই, সিপাইশিংদি মাগী মথাদা নত্তে, গঙ্গারামগী মথাদনি। অহনদি মহুগী থৌরাং পুম্নমক মহৈ য়াম্লোই। মৃন্ময় লৈরবদি করিগুম্বা অকায়বা অমতা থোক্লোইদ্রবনি, সিপাই পুম্নমক মাগী

য়াথং মথাদনি। মৃন্ময়বু মপান্দা থাদোকখিবনা, মহাক মাঙনা-ডাক্লবসি থোক্লবা শীগ্রে। মসি ভাব তারকপদগী, মহাক নিংঙমদবা মৈচাক্লা চাক্তুনা শুংবংননা হিংচাবাময়াম-তুমহনখিবা হরিজবু খন্দুনা লৈরক্রে। মতমসিদা ইখঙ খঙহৌদনা মমাংদা, মাইথোং মকা-দাল্লবী ত্রিশূলপায়বী ভৈরবীবু হেক উরক্রে।

গুরু। হংঙকই, "ইমা, কনানো নংবো?"

ভৈরবীনা হায়রকই, "বাবা! থেক্লবদি য়ৌশিল্লক্রে, অদুবু কোন্থুংসি ঙাক্লবা করিগুম্বা অমত্তা থৌরাংত্রিবসি করিগীনো? মসি নঙোন্দা হংগে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

মুরলাগী রা ঙাংনখিবদুমু, চন্দ্রচূড়গী রা ঙাংনরিবসিমু জয়ন্তীনি।

রাহংসি তাবদা চন্দ্রচূড় অমুক্কা হেন্না ঙকখিদুনা, হংঙকই, "ইমা, নহাকপু নগর অসিগী রাজলক্ষ্মীরা?"

জয়ন্তী। ঐহাক অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, ঐগী রাসিগী পাওখুম পিয়ু। নত্রবদি অঙবা থোক্লোই।

চন্দ্র। ইমা, ঐহাক্কী পাঙ্গল করিমত্তা লৈত্রে। নিংথৌনা নগর-ঙাকপগী মথুত্তা নগর ঙাক্লবা শিন্নরম্বনি, নগর-ঙাকপনা ঙাক্লবা থৌরাং তৌত্রে। লান্মীদি ঐগী থুত্তা লৈতে। ঐ করি তৌগনি, নরাথং তাকপিয়ু।

জয়ন্তী। নগর-ঙাকপগী মপাও নহাক খঙ-লাকপা লৈত্রা? করিগুম্বা লোনম-লোনচংকী পাও তাবদি লৈত্রা?

চন্দ্র। তারে। মহাক ভোরাব খাঁগী মনাক্তা চংলুরে। মঙোন্দা নগর শিন্নথোকপগনি হায়না নিংলে। ঐনা পঙবদগী ঐ

মহুগী উপায় করিমতা তৌহৌক্রে। ইমা! ঐহাক নংবু নগররসিগী রাজলক্ষ্মীনি হায়না নিংই। চানবিত্নবা ননাইদা ভৈরবীবেশতা দর্শন পিনবিরিবনি। ইমা, নহাক মক্ত্ বী মঙাল-চাওরবী ওইনা নংগী কোম্নুং অসিবু কনবিয়ু।

অসি হায়রগা চন্দ্রচূড়না মথুং লোয়রত্নবা ভক্তিগা লোইননা জয়ন্তীবু খুরুম্নক্রে।

"অত্নদি, ঐ ইশানা কোম্নুংসি কনগনি." অসি হায়রগা জয়ন্তী চংখ্রে। চন্দ্রচূড়গী মপুক্লিংদা আশাগী মঙাল ফাওরক্রে।

জয়ন্তীসু আশাদগী হেল্লবা মহৈ ফংলে। শ্রীদি মপান্দা লৈ। মাবু পুরগা জয়ন্তীহু গঙ্গারামগী মযুমলোমদা পাংলক্রে।

---

তরাহুমদোইশুবা মতাং

মুরলা চংখ্রবা তুংদা গঙ্গারামহু মাইকৈ মরিমক্ অমুক্তা হেন্না মন্না উরক্রে। মশুং লাংগী অরাবা ইপাকসিদা চোংথরিবা মীশক্নদি, মহাকপু পাম্বিদ্রে। মহাক মমিং উইশিন্দুনা সমুদ্র ইরোন্নুংদা চোংথরি, সমুদ্র লৈখাদা রত্নহু কংথিগদ্রা? নত্রগা, লুপ্তনা অতম শিথিবনা হেন্না ফরগদ্রা? অমস্বা! মাইকৈ মরিদা অমম্বা! হৌজিক কনানা মাবু কনবিগনি?

খঙহৌদনা গঙ্গারামগী মশাহু তু থ্যাও চুংলক্রে। মহাক্না উরকই, থোঙজিন্দা নোংঙাল্লমদাই-থবাশুম তরং তরংবী ত্রিশূল পায়রবী ভৈরবী মূর্ত্তি। মশাগী মঙালনা ইমুংদা থাল্লিবা থাওমৈগী

মঙালদু মকশিল্লি। ভবানী মশামক্তা মালেমদা থোক্তদাবিরক্রবনি খন্দুনা গঙ্গারামসু মুরলানী মতৌগুম খুরুম্নগা মখুৎ লোন্নজনা লেপখৎলক্রে। অদুগা হায়রকই, "ইমা, ননাইদা করি তাকপিগদবা?"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "ইবুঙো! নঙোন্দগী ভিক্ষা খরদং নিগে লাক্লিবনি।"

ভৈরবীগী য়া তাবদা, গঙ্গারামনা হায়রকই, "ইমা! পাম্বিবা অতুতা কচ্চগনি। তাকপিয়ু।"

জয়ন্তী। ঐঙোন্দা নোংমৈ-টোপ-মরু গাড়ী অমতং পিয়ু। অদুগা অরুবা নোংমৈ-কাম্না-হৈবা মী অমসা পিয়ু।

গঙ্গারাম ওহাক ইকঙা ইকঙা তৌরে—কনানো অসিবো? হংঙকই, "ইমা! নহাক নোংমৈ-টোপ-মরুদি কৈদৌনবনো?"

জয়ন্তী। অদুগী খবক্তা শিজিন্নগদৌরিবনি।

গঙ্গারামগী মবুক্রিংদা কন্না চিংনবা পোক্রে। মহাক দেবী অমা ওইরবদি, নোংমৈ শুজিনা মঙোন্দা করি কাম্নিংঙাই লৈ? মী ওইরগনা, মঙোন্দা করিগী গুলি পিরুকয় থোকই? কনাগুম্বগী লাঙ্গাবা মীশক ওইরমসু য়াই? অসি খন্দুনা গঙ্গারামনা হংঙকই, "ইমা! নহাক্পু কনানো?"

জয়ন্তী। ঐ অমা-অহৃ ওইরবসু, রমা অমদি মুরলাগা চৎনরিবা পাও ঐ লোইনমক থঙই। অদুদসু নত্তনা নংনা ভুষণা চৎলুবা অতুগা মকমতুদা ওাংনবা য়ারিম ঐ পুমথঙ-থঙই। ঐনা হায়রিবসি খুদকসিদা ঐঙোন্দা পিয়ু, নত্তবদি ত্রিশূল অসিনা খিন্দুনা নহাক হাৎকনি।

অসি হায়রগা মথৌনা করবী ভৈরবীহুনা লংলবা ত্রিশূলহু য়াঙ্কৎলগা হরু হরু লৈরম্লে।

গঙ্গারাম মিহুন শুম্লে। "লাকপিরো পিজরগে," হায়রহুনা ভৈরবী পুহুনা খুৎলাই-শঙ্খ তাম্না লাক্লে। জয়ন্তীনা হায়রিবা পুন্নমক্ত অমতা চিথদনা পিরে, অহুগা পিয়ারীলাল কৌবা নোংমৈ -কাপ্পা হৈবা মী অমস্থু লোয়ননা থারক্লে। জয়ন্তীবু বিদায় তৌগ্রগা গঙ্গারামনা লানবলগী থোঙ লোনশিন্দুনা থম্মু হায়না য়াথং তৌম্লে। মহাক্কী য়াথং য়াওদনা কনামতা চংথোক-চংশিন তৌহনবা য়াদে হায়নস্থু লাওথোকম্লে।

জয়ন্তীগা শ্রীগা নোংমৈ-মরু পুরহুনা, লানবলদগী থোরক্লগা, কোতুংগী হিদেন-তাকম ওইরিবা মকমহুদা থুংলরে। মকমহুদা মথোইনা ঊরক্লে, চাও-শাংলবা নিংথিজরবা নিপা অমথক কম্মহুনা লৈরি।

ভৈরবী অনিহুগী মরক্তগী অমনা, নোংমৈ মরুগী গাড়ীহুগা কাপ্পা হৈবা মীহুগা পুরহুনা থরা থাপ্লপ চৎলগা লেপ্তুনা লৈরে, অহুগা অতোপ্পা অমনা মতিক মঙাল-লৈরবা নিপাহুগী মনাক্তা চংলগা হংঙকই, "নহাক কনানো?"

নিপাহুনা হায়রকই, "ঐ কনা থোইদোকপা নত্তে। নংদি কনানো?"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "নহাক করিগুম্বা থৌনা কবা মীশক ওইরবদি, নোংমৈ টোপ মরুশিংসি পিগে—কোম্নুংসি ঙাকউ।"

নিপাহু পুমঙক ঙকপ্লে, লাইমক্কি থন্দুনা জয়ন্তীদা থুরুম্লে। ওহাক্তং থল্লগা স্বর মপী শাংনা হোল্লক্লে। অহুগা হায়রকই, "মহু তৌরগা কৈদৌনদগে?"

জয়ন্তী। নহাক করি পাম্লিবা?

নিপা। ঐনা পাম্লিবসি, কোম্নুংসি কল্লগা ফংবা ঙমগত্রা?

জয়ন্তী। ফংগনি।

অসি হায়রম্লগা জয়ন্তীদু খঙহৌদনা মশক উথিল্লে।

---

## তরামরিশুবা মতাং

মথক্তা নিংশিংথ্রে, চন্দ্রচূড় ঠাকুর অহিংদু তুম্বা চংদ্রে। মথংগী য়াম্না ঙনথ্রবা অয়ুক্তা মহাক কোম্নুংগী রাংলবা দোলাল মতোন কাখত্তুনা মাইকৈ মরি কোইয়েং য়েংই। মানা উরকই, তুরেল রাংমরোমদা, মমিৎ মপামক্তদা, হি য়াম্না পুল্লপ লৈরি। তোর্ব্বান্দা মী ময়ামসু লৈবগুম উই, অদুবু মতমদু নিংথিজনা ঙান্দ্রিবনা, মখোইদু করম্বা মথলগী মীনো হায়বদি তাংদাংবা খঙদ্রে। মতমদুদা মানা গঙ্গারামবু কৌরুনবা মী থাখ্রে।

গঙ্গারাম লাক্তুনা দোলাল মতোম্দু য়ৌরক্লে। চন্দ্রচূড়না হংঙকই, "রাংম অ-সোমদা হি অসুক য়াম্না লৈরিবসি করিগীনো?"

গঙ্গারামনা মদু য়েংলগা হায়রকই, "কনানা খঙনি?"

চন্দ্র। য়েংউ, তোর্ব্বান্দা মী ময়াম। মীগা হিগা অসুক য়াম্না লৈরিবা করিগীনো?

গঙ্গারাম। ঐসু মরম খঙদে।

অসুম ঙাংনরিঙৈদা য়াম্না নিংথিজনা ঙাম্হোরক্লে। মতমদুদদি খঙলে, মীয়ামদু লাম্মীঙাক্লি। মদুদা চন্দ্রচূড়না হায়রকই,

"গঙ্গারাম ! পুন্নমক মাঙলে। ঐখোইগী লাম্নাবনা ঐখোইদা লোনম তৌরে। নত্রগনা মাবু লোনম তৌবিরক্রে। ঐখোইদি থাগী লম্বেনলোমদা লাম্মী থারে, অতুগা ফৌজদার লাম্মীশিংদি মাইকৈসোমদা লাক্লে। পুন্নমক মাঙলে। হৌজিক্তি কনানা কন্‌গনি ?"

গঙ্গারাম। করিগীনো, ঐ লৈরিবসি কৈদৌনবনো ?

চন্দ্র। নহাক, লানবল ঙাকপা মী খজিক্তংসি পুরগা মশীং লাকঙমত্রবা লাম্মীসিদা কৈদৌরুবা ঙমগনি ? অতুগা নশাম্ লানবল ঙাক্নবা করিগুম্বা থৌরাং অমত্তা তৌবা উদে। ঙরাং মতুগী রা হায়রুবদা, নংনা অকন-অকনবা থোন কয়া থারকই। হৌজিক মসিগী দায়সি কনানা মাইপুনগনি ?

গঙ্গা। অতুক হাক্না কিবিরুদু। রাংম অসোমদা উবিরিবা লাম্মীশিংসি অতুক হাক্না য়াম্বা নত্তে। হি খরদং অসিদা লাম্মী কয়ামুকপু লাম্থোরকপা ঙমগদগে ? ঐ তোর্ববান্দা চত্‌না— লাম্মীশিংগা ঙাইরুগে। মখোইনা তোর্ববান রোরমদাইমক্তদা মেৎথাইত্তনা হাৎকে।

গঙ্গারামনা নিংলিবদি, লাম্মী পূরগা মপান্দি থোক্লে, অতুবু হৌজিকমক্তি নত্রি, হায়না ফৌজদারগী লাম্মীশিং অপনবা লৈতনা লাম্থোরকখিসনু। অতুদগী মহাক লাম্মী পুতনা লানবলগী থোঙ হাংলগা মপান্দা চৎকে, থোঙ হাংলবনিনা মুসলমানশিং রৈথাই-থিনগাই লৈতনা লানবল মতুং অতুম চংজরগনি। মহাক করিগুম্বা অপনবা অদত্তা শিরোই। অতুবু ঙরাং উখিবা মুত্তিদো, কয়াদা অকিবা শক্তলো! কদাই, মহাক অমুক ফাওরকপদি উত্রে

চন্দ্রচূড় লোইনমক ভাব তারে। অদুমকপু হায়রকই, "অদুদি থিন্দনমক চৎলো। লান্মী পুদুনা মপাল খোক্লো। অমুক ভূপথরগনু। হি পূম্বসি সিপাই হাপকৎলদুনা হোনবা হৌরক্লে।"

গঙ্গারাম মতমদুদা ইফিং-ফিংনা দোলান মতোন্দগী কুমথর্রে। চন্দ্রচূড়না পাখৎপগা লোইননা উরকই, হি য়াংখৈমুক্তা মুসলমান লান্মী চামডা চাতরুক পরেং শানা পুল্লপ চংশিল্লক্লে। মহাক য়াম্না ল্যাংতক্লনা, গঙ্গারামনা লান্মী পুদুনা করম্বা মতমদা খোক্লদৌরিবা হায়বসি য়েংদুনা লৈরি। লান্মীপুম্বা শেম শারি, কোইচৎ চৎলি, পরেং লেংলি—অদুবু মপান্দি শুকখোক থোক্লক্কে। মতমদুদা চন্দ্রচূড়না খল্লকই, "ওস্তোকপনি! অরাবনি! শাখীনা লাল্লবা থবক তৌরে—করিগী দমক্তা গঙ্গারামবু খাজরুবা! হৌজিক্তি পুম্নমক মাঙলে। কদাই, মঙাল চাওরবী রাজলক্ষ্মী অদুনা কদাইদা লৈগ্রে? মহাকসু মীনম্লবরা?" চন্দ্রচূড়না গঙ্গারামবু খিরুগে খন্দুনা, দোলান মথক্তগী কুমথরগে হেক তৌরকপা খুদক্কু মক্তদা গুড়ম্ হায়না টোপকী মখোল অমা খঙজা তারকই। মুসলমানগী হি পরেংলোমদগী কাপ্লকপনি হায়নদি নিংদে। মখোই টোপ লোয়নরকপা উদে। চন্দ্রচূড়না মুন্না য়েংলকই, মুসলমানগী করিগুম্বা হি অমতদা টোপকী মৈখু পাইদে। চন্দ্রচূড়না ভকপগা লোইননা মতুংদা উরকই, টোপ মখোল হেক তাবগা, মুসলমানশিংগী হি অমা অদুম ইশিংদা লুপগ্রে; মদুদা তোংবা লান্মীশিংদু ইরোইদুনা অতোপ্পা হি অমদা কাখৎনবা হোৎনরি।

"অদুদি মসি ঐখোইগী টোপলা!"

অসি খল্লদুনা চন্দ্রচূড় মুন্না য়েংলক্লে। মানা উই, সিপাই

অমতম্ লানবলদগী মপাল থোকখিদ্রি। লানবলগী চেক্পলদা, টোপ ময়াম লেংহ্না থম্রিবা মফমহ্দা, মী অমতম্ লৈত্রে। অহ্দি টোপ কাপ্লিবসি কনানো ?

করিগুম্বা মাইকৈদা মৈথু উ-লাকপ্রা হায়বসি য়েংগে হায়হ্না চন্দ্রচূড়না মাইকৈ মরি কোইয়েং য়েংলকই, — মহ্দা মানা উরে, লানবল মমাংদা, কোম্হংগী হিদেক তাফম ওইরিবা মফমহ্দা, লৈ-না লৈ-না মৈথু মপৈ আতিয়াতম্না পাইখৎলক্নুনা হুংশিং-মরম পাংনা চৎলি।

মতমহ্দা চন্দ্রচূড় নিংশিংলক্লে, হিদেন তাফমদা, উখাদা টোপ অমথক্তি লৈ। কনাগুম্বা যেক্লবগী হিনা চংশিল্লক্নুনা হিদেন তাফমহ্ য়ৌরক্লনবা, সীতারামনা মফমহ্দা টোপ অমা থমখি— কনানো অমনা হৌজিক্তি টোপতু শিজিন্নরক্লে হায়বসি ময়েক্না তারে। অহ্বু কনানো মীদো ? গঙ্গারামগী সিপাই অমতম্ মপান্দা থোক্কে — হৌজিককাও থোঙজাও থিংলি। মৃন্ময়গী সিপাইশিংম্ য়াম্না লাপ্না চৎখ্রে। মৃন্ময়না কনাগুম্বা সিপাই অমা টোপসিগীদমক থনম্রগা চৎখিগনি হায়বসিম্ ওইথোক্তবনি ; মরমদি, লানবল ভাক্লবগী থবক গঙ্গারামদা শিন্নরম্রে। কনাগুম্বা মীচম অমা লাক্নুনা টোপ কাপ্লগনি হায়বহ্ম্—ওইথোক্তবা য়ানি : মরমদি মীচম্না নোংমৈ মচাক-মরু কদাইদগী ফংলুনি ? অহ্গা অম্মা শেয়রবা-লৈত্রবা-খুৎকাপ-কাপ্নদি — মীচম্না কৈদৌহুংদা ভম্ফম থোক্কে—খঙ হৈরবা লাম্মীনা কাপ্পনি। কনানা তৌরিবনো অহ্দে ? চন্দ্রচূড়না অম্মা য়াখল তৌরিঙৈ তাঙ্গাসিদা অমুক টোপতু হৌরবা থোল্লাওগা লোয়ননা মাইকৈ মরিমক গুংলক্লে—

অমুক মৈথু মপৈ আত্তিয়ারোমদা পাইখত্তুনা—তুরেলগী মথক্তা লৈরিবা মুংশিং ময়ামলক্তা নোংথক কোইশীন শীনবা হৌরক্লে— অমুকস্থ মুসলমান লাম্মীনা থল্লবা হি অমা ইশিংদা লুপখ্রে।

"ধণ্যনি! ধণ্যনি!" হায়না লাওরক্লনা চন্দ্রচূড় খুবাক খুবা হৌরক্লে। লেপ্পমক মসি মহাদেবী অত্নুনি! কালিকানা থৌজান-বিহুনা লেংথবিরকপনি। জয় লক্ষ্মীনারায়ণজী! জয় কালী! জয় লৈবাক্কী রাজলক্ষ্মী! মতুংহুদা চন্দ্রচূড়না তুজুংবগা লোইননা উরকই, মাং থারকপা হিশিংহু—হায়বদি নোংমৈ কাপ্লকপদা মরুহু তোর্ব্বান য়োরগদবা হিশিংহুদা তোংলকপা সিপাইশিংহুনা, তোর্ব্বান ভয়া নোংমৈ কাপশিনবা হৌরক্লে। মৈথুনা খঙহৌদনা তুরেল মপুং পুম্মম মমখ্রে— মখোলনা নাকোং শেগাইগদৌরে চন্দ্রচূড়না থল্লকই, "ঐখোইবু ঙাপিরিবসি লাই ওইরম্বা থোক্লবদি—নোংমৈ ফনা কুডনা কাপ্লক্তুনবু মঙোম্দা করি তৌরবা ঙমগদগে? অহুগা করিগুম্বা মী ওইরম্মগনা. ঐখোইনা হিংগদবসি মতাং অসিরাইফাও মঙাইরে—অস্তুক কুডনা নোংমৈ কাপশিল্লক্লবদা মীওইবনা হিং-নিংঙাই অমুক লৈতে।"

অহুবু অমুক টোপতু মখোল তারক্লে—অমুক মাইকৈ তরা থক থক নিক্লক্লে—মরৈ মরৈ তারবা মৈথুনা হান্নগীমৈখুহু অমুক্তা হেন্না মমহল্লক্লে। অমুক লাম্মী তোংবা হি মচেৎ মচেৎ তাহুনা লুপখ্রে।

অহুদগীদি মাইকৈ অমদনা—টোপ অমতং—অহুগা অতোপ্পা মাইকৈদনা মুসলমান চাম-চাম,—অনিসি অকনবা লাল থেংনরক্লে। মখোলনা নাকোং য়ৈশিনখ্রে। মরু ওইনা হৌরবা, ঙংলবা,

অকিবগী মশক ফংলবা, তোয়না তোয়না ইন্দ্রগী খুৎনা লংখয়রক্লবা বজ্রগী মতোওম, টোপতুনা হেক হেক ঙংলক্লে,—পাক্লবা তুরেল খোঙনুং অহ্নু, অস্নুক কুণ্ডনা মৈথুনা কুপগ্রে, চন্দ্রচূড়না য়াংলবা দোলাল মতোম্নগী য়েংলকপদা য়াং-চাওরবা ইথক মপৈ খোঙ-লোইনবা মৈথুগী সমুদ্র নত্তনা অতৈ করি অমমুক উথিদ্রে। য়াক্লবা খোম্হোক্তা বজ্রনা ঙংলকপহ্নদা অহ্নক খণ্ডবহ্ন মণ্ডাইরে, হৌজিকফাও হিন্দুধর্ম্ম কনবিরিবী দেবীহ্ন হিংলি হায়বা। চন্দ্রচূড়না কুপ্না মুম্না য়েংহ্নুনা মৈথুগী সমুদ্র মরক্তুদা খণ্ডনবা লাক্লরক্লে—ঙক্লবা লাল অসিগী ফল করি তারবা—ময়ামস্নু খণ্ডবিরক্কনি।

মথং মথং মথোলহ্নু নেমথরক্লে—স্নুংশিং হাইকেৎ শিৎলক্তুনা মৈথুশিংহ্ন হুমদোরক্লে—মতমহ্নুদা চন্দ্রচুড়না ইশিং ইপাক্কী লানফম অহ্নু তশেং তশেং উবা ফংলক্লে। মানা উরক্লে, কায়রবা, ইশিংদা লুপথরবা হি ময়াম ইচেল্লক্তা থক-খা খণ্ডদনা তাওথরি। অশিবা অমদি অহিংবা সিপাইশিংগী মশানা তুরেলগী ইচেলহ্ন নোং-স্নুংশিং লেপগ্রবা তুংদা লৈ-উনানা কুণ্ডনা তারবা লৈকোলগুম উরি। কনাগীনা খুৎলাই, কনাগীনা ফী, কনাগীনা খোংননবা যন্ত্র, কনাগীনা কোয়েৎ, কনাগীনা মশা তাওথরি, কনা অমনা ইরোইতুনা চেনবা লাক্লরি, কনা অমবুনা কুম্ভীরনা য়োৎখ্রি। লুপহৌদবা হি খরদং অহ্নু— হিহোনবশিংনা মথরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা হোল্লগা সিপাইশিংহ্নু পুহ্নুনা—অতোপ্পা তোর্ব্বান তাম্না চেনবা লাক্লরি। বজ্র অমতংনা থাবদা পুমশোক শোক্লবা হিংচাবগী তেঙ্গোলগুম মুসলমান তেঙ্গোল লানফমদগী মমাই লৈহ্নুনা চেম্নরক্লে।

মত্ত উবদা চন্দ্রচূড়না মথুৎলোম্নরগা মমাই নোংথক ওল্লহ্নুনা,

হিক্লবা থোক্ষম্না, মমিত্তা পি ইন্না চেন্না চেন্না হায়রকই, "জয় জগদী-শ্বর! জয় হিংচাবা মাঙহনবিবা, ভক্তবু ঙাক-শেনবিবা, ধর্ম্ম কনবিবা হরি! ঙসি ওম্থোক্না থৌজানবিরে! ঙসি নং নশামক চোংথোক্তুনা লাল শোক্লবিরে নত্রগনা পুররাজলক্ষ্মী মশামক্লা লাল থেংনবিরে, নত্রগনা নংগী ননাইগী ননাই সীতারাম য়ৌরক্লে। নংগী ভক্ত অহু নত্তনদি লাল অসিদা মী অতৈগী মতিক লৈতে।"

অসি হায়রগা চন্দ্রচূড়, দোলাল মতোম্দগী কুমথরক্লে।

---

তরামঙাশুবা মতাং

নোংমৈ টোপকী গ্‌ং-গ্রাং টোক-টাক মথোল ভায়কপদা গঙ্গারামনা থল্লকই — "করিনো মসিনা অমুক! কনানা লাল শোক্লরিবনো? হেক্লোই অহুনা ওইরমগদ্রা? মহাক্তুবু লাইরে-ম্বীর?" গঙ্গারামনা জমাদ্দার অমবু য়েংলুনবা থারক্লে। জমাদ্দার মপাল থোক্লক্লে। অহুগী হুমিত্তা মহাক্লা ইহান হান্না লানবলগী থোঙ হাংবনি।

জমাদ্দারহু হল্লক্লগা থঙহল্লরে, "মুসলমানশিং লাল শোক্লবনি।"

গঙ্গারামনা মথোইদো শাওগৎনা হায়রকই, "মহুবুদি থঙই। কনাগা মুসলমানশিংনা লাল শোক্লরিবনো?"

জমাদ্দারনা হায়রকই, "কনামতগস্নু নত্তে।"

গঙ্গারাম নোক্লক্লে, "মহুবু ওইবা য়াবা থবক্লনে অপঙবা! টোপতু কনাগীনো?"

জমাদ্দার। হুজুর, টোপতু কনাগীসু নত্তে।

গঙ্গারাম শাথীনা শাওগৎলক্লে। হায়রকই, "টোপকী মখোল তাখিবত্বদিনা?"

জমাদ্দার। হোয়, তাখি।

গঙ্গারাম। অত্বদি? টোপ অত্ব কনানা কাপ্পনো?

জমা। মত্ব উবা ফংদে।

গঙ্গা। নমিত্ত কদাইদা পাল্লি?

জমা। ইশাদা।

গঙ্গা। অত্বদি টোপ উঁদ্রিবা করিগীনো?

জমা। টোপপুদি উই—হিদেন তাফমগী টোপনি।

গঙ্গা। অত্বরা! কনানদি কাপ্পি?

জমা। উশানা।

গঙ্গা। নংবু ঙাওরবরা? উশানবু টোপ কাপ্পা হৌনব্রা?

জমা। মফমত্বদা কনাবুসু উবা ফংদে—উশা থরনা টোপতু কুপশিন-খোচ্চিল্লত্বনা অত্বম্মক লৈবা উই।

গঙ্গা। অত্ব ওইরবদি কনাগুম্বনা উশা ময়াম্না কুপশিন্দুনা থল্লগা, মত্বগী মরুমদা লুমত্বনা টোপ কাপ্পনিদনা। মীত্ব মরোশিং লৈবা মীনি। সিপাইশিংনদি মাবু উবা ফংলোই, অত্বগা মহাক্লদি উনা মরক্তগী মখোইত্ববু উবা ফংগনি। উশা মরক্তদা কনা লৈ হায়বদি য়েংলক্তি বা করিগীনো?

জমা। মফম অত্বদা করম্না চংলুবা ঙমগদগে?

গঙ্গা। করিগী?

জমা। মফম অত্বদদি নোংগুম কুঙনা গুলি পাইশিল্লকই।

গঙ্গা। গুলি অদুক কিরবদি, করিগী থবকসিদা চংলকই ?

অদুদগীদি গঙ্গারামনা মতুং ইন্নবদুদা, জমাদ্দারগী—কোই য়েৎ পোষাক শুন্নমক লৌথোকউ হায়না হুকুম তৌরক্লে। লাল থোল্লক্কদৌরি হায়বসি উদুনা মূন্ময়না অখন্নবা হিন্দুস্থানী খরা হাপলম্মি, অদুগা মখোইদুবু লানবল শাক্লবা থনম্মি। গঙ্গারামনা মখোইদুগী মরক্তগী মী মরিখক্তা হুকুম তৌরকই, "হিদেন তাফমদা লৈরিবা টোপ অদুগী মনাক য়ৌনা চৎলু। টোপ কাপ্লিবা মীদু ফারগা পুরকউ।"

সিপাই মরিদুনা টোপকী মনাক য়ৌরকপদদি, লাল লোই-খ্রে, শিহৌদবা মুসলমান কাংবুদু হি তোংদুনা চেনবা লাক্লরক্লে। সিপাইশিংদুনা উশা মরক্তুদা চংশিল্লকপদা উরে—টোপ মনাক্তা নিপা অমা শিদুনা তারি—অদুগা অমদি হিংলি, মথুৎনা মৈ না পায়রদুনা ফম্লি। মহাক মশা-মউ য়াম্না কৈ, ফৈজোম শেৎলি, থদাং-চেৎ লাকই, মশাপুম্বা নোংমৈ মচাক্তা মৈখুগনা পুংমু মুরি। মখোই মরি চংলক্তুনা মাবু ফাররে। অদুগা হায়রকই, "কনানো নহাকপো ?"

নিপাদুনা হায়বকই, "করিগীনো!"

"নং করিগী মফমসিদা চংশক্তুনা টোপ কাপ্লরিবনো ?"

"অদুবু কৈদৌরবগে, মতুনা করি কায়বগে ? মুসলমানগা নথোইগা তিন্নরব্রা ?"

"কৈদগীনো, মুসলমানবু য়ৌরক্লবদি ঐখোই তানথায়গে শাইরিবনি—নংনা করিগী নথৌনা উৎপিরুরিবনো ? চৎলু, হৌজিক নং হুজুরগী নাক্তা চৎকদবনি।"

"কনাগী মনাক্তা চৎকদৌরিবা ?"

"কোতোয়াল সাহেবকী হুকুম্না, নং মাগী মনাক্তা পুত্না চৎকদৌরিবনি ।"

"কৈ চৎসি। হান্না অতুক ফত্তবশিংসি চৎখিসন্থ। মখোইগী মরক্তগী মী অমফাও তোর্ব্বানসোমদা উরিবমথৈ, নখোইদি হায়রুন্থ নখোইগী কোতোয়াল লাক্লবন্থ ঐ মকমসিদগী লেংলোই। তাল্লক-সিদা নখোই, শিরিবা মীসি মশক খঙব্রা অতুক য়েংউ।"

সিপাইশিংত্থনা য়েংলগা হায়রকই, "উম ঐখোই মীসি মশক খঙই। মসিদি ঐখোইগী নোংমৈ-কাপ্পা পিয়ারীলালনি--মাদি কমদৌনা লাক্লিবনো?"

"অতু ওইরবদি মাবু হান্না লানবল মন্থংদা পুশিল্লু—ঐ কোন্না লাক্কে।"

সিপাইশিংতু মখোই মশেল ভাংনরকই, "নিপাস্তিনা হায়রিবসি চুপ্নি। টোপকী মনাক্তা লৈরম্বা মীত্থবু ফাত্থনা পুরকউ হায়বনি। অশিবা মীসি টোপ মনাক্তা লৈরি—মাবু শোয়দনা পুবা তাই।"

অত্থবু অশিবদি-হিন্দু সিপাইশিংনা শোক্তে। অত্থনা মখোই তান্নত্থনা সিপাই অমা ডোম কৌরুনবা চৎব্রে—অত্থগা মখোই অহুম্না ভাইত্থনা লৈরে।

অসোমদা নোংমৈ-মচাক-মৈথু তৈরবা নিপাত্থনা মথং মথং উরক্লে, মুসলমান লান্মী লোইনমক তোর্ব্বান ব্রাংমদা কাখৎব্রে। অত্থদগী মহাক্না সিপাইশিংত্থদা হায়রকই "চৎসি চৎলে', নখোইগী কোতোয়াল সাহেবতা চৎলগা অতুক সেলাম তৌরুগে।" সিপাই-শিংনা নিপাতু ফারগা পুত্থনা লাক্লে।

ফীজেৎ লৈতেংলদুনা তিল্লিবা লানবল ঙাকপা লান্মীশিংদুগী ময়াইদা, পাখৎলবা নগরগী মীশিংনা ককচেং পরেংগুম শাংনা লেপ্তুনা লৈরিবা মফমদুদা — সিপাইশিংদুনা মৈথুপা নোংমৈ মচাক্কানা পুংমু মুনা তৈরবা নিপাদু পুশিল্লক্তুনা চপ লেপ্লরে।

মতম অদুদা খঙহৌদনা জয়ধ্বনি লাওরক্তুনা আত্তিয়াসি পুমনিন-নিনখ্রে। তিল্লিবা লান্মীশিংগা নগরগী মীশিংগা পুল্লপা খোঞ্জেল লিশিংনা লাওথৎলক্লে, "জয় মহারাজগী জয়।"

"জয় মহারাজাধিরাজগী জয়।"

"জয় শ্রীসীতারামরায় রাজা বাহাদুরগী জয়।"

"জয় লক্ষ্মীনারায়ণজীগী জয়।"

চন্দ্রচূড় কিংনা চেল্লক্তুনা নোংমৈ হিদাক তৈরবা মহাপুরুষ অদুবু কোল্লরে; নোংমৈ হিদাক তৈবা মীদুনসু মাগী থুয়াগী উফুল লোরে। চন্দ্রচূড়না হায়রকই, "লালওং উবদা ঐ খঙই, নহাক লাক্লে হায়বা। মীওইবা মরক্তা নং নত্তুনা, অস্নুদা শোরবা লৈত্রবা খুৎকাপ কাপ্পসি কনানসু ঙম্ফম লৈতে। হৌজিক রা অত্তে ঙাংনত্রিঙৈগী মমাংদা গঙ্গারামবু ফাদুনা পুরক্কবা হুকুম-ত্তোখ্রো।"

সীতারামনা য়াথংদু পিরক্লে। গঙ্গারামদু সীতারাম উবদা চেম্নবা লাক্লরক্লবনি, অদুবু খুদক্তা ফাদুনা সীতারামগী য়াথং মতুংইন্না কৈশুমশঙদা থমখ্রে।

---

তরাতরুকশুবা মতাং

সীতারামনা অদুদগী সিপাইশিং অদুবু লানবল মথক্তা থম্লিবা টোপশিং অদুগী মনাক্তা, অদুগা অতৈ অতৈ মফম কয়াদা লৈনবা শীল্লগা, মৃন্ময়গী পাও লৌরুনবা মীশু থাগ্রবা তুংদা মহাক মশা স্নান-আহ্নিকনচিংবা তৌনবা লাক্লে। স্নান-আহ্নিক লোইরবা তুংদা চন্দ্রচূড় ঠাকুরগা অচিকপদা রা তান্নবা হৌরক্লে। চন্দ্রচূড়না হায়রকই, "মহারাজ. করম্বা মতমদা হল্লকপনো হায়বা ঐখোই করিমতা খঙদে। মহারাজতমক লাক্লিবসিনা করিগীনো? থৌগল-লাঙ্গল ময়ামদুনা কদাইদা লৈগ্রবা? লক্ষ্মীদা থুদোংথিবদি থোকপিরক্কেদনা?"

সীতা। লোয়নবা ময়াম্মক্তু লক্ষ্মীদা থনম্লগা ঐ ইথম্তা মাং থানা চৎথৎলকপনি। ঐ লৈত্রিবৈদা নগরগী ফীভম করম তৌরিবগে হায়বদু খঙনিংদুনা, ফীজেৎ ওস্থোক্লগা ইথস্তা অহিংদা লাকপনি। ঐনা লাকপদা উই, নগর করিমতা ঙাক্তে। মদু করিগীনো হায়বা, হৌজিক থরা থরা ভাব তারক্লে। অদুদগী লানবল মহুং তান্না চংগে লাকপদা থোঙজাও থিংদুনা লৈবা উরক্লে, অদুনা লানবলদা চংদনা, নোং ঙানগদবস্থ কুইক্লে হায়দুনা তুরেল মপাললোমদা অস্নুম চৎলকপদা, মুসলমানশিংনা হি তোংদুনা লান্থোরকপদু উরকই। লানবল ঙাকপশিংনা থিংনবা করিমতা থৌরাং তৌক্লে থঙলদুনা ঐনা ঙম্বা থবক্তু তৌরুবনি।

চন্দ্র। তৌবিরুরিবদু, নংতনা ঙমগদবা থবক্লি, অতৈনদি ঙক্কম লৈতে। অদুগা অদুক য়াম্বা নোংমৈ হিদাক টোপ মরূনচিংবদি কদাইদগী ফংবিরুরিবা?

সীতা। দেবী অমখক্না ইতেং পাংবিহুনা ঐঙোন্দা নোংমৈ হিদাক টোপ মন্নগা কোম্নবা কাপ্পা হৈবা লান্মী অমখক পি।

চন্দ্র। দেবী ? ঐস্নু মাবু দর্শণ ফংজগ্রে। মহাক্তু কোম্নুংসিগী রাজলক্ষীনি। মহাক্তি কদোমদা লেংগ্রে।

সীতা। মহাক ঐঙোন্দা নোংমৈ হিদাক্কা টোপ মন্নগা লান্মীহুগা পিরম্লগা অহুম্মক মাঙগ্রে। হৌজিক্তি থা কয়ামরুমসিগী পাও অহুক তাহনবিয়ু।

মহু তাবদা চন্দ্রচূড়না পাওপূম্বা, মানা হেক খঙবমথৈ অমতা চিখদনা তম্লে। মমৈথংদা হায়রকই, "হৌজিক্তি দিল্লীদা পাও-থোক্লনবা চৎপিরুরিবা থবক্তুগী, অফবা পাও তম্বিল্লো।"

সীতা। থবক মঙ্গল ওইরে। বাদশাহগী করিগুম্বা মতেং অমা ঐ পাংবা ঙম্মুই। মহুদা মহাক পেল্লহুনা ঐবু লম-ঙাকপা তরানিথোইথক্কী মকোক হাপ্লক্রে, অহুগা—মহারাজাধিরাজ হায়বা মিংথোলস্নু পিহুনা, মহুগী য়াথং চে থোক্লে। হৌজিক লাইবক য়াম্না থীরিবদি, ফৌজদারগা খৎনরিবা অসিনি। মরমদি, ফৌজ-দারদি সুবাদারগী মথাদনি, অহুগা সুবাদারনা বাদশাহগী মথাদনি। অহুনা ফৌজদারগা খৎনবদি, বাদশাহগা খৎনবা হায়বহু থোক্লে। মহাক্না ঐবু অস্নুক থৌজানবিরক্লগা, মাগী মাইয়োক্তা খুৎলাই পায়বা হায়বসি, ওম্মোক্না তৌবিমল খঙদ্রবগী থবক্লি। ইশা-কম্নবদি ঙম্নমক্না তৌফম থোকই। অহুবু ইশা কম্নবা হোৎনবা নত্তনা ফৌজদারগা লোইননা লাল হেক তৌবদি ঐ তৌফম থোক্তে। অহুনা হল্লক্কী খৎনবসি ঐগী ওম্মোক্না লাইবক থীবনি থল্লি।

চন্দ্র। মসি ঐথোইগী লাইবক ফবনি ;—হিন্দুপুম্বগী ওইনা

লাইবক ফবনি ; মরমদি, মহারাজনা মুসলমানগী মরুপ ওইগ্রবদি; মুসলমানগী খুত্তগী হিন্দুবু কনবিগদবসি কনা লৈরি? হিন্দুধর্ম্মনা হিংগদবসি কদাইদনো? মসিদি মহারাজগীশু লাইবক ফবনি; করিগী হায়ববু, হিন্দুধর্ম্মবু অমুক হিংগৎহনবা মীঠুদি, মীওইবা মরক্তা মিংচৎ উরোং খিল্লগদবনি অতুগা মরাইবক ফবা মীশক ওইরগদবনি।

সীতা। মৃন্ময়গী পাও তাত্রবদি, করি তৌগদগে হায়বতু হায়ক্কম খঙদ্রে।

য়াচংবা মতুংদা মৃণ্ময়গী পাও লাক্লে। পীর বক্স খাঁ কৌবা ফৌজদারী সেনাপতিনা ফৌজদারী লান্মী তংখাই অমা পুরতুনা লাকই, লমথাংদা মৃন্ময়গা থেংনতুনা লাল শোক্লে। মৃন্ময়গী ঙক্লবা মথৌনাগা মরৌশিংগনা মহাক লান্মীময়ামতুগা কোন্ননা মাইথিতুনা লানফমদা মথরাই থারে। লানৃঙম্লবা মৃন্ময় লান্মী পুতুনা হল্লক্লে।

মসি তাবদা চন্দ্রচূরনা সীতারামদা হায়রকই, "মহারাজ! অমুক করি ঙাইবিরিবগে? তাঞ্জাসিদা মাইপাক্লবা লান্মীশিং পুতুনা তুরেল লাম্থোক্লগা ভূষণা লৌশিনবিরো।"

---

## তরাতরেৎশুবা মতাং

জয়ন্তীনা হায়রকই, "শ্রী! অমুক করি ঙাইরি? হৌজিক নপুরোইবগা উনরুরো।"

শ্রী। মতুগী দমক্তরা লাক্লিবসে?

জয়ন্তী। মী মথল কয়া লৈরিবসিদগী রাজর্ষি হায়বতুনা খ্বাইমক্তগী হেল্লি। নিংথৌবু রাজর্ষি ওইহল্লুদনা ? .

শ্রী। মতুবু ঐনা করম্না ঙমফম থোকই ?

জয়ন্তী। ঐ খঙই, নহাক্না হোৎনরবদি অফবা থবকসি শোয়দনা ওইগনি। অতুনা চৎলো, রাজা সীতারামবু খুরুম্মুরো।

শ্রী। জয়ন্তি! চোংগাং হায়বসি ইশিংদা তাওইদি হায়ববু, থৌরি অতেনবনা হুৎদা কি শগ্রগা চোংগাংসু অহম্মক মরুপ্তি। অমুক ঐবু লুপ্তুনা শিরোরা ?

জয়ন্তী। লৌশিং খঙলবদি শিনিংঙাই নৈতে। ইরুপ্পশিংনা সমুদ্রদা লুপ্লি —অহুবু শিদে, রত্নহুম খুল্লকই।

শ্রী। ঐগী অতুগুম্বা পাঙ্গল লৈ হায়বা ঐহাক নিংদে। অতুনা হৌজিকমক ঐহাক নিংথৌগা উনররোই। মফমসিদা হুমিৎ খরনিদং লৈতনা ঐগী পুক্নিংসি হান্না অহক খঙদোকখিগে, মতুদা ঐগী থম্মোইসি ফাজবা ঙমদ্রবা, অতু ওইরবদি শুকউ উনরমদনা লৈবাকসি থাদোক্তুনা অহম্মক চৎগ্রগে হায়না খল্লি।

অতুনা শ্রীহ খুদক্তা, নিংথৌদা অমুক শক উৎত্রে।

---

# অহুমশুবা পন্দুপ—অহিং—হেলোই

## অহানবা মতাং

ভূষণা লৌশিল্লে। লালদা সীতারামনা জয় ওইরে। তোরাব থাঁ মৃন্ময়ীগী মথুক্তা মথৱাই থারে। পুম্নমকসি ইতিহাসকী ৱানি। অহুনা ঐখোইদদি থোইনা পংকান্-কান্নদে। মহু শন্দোক্না ইরুহুনা মতম মাঙহনবা ঐখোই পামদে। উপন্যাস ইবশিংদি মরু ওইবা থৌদোকশিং অহুতনি কুপ্না নৈনগদবা—ৱাৱি মপুম অদোমদা য়েংশিল্লুবগী কান্নদে।

ভূষণা থুহুম চল্লে। বাদশাহগী য়াথং-চে তুংইন্না অমস্থং মশাগী পান্বোম পাঙলনা সীতারামবু বাঙ্গালাগী লম ঙাকপা তরানিথোইথক্কী মথক্তা লৈহুনা, মহারাজা হায়বা মিংথোলগা লোইননা মতিক মঙান চাওনা লৈপাক ঙাকপা হৌরক্লে।

লৈপাক ঙাকপগী মরমদা ইহান-হান্না গঙ্গারামবু দণ্ডি পিবগী ৱাফম হৌদোরক্লে। মহাক্কী মথক্তা প্রমাণগী অৱাৎপা লৈতে। মপুরোইবা নিংজরবী রমানস্থ থোকখিবা ৱারোলপুম্বা পুকচেল শেগুনা সীতারামগী মফমদা হায়দোরক্লে। থৱা ৱাৎহৌবহুনা মুরলা অমস্থং চাঁদশাহ ফকিরনা ঙম্নমক ফোংদোরক্লে। গঙ্গারাম মশাদা হঙ্গদবতা মঙাইরে—তাঞ্জাসিদা ৱাফমসিগী মরমদা ৱাথোক অমা থোরক্লে।

ৱাৱমপুম্বা রমানা, কোহুংগী লৈমকোন্দা ফমহুনা সীতারামগী মফমদা, মমিৎতা, পি জ্রো জ্রো শিন্থনা ওম্মি। সীতারামনা

মানা হায়রিবত্থু থাজদবা ময়েক অমা ফাওবা য়াওদে। মহাক খঙলে, পুকচেল তিংলবী রমাগী মরাল লৈতে, মরাল হায়ববু মচা হুংশিজবা অহুতনি। অহুবু কোহুংদা লৈবা ময়াম্নদি মদোমদা খন্দ্রে। গঙ্গারাম কৈশুমশঙদা লৈরিবসি করিগীনো ? ব্রাহ্মসি হৌদোক্লহুনা সহরদা চাওরবা ইরাং অমা থোরক্লে। খরনা মুরলাগী দোষতগী, খরা অমনা থোঙশঙবা পাঁড়ে ঠাকুর অহুগী ব্রারি মতাদগী ; রমাগী মমিংহু ব্রাহ্মসিগা য়ানশিন্নখ্রে। কনানা হায়রকই, গঙ্গারামনা মোগলদা লৈবাক য়োম্থোকে লাক্লরুই ; কনা অমনা হায়রকই, মহাক রাণী অতোম্বীগী ইমূংদা ফাখিবনি ; কনানা অমুক হায়রকই, অনিমক অচুম্বা ঙাক্লি, মানা লৈবাক য়োম্থোকপগী ব্রা তাম্নবসি রাণী অতোম্বীসু য়াওই। নিংথৌগী মনাকোংদদি ব্রা অসুক য়াম্বসি য়ৌদে, অহুবু রাণীগী মনাকোংদদি য়ৌই – হুপী মরক্তা অসুম্বা ব্রাশিংসিদি লায়না অহুম্মক শন্দোরকই —মশা-মরেং য়াওনা। রাণী অনিমক্কী মনাদা ব্রা অসি য়ৌরে। মত্থু তাবদা রমা ফমুংদা য়াতাখ্রে, কপ্পতনা মোন পুমচোৎ চোৎখ্রে, মমৈথংদা থৌরি য়ান্দুনা নত্রগা ঈশিংদা চোংথহুনা শিরগে লেপ্লে। নন্দা ব্রারোলসি তারক্তুনা লৌশিং লৈবী হুপী অমগুম থবক তৌরক্লে।

নন্দানা অসুম কোইথি থিরকপদা, রমানা মোনূদা মমাই উপশিল্লহুনা কপ্লিবা, অহুগা পুখ্রীদা চোংথহুনা শিবনা লাইত্রা নত্রগা ঙক্তা থোঁরি হুকচিন্দুনা শিবনা লাইত্রা হায়বসি ঙমজবমখৈ খম্থহুনা লেপ্লবা লাক্লরিবা, মক্মত্থু য়োরক্লহুনা মাগা থেংনররে। মানা হায়রকই, "খঙেঙ, নংসু ওইদবা ব্রাহু তারবোইরে।" মহুদা

রমানা মঙক্কমক নোম্মকই — হায়বদি "তারে ." — কপ্পহু অমুক্কা হেনগৎপ্রে।

নন্দানা মমিত্তগী মপিহু তৈথোকপিরগা, লুনা-হৃৎশিনা তৌবগী খোম্থাংদা হায়রকই, "কপ্পগা মিংদা-থিবহু কোক্লোই ইবেম্মা! ইকপ কপ্পনা করম তৌরগা মিংদা-থিবসি কোকখিদগে হায়বা থবক্তুহুম তৌবনা চুম্মি। য়ারবদি হৌগত্তুনা নপুক্লিং তপথনা ঐঙোম্দা ৱারোল পুম্বহু, শুগাইনা অমুক্তা তম্মু। হৌজিক ঐবু লোম্নবীনি হায়না খনগনু। হামুক অহু নংগী নমাইদা তৈবা তৈদবদি থম্বু থমথো, নিংথৌ অসে মমাই থূরবনি। মহাক্তি নংগীমু নবুঙোনি, ঐগীমু ইবুঙোনি; ইকাইবা ফংলিবসি ঐঙোম্দগী নংনা হেল্লি হায়না খক খনগনু। অহুগা মহারাজনা ঐঙোম্দা কোম্নুং মম্নুংগী থবকসি শিন্নরম্বনি, —মানা তারক্লগা ঐনা খুমগদ্বসি করিনো?"

রমানা হায়রকই, "থোকখিবা থৌদোকপুম্বা ঐ মঙোম্দা তম্লে; মহাক ঐনা হায়বহু থাজবিহুনা ঐবু ঙাকপিরে। ঐগী ইরাল করিমতা লৈতে।"

নন্দা। মহুগী ৱা নত্তে—নংগী নরাল লৈতে হায়না নংনা অহুক ৱানা ঐঙোম্দা খঙহল্লিবা করিগীনো? থোকখিবা থৌরমহুবু ঐঙোম্দা তমগেরা তম্মোইরা—

রমা। করিগী তম্মোইদগে? ঐহাক ৱারোলহু ময়াম্মক্তা তমথোকপা ঙমগনি।

অসি হায়রগা রমানা পিগী ইচেল থিংলহনা, হৌগত্তুনা ফম্লগা ৱারোলপুম্বা চিথদনা নন্দাদা তম্লে।

নন্দা হায়রিবশিংদু লোইনমক থাজরে। নন্দানা হায়রকই, "থৌদোক খুদিং ঐঙোন্দা হংলগা তৌরম্লবদি, করিগী অসুক শাথীবা থোক্কদগে? ফরে, হৌখিবদু হৌগ্রে—মতুংগীদমক হৌজিক ঙাং-চৈরুত্তুনা করি কান্নফম লৈরি? হৌজিক্তি অমুক হন্না ইকাই-খুম্নবত্থ লেঙদনা থম্বা ঙম্লবা থবক মওংদু তৌবা তাই।"

রমা। মদুবু থোক্ত্রবদি ইচে, ঐ থাঙ্গেশেংনা হায়রিবসিনি, ইশিংদা চোংথত্নুনা শিত্রা, থৌরি য়ান্দুনা শিত্রা অমদি তৌরগদবনি। ঐহাক্তি নিংথৌগী রাণীনি—কন লৈবগে তেংবানসিদা লাইরবী চাক্লিবী ফাওবা, মিংদা থিবা থোক্লবদা অমুক হিংত্তুনা লৈনিংবা?

নন্দা। শিরুফম লৈতে ইবেম্বা! অদুবু য়াম্না থৌনা লৈবগী থবক অমতং তৌবা ঙমগদ্রা? মদুবু ঙম্লবদি, ঐনা খনবদা, কনানসু অমুক মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লরোই।

রমা। মসিগী দমক ঐনা তৌবা ঙম্লোইদবা থবক অমুক লৈতে। করি তৌ হায়বগে?

নন্দা। নংনা ঐঙোন্দা রারোল পুম্নমক কুপ্না শুগাইনা লীরিবা অসিগুম্না, কনাগুম্বা অমগী মফমদা লীবদা, মহাক নংগী রাপুম্বা হেক্লা থাজবা পোক্কনি হায়বসি, ঐ কন্না থাজৈ। করিগুম্বা কাহুংগী মী পুম্বসি নংগী নচিন্দগী রারোলসি তাবা থোক্লবা অদু ওইরবদি মিংদা থিবসি অমুক লৈররোই।

রমা। মদুবু করম্না ওইবা য়াগদগে?

নন্দা ঐ মহারাজদা হায়জত্তুনা দরবার তৌহল্লগে। মহাক্না লাওথোক্তুনা দরবারদুদা নগরগী মী পুম্নমক তিলহল্লগে; মফম অদুদা গঙ্গারামগী মমাংমক্তদা, নগরগী মী পুম্নমকী মমাংদা,

ব্লারোলশিংসি নং হায়দোকপা তাই। ঐখোই রাণীদি, হুমিৎনফাও শক উবা ফংদ্রিবনি। অদুবু নং নগরগী মী পুম্নমকসিগী মমাংদা থোক্কুনা করিমতা চিংনদনা ব্লারোল পূম্বসি হায়দোকপা ঙমগদ্রা ? মদুবু ঙম্নবদি মিংদা-থিবা পুম্নমক্তগী ঐখোই কোক্কনি।

মদুবু তাবদা রমানা নোংশা অমোমগুম ঙংলদুনা হায়রকই, "নহাক নগরদা লৈবা মীতগী ব্লা হায়ব্রি ইচে! জগত্তা লৈরিবা মী পুম্নমকসি তিলহনবিয়ু, ঐহাক জগৎ পুম্নমক্কী মমাংদা নিংঙাইদনা ব্লারোলসি হায়গে।"

নন্দা। ঙমগনিদনা ?

রমা। ঙমগনি—নত্রগনা শিথিনি।

নন্দা। ফরে অদুদি, ঐ চত্তুনা মহারাজবু দরবারগী থোরাং তৌহল্লুরগে। নং অমুক কন্নগনু।

নন্দা হৌগত্তুনা চৎখ্রে। রমাসু ফমুংদগী হৌগৎলগা মপি তৈথোক্কুনা মচাবু পমখত্তুনা চুপ্লক্লে। ঙসাইমথৈ মত্রফাওবা মহাক তৌখিদ্রবনি।

নন্দানা পাও থাখিদুনা মহারাজবু লৈমকোন্দা কৌহল্লুরে। থীরবা পাওনিনখোল থোক্লিবা, ময়াম্মক্তা হায়নরিবা ব্লারোলদু মহারাজদা তম্লে। অদুদগী রমাগা নন্দাগা ঙাংনখিবা ব্লারোলশিংদুসু অমতা চিথদনা মঙোন্দা খঙহল্লে। অদুগী তুংদা হায়রকই, "ঐখোই অনিনা ঙক্তা ফী য়েৎলদুনা নখোঙ পায়রদুনা (অসি হায়বা মতমদা নন্দানা ঙক্তা ফী য়েৎলগা থুকউ লৈত্তানা মথুৎ অনিনা মখোঙ অনি কোল্লক্লে) হায়জরিবসিনি, হৌজিক নহাক্না ঐখোইগী ইকাই-খুম্নবা ঙাকপিয়ু, মিংদা-থিবা অসিদগী কনবিয়ু, নত্রবদি ঐখোই অনিমক আত্মহত্যা তৌদুনা শিজরগনি।"

সীতারামনা য়াম্না মাইথোং মক্কা—মিংদা থিবত্থগীসু, নন্দানা হৌদোরক্লিবা রাত্থগীসু — হায়রকই, "নিংথৌগী রাণীনি — ঐনা করম্না দরবারদা পুথোক্কনি? করম্না ঐ ইশাগী রাণীবু ইচম চৎবী ওক্তবী অমগুম্না বিচার তৌঙ্কমদা লেপহনগনি?"

নন্দা। নংনা থল্লিবা অত্থম্না, ঐথোই থঞ্জবা ঙমদ্রে; মত্থনা হেন্না ইকাইকম ওইরিব্রা, নত্রগা নিংথোগী রাণীবু ওক্তবী ওইনা ঙাংনরিবসিনা হেন্না ইকাইকম ওইরিব্রা?

সীতা। অসুম্বা ওইদবা পাওনিন্থোক্নি নিংথৌগী ইমুংদা, সীতাদগী হৌনা চৎনরক্লবনি। চৎনবী ভুংইন্না থবক তৌবা তারবদি, অসুম্বা থৌওংসি থোকহন্দনা, সীতাগুম রমাবু থাদোকখিবনা হেন্না ফৈ। অত্থ ওইরবদি রা অমুক মখা তানিংঙাই লৈত্রে।

নন্দা। মহারাজ! মরাল লৈজদবীবু হেক্তমক থাদোকপিবা, বিচার শুকতৌ তৌদনা? মসিবু নংগী রাজধর্ম্মরা? রামচন্দ্রনা তৌরম্মি হায়ত্থনা নংসু হেকমক তৌরগদ্রা? মহাক্তি পূর্ণব্রহ্মনি, মঙোন্দবু থাদোকপা হাযবনা করিনো, লৌশিনবা হায়বনা করিনো? মত্থবু মহারাজদা হেক শানশিনকম থোকপ্রা?

সীতা। অসুক য়াম্বা প্রজা, য়েক্লবা মরুপ, অতোনবা অচৌবা, ময়ামসিগী মমাংদা ঐগী রাণীবু ওক্তবী অমগুম লেপহনবসি ঐগী থম্মোইদি কায়রোইদ্রা? ঐ শুঙমক্তি নত্তে।

নন্দা। মহারাজ! মী লিশিং য়াংথৈগী মমাংদা, শ্রীনা উশাদা ভোংত্থনা জগোই শাখিবা মতমত্থদদি, নংগী থম্মোইত্থ খুত্থপ তরা রাংথিব্রা?

সীতারামনা নন্দা তম্না পিশুম শুক্না য়েংলক্নে। অদুগা হায়রকই, "মদুমক য়োনা রাংথি নন্দা! অদুগুম্বদু অমুক থোকখিদ্রে, মদুগী দমক্তা ঐ থোইদোক্না অরাবা ওইরি।"

চেব লংউবদা চেকতুম্ পাইথোরক্নুনা মখাদা পাল্লবদুদা, নন্দা মথুং লোম্নবদুনা ঙাকপিনবা নিজরক্লে। মথুং-লোম্নরদুনা হায়জবদগী, নন্দানা মায়পাক্লে। সীতারাম মমৈথংদা দরবার কৌরদু য়াবে। মহাক থঙলে, মদু তৌত্রবদি বমাবু থাদোকপদা তাই। অদুবু রমাদি মরাল-লৈজদবীনি। মরম অদুনা দরবার তৌরা নত্তনা অতৈ তৌনিংঙাই লৈত্রে।

মাইথোং মক্না নিংথৌদু চন্দ্রচূড়গী মনাক্তা লাক্লগা দরবার কৌকম থোকপগী মরম হায়রবে। ব্রাহ্মন ঠাকুরদু মাইথুম-ফীথুমগী মবমদা থোইনা খোযজংলুবা তৌদ্রে মহাক থাগৎপগা লোইননা য়ারক্লে। মানা কিবা হাযবমক্তবু, বমা রা ঙাংবা ঙম্মোাই অসিত্তনি। সীতারামসু মদুমক কি। মহাক্ক কবিগুম্বা ঙমত্রবদি, পুম্নমক মাঙলে।

---

## অনিশুবা মতাং

অদুদগী সীতারামনা লাওথোরক্লে, অফোংবা দরবারদা গঙ্গারামগী বিচার তৌগনি।· নিংথৌগী রাথং মতুংইন্না নগরগী মী পুম্বা লাক্নুনা বিচার তারগদবনি। রাথংসি ফংবদা রিচার হুমিত্তা, প্রজা লিশিং লিশিং লাক্নুনা দরবার তৌফমদু, পিক

থনগ্রে। দিল্লীগী মতৌ ভমহুনা সীতারামসু "অকোংবা দরবার তৌকম" অমা শেম্মি। ঙসিগী হুমিত্তি মফমহু কম্নাইবশিংনা শীল-লাংহুনা নিংথিনা লৈতেং-খোত্তেংলে। দিল্লীগী মতৌগুম মহু লুপাগী থাকন, মতিগী ঝালরদি য়াওদে ; অহুমকপু থাকনহু ফজরবা লংলবা ফীনা তুই, খুং চঙনা লোল্লি। য়ুম্বীশিংহুসু অহুম্না নিংথিনা হুং-খোংলি, ফজরবা ফীনা য়োম্মি। মখল-মথেল কয়াগী মচুনা হুংলবা থোংলবা গালিচানা মাগুপতু থাই, মহুগী মাইকৈ মরিদা অরং-অরাক কয়াগী ফীজোন-শেংলবা লাম্মীশিংনা থুংলাই পাম্নরহুনা পরেং শানা লেপ্লি। মপাম্দা শগোল তোংবা সম্রিশিংনা নিংথিনা ঙাক শেল্লি মাগুপ ময়াইহুদা অভৌবা হুংন্না শাবা য়াংলবা ফম্বাকথক্তা সীতারামগী দমক শনা হুংপা, লুপানা শাবা, মুক্তাগী ঝালরনা লৈতেংবা সিংহাসন থম্লি।

মথং মথং লানবলহু মীনা কুক কুক ইম্নরক্লে। মাগুপ ময়াইহুদি অচৌ—অশাংশিংতগী মফম ওইখ্রে। মীচমশিংনা লিশিং লিশিং মাগুপতু কোয়শিল্লহুনা মপাম্দা লেপ্লগা য়েংনরক্লে।

কোহুংগী মিহুংথোঙদগী তিল্লব্রিবা মীয়ামহু উরক্লুনা, মহা-রাণী নন্দা দেবীনা রমাবু কোহল্লুরগা পুন্নমক্ন য়েংহন্দুনা হংঙকই, "কমদোই, মীয়াম অসিগী ময়াইদা লেপ্লগা রা ঙাংবা ঙম্নগনিদনা? অকিবা পোক্তেদনা?"

রমা। ঐহাক ইপুরোইবদা ভক্তি কায়জরবা, শোয়দনমক ঙমগনি।

নন্দা। ঐখোই কনাগুম্বা অমগা লোয়নিংবা? লোয়ননিংঙগা ঐ চংকে

রমা। নংস্নু করিগী দমক ঐগা লোয়ননা ইকাইনিংঙাই ওইরবা সমুত্রসিদা চোংথরুদগে ? কনামতস্নু লোয়নরোই। থবক অমতংদদি তৌবিয়ু। ঐনা ব্রা ঙাংলমদাই য়োরক্লবা মতমদা ঐগী ইচাসিবু কনাগুম্বা অমনা পুরক্কনা ঐগী ইনাক্তা অমুক্তা লেপহনবিরো। মাগী মশক উরগা ঐগী ইপাঙ্গল ওইগনি।

নন্দানা হায়রিবত্থু য়ারত্থনা হায়রকই, "হৌজিক্তি সভা ময়াইদা চংবা তারবনি, নফী-নরেন্দ্র খরদং নিংথিনা শেৎচিন-খোৎচিল্লু। হৌজিক্কগী শেম- শাত্থনা লৈরো।"

রমা মত্থ তাবদা মাগী লৈফমদা লাক্লে। মফম অত্থদা খোঙ থিংজিল্লগা লৈমাইথক্তা ফমথরত্থনা মথুৎ লোম্লনা কৌরক্লে, "থুরুমজরি লক্ষ্মীনারায়ণ! থুরুমজরি জগৎকী মপু! ঙসিগী স্নুমিত্তা ঐনা হাব্রগদৌরিবা ব্রারোলশিংত্থ হায়থ্রগা পুক্নিসিমগী লোন-থোক্তবী ওইনা লৈজখিবা তারবা, মত্থ ফাওবস্নু ঐনা নিজরি। ঙসিগী স্নুমিত্তা সভা ময়াইদা ইশাগী ব্রা হায়জরগা, অমুক মপোক-সিদা ব্রা ঙাংদবা তারবা মত্থ ফাওবদস্নু ঐনা থুরুমজরি। ঙসিতদি ঐগী ইমাইসি ঙাকহনবিয়ু। অত্থদগী অত্থম্বক শিগ্রবস্নু ঐ অরাবা অমুক লৈররোই।"

অত্থদগী ফীজোন হোংবগী ব্রা নিংশিংলক্লে। রমানা য়োক-চবীশিংগী চম্লবা ফী অমা লৌহল্লুরগা মত্থ শেত্তনা সভা ময়াইদা চৎনবা থোরাংলক্লে। মত্থ উরকপদা নন্দানা হায়রকই, "করিনো তৌরিবত্থদে?"

রমানা হায়রকই, "ঙসিদি ঐ লৈতেং-খোত্তেংনবা স্নুমিৎ নত্তে। নোংদম্বনা করিগুম্বদা লৈতেংনবা স্নুমিৎ পিনখিরক্লবা, ঐ অমুক

লৈতেংলগনি। নত্রবদি ঙসিগী লৈতেংসিনা অরোইবনি। ফীজেৎসিদা অসুম সভা ময়াই চংগনি।"

নন্দা খঙলে, মসিনা মতিকমক চারে। মহাক অমুক ব্রা মথা তাদ্রে।

অষ্টমশুবা মতাং

মতম চানা মহারাজ সীতারাম রায় সভা ময়াইদা সিংহাসনদা চংতনা ফম্লরে। অশৈবনা খুরুম-ব্রারোল থীরক্লে, অদুগী মুমিত্তুদি পুং-ইশৈ করিমতা তৌহন্দ্রে।

অদুদগী য়োং'ছলং-ফলাং চল্লবা গঙ্গারাম মমাংদা পুশিল্লক্লে। মাবু য়েংনিংবদগী মপান্দা লেপ্লিবা মীপুম্বা ইরাং-লাংনরক্লে, মঙক থাঙ্গৎনরক্লে। ঙাক্লিবা কাংবুশিংনা মখোইদুবু ফাথনবা হোৎনরক্লে।

মতমদুদা নিংথৌনা গঙ্গারামদা চীং-লেম্লবা খোনফমনা হায়রকই, "গঙ্গারাম! নহাক ঐগী ভাই-শেম্নি, চাম্নবনি, প্রজানি অদুগা তলব চাবা মীনি। ঐ নংবু য়াম্না লুন। অমদি চাম্না তৌই, নহাক য়াম্না থাজনিংঙাই ওইবা মীশক ওইরম্মি, মসি ময়াম্মকসু খঙই। অমুকসু ঐনা নংগী নথরাই কনবিগ্রবনি। অদুবু নংনা লৌনম্বা শাজৎলি চৎলিবা করিগীনো? নহাক লৈবাকী চৈরাক কংবা তাই।"

গঙ্গারামনা নোম্লুক্না হায়রকই, "কনাগুম্বা য়েক্লবনা মহারাজদা ঐবু শেরাম্লনা তমশিনবনি। ঐ করিগুম্বা লৌনম

শাজংকী থবক তৌজদে। মহারাজমক্না ঐগী বিচার তৌবিয়ে—ঐনা নিংজৈ, ধর্ম্ম-শাস্ত্রগী হৌনবী প্রমাণ ফংবিত্রবদি ঐবু করিগুম্বা দণ্ড পিবিরোই।"

নিংথৌ। মতুমক তৌগনি। ধর্ম্ম-শাস্ত্রগী হৌনবী প্রমাণ ফংলিবসি অদুক তাও, অদুগা মতিক চাবা পাওথুম পিয়ু।

অসি হায়রগা নিংথৌনা চন্দ্রচূড়দা য়াথং পিরক্লে, "খণ্ডবিবা পুম্নমক্কু অদুক হায়দোকপিয়ু।"

অসি তাবদা চন্দ্রচূড়না অখণ্ডবা পুম্নমক্কু, শস্পোক্না সভা ময়াইদা হায়রক্লে। মতুদা সভাদা তিল্লিবা পুম্নমক্কুনা খণ্ডনরক্লে, মুসলমাননা লানবলদা লান্দানবগীদমক তুরেল লাম্হোরকপা হুমিত্তুদা, চন্দ্রচূড়না ফনা কপ্পা হায়জত্তুনসু গঙ্গারামনা লানবল ভাক্লবা করিগুম্বা থৌরাং অমতা তৌদে। চন্দ্রচূড়না য়া ঙাংবা লোইরবা তুংদা, নিংথৌনা গঙ্গারামদা য়াথং পিরকই, "মীরত্তগী তোল্লবা! মসিগী পাওথুম করিনো হায়ু?"

গঙ্গারামনা মথুং লোয়রতুনা হায়রকই, "মহাক্তি ব্রাহ্মণ পণ্ডিতনি, মহাক্না লালগী মরমদা করি খঙগনি? মুসলমাননা তোব্বানসোমদসু য়োরক্তে, লানবলদা লানসু তারক্তে। মতুম তৌরম্মবা, অদুগা মহুদা ঐনা মখোইবু তাম্হোক্রমত্রবা, অদু ওইরবদি ঠাকুর মহাশয়না তাকপিরিবসি ঐ ইকোক নোম্না য়াজগদবনি। মহারাজ! লানবল মতুংদা ঐসু লৈজরিবনি। লানবল মাঙলগা ঐগী করি তোংনিংঙাই লৈবগে?"

নিংথৌ। করি তোংনিংঙাই লৈবগে হায়বহু, অত্তোপ্পা মী অমদগী অমুক তাও।

অস্রি হায়রগা নিংথৌনা চাঁদশাহ ফকিরদা য়াথং পিরক্লে, "অদোম্না খঙবিবা পুন্নমক্তু, অহুক হায়বিয়ু।"

চাঁদশাহনা মতমহুদা, লানবলদা লান-তারকপহুগী হেক মমাংগী অহিংদা তোরাব খাঁগী মনাক্তা গঙ্গারামনা চংলুবহুগী মরমহু অথঙবা মখৈ ভম্নক্লে। মহু তারগা নিংথৌনা গঙ্গারামদা য়াথং তৌরকই, "মসিগী পাওখুম কন্নিনো ?"

গঙ্গারামনা হায়রকই, "ঐ অহিংহু তোরাব খাঁগী মনাক্তা চংলুই চুম্মি। মহুদি ঐহাক লৌনম শাজং চত্তুনা, লম্বী শেরাম্বনা পুরক্লগা, মাবু লানবল মখোঙদা নোইহত্তুনা হাংকে হায়বা, রাখল অসি খনবদগীনি।"

নিংথৌ। মহুগী দমক তোরাব খাঁগী মকমদগী মনা থরদং ফংনবা হায়জরুই নত্রা ?

গঙ্গারাম। অহু নত্রবদি মহাক কদাইদগী থাজগদগে ?

নিংথৌ। করি মনা নিরুই ?

গঙ্গারাম। লৈবাক ভংখাই অমা।

নিংথৌ। অতৈদি ?

গঙ্গা। অতৈদি য়াওদে।

মতমহুদা নিংথৌনা চাঁদশাহ ফকিরদা হংঙক্লে, "মসিগী মরমদা থরদং খঙবিব্রা ?"

চাঁদশাহ। খঙজে।

নিংথৌ। করম্না খঙবিরিবনো ?

চাঁদ। ঐ মুসলমান ফকিরনি, তোরাব খাঁগী মনাক্তা চংখোক চংশিন অহুম তৌই। মহাক্কসু ঐবু লুনা চাম্না তৌই। ঐ

কৈদৌঙুংদা মাগী রা মহারাজদা তমদে, অদুগা মহারাজগী রাম্নু মভো ন্দা তমদে। অদুনা ঐসি কনাগীমু মীচং ওইদে। হৌজিক্তি মহাক শিগ্রে, অদুনা তোঙানবা রা অমা তারে। মহারাজগী খুত্তা মহাক মাইথিবা ফংদুনা মধুমতী মপান্দগী হনখিবা ঙমিত্তুদা ঐ মাগা লম্বীদা থেংনৈ। মতমদুদা গঙ্গারামনা লৌনম-শাজং চৎপগী মরমদা মাগা ঐগা রারি শাই। গঙ্গারামনা মাবু লৌনম্রে হায়বসোমদা খন্দুনা, মহাক মশানা রাফমসি ঐভোন্দা অত্মক হৌদোরকপনি। গঙ্গারামনা লৈপাক তংখাই অমা মনা ওইনা নি চুম্মি, অদুবু অদুগী মথক্তা খর'সু য়াওই। অদুবু মদুগী রাদুমদি মহারাজদা হঙ্গংকদবসি ওন্থোক্না কি—কিদনবা নয়াথং য়াওদনদি ঐ হঙ্গৎপা ঙমজদে।

নিংথৌ। করিমতা চিংনদনা হায়বিয়ু।

চাঁদ। অ'নিশুবা মনান মহারাজগী রাণী অতোপ্পীনি।

য়েংলিবা মীপুম্বদু সমুদ্র ইরাওখোলগুম নিম্নক্লে—গঙ্গারামবু মখল-মথেল কয়া থোক্না চৈনরক্লে। ইরাং থোক্তনবা-ভাকশেল্লিবা কাংবুনা ইরাংদু নেমথহল্লে। গঙ্গারামনা হায়রকই, "মহারাজ! মসি ওন্থোক্না ওইথোক্তবা রানি। ঐ ইশাগী ইমুং-মনুং লৈ—মদু মহারাজনা থঙবিদবা নত্তে। অদুগা ঐসি নগর-ভাকপনি—মুপীবু মিত্তারুবা লৈরবদি, ঐগী থুৎ-চল্লোইদবসি তাঙনা থোকই। ঐ মহারাজগী রাণী অতোপ্পীবু কৈদৌঙুংদসু উজদ্রি করম্না ঐনা মাবু মিত্তারুফম থোক্কদগে?"

নিংথৌ। অদুদি নং হুইগুম্না অহিংদা লোত্তুনা ঐগী কোন্থুংগী লৈমকোন্দা চংলিবা করিগীনো?

গঙ্গারাম। কৈদৌঙুংদা চংদে।

মতমসিদা থোঙশঙবা পাঁড়েঠাকুরত্বু কৌশিল্লে। পাঁড়েঠাকুরনা মকোই নাল্লক্তনা,—গঙ্গারামনা তম্ভনা থেংলবা অহিংদা মুরলাগা লোইননা, মবুংনি হায়শিন্নত্থনা কোন্নুং মন্নুংদা চংথোক-চংশিন কৌই হায়না তম্লক্লে।

মত্থ তাবদা গঙ্গারামনা হায়রকই, "মহারাজ! হায়রিবাঁস ওইথোক্তবা রানি। মুরলাগী মবুংনি হেক হায়রগা নিপাসিনা চং-হনগদবসি করিগীনো?"

পাঁড়েঠাকুরনা খুম্মকই মত্থদি, মহাক গঙ্গারামবু মুন্না খঙই; অত্থনা কোতোয়ালবু করন্না মানা থিংবা ঙম্নুগদৌরিবনো? অত্থনা খঙলবস্থু অত্থম খঙদ্রে।

গঙ্গারাম উরক্লে, মথং মথং অস্থম ফীভম ফংচিল্লক্লে। উপায় অমতংদি মপুক্লিংদা ফাওরক্লে, মুবলা মশানা কৈদৌন্নুংদা রাফম-শিংসি হায়দোক্লক্লোই — মরমদি, মত্থম-তৌরবদি মহাকস্থু দণ্ডি ফংগদৌরিবনি – মহাক মথরাই মাঙবসিবু কিরোইদ্রা? মসি খন্দুনা গঙ্গারামনা হায়রকই, "মুরলাবু কৌরগা অত্থক হংবিয়ু— রাশিংসি মীনম্বনি হায়বা অত্থম্মক তাকচগনি।"

মরাইবক থীবত্থনা খঙদ্রে, মুরলাবু, মহারাণী শ্রীমতি নন্দা ঠাকুরাণীনা হান্নন। খুবান্নুংদা চনশিন্দুনা থমদ্রে হায়বা নন্দানা মুরলাদা নিংথিনা খঙহনখি, "মহারাজদি রূপী থক হাল্লে— অত্থনা নং শিগনি কিরুফম লৈতে। রূপীবু চৈরাক কন্না দণ্ডিস্থু তৌদে। অকনবা দণ্ডি ফংগনি হায়নস্থু নহাক কিফম লৈতে। দণ্ডিদি নং ফংবদা তাই। অত্থবু, অচুম্বা রাত্থতা হায়রবদি– নংগী দণ্ডিত্থ য়াম্না য়াংগনি।" মুরলাস্থু মত্থ খঙই, অত্থনা তশেংবা রাশিংত্থতা হায়রে — করিমতা চিথদ্রে।

মুরলাগী ৱাশিংছুনা গঙ্গারামগী কোক্তা বজ্র তাবগা চপ মান্নখ্রে। অছুমকপু মহাক আশাদি থাদোক্তে। মানা হায়রকই, "মহারাজ! হুপীসি ওস্থোক্না মরমচৎ-চুমদবীনি। ঐ নগর মফুংদা মাবু কয়ারক হন্না ফারবনি, অছুগা থরস্থু কিনবা চৈন্নাক পিগ্রবনি। মছুগী মলোম্না মহাক ৱাশিংসি হায়রকপনি নিংই।"

নিংথৌ। অছুদি কনাগী ম-ৱা থাজৌ হায়বগে গঙ্গারাম? মহারাণী মশামক্কী ৱাদি থাজনিংঙাই ওইব্রা?

গঙ্গারামছু মথুৎনা স্বর্গ ফংবগুমখ্রে। মহাক লেপ্পমক থাজৈ. রমানা কৈদৌহুংদা সভা ময়াইসিদা লাক্লোই, অছুগা সভাসিদা ৱারোল পুন্থসি হায়রবস্থু ঙস্মোই। গঙ্গারামনা হায়রকই, "মছুদি থাঙ্গৈশেংনমক থাজনিংঙাইনি। মাগী ৱাদা ঐসি করিগুম্বা ইরাল লৈবা মী ওইরবা, ঐবু মত্তিকচাবা দণ্ডি হেক্তা পিনবিয়ু।"

নিংথৌনা কোহুং ভন্না মমাই ওনশিল্লক্লে। মতমছুদা গঙ্গারামনা চওরুনা উরকই, য়াম্না তপ্না তপ্না কিথি-কিরুম তৌরবা অঙাং পিশকুম, ফীজেৎ চমোৎনবী ফীরুম থুম্বী হুপী অমথক সভা ময়াইরোমদা চংঙক্লে। গঙ্গারামগী লূ-তোং থুদিংদা হকগ্রবা শক্তমছু. হেক উবদা থঙলক্লে। গঙ্গারাম কন্না চিংনবা পোক্লক্লে। য়েংলিবা কাংবুশিংছু য়াম্না কন্না ইরাং-লাংনবা হৌরক্লে। ঙাক্লিবা শস্ত্রীশিংনা মখোইছুবু নেমথহল্লে।

রমা চংঙক্তুনা অহানবদা নিংথৌবু, মতুংদা গুরু চন্দ্রচূড়বু অথাপ্পদগী থুকউ লৈতানা থুরুম্লগা, ফীরুম হাইদোক্তুনা ময়াম্মক্কী মাংদা লেপ্লরে—ফীজোন চমোৎনবী ওইরবস্থু শকী ইপোমদি মকা-লাম্না হৌরি। চন্দ্রচূড়না উরকই, নিংথৌ ৱা ঙাংবা ঙমখিদ্রে

—লু লুক্সা লৈগ্রে। মতৌহ্না চন্দ্রচূড়না রমাদা হায়রকই, "মহারাণী! হৌজিক গঙ্গারামগী বিচার তৌরিবানি। নিপা অসিনা করিগুম্বদা নংগী লৈফমদা চংঙক লাংঙকখিবা লৈব্রা, চংঙক্রবদি, করিগীদমক্তা চংঙক্রিবনো, নংগা করি করি ব্রা ঙাংলৈ, পুম্নমক্তু চপ চানা তম্মু। নিংথৌগী য়াথংনি, অহুগা ঐসি নংগী গুরুনি, ঐগীসু য়াথংনি, রারোলপূম্বা অশেংবত্তুতা তম্মু।"

রমানা মঙক থাঙ্গৎলক্তুনা গুরুদা হায়রকই, "নিংথৌগী রাণীদি কৈদৌহ্নংদা মীনম্বা রা ঙাংদে। ঐসি করিগুম্বী মীনম্বা-ঙাংবী ওইরম্লবদি, সিংহাসন অসি নহান্না তেক্তুনা উফূল তাগ্রগনি।"

য়েংলিবা ময়ামহ্না মপান্দগী জয়ধ্বনি তৌরকই—"জয় মহারাণীজিকী!"

রমাহু মহুনা মথৌনা হাপকৎলক্তুনা হায়থরকই, "করি হঙ্গচনি গুরুদেব! ঐ নিংথৌগী রাণীনি—নিংথৌগী মনাইত, ঐগীসু ইনাইনি—ঐনা পিবা য়াথংহু নিংথৌগী মনাইনা করিগীদমক্তা ঙাক্লোইদৌরিবনো? ঐ লৈবাক-নিংথৌগী-থবক্কীদমক কোতোয়ালবু কৌহল্লুই—কোতোয়াল লাক্তুনা য়াথং অহু তারগা চৎখি—মহুগীদমক্তা করিগী বিচার তৌকম লৈ, ঐনা করি অমুক হায়ফম লৈ?"

মসি তাবদা য়েংলিবা ময়ামহ্ হন্দক্তি জয়ধ্বনি লাওরক্তে—অয়াম্বনা শুকখনখ্রে—ময়াম্বনা হায়নরকই, "মাঙলে।" চন্দ্রচূড়না হায়রকই, "করম্বা লৈবাক্কী অরুবা থবক্নো ইমা! অহিংদা কোতোয়ালবু কৌবদা তারিবহুদি?"

মতুদা রমানা হায়রকই, "অতুদি রারম পূম্বতু তাবিয়ু।" অসি হায়রগা রমানা য়েংলকই, মচা কদাইদা লৈ? মচাতু নিংথিনা ফীজেৎ-লৈতেংলতুনা য়োকচবীগী মথাদা উরকই। মশক্তু উবদা মথৌনা পোক্লক্লে। অতুদগী রমানা য়াম্না চংথোম্না হায়থবা হৌরক্লে।

অহানবদা য়াম্না তপ্না তপ্না, থাপ্লবা লমদমদগী তারকপা ইশৈগুম, রমানা হায়বা হৌরকই — ময়াম্মকতু নিংথিনা তাবা ফংনদ্রে। মপান্দা লৈরিবা অয়েংবা কাংবুতুনা হায়রক্লে, "ইমা! ঐথোই তাবা ফংদ্রে—তাজনিংই।" রমাতু খরা হৌরপ হায়রক্লে। মতুংদা অমুকসু হৌনা—অতুদগী অমুক্কা হেন্না হৌনা। মতমতুদা রমানা মচাগী থুদোং থীবা থোক্লগত্রা বিবদগী অস্পম্বা ইচং থৌবগী থবক্সি তৌরুবনি হায়বতু খঙহনবা হৌরক্লে—তাঞ্জাসিদা মহাক অমুক অমুক মচাগী থাজ-মাইথোংতু য়েংলকই, অতুগা মমিত্তা পি শিন্থরতুনা, মমাগী নুংশিবতু, তাংথক্কী মথক্তা তাংথক, ইপোমগী মথক্তা ইপোম ইহৌরক্লে মতু শেংলবা লাইরমলেনগী ওইবা, অপ্সরাগী তিন গ্রাম শুরবা শুমহৎলবা শৈশক্লুম, তারিবা ময়ামগী নাকোংদা শুমহৎ-রাহৈ ওইনা তারক্লে। ময়াম্মক শুমহৎপগা লোইননা তারকই। অতুদগী ইফিং ফিংনা রমানা, য়োকচবীগী তম্পাক্কুগী মচা পিশুক্তু লোথোরক্লগা, সীতারামগী মখোঙ ময়াদা থম্লতুনা, মথুৎ লোম্ননা হায়রকই, "মহারাজ! নহাক্কীদি নচা অতৈস্সু লৈ — ঐগীদি লৈক্রদে! মহারাজ! নহাক্কীদি লৈবাক লৈ—ঐগীদি অঙাং অসিনি লৈবাক! মহারাজ! নহাক্কীদি ধর্ম্ম লৈ, কর্ম্ম লৈ, মিংচৎ লৈ, স্বর্গ লৈ—ঐহাক লোথুপ্পা লৈতনা হায়জরিবসিনি, ঐগী ধর্ম্ম মহাকসিনি, কর্ম্ম মহাকসিনি, মিংচৎ

মহাকসিনি, স্বর্গ মহাকসিনি—মহারাজ! ইরাল লৈবী ওইরগা, ঐবু চৈরাক অতুম্মক পিনবিয়ু—।" মসি তাবদা য়েংলিবা ময়াম্মক মমিত্তা পি ইরা চেন্না — হন্না হন্না জয়ধ্বনি লাওরক্লে। অতুবু মীওইবা হায়বসি অফ-ফত্ত অ'নিমক অতুম মরৈ—মী খরনা জয়ধ্বনি লাওরকই—খরা অমনা মতুদা য়াওরুদে। জয়ধ্বনি লাওবতু লোই-থ্রবা তুংদা মখোইতুগী মরক্তগী কনা অমনা লোল্লপ হায়রকই, "ঐদি হায়রিবসি থাজদে।" কনাগুম্বা অহল অমনা হায়রকই, "অঙকপা রানি! অহিংদা নিপা কৌহল্লুবা— অতুগা মহাকপু সতী!" কনানা অমুক হায়রকই, "নিংথৌদি হায়রিবসিদা চমন্নথ্রবসু — ঐখোইদি থক ঙম্মোই।" কনা অমনা হায়রকই, "রাণী ওইবী মানা অসুম্বা থবক তৌরবদা, ঐখোই অতোল-অতাদি কারি থোকপা হৌনরে?"

হায়নরিবশিংসি সীতারামগী মনাকোং য়োরে। মতমতুদা নিংথৌনা রমাদা হায়রকই, "প্রজা মীয়াম্নদি নংগী রাতু থাজবা ঙমত্রি।"

রমা ওহাক মমাই লুকথতুনা লৈগ্রে। মমিত্তা পি চতুম-চতুম শিন্দরক্লে — অতুদগী মহাক মপুক্লিং ফাথরক্লে। মতুংদা মমাই হাইগৎলক্তুনা নিংথৌবু য়েংলতুনা হায়রকই, "মীয়াম্না থাজদ্রবনিনা, ঐগী পাম্বৈ লৈরিবা হায়ববু—নংগী কোন্নুংবু অমকপগী মশক ওইহল্লবা পুক্সিসি অমুক থম্ফম থোক্কে। নহাক শীং-শেম্নবা য়াথং পিনবিরো—ঐহাক ময়াম্মকী মাংদা মৈরক্তা চোংশিল্লগা থরাই থাজথ্রগে। মতুদা ঐ অরাবা বরিমতা লৈরোই। মীনা ঐবু লমচৎ-চুমদবীনি হায়নরে — শিথ্রবদি মতুগী অরাবতু কোকথ্রগনি। অতুবু ঐনা নিজরিবা অমতংদি মহারাজ! নহাকমবসু ঐবু

থাজফম-থোক্ত বীনি হায়না অহুম খনবিব্রা ? অহুম তৌরবদি খঙলে—( অমুক রমাগী মিত্তা পিগী ইরা শিন্থরক্লে, )—ঐহাক মৈহুংদা শিথিবনস্থ অরেম্বা ওইবা তাই। নহাক্না করিগুম্বা মীয়ামসিগী মমাংদা হায়বিরবা, ঐগী ইফমদা নহাক চিংনবা লৈতে —অহু ওইরবদি ঐহাক চাক্লিবা শীঙ অহুবু স্বর্গ মক্লি- খনজগনি। মহারাজ ! মতুং লাঙোনগী য়াইফনবা পিবিবা, মা.লমগী লাইগুম্লবা ঐগী গুরুদেব মাংদা লৈবিরি। ঐ মাগী মমাংমক্তদা, ইষ্টদেববু সাক্ষী থমজহুনা হায়জরিবসিনি, ঐ থাজনিংঙাই ওইদবী অমা নত্তে। গুরুদগীস্থ হেম্না ঐগী পুজা তৌজফম ওইরবা, মহাক মীমক ওইরবস্থ লাইদগী হেম্না ঐগী ইরাচ্চফম ওইরবা, লাইগী মশক ওইরবা ইপুরোইবা, মশামক ঐগী ইমাংদা লৈবিরি — ঐহাক অহুম্বা লাইগুম্লবা ইপুরোইববু পন্দুনা রাশক্লিবসিনি, ঐ থাজনিং-ঙাই-ওইদবী মত্তে। মহারাজ ! হুপী ওইবীগী মপোকসিদা লাইগী সেবা, ব্রাহ্মণগী সেবা, দান, ব্রত নিয়ম খরদং তৌজখিবহু, ঐসিনা করিগুম্বা মীনম-শোরিবী অমা ওইরবদি, মহুগী ম-হৈ পুম্বা অমতা ফংদবা ওইগ্রগে। মপুরোইববু সেবা তৌজবদগী হেনবা হুপী ওইবীগী পুণ্য অমমুক লৈতে, পুক্লিং হকচাং-য়াওনা ঐহাক নংগী নখোঙ সেবা তৌজে হায়বসি নংদি মখঙবিরমগনি, — ঐসিনা করিগুম্বা থাজফন থোক্তবী অমা ওইরবা, অহু ওইরবদি ঐহাক পুণ্যহুগী ম-হৈ চাদবা ওইজগ্রগে। ঐনা মপোকসিদা খরদং আশা তৌজবা, খরদং নিংজবা, খরদং পামজবা, খরদং নিংবা থুংজনিংবা, পুম্নমক্তু—ঐসিনা থাজনিংঙাই ওইদবী অমা ওইরবদি, ঙম্নমক অরেম্বা তাজগ্রগে। মহারাজ ! হুপী ওইবীগী মপোক্তা মপুরোইবগা

শাগোম্নবা লৈজবা ফংবগা মান্নবা পুণ্যসি অমমুক লৈতে, মুংঙাইবসু লৈতে– ঐ অসি লৌথুপ-লৌকোই নাইবী ওইরবা, হন্দক্কী মপোক্তা অত্থম্বা মুংঙাইবত্থু মতম কুইনগী ফংদবা ওইগ্রগে। ইচাসিংগীদমক ঐহাক মিংদা-থিবা ফংলিবনি, মাগা মান্নবা জগৎসিদা ঐগী অমমুক লৈজগ্রবনি — ঐসিনা থাজফম থোক্কবী ওইরবা, মপোকসিমগী ঐহাক অত্থম্বা ইচাত্থুগী মশক উবা ফংদবা ওইগ্রগে। মহারাজ! অতৈ করি হায়জখিনি — ঐহাক লোনচৎ চুমদবী অমা ওইরবদি, মপোক মপোক মুপী ওইনা পোক্কুনা, মপোক খুদিংমক ইপুরোইবগা ইচাগা মশক উবা ফংজদবী হায়বত্থু ওইগ্রগে।"

রমা অমুক মখা তাথবা ঙমদ্রে — তৎলবা উরিগুম সভা ময়াইদা তুথখিত্থুনা রাম্বগ্রে — য়োকচবী ময়াম্না কোনথৎপোই-পম্বোই কোম্নুং মন্নুং তান্না পুশিনগ্রে। য়োকচবীগী মথান্নুংদা লৈরিবা অঙাংত্থুসু কপ্না কপ্না মমাগা লোইননা চংগ্রে; সভাদা লৈরিবা মীপুম্বা মপি থৈথোক্লরক্লে। গঙ্গারামগী মথুৎ-মথোঙদা পুল্লিবা য়োৎহিল্লংত্থু হৌরবা মখোল থোরক্লে। য়েংজিবা পুম্বত্থু মুংশিৎ মাইয়োক্লরবা সমুদ্রগুম তথক তথক্লক্কুনা য়াম্না নিন-খোংবা হৌগৎলক্লে — ঙাক্লিবা কাংবুনা অমুক ফাথবা ঙমদ্রে।

মতমত্থুদা "গঙ্গারামনা করি হায়রি?" "গঙ্গারামনা হায়রিবসি ওইদবনি হায়রিবরা?" "গঙ্গারামনা ওইদবনি হায়রবদি, লাও, ঐখোই ময়াম চংত্থুনা গঙ্গারামবু মতুপ মতুপ ককথৎলুসি।" অসুম্বা খোল্লাওনা মাইকৈ মরিমক্তগী পুমনিন-নিল্লক্লে। গঙ্গারাম উরে, মতমসিদা মী ময়ামগী মপুক্লিংসি ওলহনবা ঙমগ্রবদি মহাক অমুক হিংকম লৈদ্রে। গঙ্গারাম ঙশিংবা মীনি, মহাক খঙই,

প্রজা ময়াম্না লেপ্লদু, নিংথৌসু অদুম য়াগনি। মতমদুদা মহাক্না নিংথৌদা য়েংলদুনা মী ময়ামগী মপুক্কিং শুমহৎনবা রাভাং ভাংবা হৌরক্লে, "মহারাজ! ঐনা খঙনিংলিবদি, নুপীগী ম-রা লৌবিগদ্রা —নত্রগা ঐগী ই-রা তাদিগদ্রা? মহারাজ! মহারাজগী লৈবাক-সিবু নুপীনা শেমগৎখিব্রা — নত্রগা ঐগুম্বা নিংথৌগী মনাইশিংনা শেমগৎখিব্রা? মহারাজ! নুপী পুন্নমক নত্তবা লম্বী চৎপা য়াই, নিংথৌগী রাণীশিংসু নত্তবা লম্বী অদুম মচৎনৈ? নিংথৌগী রাণীনা নত্তবা লম্বী চৎলবদি নিংথৌগী মথৌ হায়ববু, মহাকপু থাদোকপনি। থাজনিংঙাই ওইরবা মনাইদি কৈদৌনুংদা শেরান্নবা লম্বী চত্তে; অদুবু নুপীনা মশাগী মরাল কুপশিন্নবা মনাইগী মথক্তা নমশিনবসু য়াই। মহারাণী অসিনা অহিংদা কনাগুম্বা অমগা উনরগা ঐঙোন্দা মরালদু থৈজিনবিরে, মদুগী অরেপ্পা- মহারাজ, ঐবু কনবিয়ু! ঐবু কনবিয়ু!"

রা ভাংনা ভাংনা গঙ্গারামদু রা ভাংবা লোইদনা,—য়াম্না কিনা, "মহারাজ, কনবিয়ু! ঐবু কনবিয়ু!" হায়না লাওরম্লগা নুংবংননা তুম্মিন্না চপ লেপ্পুনা লৈব্রে। ময়াম্বুনা উরকই, গঙ্গারামদু থক্ থক্ নিক্লি। মতমদুদা তিল্লিবা মী পুন্নমক্তু ভক্তা কিনা য়েংনরকই,— ভক্রবা মুত্তি! জটাগী শম্লাংনা চোইজাইনরবী, লৈভাংশংবা ফীজেৎ শেৎপী, মঙাল-শক্তম্বী, নোংশা শাদোংবী দুর্গামক্তা মান্নরবী, মুত্তি অমনা ত্রিশূল পায়রদুনা, গঙ্গারামদা ত্রিশূলগী মতোন্না চীঙলগা খোঙথাং ফিংনা মঙোন তম্না সভা মীয়াম লাম্হোক্তুনা চংশিল্লক্লি। মদু হেক উবদা সমুদ্রগুম তিনগ্রবা মী ময়ামদু চেক-মোক অমতা লাওনখিব্রে। গঙ্গারামনা অহিং অমা মূর্ত্তি অদু

উখি—অদুগা হৌজিক লুরবা তানফমদা, মীনম্বা ব্রা কয়া ভাংহুনা-মরাল লৈজত্রবী রমাবু মাঙহন্নবা হোৎনরকপা মতমসিদা, মুণ্ডিচু উরক্তুনা, চণ্ডীনা মাবু হাৎকে লাক্লবনি হায়বা ব্রাখল তৌরক্তুনা, কিনা র'না, "ভাকপিয়ু! ভাকপিয়ু।" হায়না লাওরক্লি। অসোমদা নিংথৌ, অমরোমদা চন্দ্রচূড়, অনিমকম্ব অহিংদা উখিবী দেবী-ওইবী মুণ্ডিচু উবদা খঙলক্লে, অদুগা নগরগী রাজলক্ষ্মীনি হায়না নিংহুনা নোক্লুকনা ফমফমদগী হৌগৎলক্লে। মতৌহদা সভাগী মীয়ামহম্ব ফুক ফুক হৌগৎনরক্লে।

জয়ন্তীনা করিগুম্বা মাইকৈদা য়েংলুবা লৈতনা, খোঙথাং য়াঙনা গঙ্গারামগী মনাক তাম্না চংঙক্তুনা, গঙ্গারামগী মথবাক্তা মন্ত্র-শোল্লবা ত্রিশূল মতোন্দু থন্নরে। ব্রাদি অসিতমক হায়, "হায়রো হৌজিক।"

ত্রিশূলহু গঙ্গারামগী মশাদা শোকপতনি, অদুবু গঙ্গারামগী মশাহু খঙহৌদনা পঙথরক্লে, গঙ্গারামনা খল্লকই, মীনম্বা অমতং হেক ভাংলুবদা ত্রিশূলসিনা ঐগী থবাকসি থিনগাইরক্লগনি। ে তৌহদা গঙ্গারামনা কিনা, নোক্লুক্না, অচুম্বা ব্রারোলহুতা সভা মমাংদা হায়থবা হৌরক্লে। মাগী ব্রাহু হেক হায়বা লোইত্রিবমথৈ, জয়ন্তীনা মাগী মথবাক্তা ত্রিশূল মতোম্না শোক্তুনা অহুম্মক থম্মি। মতমহদা গঙ্গারামনা রমাগী মরাল লৈতবা, মহাক মশানা মিত্তারুবা, পাম্মুবা, ফৌজদারগা উনরুবা, ব্রা ভাংনরকপা অদুগা লৌনম শাজ্রৎ চৎনবা থৌরাংবা, পুম্নমক্তু অমতা চিথদনা তম্নক্লে।

অদুদগীদি জয়ন্তী ত্রিশূল পায়রগা খোঙথাং ফিংনা অহুম্মক চৎখ্রে। মানা অস্তুম চৎলকপদা সভাদা লৈরিবা ময়াম্মক মঙক

নোন্না দেবীগুন্নবী মুত্তিত্থবু থুরুনলকই। ময়াম্মক তফিং তফিং লম্বী থাদোক্লে। কনামতা রা মচেৎ অমতা হংবা অমদি মতুং ইনবা ঙম্মদে। মহাক কদোমদা মকম কৈদা চৎপ্রবা, কনামতনা খঙউবা ঙম্মদে।

জয়ন্তী চৎপ্রবা তুংদা নিংথৌনা গঙ্গারামবু য়েংলত্থনা হায়রকই, "হৌজিক্তি নং নশানা নরাজ পুন্নমক য়াজরে। অসুম্বা তৌবিমল খঙদবগীদি হাৎপা নত্তনা অতৈ দগি পিনিংঙাই লৈতে। অত্থনা নহাক লৈবাক্কী রায়েল তুংইন্না নথরাই-থানবা শেম শারো।"

গঙ্গারাম রা মথা তাদ্রে। শক্রীশিংনা মাবু পুত্থনা চৎপ্রে। মথরাই-লৌবগী য়াথংত্থ তাবদা মীয়াম পূম্বা হুংবংনবা পোক্লে। কনামতা রা অমুক হায়দ্রে। তুমিন্না ময়াম্মক ময়ুম ময়ুমদা হন্নপ্রে। ময়ুম য়োরগা ঙম্মমক্কা রমাবু "থাঙ্গেশেংবী লক্ষ্মীনি" হায়না থাগৎনরক্লে। রমাগী মিংদা-থিবা করিমতা অমুক লৈত্রে।

---

## মরিগুবা মতাং

নিংথৌনা মুরলাবু লু কোকথোক্লগা, য়াইঙং শুন্থু তৈত্থনা নগরদগী তাম্থোকপ্রো হায়না য়াথং পিরক্লে। হুকুমত্থ খুদক্তুদা অত্থম পাঙথোক্লে। মুরলানা চৎলকপা মতমদা অঙাং মপৈ অমা, অত্থগা কাগী হৈরবা মী কয়া অমা পুল্লপ পূম্না খুবাক খুর-খুরত্থনা, ইশৈ শক্ল-শক্লত্থনা কোয়ইন ইম্নরক্লে।

গঙ্গারামগুম্বা তৌবিমল-খঙদবা মীশক্তি, তা-দা লেংবা নত্তনা অতোপ্পা দগি অমা পিবসি মতমত্তুগী রায়েলদা চৎনরমদে। অদুনা মঙোম্দসু মদুগী য়াথংদু তৌরে। অদুবু গঙ্গারামবু হাৎপসি ডাঙ্গাগী তুংইন্না মতম খরদং য়ৈথোকপদা তারে। মরমদি, ইকুই কুইদনা নিংথৌগী অভিষেক তৌবা তারি। সীতারামনা নপাম্বোমগী পাঙ্গলনা হিন্দুরাজ্য লিংখত্তুনা লৈবাক মপু ওইখিবনি, অদুবু মদুগী অভিষেকতি তৌদ্রি। হিন্দু শাস্ত্রগী মতুংইন্না মদু তৌবা হৌনৈ। চন্দ্রচূড়না রাফমসি হৌদোক্লক্লবদা, সীতারামসু য়ারে। মহাক্না খল্লকই, অসুম্বা চাওরবা উৎসব অমা তৌদুনা প্রজা ময়ামগী মপুক্লিং পেলহল্লবদি, মখোইগী রাজভক্তি হেনগৎলকপা য়াই। অদুনদি য়াম্না ইরাং চাওনা অভিষেক্কী থবকসি মপুং ফাহনগে হায়ন। মপুক্লিংদা লেপ্পি। নন্দাগা চন্দ্রচূড়গা মতমসিদা সীতারামদা হায়জরক্লে,— হৌজিক মঙ্গলগী থবক অমা তৌগদৌরি, অদুনা ডাঙ্গাসিদা গঙ্গারাম হাৎপা হায়বা ফত্তবা থবকসি তৌবা চুমদে; মদুনা অমঙ্গলমক থোক্ত্রবসু, লৈবাক মীয়ামগী হরাও-তয়ামদা খরদং ময়েং তাখিবা য়াই। রাফমসি মহারাজসু য়ারে। মদুংগী তশেংবা রারোলদি অসিনি, গঙ্গারামবু তা-না লেংবা হায়বসি, সীতারাম মথম্মোইমক য়াওনা পামদে, অদুবু রাজধর্ম্ম ডাক্লবা অমদি লৈপাক মরা-চেৎননবগীদমক শোয়দনা তৌদবা য়াত্রবা থবক্তি হায়না লেপখিবনি। মহাক্না পাম্মুদবগী মরম হায়ববু— গঙ্গারামদি শ্রীগী মবুংনি শ্রীবু সীতারামনা কাওবা ইঙম ঙমদে, অদুদা মতম অসুক কুইবসি মাবু থিবা ফংলক্ত্রবদুদা, নিঙবা কায়রদুনা থবক-ইংথাংলোমদা মপুক্লিং লুপহল্লগা, শ্রীবু কাওনবা

লাক্লগে হায়বসি মহাক খল্লি। অহুনা লৈবাক্কী থবকলোমদা মহাক অমুক মপুক্লিং চংলকপনি। মহুগীদমক্তা দিল্লীদা চম্ব্ুনা বাদশাহগী দরবারদা মশক উৎলুবনি। অহুগা বাদশাহবু পেলহন্দুনা হুকুম-চে লোথোরকপনি। মহুগীদমক্তা অপাম্বা য়াওনা লাল থেংনহনা ভূষণা লৌশিনবনি, অহুগা খা থংবা বাঙ্গালাদা হৌজিক অমত্তা ওাইরবা মপুনি হায়না শন্দোকপনি। অহুবু শ্রীদি হৌজিক ফাওবা অহুম্মক মাগী থম্মোইনুং-শীন্না লৈরি। মরম অসিনা গঙ্গারামবু তা-না লেংবহু মতমসিদা য়েথোকপ্রিবনি।

অসোমদা অভিষেককী থোরাং চাওনা তৌখৎলক্লে। য়াম্না ইরাং চাওননি—য়াম্না পোৎলম চংননি, লৈবাক কয়া কয়াদগী মী লাক্ুনা নগরহু থল্লক্লে—নিংথৌ, অঙম-অথৌ, ব্রাহ্মণ, পণ্ডিত, ওঝা, পাজ্ঞি, অতোনবা, অচৌবা, বার্ত্তন তৌবা—তৌদবা, পাও তাহুনা লাকপা, চাক্লিবা, সন্ন্যাসী, সাধু, ফত্তবা মী কয়ানা নগরহু অমুক চিৎন-চাইনবা ঙমদ্রে। মশিং লাকঙমদ্রবা মীয়ামসিগী অচৌবা থবক হায়ববু লেপ্পা লৈতনা চাব অসিনি। লুখাক ওইরবা, ওইদ্রিবা লুচি-সন্দেশ দধি হুন্দোক্লরকপনা সহরহু খুজেং য়োনা লৈখোম খোকপ্রে, লা খোমগৎলকপনা সীতারামগী লৈবাক্ত্ু লফুপুম্বা মরু কোক্লে; অকায়বা চফু, কেগাম অহুগা লুখাক-লা ময়াম্না থাঙ্গপাৎসু মধুমতীসু ফুঞ্জিল্লকদোরে। অরেপ্পা নাইদনা পুং ইশৈ তৌরকপনা অঙাংফাওবা মনাকোং মেনশিন্নরক্লে।

অভিষেক অসিগী অতোপ্পা অচৌবা থৌওং অমনা দানুনি। সীতারামনা অভিষেক তৌবা হুমিত্তু্মা চুপ্পা, করিগুম্বদা মথুৎমক্লা, করিগুম্বদা মমাংমক্তদা মীনাইশিংনা, শনা, লুপা, অচাপোৎ

অমস্তুং ফী দান তৌবা হৌরক্লে। মী অস্তুকী মতিক য়াম্না লাকখ্রে মতুদি, হুমিং চুপ্পতুমা দান তৌবদা লোইবা লৈত্রে। নোংমাই য়োরকপা ফাওবা অস্তুম দান তৌরকপনা সীতারাম লৈথবা অমুক ঙম্লক্তে। লেমহৌরিবা মীশিংতু দান তৌখিনবা অঙম-অথৌশিংদা শিন্নরম্লগা মহাক কোন্নুং মনুংদা পোথানবা চংলক্লে। অস্তুম লাকপদা কিবগা ঙকপগা লোইননা কোন্নুং থোঙজিন্দা মহাক উরক্লে, ত্রিশূল পায়বী, শনা মচু মানবী, রাজলক্ষ্মী মুর্ত্তিতু।

নিংথৌনা ভক্তিগা লোইননা খুকউ লৈতানা খুরুম্নগা হায়রকই, "ইমা! কনানো নহাকপো, চানবিতুনা অমুক্তা তাকপিয়ু।"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "মহারাজ! ঐদি ভিক্ষারিণীনি। মহারাজদা ভিক্ষা নিজবা লাকপনি।"

নিংথৌ। ইমা! ঐঙোন্দা লৌনস্থিরিবা করিগীনো? নহাক দেবীনি, ঐহাক খঙই। নহাক থাঙ্গেশেংবী লক্ষ্মীনি — ননাইবু থৌজান মিৎয়েংনা য়েংবিয়ু।

জয়ন্তী। মহারাজ! ঐহাক চম্লবী মীওইবীনি। নত্রবদি মহারাজদা ভিক্ষা নিবা লাকফম থোক্তে। ঐ তাজে, ঙসিদি অনি-অনিবতু, নহাক্না হেক হেক পিবি। ঐগী অনিংবদি ওস্থোক্না চাওই, অতুবু অস্তুক চংথোন্না দান তৌবা মীগী মফমদা নিংবা কায়বা তৌরোই খন্দুনা লাকচরিবনি।

নিংথৌনা হায়রকই, "ইমা! নঙোন্দা পিরোইদবা ঐগী কারিমতা লৈতে। নহাক্না অমুক ঐগী লৈবাক কনবিগ্রে, মথংদা ঐগী শাগৈগী ইকাই থুম্নবস্তু অমুক কনবিগ্রে, নহাক দেবীবু

ওইরবসু, তাইবং মীওইবীবু ওইরবসু — নঙোন্দা পুন্নমক ঐহাক পিফম থোকই। করিনো পাম্বিরিবা, তাকপিয়ু, ঐ হৌজিকমক চত্তুনা লৌজরুগে।”

জয়ন্তী। মহারাজ! গঙ্গারামগী মথন্নাই লৌনবা ন্নায়েন্দদি তা-বিথ্রে। অদুবু হৌজিক ফাওবা মহাক শিদ্রি। ঐ মাগী মথন্নাই নিজগে লাকচরিবনি।

নিংথৌ। নহাক্না!

জয়ন্তী। করিগী ওকপিরি মহারাজ? মশিবু ওইথোক্তবা থবক্না?

নিংথৌ। গঙ্গারামদি ভৌন্দগীসু হেন্না তোল্লবা মীনি — মহাকপু নংনা থৌজানবিরুন্নিবসি কদোমদগীনো?

জয়ন্তী। ঐথোইদি ভীথান্নীনি—ঐথোইগী ইফমদদি ওন্নমক মান্নে।

নিংথৌ। অদুবু নহাকমক্না মাবুদি ত্রিশূলনা থিন্দুনা হাংকে থৌরাংবিথিবনি— নহাক্কী নপান্দগী মাগী মপুকচেল ফত্তবদু আনিরক ফাথ্রিবনি। অমন্নোমদা, নহাক্না মহারাণীবু থৌজানবিন্নমত্রবদি, মহাক অচুম্বা ন্নাফমদু মশানা থক ম্নারম্মোই, মাবু হাংপগী দণ্ড পিরম্মোই। অদুবু হৌজিক্না মদুগী থক-থা ওন্নবা পাম্বিরিবসি করিগীনো?

জয়ন্তী। মহারাজ! ঐঙোন্দগী থৌদোক্তু থোকথিবা ওইবনা মাগী মথন্নাই নিজন্নিবনি। ধর্ম্ম কন্ননবগীদমক ত্রিশূলনা থিন্দুনা ধর্ম্ম চুমদবা মীবু হাংপদা দোষনি থন্দে, অদুবু হৌজিক্তি ধর্ম্মদু কল্লে, অদুনা মাগী-মথন্নাই-মাওহনবা হায়বা পাপ অদুদগী

লাম্থোক্নবা হৌজিক পুক্নিংসি লাংতক্নরক্নে। গঙ্গারামগী মথৱাই ঐঙোন্দা ভিক্ষা পিনবিৱো।

নিংথৌ। নঙোন্দা পিরোইদবা করিমত্তা লৈতে। নংনা পাম্বিরিবত্থ, ঐ পিজরবনি। গঙ্গারাম হৌজিকমক থাদোক্লগনি। অত্থবু ইমা! নঙোন্দা ভিক্ষা হাপ্পদি, ঐগী ইতিক নত্তে। ঐ নঙোন্দা ভিক্ষা পিরোই। গঙ্গারামগী মথৱাই নঙোন্দা য়োল্লগে —নহাক মমল পিত্থনা লৈ-য়ু।

জয়ন্তী। (হাইফেৎ নোক্লত্থনা) করি মমলনো মহারাজ! নিংথৌগী লনগৈদা করম্বা লন্ ৱাৎলবগে, ভিক্ষারিণীনা পিবা ঙমগদবা ?

নিংথৌ। নিংথৌগী লনগৈদা লৈতে — নিংথৌগী পুন্সি। নহাক মধুমতী মপানগী হিদেন-তাফমদা টোপকী মনাক্তা লেপ্লত্থনা তাকপিখি, ঐনা থিরিবা অত্থম্মক ফংগনি। অত্থগুম্বা মমল-নাইত্রবা পোৎশক্তু ঐঙোন্দা পিনবিয়ু — মমল অত্থদা ঐহাক ঙসি গঙ্গারামগী মথৱাই নঙোন্দা য়োনজগে।

জয়ন্তী। মমল-নাইত্রবা পোৎশক হায়ববু করিনো মহারাজ? নহাক্কী লৈবাক ফংলে।

নিংথৌ। মহাক্কীদমক্তা লৈবাক থাদোকপা ঙম্বা, মত্থবুনি পামজরিবা।

জয়ন্তী। করিনো অত্থদে মহারাজ ?

নিংথৌ। শ্রী কৌবী ঐগী ৱাণী অহন্দুনি ঐগী থৱাই-শকপদি। নহাক্তি দেবীনি, পুম্নমক পিবা ঙম্মি। ঐগী থৱাই ঐঙোন্দা পিনবিত্থনা, মত্থগী মমলনা গঙ্গারামগী মথৱাই লৈ-বিয়ু।

জয়ন্তী। করি ৱানো অহদে মহারাজ! নংগুম্বা ধর্ম্ম চেনবা রাজাধিরাজ অমগী থৱাইগা তোল্লবা পাপচেনবা অহুগী থৱাইগবু শিন্নবা মতিক চাৱা? মহারাজ! পাই নাতৎপী অমগী মহুত্তা রক্ত-থোকফম?

নিংথৌ। ইমা! মমানা পিবা অদুগুম, মচানা করম্বা মতমদা মমাদা পিবা ভম্বা য়াওবগে?

জয়ন্তী। মহারাজ! ভসি নহাক কোন্নুংগী থোঙপূম্বা হাংদোক্তুনা থম্মিয়ু, অদুগা কোন্নুং ভাক্তিবশিংদা য়াথং থঙহনবিয়ু, ত্রিশূল উরবদি খক থিংলুহু হায়না। নংগী তৃম্ফম কাদা ভসি অহিংমক মমলতু য়োৱক্লগনি। গঙ্গারামবু থাদোক্লবা হুকুম তৌবিৱো।

নিংথৌহু হরাওবনা থুমহৎখিদুনা হায়রকই, "গঙ্গারামবু হৌজিকমক থাদোকচৱগে।" অসি হায়রগা মনাইশিংদা হায়রিবা য়াথংদুমক থঙহনম্রে।

জয়ন্তীনা হায়রকই, "ঐ ননাইশিং অসিগা গঙ্গারামনা লৈরিবা বৈগুম শঙ অদুদা চৎচবা য়াগদ্রা?"

নিংথৌ। নহাক্না অপাম্বা অদুতা তৌবিবা য়ানি, করিগুম্বদা নহাক্পু থিংবা ঙুক্লে-লৈতে।

---

## মঙাশুবা মতাং

অমম্বদা কুহাগী মতৌগুম কুথথ্রবা, লৈনিন কারঘা কুংশিং-কুংশা লাংত্রবা কৈগুমশঙ মনুংদা গঙ্গারাম য়োংথিলং কুলাং

চম্লছুনা মথন্তুমক লৈরি। থেংলবা অহিংছুদকাও মহাক ভূম্বা চংত্রে—মহাকপু ভা-না লেংছুনা হাংলগনি হায়বসি হেক তাবা মতমঙ্গদগী, মহাক ভূম্বা চংত্রে — চাবা থকপা করিমতা তৌখিত্রে। মিকুপ অমদা হেক শিখিবা, অহুগুম্বা মীশি অছুদি অতুক হাক্লা কনবা দণ্ডি নংত্তে; অহুগা কৈশমশঙদা মথম্তা লৈছুনা অহিং চুংথিলদা, থিন্দনা শিবা ভারবনিকো হায়না থনছুনা লৈবা দণ্ডিদগী হেন্না লূম্বা দণ্ডি অমমুক লৈতে। গঙ্গারাম মিকুপ থুদিংগী ভাঙ্গোন্দা লেংবগুম লৈ। মতিক চাবা দণ্ডি মঙোন্দা অমুক থোইনা হাংনিংঙাই লৈত্রে। অশুম অশুম থনমনখিবদগী, পুক্লিংগী লোনচৎ অয়াম্বা মাঙশিল্লক্রে। মথম্মোইছু অমম্বদা অহুম্মক লুপ্তুনা লৈত্রে — অয়াবা থাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল ফাওবা মাঙখিবগুম তৌরে। মপুক্লিংদা রাধল অনিথক্তুংদদি হৌজিক ফাওবা ভূংলি—ভৈরবীবু কিব', অছুগা রমাবু শাওবা। কিবদগী শাওবসিনা হেল্লি। গঙ্গারাম, অমুক রমাগী মফমদা মিহোবা পোক্কে, হৌজিক মাঙম্না রমাগী থম্মোই শোক্না য়েক্লবসি অতৈ অমা লৈতে।

গঙ্গারাম হৌজিক রমাবু থেংনরবদি মথুজিন্তনা শেগাইবা ফাওবা পাম্মি। গঙ্গারামনা থরদংতা থম্বা ঙম্লকপদা, করি উপায়না শিরন্দাইগী মতমদা রমাগী মাঙনবা তৌরম্মগা শিখিবা ভুম্নদগে হায়বসিতা থম্লকই। ভাজিন্দা লেপ্পবা মতমদা, রমাগী মরমদা করি করম্বা ফত্তবা মা শন্দোক্রমসিগে হায়বসি, গঙ্গারাম মরক মরক্তা থম্লকই। অতৈ মতমদনা লেঙত্রবা শতুমগুম সুংবংননা ভাক্ছুনা লৈ। মরক মরক্তা অতুক মপান্দা অভিষেককী য়াম্ম লাঙ-থোংজিনছু তাবা ফংলকই। নিত্তিগী মাগী চাকা থুমগা থিনজিল্লক্রিবা

চাকথোংবা ব্রাহ্মণ অহুদা হংবদা, গঙ্গারামনা লাওলি খোংলিবহুগী মরম খঙলে। মহাক তারে, লৈবাক্কী মী পুম্বা চাওরবা কুম্মৈসিদা মথরাই ওয়া লুপ্নখ্রে — মহাক মথন্তমক অমম্বদা, চোৎলবা মকমদা, উচিনা চিক্লহুনা, তীল-কাও মরক্তা য়োংহ্নলংগী অরূম্বা থাংহুনা লৈরি। মহাক মপুক্লিংদা খল্লকই, রমাস্থ করম্বা মতমদা অস্থম্বা মকমদা অমুক্তং লৈরগবা !

অমম্বা মরক্তা নোংথাং কুপ্পকপগুম গঙ্গারাম থম্মোইদা রাথল অমা হেক হেক ফাওরকই, শ্রী অতুক হিংলম্বা থোক্লবদিকো ! শ্রীনা অমুকস্থ মথরাই নিহুনা হিংহনখি, হন্দক অমুক্কা নিরুবদা ভিক্ষা ফংলক্লোইদ্রা ! ঐ অসি ফনা শাথীরবা পাপী অমা ওইরবস্থ, শ্রীনা কৈদোম্নুংদা ঐবু হুন্দোকপা ওম্মোই। অহুম্বী ইচন্দুস্থ শিগ্রবা !

অহিং য়ুথক অনি শুরকপদা হোৌরবা শ্রেং-শ্রেং হায়বা মখোলগা লোইননা কৈশুমশঙগী মপানগী খোঙজাওহু হাংদোরক্লে। গঙ্গারাম খ্বাই লাওখ্রে—অস্থক থেংলবা অহিংদা করিগী পোরোল হাংদোক্লিবনো ! অতৈ অতোপ্পা অরাবা অমমুক থোক্রক্কদোরিব্রা ?

মাংদা নিংথৌগী মনাইশিংনা থাওমৈ পায়রদুনা চংলক্লি। গঙ্গারাম হুংবংননা মখোইবু য়েংহুনা লৈরে। করিগুম্বা রা অমফাও হংবা ওমত্রে। অহুগী তুংদা জয়ন্তীবু হেক উরকই —মতমহুদা মহাক খোঞ্জেল রাংনা খংলাও লাওরক্লে, "ঐবু কল্লু ! ঐবু কল্লু ! ঐনা করি তৌরবগে ?"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "তপথো ! নংনা করি তৌবা মঙ্ক অহুম্মক খঙলিবহুনি। অহুবু নহাক ক-ন্দি কল্লগনি। শ্রীবু নং নিংশিংলিব্রা ?"

গঙ্গা। শ্রী! ঙসি করিগুম্বা শ্রী হিংলম্বা থোক্লবদি।

জয়ন্তী। শ্রী হিংজি। মানা হায়জবদগী ঐ মহারাজগী মকমদা নংগী নথরাই ভিক্ষা নিরুবনি। ভিক্ষা ফংলক্লে। নংবু থাদোকপা লাক্লিবনি। চেনখ্রো গঙ্গারাম! হয়েং অয়ুক নৈবাকসিদা নংগী নশক্তু অমুক উংলগনু। উহল্লুরবদি নংবু অমুক কনবা ঙম্মরোই।

গঙ্গারামগী ভাব তারিত্র। তাদবা হায়বগী চিংনবা পোকই। মহাক থাজদে হায়বসিমদি তশেংবনি। অদুবু মহাক্না উরকই, নিংথৌগী মনাইশিংনা য়োংহল্লিং লোথোরক্লে। গঙ্গারাম তুমিন্না য়েংলকই। অদুদগী হায়রকই, ইমা! ঐবু কনবিরব্রা?"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "য়োংহল্লিং লোথোক্লে! চংখ্রো চংলো।"

গঙ্গারাম হৌত্না অত্মক চেনখ্রে। অহিং অদুমক্তদা নগর থাদোকখ্রে।

---

## উরুকশুবা মতাং

গঙ্গারামবু থাদোক্লবা হুকুম পিরম্মগা, জয়ন্তীগী রা মতুংইন্না থোঙ হাংদোক্তুনা থম্লবা লাওথোক্লম্মগা, নিংথৌগী তুম্ফম কাদা চংঙক্তুনা হিপ্লরে। নন্দানা খুদক্তদা লাক্তুনা থোঙনচিংবা লোইহনা সেবা তৌরে। নিংথৌনা হংঙকই, "রমা করম তৌরি?"

রমাদি মশা ঙমদত্না লৈরে। মতুগী রা তুংদা হায়রকে। নন্দানা খুম্মকই, "মহাক থোইনা ফত্তু মুংদা তেৌবা উদে।"

নিংথৌ। ঐ অহিং থেংজিল্লক্লবসিদা মাবু যেংবা চৎলুবা ঙমদ্রে, ইশাসি ওম্মোক্লা চোকথরে; নহাক ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা অতুক চৎলু—মাবু ঐনা লুনা তৌবগুম খরা তৌবিরু; অতুগা ঐনা মনাক্তা লাকপা ঙমদ্রিবসিগী রাবোলস্থু হায়রম্মু।

রা অসি তাবদা পাবিরিবশিংনা সীতারামবু তাথি-তাওইনা খনবিগনি। অতুবু হায়গী সীতারামতু নত্রে। হিন্দু সাম্রাজ্য লিংখৎনবগী দমক অরৈব-মথৈ পোম্বা ওইতুনা হোৎনখিবা সীতারামদো, হৌজিক্তি লৈপাক ঙাকপগী থৌরম থাদোকখিতুনা শ্রীতবু কোইথি থিবা লাম্রে। মহাক্কী মথয়াইবু নাচুংদনা, চংজরক্লবনি হায়তুনা গঙ্গারামগী মথয়াই কম্বা হোৎনখিবা সীতারামদো—ঙসিদি নিংথৌ ওইরগা, লৈবাক রায়েলবু শেম্বা ওইরগা, শ্রীবু পাম্বদগী গঙ্গারামবু থাদোকখ্রে। মীবু চানবা মহাক্তু, মশাবু চাঙবা ওইখ্রে।

নন্দা খঙলে, মবুঙোতু ঙসি মথন্তা চিঙ্গা লৈনিংলে হায়বা। নন্দা রা অমুক মখা তারমদনা চৎখ্রে। সীতারামনা মতমতুদা কমুংদা হিপ্লতুনা শ্রীবু ঙাইতুনা লৈরক্লে।

সীতারামদি তুমিৎ চুপ্পা অমা অহিং যুথক অনি শুরকপা ফাওবা থবক নোম্মুবনা মশাতু চোকথরে। অতৈ তুমিৎ ওইরবদি হিকথনা তারগদবনি অতুগা অতুম্মক কয়া তুমথগ্রগদবনি। অতুবু ঙসিদি মতুম তৌখিত্তে — মঙ্গংলাংগী নিংথৌগী তুংঙাইবা অমসুং লৈবাক্কী রায়েল থৌদা পুম্নমক থাদোক্তুনা অসুক কুইবসি লৈবাক

কন্না নগর কগা কোয়না চৎলক্লবা, মাগী রাখয়া মৈরিগুম অহিং হুংখিল নাইদনা মথম্মোইছু চাক্তুনতা লৈয়ব্রবা, অহুগুবা মীশক্তু উনগদৌম্রিবনি। সীতারাম ভুম্বা চংদমা লৈরক্লে।

অহুবু নাওগুম্বী লাইরেম্বীশু জগৎ গুম্বীনি। মীছু কনা অরাবদা তাগে তাসনু, মহাক মতম অমদা নত্রগা মতম অমদা অহুম ভুমথরকই। সীতারামদি অক্সাবদা তাবসু নত্তে, হুংঙাইবগী রাখন্দা লুপ্লিবনি, সীতারাম অহুম উইথবক্লে। অহুবু থরাইসি মত্তোয়নবু লাংতক্সরবদি ভুম্নিংশসু পংকুই কুইনা লৈতে। ঙহাক্তংগী মহুংদা সীতারাম মিৎ খংশিং শিংলক্লে — লৈ-ভুমা য়েংলকপদা উরে, মমাংদা লৈঙাং-শঙবা কীজোনগা রুদ্রাক্ষগনা লৈতেংলবী শম্লাং চোইনা ফা-রবী নিংথিরবী মূর্ত্তি!

সীতারামনা অহানবদা জয়ন্তীনি থন্দুনা তফিং-তফিংনা হুংঙকই, "কদাই? শ্রীদি কদাই?" অহুবু খুদক্তুদা উরক্লে, জয়ন্তী নত্তে, শ্রীনি।

মতমহুদা মশক খঙলক্লহুনা, "শ্রী! শ্রী! ও শ্রী! ঐগী শ্রী!" হায়না খোজেল য়াংনা কৌর-কৌরহুনা নিংথৌ হৌগৎলক্লগা মখুৎ তিংথোক্লক্লে। অহুবু খঙহৌদনা মকোক্তু উরু-উরু লৈ-রক্লে— মমিৎ উইশিন্দুনা নিংথৌ অমুক তম্না হিপথরে। মিৎন-কুপ্পগী মহুংদা মশানা অহুম্মক জ্ঞান তাজরক্লে।

অহুদগী সীতারামনা, মমাই লোংখৎনা, মিৎকম গুক্লেঙ-লেঙদনা, পেম্রবা মিৎয়েংদা শ্রী তম্না য়েংহুনা লৈরক্লে। রা মচেৎ অমতা ঙাংদে — মিৎ পেম্রবদি রা ঙাংথোকপা ঙমদবগুমরে।

য়েংনা য়েংনা, অসুম্মক য়েংনা য়েংনা — মাগী মুংঙাইবনা মকা-লাম্লবা মাইথোংছু অছুক হাক্লা মকা-লাম্লক্কবগুম তৌরক্লে — মপ্য মপী শাংনা হোল্লক্লে। নিংথৌনা, ঐগী শ্রী হায়না কৌখি, অছুবু উরকপগুম তৌরে, মসি ঐগী শ্রী নত্তে। মহাক উবগুম তৌরক্লে, মসিদি — ঈংলবী মুত্তি, চেৎনা পুক্লিং ফাঙবী, পিগী লিক্লা পক্তবী, মঙাল্লক্লা নিংথি-মাইথোং শকউৎপী, মতিক-মঙান চাওরবী,— দেবীগী প্রতিমানি! মসিনা শ্রী ওইক্নম থোক্কে!

ওম্মোকপনি! পঙলবা সীতারামদি রাণীবু থিজবনি — দেবীনদি কৈদৌনরুনি!

---

## ভরেৎশুবা মতাং

নিংথৌগী রা শ্রীনা লোইনমক তারে, শ্রীগী রা নিংথৌনা লোইনমক তারে। মতৌ করম্না, ওম্নমক থাদোক্ত্না সীতারামনা শ্রীগীদমক পৃথিবী থুংনা কোয়থিবা, রারম পুম্নমক্ত সীতারামনা তম্লে। শ্রীসু মশাগী রারি-থরা মখে তম্লে, লোইনমক্তি তমখোক্কে।

অতুদগী শ্রীনা হংঙকই, "হৌজিক ঐবু করি তৌ হায়বগে?"

রাহংসি তাবদা সীতারাম মিৎলুদা পিগী ইরা চেল্লক্লে। পুক্নি চুপ্পা অমা হৌগ্রগা মপুরোইবা থেংনরকপদবু রাহংসি হংলক্লি, "হৌজিক ঐবু করি তৌ হায়বগে?" সীতারামন্থ খল্লক্লে, থুমগে হায়না, "শগাইদগী থৌরী কিথরকউ, ঐ ভক্তা হকচিম্দুনা লিথ্রগে।"

মতুদি হায়বা তৌদনা সীতারামনা হায়রকই, "ঐ চহি মঙাসি চুপ্পা ঐগী রাণীবু থিরক্লিবনি। নং হৌজিক ঐগী রাণী ওইদুনা ফোরুংসিবু ঙাপহল্লু।"

শ্রী। মহারাজ! নপাবু মীনা থাগৎনব ওন্থোক্লা য়াম্না তারে। মহারাজগী লাইবক ফবনি, মাগুম্বী রাণী ফংবসি। অতৈ রাণী অমা পাম্বিক্লরগদু।

সীতা। নংনা খ্বাইগী অহন্নি। নপান' অমা-অমবু ওইরবসু, নংগী কম নহাক্লা করিগী লৌবোইদৌবিবনো?

শ্রী। নহাকী রাণীতবু ওইজবা ফংলবদি বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মী ফাওবা ওইজনিংলম্লোইদবা, অদুগুম্বা মতমদু ঐহাক্কী হৌজিক হৌব্রে।

সীতারাম কবি ব নো হাযবিবদো? করিগী হৌখ্রিবনো? কমদৌনা হৌখ্রিবনো?

শ্রী। ঐহাক সন্ন্যাসিনী ওইববনি; কর্ম্ম পুম্বা থাদোক্লবনি।

সীতারাম। মপুরোইবা লৈবী নুপীনা সন্ন্যাস ওইকম থোক্কে। নপুরোইবগী সেবাতনা নংগী ধর্ম্মনি।

শ্রী। কর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লবা মীদুদি, মপুরোইবা সেবানসু মাগী ধর্ম্ম নত্রে; লাইগী সেবানসু মাগী ধর্ম্ম নত্রে।

সীতা। কর্ম্ম পুম্নমক কনানসু থাদোকপা ঙম্দে; নংসু ঙমদ্রিবদুনি। গঙ্গারামগী মথয়াই কন্নবা হোৎনবদা নহাক কর্ম্ম তৌখ্রিবরা? ঐঙোন্দা নশক্তু উৎলরিবসি নহাক কর্ম্ম তৌখ্রিবরা?

শ্রী। তৌরে, অদুনা ঐগী সন্ন্যাস ধর্ম্মদু মাঙলে, অদুবু অমুক্তং ধর্ম্ম মাঙখ্রে হায়দুনা পুন্সি চুপ্পসি অসুম্মক মাঙলো হায়রিব্রা?

সীতা। মপুরোইবগা লৈমিয়ববু হুপী ওইবীশিংগী ধর্ম্ম মাঙহনি হায়বা, কত্রবা রায়োলসি নঙোন্দা কনানা তম্বিন্নিবনো? তম্বিনিংবা মথৌ তম্বিজসন্থু, মতুগী উপায় ঐগী খুত্তা লৈ। ঐ নংগী নপুরোইবনি, নংগী মকম্দা ঐগী কল্লবা হক্ লৈ। হক্ অদুনা, ঐ নংবু অমুক চৎহল্লয়োই।

শ্রী। নহাক ইপুরোইবনি, অদুগা নিংথৌন্থু ওইরি। মতুগী মথক্তা নহাক ঐগী কাম্নবা তৌবিবনি, ঐনা কাম্নবহু ফংলিবা মীশক্নি। অদুনা নহাক্না চৎহনত্রবদি ঐ চৎপা ঙম্ক্ষম লৈতে।

সীতা। ঐ নপুরোইবনি, ঐ নিংথৌনি, অদুগা ঐ নংগী কাম্নবা তৌবা মীশক্নি, অদুনা ঐনা চৎহন্দ্রবদি নং চৎপা ঙম্মোই। অদুগা মসিমদি নং করিগী হায়দ্রিবনো — ঐনা নংবু হুংশি, অদুনা ঐনা থাদোক্তবদি নহাক চৎপা ঙম্মোই? হুংশিবগী শনাগী জিন্জুর কয়ম্না থদংকনি?

শ্রী। মহারাজ! অত্নুগুম্বা চয়য়বা-রাখলহু হৌজিক লৈত্রে। হৌজিক্তি থঙলে, হুংশিন্নিবা মী অদো, হুংশিবহুদা মহাক্তাদি ধর্ম্ম অমসুং হুংঙাইবা লৈ। অদুগা হুংশিরুন্নিবা মহাক্তদি, মতুদা করি ফংনিংঙাইনো? নহাক লৈবাক্না লাইশাবগা, লাইহুদা লৈ-চন্দন কৎলু, মতুনা নংগী ধর্ম্মসু ফংহৈ, হুংঙাইবসু ফংহৈ, অদুগা লৈবাকী লাইত্তদি করিসো ফংলিবা কহুদা?

সীতা। ওহোরা ভক্কবা রানি!

শ্রী। অঙকপা নত্তে—অমৃত-ওইবা বানি। ঈশ্বরনি তাইবং পুম্বদা লৈ। ঈশ্বরবু হুংশিন্নবা জীবগী হুংঙাইবনি। অমদি ধর্ম্মনি। অদুনা তাইবং পুম্ববু হুংশিগদবনি। অদুগা ঈশ্বরদি মশক-নাইদ্রে,

অদুনা মাগী অরা-হুংঙাই লৈতে। ঈশ্বরগী শরুক অমা ওইনা জীবনা লৈরিবা আত্মা হায়বসিসু, মদুগা চপ মাম্নে। ঈশ্বরদা লাম্নোকপ্রবা হুংশিবা অদুনা মঙোন্দা অরা-হুংঙাই চংদে। অদুবু কনাগুম্বনা হুংশিরগা ঐথোইনা হুংঙাইবা পোক্লিবসিদি, চুম্নগী মায়াগী লাংতনি।

সীতা। শ্রী! ঐ খঙলে, নহাক কনাগুম্বা লোনম্বা সন্ন্যাসীগী মথুক্তা তারুদুনা, হুপী রাথল ওইবনা কান্নদ্রবা রারোল থরা নচিন্দা পংপু পুরে। মদু পুন্নমক্ত, হুপীগীদি অফবা রা নত্তে। অফবদু ঐ হায়গে তাও। ঐ নংগী নপুরোইবনি, ঐগা লৈমিন্নবতনা নংগী ধর্ম্মনি; অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা নংগী লৈতে। ঐ নিংথৌনি, ময়াম্বক্কী ধর্ম্ম কনবা ঐগী ইথৌনি; অদুগা মপুরোইবা ওইবগীসু তৌফম থোকপা মথৌনি, হুপীবু ধর্ম্মগী ভুংইনবী ওইনা পুবা। অদুনা নংগী ধর্ম্মদা ঐহাক নংবু পুগনি! নংবু অমুক চংহল্লরোই।

শ্রী। অদুনবু হায়রিবসিনি, নহাক ইপুরোইবনি, নহাক নিংথৌনি, নহাক ঐগী কান্নবা শীনবিবনি। নংগী য়াথং ইকোক থোংনা য়াফম থোকই, রা অমতং নিংশিংবনি, ঐগা লোয়নরগা নহাক হুংঙাইবদি ফংলরোই।

সীতা। নংগী নশক য়েংবতনা ঐগী হুংঙাইবা ওইগনি।

শ্রী। অদুগা নিজরিবা ভিক্ষা অমনা, ঐহাক য়ুমদা লৈবা তারবদি, ঐবু কোহুং মহুংসিদা লৈহনখিদনা, তোঙানবা থাংপোক অমা শারগা থম্বিয়ু। ঐদি সন্ন্যাসিনীনি, কোহুংদা লৈবা ঐঙোন্দসু হুংঙাইবা ওইরোই, মীনসু নোক্লগনি।

সীতা। অদুগা থাংপোক-শঙ অমদা লৈবাকী রাণীবু থম্লবদি মীনদি নোক্লরোইদরা ?

শ্রী। রাণীনি হায়বা কনানসু খঙনদে।

সীতা। ঐগদি নহাক শুকউ উনররোইদ্রা ?

শ্রী। মদুদি মহারাজগী রাখলনি।

সীতা। নংগা ঐগা উনদুনা রার্রি-রাতাই শাগনি, অদুবু নং রাণী অমা নৎত্রবদি, মীনা নংবু করি হায়না ভাংননি খঙব্রা ?

শ্রী। মদুসু খঙই। মীনা ঐবু নিংথৌগী অরোনবী সুপীনি হায়ননি। মহারাজ! ঐ সন্ন্যাসিণীনি — ঐভোন্দা চোপ্পা-চোপ্পবা হায়বা অমুক লৈতে। হায়নিংবমখৈ হায়জসনু। ঐগী চোপ্পা-চোপ্পবদি নংগী নথুত্তা লৈরে।

সীতা। করম্না ?

শ্রী। ঐ নংগী ধর্ম্মগী থোঙলোই ওইবীনি — ঐগী ইকমদা ধর্ম্মগী নত্তনা অধর্ম্মগী শাক্লৎ চংপিগনু। ধর্ম্মগী মরম নত্তনা ইন্দ্রি পেন্নবগী লম্বীদি, অধর্ম্মনি। ইন্দ্রি পেলহন্নবা লাক্লবদি শাগী লমচৎনি। শাগী লমচৎ চৎনবা লুহোংবগী থৌরম ঈশ্বরনা শেম্লম্বা নত্তে। শাশিংগী মরক্তা লুহোং-খোংদোংবা হায়বদু লৈত্তে। ধর্ম্মগী লোনচৎকীদমক্তা লুহোংবনি। রাজর্ষিশিংদি কৈদৌসুংদা থম্মোই শেংহন্দ্রিমখৈ, ধর্ম্মগী থোঙলোই ওইবীগা পুন্না লৈমিন্নদে। ইন্দ্রিগী মখা-পোনব সিমক্তবু পাপনি। মহারাজনা পাপ য়াওদনা, থম্মোই শেংনা ঐগা রারী শাবিবা ভম্লবা মতমদুদা, ঐহাক লৈঙাং-শঙবা ফীজোনসি থাদোকচগনি। ঐনা লৈঙাং-শঙবা ফীজোনসি থাদো-ক্লি বমখৈদি, মহারাজ! তোঙানবা কমকমদা কপ্পিবা তাই।

সীতা। ঐ নংগী নবুঙোনি, ঐগী ই-ব্লাতমক চৎকদবনি।

শ্রী। অমুক্তি চৎহনখিবা ময়াই, মরমদি, নহাক নপাঙ্গল কল্লি। অতুবু ঐগীসু পাঙ্গল অমদি লৈ। ঐহাক উমং-ব্রামংদা লৈবীনি, উমংদা ঐখোই খুদোংথীব কয়া কয়া থোকই। অসিগুম্বা খুদোংথীবসু থোকপা য়াই, লাম্বোক্লবা শুকলৈ লৈত্রবা। অতুম্বা তানকমদা ইশা কনজনবা ঐখোই হু খরা খরা পুই। ঐ হৌজ্রিক হু য়াওরি — তাঞ্জানা য়ারক্লবদি চাগনি।

ওম্বোকপনি! শ্রী অসিদি সীতারামগী শ্রী নত্রে।

---

## নিপালগুবা মতাং

সীতারাম মতু থঙলবসু থঙখিত্রে। মথম্মোইদা য়ানিংবা করিমতা পোকখিত্রে। কনাগুম্বনা মাগী নুংশিবা পোশক্ক শিব্রবা কাওবদা, মহাক অশিবা মনাক্নদা কমতুনা অতুম্মক লৈ, ভাইহাক্ক-কাও থাজদে, স্বর হোনখিদ্রে হায়বা। ভাওরবা লিয়রগী মতোংগুম মিংশেল কোইখি থিরকই, মিংশেলদা স্বর হোনবগী মমি উবা ফংব্রা হায়রুনা। সীতারামনা চহি অমুক কুইবসি, থম্মোইনুংদা শ্রীগী মূর্ত্তি অমা শাহনা ইরাংলকই। মপামগী শ্রীনা ওইনিংবা অমা ওইত্রবসু, মনুংগী শ্রীদি হায়গুম অতুম লৈ। মপানগী শ্রী অতুবুনি সীতারামনা থম্মোইনুংদা কো-দ্দুনা থম্রিবা, মপানগী শ্রীতুদি মপান্দা অতুম্মক লৈ, অতুদি মহাক থম্মোইগী শ্রীগা কদাইদনো খেন্নরিবসি? খেন্নে হায়না সীতারাম অমুক্কাও থম্বুবা ওমদে।

তাইবং মীগী থাজনবা হায়বসি ওইনিংবমখৈ ফনা ওইরবসু, মপুক্লিংদদি অতুম খল্লি, মীওইবদি হান্ন-হান্নগী অতুম্মক লেঙদনা লৈ। মীওইবনা কয়ারক হন্না শিবা, মতু ঐখোই খঙদে। হকচাং অমতনা কয়ারক হন্না পোকপা, মতু ইথনবু খল্লুদে। সীতারাম খঙল্লে, শ্রী অতুদি শিগ্রে, অতোপ্পা শ্রী অমা হকচাংতুদা পোকপ্রে হায়বসি। মহাক খল্লি, ঐগী শ্রীতু ঐগী শ্রী ওইনা অতুম্মক লৈরি। অতুনা শ্রীগী চাওর চাওরবা রাশিংতু মহাক না ওইনা লোৎরে। লোননবা অতুক হকচিনবা শক্তিসু লৈতে। শ্রীবু থাদোক্লবদি ওন্নমক থাদোকপদা তাই।

অতুবু শ্রীদি কোমুংদা লৈয়ু হায়বা শুকয়া ময়াদ্রে। মতোদ্বুদা সীতারামনা "চিত্তবিশ্রাম" কৌবা পিক্লবা অতুম্নদি ওইরগা পুক্লিং হুরবা পোত্থাশঙ অমা শ্রীগী লৈফম ওইহল্লে। মতুদা কৈ-মউন শাগোম্লতুনা শ্রী লৈরক্লে। নিংথৌনা ণুমিৎ থুদিংগী মাগা উনবা চৎলি। তোংঙানবা ফমফমদা ফম্লতুনা মাগা রারি-রাতাই শারগা অতুম হল্লকই। মতুনা নিংথৌদদি তমথিরবা হুগুম্লবা যল থোক্লক্লে।

রারিতু করম্বা মওংদা শারমগনি খল্লি? নিংথৌনা হায় চুংশিবগী রা, শ্রীগীদমক মহাক অসুক কুইবসি কয়াদা রারকপা মতুগী রা, শ্রী নত্তনা পুন্সিদা মাগী অতৈ করিমতা লৈতে হায়বগী রা। লৈবাক কয়াদা মী কয়ায়াম্না থাকা লৈবাক কম্না মহাক মশামক্তা থিরুবা, মতুগী রা। শ্রীনা হায়, চিঙ কয়াগী রা, উমং কয়াগী রা, লমলকী শা-উচেক উহৈ-রাহৈ কয়াগী রা, মগুণ লৈরবা পরমহংস ব্রহ্মচারী কয়াগী রা, ধর্ম্ম অধর্ম্মগী রারম কয়া, কর্ম্ম

মুখশ্মগী রাক্মম কয়া, পৌরাণিক উপন্যাসকী রারি কয়া, ইরৈবাকী মীরৈবাকী নিংথৌ কয়াগী মরম, লৈবাকী মীওইবগী হৌন-লোনচৎ কয়াগী রা।

পুন্নমকসি তানা তানা, ফম্ফম তোংঙানবদা কল্লবসু নিংথৌদু অরাবা ওইরক্রে। রাশিং অদু ওম্বোক্না পুক্নিং শুমহৎনিংঙাইনি। ঙাংলিবা মীশক্তনা অমুক্কা হেন্না পুক্নিং শুমহৎনফম্নি। মৈদি চাক্তনা হান্না লৈরবনি, হন্দক্না যুম চাকখৎলক্রে। শ্রীদি মতম-চুপ্পদা শুমহৎনিংঙাই ওইবীনি। উগী উশাদা তোংলদুনা ফৌজি হাইদুনা লাল জয় তৌখিবী শ্রী অদুদগী, হৌজিক্কী শ্রী অসিনা শরুক কয়ারক হেন্না নিংখিজগ্রে। হকচাং ফবা অমসুং পুক্নিং শেংবা হায়বসি শক ফজবা হেনগৎনফম্নি ;— শ্রীগী মশা-মউ ফগৎপা অমসুং পুক্নিং শেংগৎপা হান্নদগী শরুক চাম হেনগৎখ্রে ; অদুনা মশকসু শরুক চাম হেন্না ফজগৎখ্রে। শাৎকাইবদা ঙাইরিবা অযুক্কী লৈরাংনা মপুংফাবা শাওং-শাদা ওইবা— মফম কৈদসু নোপতবা, মফম কৈদসু অতেক-অকায় য়াওদবা, মফম কৈদসু মচু লাংশিন্দবা, মফম কৈদসু কংশিনদবা—পুন্নমক্না নানুবা, মপুংফাবা, ঈংবা, মচু লংবা অদুম্না শ্রীগী হকচাংসু— মপুম-মরৈ ফারে, অদুনা শ্রীদু মহৌশাগী শক্তম্মকপুবী নিংথিবী ওইখ্রে। অদুগী মথক্তা মথম্মোই চাওই, ইন্দ্রিগী খোরাংবা লৈতে, রাখল পক্তে, অপাম্বা পোক্তে, ভক্তিগী মশক্তি, হুংশিবগী মশক্তি, খৌজানগী মশক্তি,—মরম অসিদগী ফজবদুগী মশক নাইদে, কদাইদসু অরাবগী লৈহই তাদে, ইন্দ্রিগী ইখৌ লাংবা মমি তাদে, রাখলগী খুদম পক্তে, মফম পুম্বদা খোইথুম্মৈ, হরাওমিনোক্না থল্লি, হুংঙাইবগী

শক্তুম্নি—তাইবং-লাঙ্গোনবী শক্তমসিগী মকমদা নোংশা-শাদোংবী শক্তমতুনা কদাইদনো লেপ্পগদবা! অতুদগী অমুক শুমহৎনিংঙাই ওইরবা রাঙাংশিং—লৈবাক কয়াগী, হিরম কয়াগী, তাখিত্রিবা রারোল মথল মথলগী, করিগুম্বদা লাংতক্লবা পোকহনব', করিগুম্বদা শুমহৎপা থোকহনবা, করিগুম্বদা জ্ঞান লোঁফম ওইবা—অসুম্বা শুমহৎয়াই অনিসিনা পুল্লপ পূনগ্রবদা করম্বা জ্ঞান-মপুং-ফাদবা মীনা পুক্নিং ফাথবা ঙমগনি? সীতারামদি মতম কুইনা মৈ চুহনা লাক্লবনি, হৌজিক্তি য়ুম চাকথৎপা হৌরক্লে। শ্রীনা সীতারামগী মাঙনবা ওইরে।

অহানবদা সীতারাম, নিত্তিগী য়াচংলকপা মতমদা চিত্ত-বিশ্রামদা লাকই, য়ুথকমুক রারি-রাতাই শারম্মগা হেক চৎথি। অতুদগীদি মথং মথং অহিং অসুম থেংথবা হৌরক্লে। ফম্ফম তোঙান্না ফমতুনসু, নিংথৌহু অরাম-খোরাংলকপা অমদি তুম্নিংবা পোক্লক্তি মখৈ মফমতুদগী হস্রে। মতুনা অরাবা থরা পোক-লকপগুম তৌরে। মরম অতুনা সীতারাম, চিত্তবিশ্রামদা অতুম্মক মাগী স্নুমিদাংগী চাক চানবা অমসুং অহিংদা তুম্নবা থৌরাং তৌরে। চাবা-থকপা অমদি তুম্বহু অতোপ্পা কাদনি; শ্রীগী কৈ-মটন মনাক নকউবা ঙমদে। মহুনসু অনিংবহু থুংবা ঙমদ্রে। অয়ুক্তা কোঙুং তান্না হনবহু নোংমা নোংমগী থেংথরক্লে। শ্রীগা ঙহাক অয়ুক্তসু রারি শারমত্রবদি চৎথোক্লকপা ঙমত্রে। অসুম্না য়াম্না থেংজিল্লক্লহুনা, অয়ুক্তী চাকসু চিত্তবিশ্রামদা চাবা হৌরক্লে। নিংথৌহু চাক চারগা ঙহাক তুম্নবা তুংদা, সুংথিল ওইনা নিংথৌগী থবক তৌনবা কোঙুংদা চৎলি। অতুগী মতুংদদি করিগুম্বা

চুমিত্তনা চৎলি, করিগুম্বা চুমিত্তনা ৱারি শাথখিদুনা শুকচৎ চত্তবসু য়াওরকই। মমৈথংদনা অসুম্না তৌরক্লে, চৎলুরবসু ছাইফেত্তং য়োরুরগা তম্না অমুক হেক হল্লকপা, চিত্তবিশ্রাম খাদোকপা মহাক শুকগুম ভম্মক্লে। চিত্তবিশ্রামদা নিংথৌ পুম্নৈ লৈবা হৌরক্লে, করি করিগুম্বা মতমদা কোম্ফুংদা কোইথোকপা ওইনা অদুক চৎলুবদা মঙ্‌ইরে।

অদুগী মথক্তা চিত্তবিশ্রামদা কনামত্তা করিগুম্বা থবক অমত্তণী চৎলুনবা হুকুম লৈতে। চিত্তবিশ্রামগী মসুংদা তীল-কৌজেং ফাওবা চংবা ভমদে। অদুনা নিংথৌগী থবক্তা নিংথৌগা মরী লৈনরক্তবগুম তৌরে।

---

## মাপলগুবা মতাং

রামচাঁদ অমসুং শ্যামচাঁদ কৌবা, চমজঙবা নিপা অনিথক মহম্মদপুরদা যুম লিংদুনা লৈ। রামচাঁদগী চণ্ডী মণ্ডপতা কপ্পদুনা, চুমিদাংৱাই, চিক্লা হিদাক থক্লা থক্লা মখোই অনি ৱারি শারি। মদুগী শরুক খরদং পাবিরিবশিং অদুক তাবিয়ু।

রামচাঁদ। ভাইখো ইবুঙো, নং খঙ-লাকপ্রা চিত্তবিশ্রামগী অওইবা ৱা অসিবু?

শ্যামচাঁদ। কনানা খঙনি তাদ, মসুম্বসি নিংথৌ অদুগা অঙম অখোশিংগী, চৎনবী ওইনা তৌইদনা। ঐখোয় মীচম মরক্তা কাওবা মসুম্বসি ময়াওরিবনি — নিংথৌগী ৱা ভাংনরুদুনা করি

কান্নদগে ? অহ্না ঐখোই মহারাজগী ফবা হায়ববু—অহক হাক্লা কা হেনবদি নত্তে। মসি মঙাই।

রাম। হোই, মতুবুদি চুম্মি। অতুদা, ঐখোইগী মহারাজদি অতুম্বা মীশক্তু নৎলমদবনি, ধর্ম্ম য়াম্না লৈবনি, অতুনি রাশি হংলিবা। অম্মুক কুইবসি মতুগুম্বা অমুক্তা ভাদবনি।

শ্যাম নিংথৌগী ফীভমদি পুংহাং-হোংত্রে হায়নৈ। মীওইবা হায়বসিমক্তবু পুল্লি চুপ্পা হায়হায়গী ওইনা থক লৈনদে। মতিক-মঙাল লন-থুম হেনগৎলক্লবদি, পুক্লিংসু মরোঙ মরোঙ হেক্তুমক তৌরকই। অহানবদা ঐখোই রামরাজ্য হায়বতুদা লৈরম্বনি—ভুষণা হেক লোশিল্লুবদগী হায়গী ফীভমতু লৈরিব্রা ?

রাম। মানি চুম্মি ঐনা অশুম ঊবদা, চিত্তবিশ্রামগী থৌদোকসি হেক থোক্লকপদগী অসিগুম্বা মওং ইচা-চাদবসি হেনগৎলকপগুম তৌই। অতুগা মহারাজবু অসি য়ৌনা থুমে চনখিবসিসু তরাই তরাইবা থবক্তি নত্তে। হুপীসিসু পংচম-চখী নত্তে — কদাইদগী পাইরক্তুনা নপ্পরিবা ?

শ্যাম। ঐনা ভাববু মহুবু ভৈরবী অমনি হায়না তায়। কনা অমনা হায়, হেলোইনি। হেলোইশিংদি মায়া য়াম্না হৈ, মায়া তৌহুনা ভৈরবী শাহ্নুনা কোয়নসু চৎলি। অতে কনা অমনা হায়, মাপী পুংবা অমগা লৈরি, মহুমনা পাই-পাইহুনা চৎলি, মাবুদি থোইনা পংউ-উবা কংনদে।

রাম। অতুদি য়াম্না শাথীরবা থবক্লিনা! লৈবাকসি হেলোইগী মথুত্তা তারবা! লৈবাকসিবু হুংঙাই-য়াইকবা হায়বতু লৈথগিত্রা ?

শ্যাম। উরিবা মতৌসিনদি কয়া থাজত্রে। নিংথৌনা লৈথাক্কী থবক হয়া য়েংথিত্রে। থবক পূম্বা তর্কালঙ্কারনা শীনখ্রে। মানবু খংন-চৈনবা লালগী ময়মদা করি খঙগনি! অসোমদনা মবাখি লাম্বী থিন্দনা লাক্রগনি হায়নসু তাখ্রি।

রাম। লৈরিদনা যুম্মরু।

শ্যাম। নংসু পংহায় হেক হায়রে তাদ! মীতোপ্পা কৈদোরদোরিবনো! মশা মশাগী মথৌ মশা মশানা তৌরগত্রা ক্ষবনি, মীতোপ্পা তৌবা হায়বছদি শী:থানরুবা য়াবা নত্তে। উরেদনা, গঙ্গারামদানা কমদোরম্মি? কনানা খঙনি, য়ুম্মরুনা কখ্রি অমমুক তৌরকদা? মহাক মুসলমানগা মন্নুংদা মাপ্পরম্মবদি, ঐখোইনা লেপকদবনি কদাইদনো? ইমুং মনুং ছুপ্পা জবাই তৌথিবা হায়বছনি।

রাম। হোয়নে চুম্মিনে। অদুনা ওইবা তারে অমমম ওইনা অশুম চংনবা হৌখ্রিবনি! নহাক তিলক ঘোষখোই হৌগত্ত্না যশোরদা চংখিবা মতমছুদদি ভাবপু তাক্লদে। ঐনা, করিগী চংলিবনো হংই। মানা, মফমলিদদি পোংচৈ তাঙই হায়। হন্দক্তুসু ঐখোই খুলগী ইমুং খরা হৌগত্ত্না চংনখ্রে।

শ্যাম। অদুনা তাঙ, নং ওইবনা হায়রবনি, মী অতৈদদি তাহনখিরুরু, ঐসু থিন্দনা চংলগদবনি।

রাম। অওইবরনে! অদুদি করিগী ঐদি জবাই তৌনবা লৈহৌরুথিনি? অদুদা থুম কৈ পুম্নমকনি শা-খোংপদা পৈথা অহৈহমখৈ চংত্রে, ভম্মকসি হেক হুন্দোক্তুনা চংপা হায়বনি ঐখোই লায়রবদদি অরাবা অমনি।

শ্যাম। অদুবু কৈদোগে, থরাইনা লুহরা য়ুম-কৈনা লুবরা ? লৈবাকসিনা য়াইফবা ওইররগা, অমুক অদুম মহল্লকনি। য়ুম-কৈসিদি চেনখিগদবা লৈতেদনা।

---

তরাশুবা মতাং

শ্রী। মহারাজ! নহাক্তি মতমচুপ্পদা চিত্তবিশ্রামদা লৈবিরে। লৈবাক্তি কনানা ঙাক্লিবগে ?

সীতা। নংনি ঐগী লৈবাক্তি। নংগী নফমদা পুক্লিং শুংহাইবা ফংলিবা অসিমুক, লৈবাকী থৌরম্না কদাইদনো ফংগদৌরিবা!

শ্রী। ওস্তোকপা রানি মহারাজ! অসিগী দমক্তা হিন্দু সাম্রাজ্য লিংখৎনবা থৌরাংবিরম্রা! ঐগা য়েংনবদা হিন্দু সাম্রাজ্যনা নোপশ্রবা, ধর্ম্ম মাঙশ্রবা, ঐতনা পুম্নমক শুপ্লবা! অসিরা রাজা সীতারাম রায় হায়বদো ?

সীতা। লৈপাক্তি শেমগৎলেদনা।

শ্রী। মসিনা অমুম্মক লেঙদনা লৈরগশ্রা ?

সীতা। কনানা থুগাইরবা ঙমগদগে ?

শ্রী। নংমক্না থুগাইরিবনি। নিংথৌ ওইবগী লৈবাক্না লুপ্রাবী ওইবীগী ব্রহ্মচর্য্যগা অমহানি। চেকশিন্না ঙাক-শেন্স্রবদি লেঙদনা থম্বা ঙমদে।

সীতা। অদুমু, ঙাক-শেন্দবদি নত্তেদনা।

শ্রী। নহাক্না লৈবাক ঙাক-শেল্লিবা ? নংদি ঐগী ইনাক্তা লেঙদনা লৈবা উই।

সীতা। ঐ নিংথৌগী থবক ইয়েং য়েংদবা নত্তে। অয়াম্বা মতমদা কোম্নুংদা অহুম চংলি। ঐনা দণ্ড অমতং য়েংবদা পাথশোকপন্তু, অতৈনা হুমিং চুপ্পা অমা য়েংবদা পাঙথোকপা ঙম্লোই। অহুমী মথক্তা, তর্কালঙ্কার ঠাকুর লৈরি, মৃন্ময় লৈরি, মথোইপুম্বা থবক্তা হৈ-শিংলবা ঙাক্লি। মথোই লৈরিবৈদদি থোইনা য়েংলুত্রবসু অহুম ময়াই।

শ্রী। অমুকসু মথোই লৈনা লৈনা লৈবাক মাঙলুগদৌরে। লাইবক ফত্তুনা নহাক অহিংহৃদা য়ৌরক্রমদ্রবদি লৈবাক মাঙলম্লগনি। অহুগা অমুক করিগী মথোইগী মথুক্তদা শিন্নথোক্লিবনো ?

সীতা। ঐসু অসুম্মক লৈরি। মফম কৈদসু চথোক্তে। অমুক থৃদোং-থীবা থোক্রক্লগনা, অহুম্মক কনগনি।

শ্রী। অহুম্না থাজহুনা লৈরিবমথৈ, নহাক কৈদৌনুংদা চেকশিনবা তৌররোই। চেকশিনবা নত্তনা করিগুম্বা থবক অমত্তা মহৈ য়াদ্দে।

সী। চেকশিন্দবা মঙং করি ওইরবগে ?

শ্রী। ঐদি হুপীনি, সন্ন্যাসীনি, ঐনবু লৈবাকী থবক্তা কম্রি খঙহৃনা, মহুগী পাওথুম পিবা ঙমগদ্দগে ? অহুবু মরম অমথক্তি পুক্লিংস্রিদা কয়া চিংনবা পোকই। মুর্শিদাবাদকী পাও ফংবিস্রত্র ? তোরাব খাঁ লৈত্রে, ভূষণা লৈত্রে, বারো ভূঁইয় লৈত্রে, অসিদবু নবাব তুমিন্না অহুম্মক লৈরিগত্রা ?

সী। মহুগীদি থল্লুহু। মুরশিদ কুলিনা ফংকম থোকপা

খাজনাহ্ন চপ চানা মচেৎ মচেৎ ফংলিবমথৈ, করিমতা রা ভাংলক্রোই।

শ্রী। মহাক ফংদি ফংলিব্রা ?

সীতা। ফংলি, থাননবা ভস্তনা থৌরাং ভৌই — অহুবু হন্নক্তি পিখিত্রি, শেল য়াম্না চৎমনখিবনা।

শ্রী। অহুদি মহাক হৌজিক কাওবা তুমিন্না লৈরিব্রা ?

সীতারাম মরাই লুক্কুনা মহাক তুমিন্না লৈখ্রে। অহুদগী হায়রকই, "মহাক করি তৌদৌরি, করি করম তৌরি, মতুগী পাওদি করিমতা ফংদে।"

শ্রী। মহারাজ! চিত্তবিশ্রামদা লৈবিবদগী পাও লৌবিবা কাওবা কাওথোকপিব্রবরা ?

সীতারামহু রাখলদা তাওনা হায়রকই, "মহু ওইবা তাই। শ্রী! নংগী নশক হেক উবদা ঐ পুমকাও কাওই।"

শ্রী। অহুদি, ঐ ভিক্ষা অমতং তৌজরগে। কান্নব্রবা শক অসি, অমুক লোৎচগ্রগে। নত্রবদি সীতারাম রায়গী মিংদা মিংচৎ-থীবা থোক্লগনি; ধর্ম্মরাজ্য মরু ফংনা মাঙলগনি। য়াথং পিনবিরো, বন্দা চৎচগ্রগে।

সীতা। থোকপা অমা থোক্লসহু, ঐ খম্বহুনা য়েংলে। নংবু থাদোকপা অমা নত্রগা লৈবাক থাদোকপা অমা, অমদি তৌবা তাই। ঐ লৈবাক থাদোক্লগে, নংবুদি থাদোক্লরোই।

শ্রী। অহ ওইরগনা মহুম তৌবিরো। লৈবাকসি কনাগুম্বা মভিক চাবা মীদা শিন্নবিব্রো। অহুদগী সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌবিহুনা ঐগা বন্দা লেংজসি।

সীতারাম রাখলগী ইপাক্তা তাওরে। নিংথৌদু মতমতুদা থুংঙাই-য়াইফবগী রাখল্দা কন্না তাওরি। মমাংদুগুম্বা ওইরবদি সীতারাম লৈবাক থাদোকপা ঙমগদবনি। হৌজিক্তি মতুংগী সীতারামতু নত্রে; নিংথৌ ওইবগী অফ-থুংঙাইরোমদা মাগী থম্মোইতু থোনত্রে। সীতারাম লৈবাক থাদোকপা ঙমদ্রে।

---

## তরামাথোইশুবা মতাং

সভা ময়াইদা রমা রাম্থখিতুনা, মতাশিংনা কোনখৎলগা পুরক্তুনা ফমুংদা য়াতাখিবা তুমিত্তুদগী, মহাক অমুক হৌগৎত্রে। মথরাই থুবাক্তা হাপ্তুনা মশাগী সতী হায়বা মিং কন্নবা হোৎনখি। মিংচত্তি কল্লে, অতুবু মথরাইদি চৎখিবগুম্না তৌরে।

হৌজিক্তি অনাবতু লীশিল্লক্রে। অতুবু মকোক্তগী হৌনা তমগে। নিংথৌ রাণীগীদি লাইয়েংবগী রাৎপা লৈতে। ইহান-হানবদগী হৌনা কবিরাজ অতুম্মক তত্তনা য়েংলকই। কবিরাজ কন্না কোম্নুংদা থবক তৌই, থবক পংচিন চিন্দে, অয়াম্বা মতমদা মীনাইশিংদা হিদাক-মকুপ পিজতুনা, অতুগা থোগন লাঙ্গনবী কাংবুদা চাবা-তুম্নবা পিথক্তুনা অতুম পংলেন লেন্দুনা লৈ; হন্দক্তি রাণী অতোম্বীবু লায়েঙনবা ফংবতুদা কবিরাজ ময়ামতু থগৎহৌদনা অচৌবা মী ওইখ্রে, অনাবগী লাইওং লেপ্নরকপদা ওন্থোকপা লাঞ্জাও অমা থোক্লক্লে। পঙথবা লায়নানি, তুংশিংননি, চাবা-তুমদবনি, থম্বোম্বীদা শোকপনি অসিনচিংবা লাইওং কয়াগী রা

তাবমক্তনা অঙম-অথৌশিংছ্ খোইদৌ শাওগৎনরক্লে। কনানা নিদানগী হিদাক, কনানা বাগভট্টগী, কনানা চরকসংহিতাগী লাইরা, কনানা সুশ্রুতকী মন্ত্র শিজিন্নরকই। অসুম্না অনাবতু লাইওং খঙদনা অতুম লৈরে।

কবিরাজশিংছ্ মন্ত্রদমক পংকামদা কাম্মি হায়রতুনা ঐখোই রারোক্লবগী রা লৈতে। মখোই হিদাকসু মখল মখল থাই। কনানা গুলি, কনানা মকুপ, কনানা নৈথাইরগা নংশিন্না শেন্বা, কনানা মহী, অসুম্না অনাবতুদা থারকই; কনানা হায়, হিদাক শেন্বা তাই, কনানা হায়রকই, ঐগী অশেন্বা লৈরিবসিগুম্বদি কনাগীসু লৈরোই। অতুম অতুম ওইতুনসু, কোন্থুংনি, রাণীনি মশা ওমত্রিবা, হিদাকী কাম্নফম লৈগে লৈয়ু লৈরোই তোকউ, অনৌবা হিদাক শেম্মোইদবগী মরম লৈতে। শেন্নগা মী কয়া লুপা অমা মথাই অমা ফংনিংঙাই লৈ, অতুনা হিদাক শেম্নবগীদমক মথুম-মরাং হৌনরে। মফম অমদা য়োংকী-শুম্বন্দ, মক্ল শুগাইরকই মফম অমদা উগী শুম্বন্দ। মকু লোথোরকই, মফম অমদা চফুদা, করি করিনো ফুৎলি, মফম অমদা মহীগা মপংগা য়ানথাইনরকই। কোন্থুংগী মীনাই মুপী অমনা মতৌশিংছ্ নোংমা উরক্লুনা হায়, "রাণীবু ওইরবদি, অনাবা অমা ওইরবসু, মুংঙাইনিংঙাইনি।"

মাগীদমক্তা হিদাক অসুক য়াম্না শেম্রিবা, অদুম্বা মীশক্লুগদি হিদাক্লা থোইনা মরী পংলৈবু লৈতে। কবিরাজ মহাশয়শিংনা হিদাক পুশিন্নক্তে হায়বগী রা নত্তে। হিরম অদোমদদি মখোই মরাল করিমতা লৈতে। অতুবু রমাগী মরালনা হোৎনজবা পুম্বদু অরেম্বদা তারে — রমা হিদাক চাদে। মুরলাগী মহত্তা, যমুনা

কৌবী মীনাই হুপী অমা রাণীগী অথোইবী শাগোম্বী হাপ্পি। যমুনানা খজিক্তং অহল ওইরপ তৌবত্থ উবদা নন্দানা মাবু ফম অসি থিম্দোকপনি। ঐখোই পাক হায়বদি ঙমদে, যমুনানা অহল ওইরে হায়বসি মশানা য়াজ্ঞৈ হায়বা; ঐখোই তায়, কনাগুম্বা মীনাইনদি হায়রিবা রাফমসি শুকয়াবু য়াদে; অদুবু ঈপৌ-পোবা রাদি অসিনি, যমুনাতু হাইফেৎ অহলগী শাক্তং চৎলি, রমাবু য়াম্না লুনা তৌই; অনাবী অদুগী সেবাদা থৌশাদবা অকায়বা থোক্তনবসি, মহাক ওম্বোক্লা কন্না লাক্লে। রমাগীদমক কবিরাজশিংনা পিরকপা হিদাকপুম্বা মাগী মথুন্তা য়োরকপা ঙাক্লি; মদু পিজ-পিথক তৌবসি মাগী মথৌনি। অদুবু পিজবদি মহাকী মতিক লৈত্রে; রমা হিদাক শুকচা-চাও হায়বা য়াদে।"

অসোমদা অনাবদি ফরকপা লৈত্রে, হেন্দুম হেনগৎলক্লে, রমা অমুক মকোক কাংখৎ-খোংকৎপা ঙমত্রে। মসি উরকপদা যমুনানা খল্লক্লে, রায়োলশিংসি রাণী অহনদা চৎলগা খঙহল্লুবা তাই। অদুনা মহাক রমাদা হায়রকই, "ঐহাক রাণী অহনগী মনাক্তা চৎলুরগে; হিদাকসি মহাক মশানা পিজ-পিথক তৌরসনু।"

রমানা হায়রকই, "ইবেম্মা! শিরমদাইদা করিগীনো অমুক ওৎলিবা! অদুগী শরুকপুদি নংগা ঐগা রাকম অমা লেপ্পসি।"

যমুনানা হংঙকই, "করি রাফম্মো ইবেম্মা?"

রমা। নংগী হিদাকশিংসি ঐঙোন্দা য়োম্লোদনা? ঐ গুলি অমমমদা লুপা অমমম পিতুনা লৈরগে।

যমুনা। করি রানো অদুদে ইবেম্মা! নংগী হিদাকপু নঙোন্দা করম্না অমুক য়োনগদৌরিবা?

রমা। মমল লৌথনা নংনা হিদাক্তু য়োম্নবদি, হিদাক্তুদা নংগী হক্ অমুক লৈত্রে। অদু ওইরবদি, ঐনা চানিংলগা চাগনি, চানিংত্রগা ত্তোকনি, নংনা রা ভাংকম করিমত্তা লৈত্রেদনা।

যমুনা ওহাক রাখল তোরকই। মহাক লৌশিং লৈবীনি; মপুক্লিংদা মওল মওল থল্লকই, মহাক্তি শোইদমা শিরগদবনি, অদুদি ঐ লুপাশিংসি কৈদৌনা মাত্তহনগশৌরিবনো? ফোংবা হায়রকই, "অদুদি ইমা, চাগদববু লৈরবদি, লুপা পিত্থনবু লৌরবস্থ, পিদনবু লৌরবস্থ, অদুম্মক মরো। অদুগা চারোইদবা লৈরবদি, ঐগী খুত্তা হিদাকশিংসি অস্থম্মক তাত্থনা লৈবনা করি কাম্নগদগে?"

অস্থুমা ভাংনত্থনা মবানি রাত্থ লেপরে। যমুনাবা মমল লৌথনা হিদাকশিংত্থ রমাদা য়োক্লে। রমানা হিদাক ময়ামত্থ থরনা চিন্গুপশেন্দা লংথত্রে, থরনা মোন মখাদা মমশিনত্রে। হোৌগৎপা ভমদে, মকম অতৈদা থম্মুনবা।

অসোমদা, মথং মথং হকচাং-শোকথরকপগী মঙং অস্থুম উশিল্লক্লে। নন্দা নিত্তিগী রমাবু য়েংবা লাকই, পুং অমা অনি ফমত্থনা রারি শাই। নন্দানা উরক্লে, মমী শাল্লে; শিবগী থোত্তজিন নকশিল্লক্লে। নন্দানা থল্লকই, "ওহোকপনি! কোন্নুংগী মাইব-শিংসিস্থ ভূত প্রেত ওক্লব্রবরা?" মহাক খিন্দমা মাইব ময়ামত্থ কৌহল্লরে। ময়াম পুল্লরবদা নন্দানা মকম অমদা লৈত্থনা ময়ামঃবু কাবক থীনা ভাংথরক্লে। হায়রক্লে, "অনাবা কহনবা ভমক্সবদি, তলব চাত্থনা লৈবগী করি কায়ে?"

অহল ওইরবা কবিরাজ অমনা হায়রকই, "ইমা ! কবিরাজনা হিদাক পিবদি ঙম্মি, পুজি পিবদি ঙমদে।"

নন্দানা হায়রকই, "অদু ওইরবদি, ঐখোই হিদাকসু কায়রে। কবিরাজসু কায়রে। ময়াম্মক য়ুম য়ুমদা হনবিখিবনা ফরনি।"

কবিরাজ ময়ামদু মথৱাই থুংঙাইনরে। অহল ওইবা কবিরাজদু য়াম্না খঙবা-হৈবা মীনি। মানা হায়রকই, "ইমা ! ঐখোয়গী লাইবক য়াম্না ফীবদগী, অসুম্না থোক্লবনি। নত্রবদি, ঐনা থাম্লিবা হিদাকসি, ধন্বন্তরিমক্তি হায়বা য়ারিবনি। ঐ হৌজিকসু ইশানা য়াজরিবসিনি, করিগুম্বা হিরম অমথকুং ঐখোইদা খোজানবিরবদি, তুমিং তুম্নিগী মতুংদা অনাবসি পোথাহনজগে।"

নন্দানা হংঙকই, "করিনো পাম্লিবদে ?"

কবিরাজনা হায়রকই, "ঐ ইশানা কমদুনা লৈরগা হিদাক হেক হেক পিথকচগে।" অহল অদু কম্না খাজৈ, "তুপীসি হিদাক চারে ; ঐগী হিদাক চারবদবু অনাবনা শিবা হৌনরা !"

য়াকমদু নন্দা য়ারদুনা কবিরাজশিংবু বিদায় তৌরক্লে। অদুদগী রমাগী মনাক্তা চংঙক্লগা য়ারোল পুম্নমক হায়ররে। রমা হাইফেৎ নোক্লকই, কয়া নোকপা ঙম্বগী শক্তিসু লৈত্রে, নোক্লিংঙাই মকমসু লৈত্রে ; মমাইদু ওম্থোক্না শাথীনা চপশিনরে।

নন্দানা হংঙকই, "নোক্লিবা করিগীনো ?"

রমানা অমুক হান্নগুম নোক্লদুনা হায়রকই, "ঐ হিদাক চারোই।"

নন্দা। করি য়ানো ইবেম্মা ! হিদাক অমুক য়াম্নদি চারক্লগা, তুম্নিং তুম্নিদং অদুক চাববু কৈদৌই হায়বগে ?

রমা। ঐদি হিদাক করিমত্তা চারক্তে।

নন্দা খ্বাই লাওই,—হায়রকই, "কম্রি হায়বা! শুকচা চারক্কবা?"

রমা। লোইনমক মোন মথাদা লৈ। .

নন্দানা মোন কাংখত্‌না য়েংলকই, হায়গুম্মদনা লোইনমক লৈ। মতৌত্তদা নন্দানা হায়রকই, "করিগীনো ইবেম্মা—হৌজিক কাওবদা নশা নথক্তা শিজগে থৌয়াংলিবা? পাপত্তি অতুম কোকখ্রেদনা।"

রমা। মতুগী নক্তে—হিদাকতু ঐ চানি।

নন্দা। করম্বা মতমদা চাগদৌরিবনো?

রমা। নিংথৌনা ঐবু য়েংবিবা লাক্লবা মতমদা।

মরী মরী ওইনা রমাগী মমিত্তগী পি শিম্থরক্রে। নন্দাস্তু মমিত্তা পি চেল্লক্রে। হৌজিক অমুক সীতারামনা রমাবু হন্না য়েংবিরখিদ্রে। সীতারাম চিত্তবিশ্রামদা লৈদ্রে। নন্দানা মিত্তগী পি তৈথোক্লগা হায়রকই, "হন্দকমুক লাকপদদি নংবু য়েংবা শোইদনা লাক্লগনি।"

---

## তরানিথোইহুবা মভাং

"হন্দকমুক লাকপদি নংবু য়েংবা লোইদনা লাক্লগনি," হায়বা রাহৈসি হায়রুনা নন্দানা রমাগী মপুক্কিদা থাজবা অমা পোকহল্লম্মি। থাজবা অসিত্তনা রমা মওং অমা ওইনা হিংহুনা

লৈরক্লিবনি—অতবু অমুক হিংখিগনি খাজত্রে। নন্দানা মঙোন্দা হায়রম্বা খাজবগী য়াহৈ অসিমক, নন্দাসু জপ তৌবগুম তৌরিবনি, অদুবু নিংথৌবু ফাবদি ইঙম-ঙমত্রে। করিগুম্বা থেংনবা থোক্লবসু, "ঙসি হয়েং" হায়রদুনা নিংথৌ অদুম্মক চৎখি। নন্দানা মপুক্লিংদা য়াশকচৈ, মহাক কৈদৌঙুংদা সীতারামবু থাওবা তৌরোই। মহাক্না খল্লি, নিংথৌবু হেলোইনা পুম্রে হায়রবসিদি শোইত্রে, অদুম্মক ওইদুনসু ঐবুদি ভুতনা শোকহনবা য়াদে। ঐগী কোক্তা অশাওবা হায়বা ভূতনা তোংশ্রবদি—ইমুং অসি কনানা কমদৌনা পানগনি? অদুনা নন্দাড় সীতারামগী মফমদা শাওত্রে—মহাক্না তৌগদবা মখৌদু মথল্লাই খুবাক্তা হাপ্তুনা তৌবা হোৎনরক্লে। অদুগা হেলোইদুবু শাওবদি খম থেংলে। হেলোইদু শ্রীনি হায়বসি নন্দা খঙদে; সীতারাম নত্তুনা অতৈ কনামতা অখঙবা য়াওদে। নন্দানা কয়ারক হন্না মরী-মথোঙ খঙনবা মী থাবনি, অদুবু সীতারামগী য়াথং নত্তুনা চিত্তবিশ্রামদা হল্লিং ফাওবা পাইখিনবা য়াদবনা, করিমতা কান্নকম লৈত্রে। অদুদা মীনা শাংনরিবদি, হেলোইদু অয়ুক হুংখিন্দনা ফজরবী মীওইবীগী শক্তম লোরদুনা ইমুং মচুংগী থবক শুই, অহিংদনা লমহুই অমোমগী শক্তম লোরগা মোংফম মোংফমদা কোইচৎ চত্তুনা মী-শা হেক হেক চায়। মসিদা নন্দাড় য়ায়া কিশিল্লক্লদুনা চন্দ্রচূড় ঠাকুরদা নিংথিনা পুক্লিং চংনা হায়জরে। চন্দ্রচূড়না হৈর-হৈরবা তন্ত্র-খঙবা ব্রাহ্মণ কৌক্লদুনা নিংথৌবু কমনবগীদমক তান্ত্রিকী মন্ত্র পূজা তৌহল্লে, অদুবু হেলোইবু ভাগ্নোকপা ইঙম-ঙমত্রে। কাইনথংদা হৈ-শিংলবা তান্ত্রিক অমথক্না হায়রকই, "মীওইবনদি মসিদি করিমতা তৌবা ঙম্ররোই। মহাকসি

ইচম-চম্বী নত্তে। মহাকসি কৈলাসতা লৈবী, ভবাণীমকী হেক লোয়নবীনি, মমিংনা বিশালাক্ষী কোই। মহাক রুদ্রণী শাপুগী মতম থরা মর্ত্যলোকতা মীওইবগা লৈমিন্নবা লাকপনি। শাপ লোইরগা মশানা অতুম চৎচখিনি।" মসি তাবদা চন্দ্রচূড়গা নন্দাগা তুমিন লৈশ্রে, ব্রাখলনা চমন্ত্রে। অতুবু নন্দাদি মপুক্লিংদা মথন্তা থল্লি, "ভবাণীগী লোয়নবীস্ু ওইসনু, অতৈ অতু অদাসু ওইসনু ঐগা অমুক্তংবু থেংনরবদি থুজিন্না খোত্তুনা মঙকশমতু থদৎকনি।"

মরম অসিদগী, নন্দানা সীতারামগী মফমদা শাওবা করিমতা লৈতে। সীতারামসু কোন্নুংদা লাকপা মতমদা নন্দাগা মরক মরক্তা হেক উটৈ; মতমতুদা নন্দানা রমাগী ব্রাসি সীতারামদা খঙহল্লি—মানা হায়, "মহাক য়াম্না রারে — নং অমুক্তং চত্তুনা-উনবিরম্মু।" সীতারামতু চৎকে চৎকে হায়রগা সুকচত্তি চত্তে। ঙসিদি নন্দানা নমতুনা ফারে — অতুগা হায়রকই, "ঙসিমক চংতুনা য়েংবিরম্মু — নত্রবদি মপোকসিমগী অমুক উনবা ফংবিররোই।"

মতৌসিনা য়াদতুনা সীতারাম রমাবু য়েংবা চৎলে। সীতারাম উবদা রমা পংকপ্তা কপশ্রে। সীতারামনা চৈ-থাংবা করিমতা তৌশ্রে। রা মচেৎ অমফাওবা ঙাংবা ঙমশ্রে। সীতারামগী থম্মোইদা নিংঙমদবা থরদং পোক্লকপ্পা পোক্লক্তন্না, মতুদি খঙশ্রে। সীতা-রামনা মুংশিবা রাঙাং ঙাংতুনা অনাবতু ফরগনি হায়না মপুক্লিংতু ফাথবিরকই। মতু তাবদা রমা মাইথোং মকা লান্নক্লে, তপ্পা তপ্পা নোক্রক্লে। অতুবু করিনো মীনোক্তো! মীনোক্ত উবদা সীতারামগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লক্লে, কম্না কুইগনি নিংশ্রে।

সীতারাম ফমুংথক্তা কাখত্তুনা ফল্লে। মফম অতুদা রমাগী

মচানিপাহুস্নু চংঙক্লে। অমুক রমাগী মমিত্তু পিগী ইক্লা চেন্নক্লে—ঙহাক অতৎপা লৈতনা পিগী ইচেলনা কংলবা খজাইহু পুমহত্তুনা চেম্বরক্লে। মচাহুস্নু মমানা কপ্পা উবদা কপ্লক্লে। রমানা ইঙ্গিতকা লোইননা কাইরবা খোম্থাংদা সীতারামদা হায়রকই, "মাবু অমুক্তং পমখৎপিয়ু।" মহু তাবদা সীতারামনা মচাহুবু মতম্বাক্তা পমখৎলে। অহুদগী রমানা য়াম্না রানা পিক্রবা খোনফমদা স্বর থিংকক থিংকক তৌনা হায়রকই, "ঐগী ইরালদগী অঙাংসিবু লংথোকপা তৌবিহু। মসিতং নংগী নক্ষমদা ঐগী অরোইবা ভিক্ষা ওইনা নিজরি। রাণী অহনগী মখুত্তা মাবু শিন্নরমগে হায়না খল্লম্বনি — অহুবু হৌজিক্তি মহু তোক্তুনা নংগী নখুৎমক্তদা শিন্নজরম্নবনি। ঐগী রাসি নহাক ঙাকপিগনিদনা ?"

সীতারামহু যন্ত্রগী লাইকদিবীগুম হায়রিবহু য়ারে। অহুদগী রমানা সীতারামবু অমুক্তা হেন্না মনাক নকশিন্না ফম্লনবা ইঙ্গিত তৌরকই। সীতারামনা চংশিল্লক্লবদা রমানা মাগী মখোঙহু খুৎনা শোক্তুনা, খুয়াগী উফুল লৌরগা — মকোক্তা হাপ্লে। অহুগা হায়রকই, "মপোকসিমগী ওইনা—বিদায় লৌজরবনি। আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু, মথংগী মপোক্তা নংবু অমুক হন্না ফংজনবা।"

অহুদগী রা ঙাংবা লেপথ্রে। স্বর থবেৎ থবেৎ হোনবা হৌরক্লে। মমিৎ উশিল্লক্তরে। মাইখোংদা তারিবা অমুবা মমিহু অমুক্তা হেন্না মুশিল্লক্লে। মমৈথংদা পুম্নমক পুম্মন মমথ্রে। মৈচাক পুম্বা কোকথ্রে। রমা অরোইবা খোঙচৎ তানথ্রে।

## তরাহুমদোইশুবা মতাং

রমানা শিখিবা মুমিত্তু মদি, সীতারাম চিত্তবিশ্রামদা অমুক চৎল্লে। থোইনবু পংকুই কুইখিল্লিবা য়ানি। সীতারামনা নিংথৌ ওইল্লিরৈ, শ্রীবু অমুক হন্না উবা ফংখিল্লবা মতমতুদা, সীতারামনা রমাবু য়াম্না হুংশিনা লোয়নৈ — নন্দাদগীসু হেন্না হুংশিনা-চান্না তৌই। অদুবু হুংশিবতু মাঙব্রে। কমদোবদগী মাঙখি, সীতারামদি মতুগী য়াথলতু নোংমতসু খন্থরুদে। ঙসিদি হাইফেৎ খন্থরক্লে। মহাক্লা খন্থবদা উরক্লে, — রমাগী দোষ অত্তক হাক্লা কন্না লৈতে— দোষতি মহাক্কীনি। মপুক্লিংদা মশা মথন্তবু ওল্হোক্লা য়ারৌজরক্লে।

মরম অসিদগী মথন্নাইত্তু থোইশাওনবা অমা কন্না পোক্লে। মথরাই হুংঙাইহন্নবা মহাক শ্রীগী মনাক্তা চৎকে হায়না নিংজ্রে; মরমদি, শ্রীগা হন্দক্কী মথরাই শোকপসিগা যাম্না নরবা মরী লৈ; রমাগী মফমদা মহাক্লা হুংশি-হৈতবা-শাজৎ চৎখ্রিবত্তুগী মরুসু শ্রীনি। শ্রীগী মনাক্তা চৎলবদি মৈ অত্ত অমুক্কা হেন্না কনথৎলগনি। অদুনা শ্রীগী মনাক্তা চত্তুনা নিংথৌত্তু নন্দাগী মনাক্তা লাক্লে। অত্তবু নন্দাদি হুমিত্তু অরানবা য়াথল অমা তৌগ্রে। মহাক ওল্হোক্লা মথরাই চাক্লা লৈবা হুমিৎ থোকখ্রে। হেলোইবু ওইরবসু তাইবং মীবু ওইরবসু, কনাগুম্বা ফত্তবী অমগীদমক্তা নিংথৌনা নন্দাবু থৌওইদনা তৌবতু, নন্দানা মপুক্লিংদা শাওনিংবা পোক্তনবা হোৎনৈ। অদুবু অত্তম্না রমাবু থৌওইবিদবদগী, রমা শিখিবনি হায়বসি থনবদা নিংথৌবু নন্দানা শাওনিংবা পোকখ্রে; মরমদি, মহাক মশাগী ইকাইবা-নংবতুসু হিরমতুগা পুনশিন্নখিবদগী। শাওবতু

অসুক্কী মতিক কনগ্রে, ফনা কয়া হোৎনচুনসু, নন্দানা পুন্নমক লোৎশিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রে।

রমাগী বা ঙাংনরকপদা, নন্দানা হায়রকই, "মহারাজ! নহাক্তনা থোকহনবদি রমানা শিবসি।"

নন্দানা খজিকসিদং শাওনিংবা উৎলি, মথা অতৈ তাদে। অচুবু মচুনা মৈ হোৎগ্রে, শীঙ হান্না পৈখৎলবনা। হান্নমা মশাগী হৌনদবা-শাজংনা সীতারাম খোইশাওনচুনা লৈরবনি—অঙম্বা উপায় তৌদুনা মশাবু মশানা শেংদোকচনবা হোৎনরিবনি, তাঙাসিদা নন্দানা অমুক চৈরকপসি মঙোন্দা তানা লেংবগুম থোকগ্রে। "মহারাজ! নহাক্তনা থোকহনবনি রমানা শিবসি" হায়বা রাহৈসি তাবদা নিংথৌদু শাওবা থম থেংগ্রে। হায়রকই, "ফরে। ঐতননি নখোইবু হাৎপা। ঐনা থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা, ইশাগী ঈনা পৃথিবীসি তাওথোকহল্লগা নখোইবু রাণী ওইহল্লিবনি—অদুগা হৌজিক্তি হায়রক্লগনি, ঐতনা নখোইবু হাৎপনি। রমানা গঙ্গারামবু কৌদুনা ঐসিবু শিনবা হোৎনরম্বা মতমদুদদি, ফনামতনা করিগুম্বা রা অমা কাওবা ঙাংলক্কে, নত্রা?"

অসি হায়রগা নিংথৌদু শাওনা শাওনা মপানগী কাপ্নোমদা থোক্লক্লে। মফম অদুদা চন্দ্রচূড় ঠাকুরনা, নিংথৌদু রমাগী দমক্তা মথরাই শোক্লমগনি খন্দুনা, মথরাইদু থরদং ইংথনবা মারি কয়া কয়া শাবা হৌরকই। নিংথৌগী মপুক্লিংদি মৈথক্কী থাওগুম ইনিন কয়া কারি, মাগী রাদুদা নিংথৌ থুম্রক-খোল্লকপা খোইনা তৌদ্রে। চন্দ্রচূড় ঠাকুরসু অমানবা মাথল অমা তৌগ্রে। মহাক্না

খল্লি, রমা শিখিবন্থুদা নিংথৌসি নিংঙমহৌদবা মৈচাক্লা চাক্লে, তাঙ্গাসিদা কন্না হোৎনহুনা, হেলোইহুবু মাগী থম্মোইদগী তাম্বোক-হৌনবা লাক্কবনা চুম্মি। মসুন্না খন্দুনা চন্দ্রচূড় ঠাকুরনা রাহৌদোক ওইনবা হায়রকই, "মহারাজ! মহারাজনা করিগুম্বা রাণী অতো-প্পীগী মরমদা খজিক্তুং পুক্লিং লৈ-শিনবিরম্লবদি, মহাক্কী অনাবন্থু মফ্রমগদবনি।"

চাক্লিবা মৈদা অমুক্কা কামলকপসিনা হেন্না হেন্না চাকথৎলক্লে। নিংথৌনা হায়রকই, "ঠাকুরসু থাজবিব্রা, ঐহাক্লা রাণী অতোপ্পীগী শি-নবা মরম্মি হায়বসি?"

চন্দ্রচূড়সু মহুমক থাজৈ। মহাক্লা খল্লকই, "রাকমসি নিংথৌদা তশেংনা হায়বনা চুম্মি। মশাগী দোষ উত্রবদি, কনাগীসু মরমচৎ শেংদোকপা য়াদে। ঐ মাগী গুরুসু মন্ত্রীসুনি, ঐনা ইচং থৌনা হায়বা ঙমত্রবদি, কনানা অমুক হায়রনি?" অদুনা চন্দ্রচূড়না হায়রকই, "মহুন্না হায়বসু ময়াই।"

নিংথৌ। হায়বা ময়াই। অদুদি হায়বিয়ু, অদুক থম্বহুনা য়েংবিয়ু, ঐহাক্লা মী শিহনববু পায়বা, অদু ওইরবদি লৈবাকসিদা মী অমাকাও ঙসিদি লৈররোইদবনি।"

চন্দ্র। ঐহাক হায়বা নত্তে, নহাক কনাবুসু শিহনবা পাম্মি হায়না। অদুবু নহাক্লা শিহনবা পামজ্রবসু, নহাক্লা কনূকম থোকপহুবু, চেকশিন্না লুনা খঙ্ম্বিত্রবা, অদু ওইরবদি মহাক অদুম শিখিবা তাই। রাণী অতোপ্পীতগী য়া নত্তে, নহাক্লা য়েংশিনবিবা য়াৎপদগী লৈবাক পুম্বা মাঙবা য়ানসু লৈ। রাসি হায়গে হায়না

ঐহাক ভাইরকপা কুইরবনি, অদুবু মহারাজগী অশংবা মতম ফংদদুনা হায়বা ভম্মক্তি বনি।

নিংথৌনা মপুক্লিংদা অম্তম থল্লকই, "মী পুন্নমক্লা হায়—য়েংশিনবিবা রাংলে — মখোইদি করি তৌদুনা লৈ ?" ফোংনা হায়রকই, "য়েংশিনবা রাংলবা—অদুদি ময়ামদি করি তৌবিরি ?"

চন্দ্র। ঐখোই অভম্বদুদি অদুম্বক হোংনরি। অদুদা ঐখোই নিংথৌদি নত্তে। নিংথৌগী হুকুম নত্তনা পাভখোকপা য়াদবা থবক্তু-মখৈদি অদুম ভমদদুনা লৈ। ঐনা হায়জরি, হয়েং অমুক অমুক্তং দরবারদা কম্বিষু, ঐহাক মহারাজদা লোইনমক শুগাইনা হায়জগে, চে মুং উহজগে, মহারাজনা নিংথৌগী হুকুমদু লাওখোকপিয়ু।"

নিংথৌনা মথম্তা খঞ্জরকই, "নহাক্কী গুরুগী লোনচংসি থরা ক্না হেনগংলক্লে — ঐসু পাম্মি, নংবু থরদং খঙহনবা।" ফোংনা হায়রকই, "খন্নরগা তৌবা হায়বদুনি।"

চন্দ্রচূড়না চৈথদুদা নিংথৌদু মশাপূম্বা মৈ হৌবগুম্না চাকথ্রে, গুরু ওইবদুভনা সীতারাম য়া কয়া কন্না ভাংবা ভমদবনি। অদুবু শাওমনখিবনা মহাক অহিংদু তূম্বা য়াদ্রে। চন্দ্রচূড়বু কয়ম্না থরদং খঙহনসিগে হায়বসিতা থম্দুনা লৈখ্রে। অমুক ভন্না হৌগংলগা, অমুক্কী তৌগদবা পুন্নমক লোইরগা দরবারদা চংদুনা ফম্লে। চন্দ্রচূড়না চে-মুং মপৈ ক্ষমা পুরক্তুনা মনাক্তা লেপ্লে।

---

## তরামরিশুবা মতাং

চন্দ্রচূড়না নিংথৌদা খণ্ডহনবা পাম্নিবা ব্রাফমতুদি, অসিনি। ফনা চাওবা লৈবাকস্তু ওইসন্নু, ফনা চাওবা নিংথৌস্তু ওইসন্নু, শেল য়াওদনদি করিগুম্বা লৈবাক অমতা লৈবা ঙমদে। ঐথোয়না উই, নখোই ঐখোইগী ইমুং-মন্নুং শেল য়াওদনা হিংবা য়াদবগুম— ইংরেজগী চাওরবা লৈবাকস্তু শেল লৈতনা হিংবা ঙমদে। শেল ব্রাংলকপদগী রোমক সাম্রাজ্যস্তু তুম্না মুংখি — থাইনগী চাওখৎপা পুম্বা অমম্বদা তিনখি। সীতারামগীস্তু খণ্ডহৌদনা শেল ব্রাংলক্লে।

সীতারামগী শেল ব্রাংলকপসি ওইফম থোক্কবনি ; মরমদি, সীতারামগী শেল-কংফমদি ওম্মোক্লা হেনগৎলবনি। ভূষণাগী ফৌজদারীগী লমপুম্বা মাগী মথুৎ চল্লে — বারো ভূঁইয়া মাগী মখাদা লৈরে। মানা ঙাক্লিবা লমশিং অতুগী দিল্লীগী বাদশাহনা ফংফম থোকপা খাজনাশিং অতু লৌথৎ-খোমগৎনবগী থবক সীতারামদা শিন্নরক্লবনি। সীতারামনা ঙসি ফাওবা মতুগী পাই অমা ফাওবা মুর্শিদাবাদতা থাদে — খোমগৎপা পুন্নমক মহাক্লা অতুম শিজিন্নতুনা লৈ। অতুদি লুপা ব্রাংলিবসি কমদৌবদগীনো ?

মীওইবা হায়বসি শেলফঙবু য়াম্লক্লবদি অরাৎপস্তু মরাঙ কায়রকই। মরমদি, চাদ্দিং হেনগৎলকই। ভূষণাবু খুতুম চন্নবা হোৎনবদা শেল থরা মচঙখি — বারো ভূঁইয়াবু মথা পোলহন্নবা হোৎনবদা শেল থরস্তু মচঙখি। হৌজিক্তি লান্মী য়াম্না থম্বদা তারক্লে — মরমদি, কনানা করম্বা মতমদা লাল হৌরক্কনি, কনানা করম্বা মতমদা লান্দারক্কনি — মতুগীদমক্তস্তু শেল থরা মচঙই।

অভিষেক তৌবদসু খরা অমুক চঙখ্রে। অদুনা লাক্লিবা অদুপ, চাদ্দিংলোমদসু মচৎলি।

অদুবু লাক্লিবা মওংদুগী য়েংনা, খরচ তৌরবদি ব্রাৎলকপদি লৈতে। ব্রাৎলকপগী মরু ওইবা মরমদি হুরানবনি। নিংথৌদি হৌজিক থোইনা য়েংশিন্দ্রে—চিত্তবিশ্রামদা অয়াম্বা মতম লৈথোক্লে। মরম অদুদগী অঙম-অথৌশিংনা নিংথৌগী লনগৈদগী শেল লৌরগা মানা মানা পাম্বদু অদুম শিজিন্নথোক্লে,—কনানা খিংলুনি? চন্দ্রচূড় ঠাকুরনা ফনা খিংজৈ, অদুবু কনানসু মাগী ম-রা তাবিদে। চন্দ্রচূড়না অচৌ অচৌবা অঙম অথৌ কয়াগী হুরানবদু ফারে,—মহাকনা খল্লি, হন্দক নিংথৌনা করিগুম্বা দরবারদা ফম্নরবা মতমদা, চে-মুং পুন্নমক মাগী মমাংদা পুথোক্লুনা উৎকে। অদুবু নিংথৌনদি তাঞ্জাদু ইপি পিদ্রে, "তৌফম থোকপদু ঠাকুরনা অদুম্মক তৌবিয়ু" হায়রম্মগা মতম মতমগী লিৎথোকপা য়ানবা হোৎনদুনা চিত্তবিশ্রাম তান্না হেকমক চেনখি। চন্দ্রচূড়দু নিংবা কায়রদুনা মমৈথংদা মহাক মশানা মী খরা ফন লৌথোক্লবা হুকুম তৌরে। মদুদা মখোইশিংদুনা মাবু করেন্নবিরে—হায়রক্লে, "ঠাকুর! স্মৃতিগী ব্যবস্থা চংবা তারক্লবা মতমদতা, নংগী ন-রা তাগনি। নিংথৌগী সহি মোহর য়াওবা হুকুমদু উৎলু, নত্রবদি য়ুমদা চৎলগা সন্ধ্যা-আহ্নিক্কুম তৌবিরু।"

নিংথৌগী সহি-মোহর ফংবদি থোইনা লুবা থবক নত্তে। হৌজিক নিংথৌগী মনাক্তা চে অমতংবু পুশিল্লুরবদি সহি অদুম্মক তৌরকই—পা-নবা মতম লৈতে—চিত্তবিশ্রামদা চৎকদৌরিরনি। অদুনা চন্দ্রচূড়না মরাল-লৈবা মীশিংদুগী ফম-লৌথোক্লবা

হুকুম চেহুদা নিংথৌগী সহি লৌথোক্লে। নিংথৌদু শুকপা-পাদনা সহি অহুম তৌরে।

অদুবু মতুনা চন্দ্রচূড়গী থবক্তি মঙ্গল ওইদ্রে। মকোক ওইনা মরাল লৈরিবা খাতাঞ্চী অদু দরবারদুদা য়াওই, মহাক্না উই, নিংথৌনা ই-পা পা-দনা সোই তৌথি হায়বসি। নিংথৌনা চৎশ্রবতুংদা মানা হায়রকই, "হুকুমদু ঐ লৌদে। মতুদি নংগী হুকুম্নি—নিংথৌগী নত্তে। নিংথৌদি চেহু শুকপাস্থু পাথিদে। নিংথৌ মশামক্না বিচার তৌদুনা ঐখোইবু লৌথোক্লবা, মতম অদুতদা ঐখোই চৎকনি,—নত্রবদি থক চৎলোই।" কনামতা চৎত্রে। হুরানবা অস্থুম অস্থুম হেনগৎলক্লে। লনগৈদি মাগী মথুত্তুনি, অদুনা চন্দ্রচূড় করিগুম্বা অমতা তৌবা ঙমদ্রে।

অদুনা ঙসি চন্দ্রচূড়না নিংথৌবু কম্না শেন্নদুনা ফারবনি। নিংথৌনা দরবারদা ফম্লরবদা, মরাল লৈরিবা মীশিংতুগী মমাংমক্তদা চন্দ্রচূড়না চে-মুং পূম্বা নিংথৌদা খুঙহল্লকপা হোরে। নিংথৌদি মতমসিদা জগৎ পূম্বগী মথক্তা শাওরি, অদুগী মথক্তা অমুক হুরাল্লিবদুনা য়াম্মনখিবদু ঊবদা মখোইদো শাওগৎখিবনা মহাক বুদ্ধি মাঙশিল্লক্লে। নিংথৌনা হুকুম লাওথোরক্লে, মরাল লৈবা পূম্নমক তা-না লেংদুনা হাংলু।

হুকুমদু তাবদা দরবারগী মীপূম্বা কোকচাওবী কাপ্লে। চন্দ্রচূড়মকস্থু বজ্র পানবগুম থোকপ্রে। মানা হায়রকই, "করিনো তাকপিরিবদো মহারাজ! পাপ থরদংগী দমক অদুক লূম্বা দগি?"

নিংথৌছ শাওখিবনা পাথৎখিত্না হায়রকই, "করিগী পাপ খরদংদনো ? ছরানবদি তা-না লেংবা হায়বসি নিয়ম্নি।"

চন্দ্র। মরকসিদা ব্রাহ্মণ কয়াসু য়াওরি। ব্রাহ্মণ হাৎপগী থবকপু করম্না তৌগদগে ?

নিংথৌ। ব্রাহ্মণশিংছবুনা মনাগা মনাতোনগা ককথৎলগা মরাইবক্তা মৈ-ঈকপা য়োৎচৈনা "ছরানবা" হায়না ইরগা থাদোক-খো। অতৈশিং অত্না তা-না লেংত্না হাৎলু।

হুকুমসি লাওথোক্লম্নগা নিংথৌছ চিত্তবিশ্রামদা চৎখ্রে। হুকুম মতুং ইন্না মরাল লৈবা মীশিংছ দণ্ডি তৌরে। নগরছ অরাবা খোল্লাওনা থল্লক্লে। নিংথৌগী অঙম-অথৌ কয়া থবক থাদোক্লুনা চেন্নখ্রে।

---

তরামঙাশুবা মতাং

ছয়ানবা লেপখ্রে, অদুবু শেলদি শিজিন্নবা ক্ষোম্নদ্রে। লৈবাক্কী ফীভমছ নিংথৌদা তঙাইফদনা তাকপনা চুম্লে, অদুবু নিংথৌবু থেংনবসিদি অরুবা অমা ওইখ্রে, থেংনরবসু রা-লাং করিমতা ঙাংদে। চন্দ্রচূড়না কন্না কোইছুম হুমছনা থিবদগী নোংমা অমুক নিংথৌবু ফারে — অদুগা হায়রকই, "মহারাজ, ঙসি হায়জরিবা রারোলশিংসিবু অমুক্তং তাবিত্রবদি লৈবাক লৈতবা ওারে।"

নিংথৌ। লৈরগা লৈরে, চৎপ্রগা চৎপ্রে। ফরে তাৱগে, কৈদৌৱবগে তাকপিয়ু ?"

চন্দ্র। সিপাইপুম্বা পুল্লপ পুল্লপ হৌনদুনা চৎখ্রে।

নিংথৌ। করিগী ?

চন্দ্র। তলব ফংদবদগী।

নিংথৌ। করিগী ফংদ্রিবা ?

চন্দ্র। পিনিংঙাই লুপা লৈতে।

নিংথৌ। হৌজিকফাও অদুম হুরাল্লিব্রা ?

চন্দ্র। হুরান্দ্রে, মদুদি তোকখ্রে। অদুবু হুরান্দ্রগবু কৈদৌদগে ? হুরানবগী মখুৎ চনখ্রবা শেলশিংদুদি, অমুক হল্লকপদি তৌদে।

নিংথৌ। করিগী, অমুক করিমতা খোমগৎ·লাকখৎত্রবরা ?

চন্দ্র। পৈশা অমা ফাওবা খোমগস্তে।

নিংথৌ। করি মরমদগী ?

চন্দ্র। খোমগৎলু হায়দুনা শিন্নবা কাংবুশিংদুনা হায়রি, "খোমগৎলুরগা করিগুম্বা শেল হোদোক-হোজিন তৌরম্নবদি ঐখোইবু অদুম্মক তাদোন্দা চৎলু হায়রিব্রা ?"

নিংথৌ। মখোইদু মফম লৌথোকখ্রো।

চন্দ্র। অনৌবা মী কদাইদগীনো ফংগদবা ? অদুগা অনৌবা মীশিংদনা করম্নসু থাজনা খোমগৎপগী থবকপু পাঙথোকপা ঙমগদৌরিবনো ?

নিংথৌ। অদু ওইরগনা মখোইদুবু কৈশুমশঙদা থম্মো।

চন্দ্র। মাঙলেদনা অদুদে ! অদুদি কনানা শেম-খোমগৎপগী থবক তৌবিনি ?

নিংথৌ। সুমিৎ তরামগানিগী মন্থুংদা তোল্লিবা খাজনা পূম্বা খোমগৎপা ঙমদবা মীশিংত্তবু, কৈশমশঙ য়োইহনবা তাই।

চন্দ্র খাজনা-খোম্বা মীশিংগী দোষ ঙাকস্তু নত্তে। পীক্ষম থোকপা মী অয়াম্বা ইপি-পিনদে।

নিংথৌ করিগী পিদ্রিবা ?

চন্দ্র। মখোইনা হায়, "মুসলমাননা লৈবাকসিদা পাল্লরগা পিগনি। হৌজিক পিরুদ্রনা, অনিরক হন্নবা থবক কৈদৌনা তৌরুগদগে ?"

নিংথৌ। পৈশা পিদবা, তোলহৌবা কাংবুশিংত্তস্তু, কৈশুম-শঙদা থাজিনবা তাই।

চন্দ্রচূড়ত্ত তিংঙক মাইহুক্লনা লৈরে। মমৈথংদা হায়রকই, "মহারাজ, কৈশুমশঙদা অত্তক য়াম্নদি কদাইদগী চনগদগে ?"

নিংথৌ। ফক খনগত্তুনা চাওর-চাওরবা শঙ শাগৎলু।

অসি হায়রত্তুনা শেল তোনবাগা খাজনা থৌবগা, অনিমক কৈশুমশঙদা থাজিন্নবা হুকুম চে সহি তৌরম্মগা নিংথৌত্ত চিত্তবি-শ্রাম তান্না চৎখ্রে। চন্দ্রচূড়ত্ত মপুক্লিংদা রাশক্লে, কৈদৌঙ্গুংদা অমুক নিংথৌদা লৈবাক্কী থবক্কী ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংখ্ররোই হায়না।

হুকুম অসি তাবদা লৈবাকপূম্বা অরাবগী খোল্লাওনা পুমনিন নিনখ্রে। কৈশুমশঙ পূম্বা থনখ্রে — চন্দ্রচূড়না ফক্ খনগত্তুনা ক্ষনা হোৎনত্তনস্তু চন্দ্রে। শেল তোনবা, খাজনা খোমগৎপা, মী কয়া কয়া লৈবাক থাদোক্তুনা চেন্নখ্রে। তোম্বা কাংবুত্তস্তু অত্তম্মক চেনমিন্নখ্রে।

অদুনা মথক্তা হায়গ্রিবদুনি, হাম্লনা মৈ হৌদুনা লৈরে, য়ুম চাকথৎলক্লে ; শ্রী লাক্লমদ্রবদি, সীতারাম অসুক শাথানা লৈখা তারমগদ্রা তারম্মোইদ্রা, মদুদি থওদে ; মরমদি, সীতারামদি মপুক্লিংদা কম্না লেপ্পনি, লৈবাক ভাকপরোমদা মপুক্লিং লুপ্লুনা শ্রীবু কাওথোকখিগে — মদুগী রাতু মথক্তা মতাং চানা পনদ্রে । ফত্রবা তানফমদা শ্রী লাক্লুনা মশক উৎলরে, মদুনা মাগী রাখন্দু লৈঙোই পনগী মতৌগুম অকনবা লিচিংগী শাফুদা নমথাইদ্রে । লৈবাক্কী থবকলোমদা মপুক্লিংদু লুপত্রবদি, থুদোংথিবসি থোক্লোই-দবনি হায়বা রাসিসু কম্না হায়বা ভমদে, অদুবু শ্রী অদু লাক্লবসু, নন্দাগী মতৌগুম্না মহাক কোম্লুং মম্লুংদা রাণী অমা ওইনা লৈখিদুনা নন্দাগুম নিংথৌগী লৈবাক রায়েল থবক্তা মতেং পাংলম্লবা, অদু ওইরবদি অসুক শাথীনা লৈখা তারম্মোইদ্রা হায়নদি থল্লি ; মরমদি, মুংভাই-ইরাংতনা লৈখা থরদং তারকপদুদি, শ্রীগা নন্দাগগী মতেংনা থরদং শামহনবা ভম্মগদবনি । অদুগা শ্রীনা কোম্লুংদা রাণী ওইনা লৈতদুনা, চিত্তবিশ্রামদা লাক্লগা অরোনবী মুপীগুম লৈররবসু, সন্ন্যাসী অমগুম লৈতদুনা, মাগী হৌন-লোনচৎ কায়দনা লৈরম্মবদি অসুক থুদোংথীবসি থোক্লোইদবনি । অনিংবদু মপুং ফাথ্রগা, শুমহৎপগী শক্তিদু ফনা নিংথিনা য়াংথিগদবনি । মতম থরদং লৈরগা নিংথৌ জ্ঞান তারকপা য়াগদবনি । অদুগা শ্রীনা সন্ন্যাসিনী অমা ওইনা লৈরবসু, — মদুগী নিয়মদু কায়দনা চৎপী সন্ন্যাসিনী ওইরবদি, অসুম্না অরাবসি থোক্লোইদবনি । অদুবু অসুম্বী ইন্দ্রাণীগী মতৌগুম্নবী সন্ন্যাসিনী অসিদি কৈগী মউন্দা ফম্নদুনা রাহৈগী খোইহি হৈথরি, অদুগা সীতারামনা হুইগুম

তোঙান্না কম্লতুনা মাইথোংতু অসুম্মক য়েংল-য়েংলতুনা লৈরি—অতুবু মহাক সীতারামগী তুপীনি। চহি মঙা চুপ্পা সীতারামনা মাগীদমক চংথা-শিবা খঙদনা হোৎনখি। অসুম্বা অৱাবসি করিগা অমুক চাংদম্লিংঙাই লৈরি! মসিমক্তনা সীতারামগী অমাঙবা হায়বতু থোকপ্রে। অহানবদা মৈদমক চূই—হৌজিক্তি য়ুম চাক্লক্রে। সীতারাম অমুক থাঙবা ঙম্মক্তুনা, মপুক্লিংদা কম্না লেপ্লক্রে, শ্রীদা মপাঙ্গল শিজিন্নরগে।

অতুবু হুংশিবা মীদা, পাঙ্গল হেক শিজিন্নবা হায়বসি ফনা পাপ চেন্নবা মী ফাওবা পাক ঙম্নদে। শ্রীগী মফমদা নিংথৌনা হুংশিবতু, হৌজিক থৌদোক্না ইন্দ্রিগী মথাপোনবরোমদা চংশিল্লক্রে। অতুবু হুংশিবদি হৌজিক ফাওবা লেঙদ্রি। অতুনা পাঙ্গল শিজিন্নগে থল্লবসু সীতারামতু ইঙম-ঙমদতুনা লৈরি। পাঙ্গল শিজিন্নগদ্রা শিজিন্নরোইদ্রা হায়বসি অরেপ্পা অমা তা-নবা হোৎনরকপদা সীতারাম মথরাই লান্নিংঙাই ওইরক্রে। সীতারামনা মসিগী অতাবী অমা লেপ্পা ঙমদ্রিবৈঙে তুমিৎ কয়ানিমুক্তু মহাক জ্ঞান য়াওদবা মীশক অমা ওইনা অতুম্মক লৈগ্রে। অসুম্বা শাথীনা জ্ঞান চোইরিবৈঙে তাঙ্গাদা অঙম-অথৌশিং তাদোম্দা চৎগ্রে, থাজনা-থোমগৎপা মীশিং কৈকুমশঙ য়োগ্রে, শেল-তোনবা কাংবু ফাগ্রে, প্রজা অয়াম্বা চেমগ্রে, লৈবাক মাঙন-তাক্রবগী ফীভম য়োগ্রে।

মমৈথংদা সীতারামনা লেপ্লক্রে, শ্রীগী মফমদা পাঙ্গল শিজিন্নরগে। রাফমনি মপুক্লিংদা লেপ্লতুনা থবক ওইনা পায়থৎপতু হৌরম-হৌকাৎত্রিবৈঙনা, খঙহৌদনা শাথীরবা ইয়াং অম থোক্লক্রে। চন্দ্রচূড় ঠাকুরনা নিংথৌবু নোংমা ফারতুনা হায়রকই, “মহারাজ!

ঐ তীর্থকোয়বা চৎকে হায়না খল্লি। নহাক্কী য়াথং ফংঅবদি চৎপ্রগে।”

রাতু নিংথৌগী কোকথক্তা বজ্র তাবগা চপ মান্নত্রে। চন্দ্রচূড় চৎপ্রবদি শোইদনমক শ্রীবু থাদোকপদা তাই, নত্রগনা লৈবাক থাদোকপদা তাই। অদুনা নিংথৌনা চন্দ্রচূড় ঠাকুরবু তীর্থ চৎপতু তোকহন্নবা কন্না লাক্নরক্লে।

মতমসিদা চন্দ্রচূড় ঠাকুরনা মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা খল্লিবদি, পাপকী লৈবাকসিদা অমুক লৈররোই, পাপ চেল্লবা নিংথৌসিগী থবক অমুক তৌররোই, অসিনি। অদুনা মহাক তরাই তরাই হেক য়াদ্রে। রারোল কয়া কয়া ভাংনরে। চন্দ্রচূড়না অর্থীবী রা কয়াস্তু ভাংলে। নিংথৌস্তু যাবমথৈ থুমদোক থুমজিন তৌরে। কাইনথংদা চন্দ্রচূড় লৈগে হায়বতু য়ারে। অস্তুগা রা শাংনা ভাংনখিবনা অহিং ওইশিনখ্রে। তাঙ্গা চাদবনা নিংথৌতু অহিং অতুমা চিত্তবিশ্রামদা অতুম চৎত্রে। অসোমদা চিত্তবিশ্রামদা অহিং অতুমক্তদা থৌদোক অমস্তু থোক্লে।

---

## তরাতরুকশুবা মতাং

কুমিত্তুদা লাইগী নোংদমদগী চিত্তবিশ্রামগী থোঙ্গাম্দা ভৈরবী অমা লাক্তুনা শকউৎলরে। চৌজিক চিত্তবিশ্রামতু পিক্লবা পোথাশঙ ওইরবস্তু কোন্নুং ওইব্রে; থোঙশঙবা কয়া অমা থোঙতু ভাকব্রে। ভৈরবীতুনা থোঙশঙবশিংতুদা চংনবা হায়জরক্লে।

থোঙশঙবশিংহুনা হায়রকই, "মসি কোন্নুংনি — মফমসিদা রাণী অমা লৈ। কনামতা চংনবগী হুকুম লৈতে।" হায়রুনিংঙাইবু লৈতে, নিংথৌশিংগী অরোনবী রাণীশিংবুস্থ মীনাইশিংনদি রাণী হায়না অহুম্মক মিঙ্গোই।

ভৈরবীনা হায়রকই, "ঐ মহু খঙই। নিংথৌনস্থ ঐবু শক খঙবনি। ঐনা চংবদা থিংবা লৈতে। নখোই চক্ষুনা নিংথৌদা অহুক খঙহল্লু।"

থোঙশঙবশিংনা হায়রকই, "নিংথৌ হৌজিক মফমসিদা লৈতে — কোন্নুংদা লেংখি।"

ভৈরবী। অহু গুইরগা মফমসিদা লৈবা রাণীহুদা হায়রু। মাগী হুকুমদি চংনবা য়ারোইদ্রা?

থোঙশঙবশিংহু অমগা অমগা য়েংনরক্লে। চিত্তবিশ্রামগী কোন্নুং মন্নুংদদি কৈদৌন্নুংদা কনামতা শুকচং চংবা য়াদে—নিংথৌনা কন্না থিংই। রাণীনস্থ থিংই। নিংথৌ লৈত্রিভৈদা জুগী অমা অনি ( নন্দানা থারকপা ) কোন্নুংহুদা চংগে হায়রম্মি, অহুবু রাণীদা খঙহল্লুবদদি, মহাক্না কনামতা চংহল্লকনু হায়রকই। অহুদি রাণীদা অমুক খঙহল্লুবগী করি কায়কম লৈব্রি? অহুবু ভৈরবীসিগী মূর্ত্তি উবদা মী গুইরমগনি হায়বসিদি নিংদে—তাম্মোক্রুবদা করিগুম্বা ফত্তবা অমা থোক্লবদি!

থোঙশঙবশিংহু মণ্ডল মণ্ডল কয়া খল্লবহুংদা মীনাইজুগী অমদা পাণ্ড থাক্তিনখ্রে। ভৈরবী লাকই তাবদা শ্রীনা খুদক্তুদা চংহল্লরুবা য়াথং পিরক্লে। জয়ন্তী কোন্নুংদা চংলক্লে।

মাবু উবদা শ্রীনা হায়রকই, "লাক্লেদনা, ওম্মোক্লা ফরে। ঐহাক হৌজিক নংগা রা তান্নদবা শুকয়া য়াদবা মতম য়োরক্লে।"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "ঐহাক অসিগুম্বা মতমদা নংগী নপাও লৌরগনি হায়রম্বহুদি। হৌজিক করি পাওনো তম্মো নগরদা তারকই, লৈবাকসি য়াম্না কাং-খোং চাইরে। নহাক্লনি হায়নৈনা মতু থোকহল্লিবদো? টোল টোলদস্ু অস্ুম তারকই, ছা ত্র পুন্নমক রঘুগী ত্তরামাপললশুবা শ্লোক থীর থীরতুনা লৈবা। করি করম্বা থৌদোক থোক্লবগে?"

শ্রীনা হায়রকই, "অতুনা নংবু থিরক্লিবনি।" অতুদগী শ্রীনা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা তম্লক্লে। জয়ন্তীনা হায়রকই, "অতুদি নংগী তৌফম থোকপা থবক্তু নং তৌদ্রিবা করিগীনো?"

শ্রী। মতুবু করিনো ঐ খঙদ্রে।

জয়ন্তী। কোন্নুংদা চৎলো। লৈমকোম্দা রাণী ওইনা লৈরুরো। মফম অতুদা নিংথৌগী অথোইবা মন্ত্রী ওইনা মাবু ধর্ম্ম অচুম্বদা লমজিংউ। মসিনি নংগী থবক।

শ্রী। মতুদি ঐ খঙদে। রাণী ওইবগী ধর্ম্মদি তমহৌদ্রে। সন্ন্যাসিনীগী ধর্ম্ম তম্বিবদো, মতুনি ঐনা খঙলিবদি। খঙদবা, হৈতবা, ধর্ম্ম অদোমদা চৎলুরবদি পুন্নমক মাঙহল্লুবা থোক্কনি। সন্ন্যাসিনীনা রাণী ওইরুরগা করি য়াইফনিংঙাই লৈ?

জয়ন্তী রাখল তৌরকই। অতুগা হায়রকই, "ঐ মতু হায়বা ঙমদ্রে। নংনা মতুগী ধর্ম্মতু পাঙথোকপা ঙমগনি হায়বসি উদ্রে— মতুবু ঙমগদবা লৈরবদি করিগী অসি য়োনা শাথীফম থোকই?"

শ্রী। মতুগী কীভমতু নোংমদি মরৈরম্মি। ফৌজি হাইতুনা মুসলমান লান্মীবু তকখাইবা মুমিং অতুরাইদদি--হায়রিবসি ওইরম্বসু ময়াই। অতুবু লাইবক্না মদোমদা চৎখিদ্রে, মদোমদা খঙনবা তমখিদ্রে। লাইবক্না পুগ্রে মতুগী ওন্ন-তৈনবা মাইকৈদা—উমংদা লেনবা—সন্ন্যাস ওইবা। কনানা খঙনি, লাইবক্তু অমুক ওল্লকখিদ্রা ?

জয়ন্তী। অতুদি হৌজিক করি উপায়নো তৌগদবা ?

শ্রী। চেনখিবা নত্তনা অতৈ উপায় অমা উদ্রে। নিংথৌগী দমক্তা অমদি লৈবাক্কী দমক্তা ওইনা হায়বা নত্তে। ঐ ইশাগীসু য়েংতুনা হায়রিবনি। নিংথৌবু অহিং মুংথিল চুপ্পা অসুম উশিল্লকপসিদ হেক হেক খল্লকই, ঐসি মাগী মুপীনি, মাগী ধর্ম্ম'—খোঙলোইনি।

জ। মতুদি ময়েক্না তাবনি।

শ্রী। মতুনা পুরাণগী রা হেক নিংশিংলকই; ঐসিবু মুংশি-লাংদা অমুক তারগদ্রা ? অতুনা, হান্ননা হায়খিবতুনি, নিংথৌগা শুকউ উনদবনা হেন্না ফৈ। য়েক্লবসি, নিংথৌগা থা-না তরা-নিথোইনি।

জয়ন্তী। তরামাথোইখক্না নংগী নশাদা লৈরবা ? কনা নিংথিজনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎলেদনা অতুদে! ঈশ্বরদা শিন্নথ্রবা পুন্নমক্তু অমুক হন্না লৌরেদনা! নং নশাগী দমক্তা খঞবসু তল্লেদনা! মসিন্না সন্ন্যাস হায়বদো ?

শ্রী। অতুনা হায়রিবসিনি, চে-নূবদা তারিব্রা তাদব্রা ?

জ। চেনূকমদি থোক্লে।

শ্রী। নিংথৌনদি হায়রি, ঐ চে-নপ্রবদি মহাক আত্মাঘাত তৌগনি।

জ। নিপা ওইবশিংগী মুপী - শুমহৎ-য়াহৈ'নি! মুংশি-তেন্না-পানবগী চোইভাংনি।

শ্রী। অদুদি মদুগী কিফম লৈতেদনা?

জ। লৈরগবু নংগী করি মাঙবগে? নিংথৌনা শিবা চংবদা নংগী করি থোক্লিংঙাইনো? নপুরোইবনি হায়দুনা অদুক য়াম্না য়ারুরিব্রা? মদুবু সন্ন্যাস ধর্ম্ম'রা?

শ্রী। মদু ওইরবসু ওইদ্রবসু—নিংথৌ শিপ্রগা করম্বা তাইবংগী কান্নবা থোকহল্লিবগে?

জ। নিংথৌ শিরোই, কিনিংঙাই লৈতে। অঙাংনা শান্নপোৎ মাঙপ্রগা কপ্পি, শিবদি শিদে। নহাক ঈশ্বরদা কর্ম্ম পুম্নমক শিন্নদুনা নপুক্লিং ফাজিনবা ওন্নবা, মদুদুম তৌ।

শ্রী। মদু ওইরবদি মফম অসিদগী চৎপা তারে।

জ। হৌজিকমক চৎলগদবনি।

শ্রী। করম্না চৎকনি? থোঙশঙবশিংনা করম্না চৎহনগনি?

জ। নংগী লৈঙাং শঙবা ফী, রুদ্রাক্ষ, ত্রিশূল, পুম্নমক লৈরি হায়না উই। ভৈরবী শাদুনা চেনপ্রো, থোঙশঙবশিংনা য়া অমা ফাওবা ঙাংলক্লোই।

শ্রী। মখোইনা খনগনি, নংনি চৎলিবসি, নত্রা? অদুদি নং করম্না লাক্নি?

জয়ন্তীনা মোক্রদুনা হায়রকই, "ঐগী ওস্থোক্লা লাইবক ফবনিদা! অসুক কুইরবগী তুংদা ঐগী দমক্তা য়াবিমকা মী

অমা চোংথোরক্লেদনা ! ঐ খোক্লকপদু ওমদবা তারবস্তু, করি অমাঙবা লৈবগে ?

শ্রী। নিংথৌগী মথুম্ভা নহাক তারনি—কনানা খঙবা, নিংথৌনা নংবু পংশাও-শাওরবদি !

জ। শাওরগা ঐঙোন্দা করিনো তৌরগদবা ? নিংথৌগী করি করম্বা মথৌনা লৈবগে, সন্ন্যাসিনীবু মাঙহনবা ওম্বা ?

জয়ন্তীবু শ্রীনা হায়দ্রিংঙাই লৈতনা থাজে। অদুনা শ্রীনা অমুক মথা তাথদনা হংঙকই, "নংগদি কদাইদা অমুক উনগনি ?"

জ। নহাক চুমাদ্রিং থুঙ্গং তান্না চৎলো। মফমদুদা নিংথৌগী পুরোহিতকা উনৌ। নংগী ত্রিশূলদু ঐঙোন্দা পিরম্মো, ঐগী ত্রিশূলসিনা নহাক পুখ্রো। খুলত্তদা লৈরিবা নিংথৌগী পুরোহিততু ঐগী মন্ত্রশিষ্যনি। মহাক ঐগী খুদম য়াওবা ত্রিশূলসি উবদা নংনা হায়রবমথৈ তৌগনি। মঙোন্দা হায়, য়াম্না চেকশিনগ্রবা মফম অমদা নংবু লোতু্না থম্মু হায়না। মদুগী মরমদি, নংবু ওম্মোক্না কম্না হুম খোত্তু্না থিরকনি। মানা নংবু মাগী দোলাল মহুংদা লোত্তু্না থমগনি। মফমদুদা নংগা ঐগা অমুক উনগনি।

মসি তাবদা শ্রীনা জয়ন্তীগী খুয়াগী উফুল লৌরগা অমুক উমংদা লৈনবা খোঙশাল্লক্লে। খোঙশঙবশিংনা করিমত্তা হায়রক-খোৎলক্কে !

তরাতরেৎশুবা মতাং

রামচাঁদ। ওহোক্লা শাথীরবা মতৌনি! মীপুম্বা মিহুন শুনরে।

শ্যামচাঁদ। অদুনি তাদা। মিকুপ অমা ফাওবা লৈবাকসিদা লৈহৈদ্রে।

রামচাঁদ। অদুবু নংদি তুমিৎ রুয়ানিমুকসি চৎলনি চৎলনি হায়রগা — শুকচৎ চৎত্রিবসি করিগীনো?

শ্যামচাঁদ। চৎলবগুম্বনি, মুপী অঙাংপুম্বা নলজাঙ্গাদা থাদ্রে। অদুবু ঐদি শেল-থুম থরদং লোশিনগদবা লৈরি, মদু ঙম্মিবমথৈ শুনবা খোমজিল্লগা পুথ্রগে তৌবনি। অদুবু কনাদনো ঐনা থৌরুদোরিবসে—শেল-পুবা কাংবুমথৈবু ইচেন-চেন্নথ্রে।

রামচাঁদ। ফরে মদু থম্মো, অদুবু ইনৌ নৌবা থৌদোক অমা থোক্লক্লিবসিনা করিনো? করিগীদমক্তা লৈবাকসি অসুক য়াম্না লাঙডিবনো, মসিগী মরমসিবু খঙ-লাকপ্রো? অসুম তাববু, কৈশুমশঙদা ফাদোক থম্বা চন্দ্রে, নৌনা শাগংলিবা শঙশিংদুদসু থম্ফম লৈত্রে, হৌজিক মণশঙগী মণ ময়াম হোইদোক্লগা, মদুদা ফাদোক থম্মি হায়রিনে?

শ্যামচাঁদ। মদুগী মরম খঙদ্রিবরা? হেলোইদু চেনখ্রে।

রাম। মদুবুদি তারে। অদুদা, হেলোইদুবু বাগ-যজ্ঞনচিংবা ফনা য়াম্না তৌদুনা হোৎনবদদি চৎত্রগা — হৌজিক মথন্তা মরম্নাই হৌগত্তুনা অদুম চেনথ্রবনিকো?

শ্যাম। কদাইদগী মরম্নাই চেনখিবা ওইদগে? (লোম্লপ) হায়দোকপদা কিবা য়ানি। লাইনা তানখাইদুনা চেনখিবনিনে।

রাম। করম্না?

শ্যাম। নগরসিদা দেবী অমা লৈরে হায়বসি তাত্রিখরা? মহাক্তু মরক মরক্তা মশক হেক হেক উৎলি — মী অয়াম্বনা অছুম উনরবনি। করিনো নংবু, রাণী অতোম্বীমী পরীক্ষা ভৌবা ছুমিত্তুদা নং চত্রনে?

রাম। হোয়! হোয়! মহাক্তো! কনানো মহাক্তুমক্তে?

শ্যাম। মানবু মশাগী মশক-মমিং কনাদা কমদৌনা হায়দোক-ংদৌরিবনো? অছুবু মী কয়া কয়ানদি তোঙান তোঙানবা রা কয়া ঙাংনৈ।

রাম। করি হায়নরিবা?

শ্যাম। কনানা হায়, মহাক কোক্ষুংসিগী রাজলক্ষ্মীনি — কনামনা হায়, মহাক্তি লক্ষ্মী নারায়ণজিউগী মন্দিরদগী করি করিগুম্বদা স্বয়ং ওইনা হেক থোক্লকই, মসি মী কয়া উনরবনি। কনানা অমুক হায়, মহাক্তি থাঙ্গেশেংবী দশভুজানি; দশভুজাগী মন্দিরদা চংখিছুনা হেক হেক মাঙখিবা উই।

রাম। মছু ওইরমগানি। নত্রবদি মহাক ভৈরবীগী কীজেং কৈদৌদনা শেংকদৌরিবনো? সভা অছুদম্ মহাক ভৈরবী ওইনা লাক্লম্বদাইনে?

শ্যাম। মহাক অমা অমবু ওইরবস্, ঐখোই লাইমক রায়া কঞ্রবনি, মাবু ছুমিত্তুদা দর্শণ ফংজহৌবসি। অছুবু নিংথৌসি ওম্বোক্লা শাথীনা পেং-চোইরে—

রাম। হোয়, — অছুদগী হেলোইছুনা কয়রা চংখ্রিবা, অছুক ভম্মু তাসি।

শ্যাম। লৈবীংনা হেলোইছু লৈখদগী লৈবাক কাংথোং

চাইরে হায়বসি উরহুনা, নোংমা ভৈরবী ওইনা ত্রিশূল পায়রহুনা মাবু হাৎপা লাকই।

রাম। ইস! মহুদগীদি?

শ্যাম। মহুদগী করি তৌনি? ইমাগী লাঙংলকপগী মুত্তিহু উবদা, মহাক কোনা-পাম্বীমুক থাংনা মশাগী থীরবা শক্তমহু লৌরহুনা হোনা ঙংলগা আতিয়ারোমদা মফম খণ্ডনা অহুম্মক পাইগ্রে, কনামতনা মশক উখিদ্রে।

রাম। কনানা হায় মহুদে?

শ্যাম। কনানা ওইদগে? উহৌবশিংহুনা হায়রিবনিদনা। নিংথৌদি অমুক কন্না হেলোইহুগী লাংদা থুগ্রে, মহাক চৎহনগ্রে হায়হুনা চিত্তবিশ্রামগী, কনাগী খোঙশঙবা মীনাই মুপী নিপা হেক লৈরিবা পুন্নমক কারগা কৈশুমশঙদা নমশিনগ্রে। মখোইহুনা রাশিংসি হায়দোরকপনি। মখোইনা হায়, "মহারাজ! ঐখোইগী ইরাল করিনো? লাইদবু ঐখোইনা করি পাঙল ফুদোক্রবা ঙমগদগে?"

রাম। শাজিনবা থারিদি নত্তেকো?

শ্যাম। মসিবু করম্না শাজিনবা ওইদোরিবনো!

রাম। কনানা খঙনি। হেলোইহু অশি-অপুম চা-নবা অহিংদা চৎখোকখিবদগী, অমুক হল্লকবা ওইরম্সু য়াই। হৌজিক নিংথৌনা কন্না নৈশিল্লকপহুদা, মশা মশা হিংনবা শেমজিন্দুনা পঙহায়-হায়বা ওইরম্সু।

শ্যাম। মসিবু কদাইদগী শেমজিনবা ওইদোরিবনো? মখোই উহৌরবনি, মাগী শিংজঙ শিংজঙমুক চাওবা ময়া,

লিমোন থৌরিগুম্বা মশম, লাই-খুদেংমুক চাওব। মমিৎ, চাওরবা ফুত্তীরগুম্বা শাংলবা মরৈ, খরুভ খরুভমুক চাওরবা মথবাক. নোং খোংবগুম হৌরবা মনিংশা মহোন, অতুগা পৃথিবিসি থক থক নিকপা মভং!

রাম। ইস লোইরেদনা! মসিদি ওহোক্ত ভকঞ্রবা অমনিন! নিংথৌবু পোং-চোইরে হায়রিবনা কমদোনা?

শ্যাম। হাররিবসিনি অতুক তাথোনে। হায়রেদনা মরাল লৈজদবা কাংবুশিং ফাদোক পিরে। অতুদগী হেলোইহুবু ফাতুনা পুরক্লবা নিংথৌনা মাইকৈ-শলাই খভদনা মী কয়া কয়া থারে। হৌজিক মহাক্তি মাগী লৈফমদা হনম্রবনি, তাইবং মীওইবা কনানা, মাবু থিতুনা ফারুবা ভমগদৌরিবনো? কনামতা ভম্রে— ময়ামক হল্লক্কুনা মথুৎ লোম্রনা পাওদম্লরে, থিবা থভজে হায়না।

রাম। মতু তাবদা নিংথৌদি করি হায়?

শ্যাম। কৈদৌনি. কনাগুম্বনা হল্লক্কুনা থিবা ফংত্রে হায়না হেক তম্লবগা, খুদক্কুদা মশাক্কু ফাদোক্তা কিৎ। অসুম তৌবদগী কৈগুমশভ পিক থল্লবনি। মতৌসিদা নিংথৌগী অভম-অথৌপুম্বা মিপাইনম্লহুনা, কনাগী যুম ইংখোল, তুপী-নহা পুম্বা হন্দোক্লম্লগা চেম্ররে। মতু উনরকপদগী প্রজা কয়া তুকান্দার ফাওবা ভম্না চেম্ররে।

রাম। অতুবু দেবীদি কৈদৌরিবা? মহাক্তা পিগুম ভকপদদা মরাল লৈতবা কাংবুশিংদি অতুম কনবিবা স্লারনি।

শ্যাম। মহাক্তি সাক্ষাৎ ভগবতীনি। মহাক থৌদোক পুম্নমকসি উবদা ভৈরবী ওইনা নিংথৌদা দর্শণ পিরহুনা হায়রক্ই,

"নিংথৌ ! মরাল লৈজদবা ময়াম্নু ওৎপিগনু। মরাল লৈজদববু ওৎলবদি, নিংথৌগী লৈবাকসি অমুক লৈরয়োই। মখোইগী দোষ করিমত্তা লৈতে। ঐনা মাবু তাম্বোকখিবনি—মরমদি, মা লৈবদগী নংগী লৈবাকসি কত্তবা কয়া থোক্লে। দোষ লৈবা তারবদি, ঐহাক্কি লৈরিবা। দণ্ড পিকম থোক্লগা, মখোইবু থাদোক্লুনা ঐত্তোন্দা পিয়ু।

রাম। অদুদগীদি ?

শ্যাম। অদুনা হায়রিবসিনি, নিংথৌসি পেং-চোইরে। মহাক্তু চেনখিবদগী নিংথৌসি অস্তুক্কী মতিক শাওবনা লুত্তোন কাখ্রে, কাক ফাওবা মমাংদা তুবৎ পাইবা য়াম্রে। তর্কালঙ্কার ঠাকুর মনাক্তা চংলুরে, রাণী অহন মনাক্তা চংলুরে, অদুবু ওয়মক মীচৈ তাদুনা চেম্বোক্লরক্লে।

রাম করি হায়বা ! গুরুবু চৈরবা ! শাগৈগা কোয়না মাঙবা তারেদনা অদুদে !

শ্যাম। মদু হায়রুদনবু করি কান্নদগে ? মথা তা-থোনে। শাওবনা লুত্তোন কারিত্তৈ তাঞ্জমক্তদা দেবীদু শক উৎলুদুনা য়া হায়রুই। হেক হায়বগা নিংথৌনা মমিৎ ঈ কারদুনা মাবু মথুৎমক্তা ফুগেক্কাও তৌরুই। মদুমক্তি তৌখিদ্রে, অদুবু মথা তাথরকপদুনা হেয়া অমুক্কা শাথীখ্রে।

রাম। করি তৌরবা ?

শ্যাম। দেবীদুবু কৈগুমশঙদা থমখ্রে। অদুগা হুকুম তৌরে, লুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা হেলোইদুবু থিবা কংব্রবদি, লৈবাক মীয়ামগী মমাংদা ( দেবীদুবু ) মকী-মরোল পুম্নো লোথোক্লুনা মীহাৎপবু লীচৈনা ফুহনগনি।

রাম। হো! হো! হো! দেবীদবু করিনো ঙম্মুগদোরিবা। নিংথৌসিবু ভাওরবরা! অদুদি, দেবীদি কৈশুমশঙদা অদুম চংখিবরা? মাবু ফাদোক থমগদবা কনাগী মতিক লৈ?

শ্যাম। লাইগী মরম৫৫পু কনানা খঙবা ঙম্মনি? নিংথৌগী নিংথৌ-খুভম মাঙগদবা মতমসি কুইদ্রে হায়নৈ, অদুনা ইমানা লৌশিং তৌদুনা, মাগী লৈফমদা হনখিনবা থৌরাং তৌদ্রে। নিংথৌনা মাবু ফানবা হুকুম পিবদুদা, ইমাদি করিসু নিংভাইদনা তপ্না তপ্না কৈশুমশঙদা অদুম চংলে। অসুম তাববু, অহিংদা কৈশুমশঙদা ওম্মোক্না লাঙথ্রে হায়। লাই ময়াম লাক্লুনা স্তুতি কয়া তৌরে — ক্লমিশিং লাক্লুনা বেদ থীরৈ, মন্ত্র শোল্লে। থোঙভাকপশিংদু মপান্দগী ঙম্মকসি তায়, অদুবু থোঙ হাংদোক্ল-রগদি কনামতা মশক উদে। (হায়রুনিংভাইবু লৈতে, জয়ন্তী মশামক্না অহিংদা ঈশ্বরগী স্তোত্র থীরকপনি। মদুনি থোঙভাক-পশিংনা তা-রিবদু।)

রাম। অদুদগীদি?

শ্যাম। অদুদগী হায়ববু, ঙসি ফাওবদা হুমিৎ হুম্নিদু হৌদ্রে। নিংথৌনা লৈবাক-পুঙজাও থিন্দুনা লাওথোক্লে, হয়েং হরানবী অমবু ইকাইবা পিদুনা লীচৈনা ফুগনি, য়েংনিংবা কাংবুনা য়েংঙবা য়াগনি। নংবু মসি তাত্রিবরা?

রাম। ওম্মোকপা অপঙবনিদকো! তর্কালঙ্কার ঠাকুরনা মসিদা করিমতা হায়ত্রিবসি করিগীনো? রাণী অহল্লা তুমিন্না লৈরিবসিনা করিগীনো? থরদং চৈ-থাংবা কিবদগী মথোইদুবু মনাক্তা শুকচং-চংবা ঙমত্রবরা?

শ্যাম। মখোইদি য়াম্না হায়ৈজে হায়। মতুদা নিংথৌনা হায়রকপা হায়ববু, ফরে, লাই হায়বতুমক ওইরবদি, মশাবু মশানা অতুম্মক কঞ্জনি, নখোইনা রা ঙাংবগী করি কান্নফম লৈ? অতুগা ভাইবং মী ওইরগনা, ঐ নিংথৌনি, ছুরানবগী মতিক চাবা দগিদু ঐহাক পিগনি, মসিদা নখোইনা করি ঙাংফম লৈ?

রাম। হায়রিবতুসু ইচুম-চুমদবা রাদি নত্তে — অমরোমদা ফনা চুপ্লি। অতুদি করি থৌদোক থোকপা হায়বতু হয়েং য়েংবা তারে। নংদি চৎলোইরা?

শ্যাম। চৎকনি। ময়াম্মক অতুম চৎননি। অসুম্বা থৌদোকপু কনানা য়েংনিংলোইদগে?

---

### তরানিপালগুবা মতাং

ঙসি জয়ন্তী লীচৈনা ফুগদৌরি। লৈবাক শীন্না লাওথোকক্লে মাবু মফী-মরোল লৌথোক্লগা ফুগদবনি। অয়ুক অঙনবদগী মী লাক্লবা হৌরে। সুমিৎ কারম-কাফাৎত্রিঙৈনা লানবলতু থল্লক্লে, মী চংনিংঙাই লৈরক্কে। মমৈথংদা ইম্নবা, ঙাথুনবা, তকশিন্নবা হৌরক্লে। লানবল মতুংসিদা নোংম্না অমসু অসুম্না মীনা কুক কুক ইম্নখি — রমাগী বিচার থোকপা সুমিত্তুদা। ঙসিনা জয়ন্তীগী দগি পিবা সুমিৎনি। বিচার অতুদগী দগিতু য়েংনবা লাকপা মীশীঙনা হেল্লে। নন্দানা মিছুৎথোঙদগী য়েংলকই, অমুবা শমগী কোক মপৈ নত্তনা অতৈ করিমতা উন্দ্রে; করিগুম্বদা কনাগুম্বী সুপীনা

মকোক্তা কীজিনা খুম্বা অহুগা কনাগুম্বা নিপানা মকোক্তা কী য়েংপা অহুনা, অমুবা সমুদ্রদা কোঙ্গোন তাণ্ডবগুম্লি। রুপাগী চাংয়েংবা হুমিত্তু নন্দা নিংশিংলক্লে, অহুবু মহাক্লা উয়কই, হুমিত্তুদদি মী ময়ামহু ওম্বোক্লা তথক তথকই, কোয়রাঙ লাঙই, মুংশিংনা কম্না ছম্বগুম; শন্ত্রীশিংনা য়াম্না ব্রানা ময়ামহু কাথনবা হোংনৈ; — অহুবু ভসিদি ময়াম্মক পুমচিক চিকই। ময়াম্মকী মপুক্লিংদা, লৈবাকী অমঙ্গল থোক্লগত্রা হায়বগী অথুকপা অমা পোক্লে। ময়াম্মক ইকি-কিনৈ। ভসিদি মীগী সমুদ্রহু, কৈ-নোংশানা খুরক হাংত্রবা অকিবা উমংদগীসু হেন্না কিরবা শক্তম ওইগ্রে।

পাক্লবা লানবল শুমাংহুগী ময়াইদা রাংলবা ফম্পাক অমা শেম্লি। মহুগী মথক্তা মুশিন-মুরবা, মশা মউ ফবা, অকিবা শকওং ওইরবা চণ্ডাল অমা, অমম্বা হায়বহুনা হেক চোংথোরকপগুম শাংলবা লীচৈ পায়রহুনা লেপ্তুনা লৈরি। জয়ন্তীবু মহুগী মথক্তা পুথংলগা মীয়াম মমাংদা মফী-মরোল লোথোক্তুনা, চণ্ডাল অসিনা ফুগদবনি হায়বসি নিংথৌগী য়াথংনি।

জয়ন্তী হৌজিক ফাওবা মফমহুদা পুরক্তি। নিংথৌ হৌজিকফাও থোরক্তি—থোক্লক্লগা মাবু পুথোক্লকদবনি। ফম্বাক্তুগী মমাংদা নিংথৌগী সিংহাসন থারি। মহুবু কোয়শিন্নহুনা চৈ-পায়বগা সিপাইশিংগা লেপ্লি। মন্ত্রীশিংদি ভসি অমতা লাক্তে। অসুম্বা ফত্তবা থবকসি য়েংবা লাক্লিংবা কনাসু য়াওদে। নিংথৌনসু কনামতা কৌদে।

করম্বা মতমদা নিংথৌ থোক্লকনি, করম্বা মতমদা দণ্ডি তৌদৌরিবী দেবী নত্রগা মীওইবী অহু পুথোক্লকনি, করম্বা মতমদা

করি তৌরনি, মসিগী খৌরাংবনা মী ময়ামদু মরাই-লোংনা য়েংনরি। তাঙ্গাসিদা থোঙশঙবনা লাওরক্লে, খৌগল-শৈরাংবশিংনা খৌগল ইশৈ শক্লরে। য়েংলিবা পুম্বদু থঙলে, নিংথৌ থোরক্লে।

নিংথৌদু ঙসিদি ফীজোন অন্না-অহেন শেংলক্কে—শক্তিবুগী মুমিদাংরাই-মংবা-নোংগুম নিংথৌদু ঙসি অকিবা শক্তম ওই। লাওরবা মিস্তু ঈ কায়—পাক্লবা থবাক্তু মরক মরক্তা ফস্লোরকই অমসুং অকনবা ইপোম হৌরকই। তারমদাই নোংনা লুরুকবা মঙং ওইনা নিংথৌদু চংঙক্তুনা সিংহাসন্দা ফম্লে। কনামত্তা লাওনরক্কে, "মহারাজাধিরাজকি জয়!"

মতমদুদা মী ময়ামদু মমাই হাইগত্তুনা কোইয়েং য়েংনরক্লে — মখোইনা উরক্লে, তাঙ্গাদুদা শস্ত্রীশিংনা জয়ন্তী পুরক্তুনা ফম্বাক-থক্তা কাখৎহল্লরে। শস্ত্রীশিংদু ফম্বাকথক্তা মাবু থনম্লগা চৎত্রে। দোলান মত্তোন অমদা থোকপা পুনিমা থাজগুম জয়ন্তীগী চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা নিংথি শক্তমদু ফম্বাকথক্তুদা ঙাল্লক্লে। মতমদুদা য়েংলিবা লিশিং লিশিংদু মমাই লোংনা, মিৎকুপ্পুনা লৈঙাং-শঙবা ফী শেংপী ফম্বাকথক্তা লৈরিবী ঙক্লবা মঙাল্লনা লৈত্তেংলবী মুত্তিদুবু মুম্না য়েংনরক্লে। অদুম্বী চাওখম-শাংদম্বী, মপুম-মরৈ ফারবী, তনৌ তনৌ নিংথিবী অদুম্বদি ওইরগা লংলবা মঙাল্লনা কোইশিল্লবী হকচাং অদুগী, লাইগুম্বা পুকচেল-কাঙম্বা —লাইগুম্বা পুক্লিং তপ্পা মতৌদু উবদা, ময়াম্মক গুমহৎপা মিৎয়েংনা য়েংনরকই। মখোইনা উরকই, জয়ন্তীগী অদুম্বা অনৌবা-কোরৌ-মশেন্না-মচুলোক্লবা থম্বালগুম চাংদম্নম লৈতনা মকা-লাম্লবা মাইথোং; হৌজিকফাও খোয়দানা তপ্প তপ্পা

নিংথিনা মেওনা নোল্লুকা নোক্লিবা মীনোক—অরাবা পূম্বা মাঙহনবী শক্তিগী শক্তম উৎপওম চীং-লেম্নবা ফজরবা খোইরুম মোমোম্নবা চিনবান। পূম্নমকসি উবদা, অয়াম্বনা লাইমক্লি খম্দুনা মথুং লোম্নমা খুরুম্লকই। অসুম্না মী খরনা খুরুম্নরকপসি মী অতৈভুনা উরক্রবদা — মখোইসু মপুক্লিংদা ভক্তিগী রাখল পোক্লক্লে। অতুদগীদি মখোই ওম্নমক "জয় মায়িকি জয়!" "জয় লছমী মায়িকি জয়!" হায়বনচিংবা খোল্লাওনা হৌনা হৌনা জয়ধ্বনি তৌরক্লে। জয়ধ্বনি অসি মথং মথং লমহাংভুসী মচি অমদগী অতোপ্পা মচি অমা য়ৌনা, চিদাই অমদগী চিদাই অমা তাম্না চীংশাংলক্তা তাবা বজ্রগী খোম্বোকুম খোম্বাং য়ৈরক্লে, তাম্না শন্দোরক্লে। মমৈথংদা তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক্তু খোঞ্জেল অমতা ওইনা ওক্না হৌরবা খোল্লাওদা জয় লাওরক্লে। কোম্মুংভু থক থক নিকপ্লে। চণ্ডালগী মথুঙগী লীচৈভু তাপ্লে। জয়ন্তীনা মপুক্লিংদা শোঞ্জরকই, "জয় জগদীশ্বর! নহাকী জয়! নং নশানা মীয়াম অসি ওইনা, নশামক্না মীয়ামগী খোনাওদা লৈভুনা, নশাগী জয় নশানা লাওরি। জয় জগন্নাথ! নহাকী জয়! ঐহাকপু কনানো?"

শাওরবা নিংথৌভু মতমতুদা শাওবনা মৈ হৌখিভুনা নোং-খোংব-খোল্লাওগুম চণ্ডালদা য়াথং পিরকই, "মফীভু মুম্লগা লীচৈনা ফু!"

ডাঞ্জাসিদা চন্দ্রচূড় তর্কালঙ্কার খওহৌদনা নিংথৌগী মমাংদা চংভক্তুনা নিংথৌগী থুং অনিভু পায়রম্রে। অভুগা হায়রকই, "মহারাজ! ডাকপিয়ু! ঐ কৈদৌগুংদা অমুক নডোম্দা ভিক্ষা নিজ-ম্লোই, হন্দক্তদি ঐডোম্দা ভিক্ষাসি হাপ্পিয়ু—মাবু থাদোকপিয়ু।"

নিংথৌ। ( করেম্নবগা লোইননা ) করিগীনো— লাই অসিগী শক্তি লৈজরবরা — মশাবু নাম্থোকচনবা ? লোনম্বী গুপীগী মতিক চাবা চৈরাক পিগদৌরিবনি।

চন্দ্রচূড়। লাই নত্রবস্থ — গুপী হায়বীত্থনিদনা।

নিংথৌ। গুপীবুস্থ নিংথৌনা দণ্ড পিবা য়াই।

চন্দ্র। জয়ধ্বনি তৌরিবসি তাবিরেদনা ? জয়ধ্বনি অসিদা মহারাজগী লৈবাক লুপথরক্লবনি।

নিংথৌ! ঠাকুর! নথৌত্থম তৌবিরুচো। য়েং-থোংনবা লাইরিক লৈবিরবরা ?

চন্দ্রচূড় চংখ্রে মতমতুদা চণ্ডালত্থু অমুকহন্না নিংথৌগী য়াথং কংলহনা চৈ পায়খংলক্রে — য়াংনা লীচৈত্থু থাঙ্গংলক্রে — অত্থগা জয়ন্তীগী মাইথোং তন্না মুন্না য়েংলকই ; অত্থদগী তপ্না লীচৈত্থু থাদরক্লগা — নিংথৌ তন্না য়েংলকই — অত্থগা অমুক জয়ন্তী তন্না য়েংলকই — মমৈগংদদি লীচৈত্থু থাপ্না লংথোকখ্রগা লেপ্তুনা অত্থম্মক লৈরে।

"কৈদৌরে!" হায়রত্থনা নিংথৌনা বজ্রগুম ওংলকই।

চণ্ডালনা হায়রকই, "মহারাজ! মসি ঐহাক তৌজবা ওহ্রোই।"

নিংথৌনা হায়রকই, "অত্থদি নহাক তা-দা লেংহ্না হাংকনি।"

চণ্ডালনা মথুং লোয়রত্থনা হায়রকই, "মহারাজগী নয়াথংত্থমদি ঐ ওাকচবা ওমগনি। মসিমদি ওম্মোই।"

মহু তাবদা নিংথৌনা মনাইশিংদা য়াথং তৌরকই, "চণ্ডালসিবু কাহ্নুনা পুরগা কৈতুমশঙদা নমশিল্লু ”

শন্ত্রীশিংনা চণ্ডালবু ফানবা কথাকথক্তা কায়কপহু উবদা, জয়ন্তীনা সীতারামদা হায়য়কই, “নিপাসিবু অয়াবা পিবিগন্নু, মহারাজগী য়াথংহু ঐ ইশামক্তা অতুম ঙাকচগে — চণ্ডাল অমদি মাহাৎপগী খোইনা অমুক কায়কম লৈতে।” অহু ফাওবদা শন্ত্রীশিং অহুনা চণ্ডালহবু ফানবা চংশিন্নকপহু উবদা, জয়ন্তীনা মঙোন্দা হায়রকই, “ইবুঙো! নং ঐগীদমক করিগী অয়াবা নংগদৌরিবনো ? ঐদি সন্ন্যাসিনীনি, ঐগীদি অরা-সুংঙাই হায়বমুক লৈত্রবনি ; লৈচেনা ঐঙোন্দা করি তৌবা ঙম্মগদগে ? অহুগা কী লোথোকপা — সন্ন্যাসীগী মকমদদি কী য়াওবা য়াওদবা অমহানি। করিগী য়াক্রিবনো — লৈচে পায়থৎলু।”

চণ্ডালহু লৈচে অমুক পায়থংত্রে। জয়ন্তীনা মতৌৎদা চণ্ডালদা হায়রকই, “ইবুংঙো! তুশীনা হায়বনি হায়হুনা থাজত্রবরা — অহুদি মহুগী থুদম অহুক য়েংউসে।” অসি হায়রহুনা জয়ন্তী মশানা লৈচেহু পায়থত্তুনা মথুৎ য়েংনা থুহুম চেংনা পায়শিন্নক্রে। অহুদগী মী ময়ামগী মমাংদা, মাগী ফুগাইনা শাংলবা থম্বাল মান্নবা ঙাওবা পিক্রবা থুবাক্তু ভিংথোক্রগা, লৈজবা মথৈ কম্না লৈচেনা ফুরক্রে। লৈচেহুনা, তোং য়ৌনা থদংত্রে — মথুত্তু ঈনা লোথোং ওইনা চেত্থরক্রে। জয়ন্তীগী লৈঙাং শঙবা কী অহুগা কথাকথক ঈহুনা পুমঙাং ঙাংলক্রে। মহু উবদা মীপুম্বা য়াবা খোম্নাও লাওনয়রক্রে।

জয়ন্তী তপ্না নোক্লদুনা চণ্ডালদা হায়রকই, "উরেদনা ইবুঙো ! সন্ন্যাসিনীদা করি অরা-অনা চংবগে ? নং করিগী কিরুরি ?"

চণ্ডালদু অমুক ঈনা পুমঙাং ঙাংলবা অশোকপা মফমতু য়েংলকই — অতুগা অমুক জয়ন্তীগী নিংথি-মীনোক্লা থল্লবা মকা লাম্লবা মাইথোংদু য়েংলকই — অতুদগী মতুং ওন্থোক্তুনা, ওন্থোক্লা পাখৎপগা লোইননা ফম্বাকী সিভিতু কুমথরগা ফিংনা হৌদুনা চেনখ্রে। মী-ময়াম মবক্তা লোংখ্রে কনানসু মাবু উখিদ্রে।

নিংথৌনা মতমতুদা মনাইশিংদা য়াথং পিবকই, "অতোপ্পা মী অমা অমুক পুশিল্লকউ — মুসলমান।"

মনাইশিংতুনা অশিবগী লাই যমমক্তা মান্নববা শা-য়ানবা নিপা অমথক পুশিল্লক্রে মহাক মহম্মদপুরদদি ষণ হাংপা ফংদে —অতুবু নগবগী চিদাইদা হামেং যাও হান্তুনা যোল্লি। নিপাদু ওন্থোক্লা মশা কৈফে অমশুং মশক থী। মহাক নিংথৌগী যাথং ফংলদুনা ফম্বাকথক্ত বাবক্রগা লৌচৈ পায়থক্তুনা জয়ন্তীগী মমাংদা লেপ্লরে। লৌচৈদু য়াংনা থাজৎলগা শা-য়োনবদুনা জয়ন্তীদা হায়রকই, 'নফী লোথোকউ — নংগী নশাদু মচেৎ মচেৎ তাহল্লগা ঐগী দোকান্দা যোনগে।"

জয়ন্তীনা মতমতুদা মাইথোং লাংশিনবা তৌদনা, তিল্লিবা মী মযামতুবু কৌবতুনা হায়রকই, "নিংথৌগী য়াথংনা ফম্বাকথকসিদা ফী লৌথোকপা তাবে। নখোইগী নরক্তা সতীগী মচা য়াওরিবশিংদু নং নংগী অপোকপী ইমাবু নিংশিংতুনা মতম থরদংগীদমক হৌজিক মিৎ অহুক উইশিনবিয়ু। মচানুপী পোকপা কাংবুতুনা, নং নংগী নচানুপীদু নিংশিংতুনা ঐবু নচানুপীদুমাক্লি থন্দুনা নমিৎ থুমজিনবিয়ু।

লাই ব্রাহ্মন্দা ভক্তি লৈবিবা হিন্দুশিং অদুস্থু, মিং অদুক খুমজিন-বিয়ু। মমা অসতী ওইবা, বেশ্যাগী গর্ভদা পোকপা মথোইশিং অদুদি, অপাম্বদু তৌসন্থু, মথোইদুবুদি ঐ ইকাইদে, মথোইদুবু ঐ মীনি হায়না লৌদে।”

মী ময়ামদু ব্রাসি তাবদা মমিৎ উইশিনব্রা। উইশিন্দব্রা হায়বদু জয়ন্তী হন্না য়েংলুবা তৌদে। মথম্মোইদু মতমদুদা য়াম্না রাংলবা স্থর অমদা তিন্দুনা লৈখ্রে - জয়ন্তী তানকমদুদা তাইবং মপুবু নত্তনা অতৈ কনামতবু উখিদ্রে। জয়ন্তীনা নিংথৌগী মাইকৈ অদোমদদা য়েংলগা হায়রকই, “নংগী য়াথংদগী ঐ কী লৌথোক্লগনি। অদুবু নং য়েংবদি তৌরক্কনু। নহাক্তি লৈবাক্কী মপুনি; নংনা শাগী লমচৎ চৎপদু উরবদি প্রজাশিংনা শোরি-পারি খন্নরোইদবা কদাইদনো? মহারাজ, ঐদি বন্দা লৈবীনি, বন্দা লৈবা তারবদি মতম অয়াম্বদা কী য়াওদবসি থোকই। নোংমা ঐ কৈগী খায়াত্তা তারুরে — কৈগী খয়াত্তুদগী ইশাদি উচিন্না কনবা ঙমজহোরে; অদুবু কীদি কলহোবা ঙমদ্রে। নংবুস্থু ঐ, নংগী শাজৎসি উবদা লমলক্কী শা অদুমক্তি খল্লি, অদুনা নংগী নমাংদা ঐ ইকাইবা করিমতা লৈতে। অদুবু নংদি ইকাইকম থোকই — মরমদি, নহাক নিংথৌনি অদুগা য়ুম পাল্লিবনি, নংগী রাণী লৈরি। নমিৎতু উইশিল্লু।”

হায়রুদুনা অরেম্বনি! মতম অদুদদি হকচিন্না শাওনিংবগী মৈথুনা কুপখিদুনা নিংথৌদু মমিৎ তাঙখ্রে। জয়ন্তীনা হায়রিবদুগী কুরিগুম্বা পাওথুম অমতা পিবা তৌদনা, শা য়োনবদুদা হায়রকই, “নমদুনা মকীদু লৌথোকউ।”

মতু তাবদা জয়ন্তীনা অরেম্বদা রা অমুক ঙাংবা তৌদনা মথুঙ লৈ-ত্তানা কম্বাকথক্তা কমথরক্লে। জয়ন্তীতু মশাবু মশানা মীনমজরে,—হৌজিক জয়ন্তীগী মমিত্তা পিগী ইরা হাইফেৎ চেল্লক্লে। জয়ন্তীনা হায়া খল্লম্মি, "পৃথিবীগী অরা-মুংঙাই পুম্নমক থাদোকখিত্তনা, ঐগী মুংঙাইবা হায়বস্মু লৈত্রবা, অরাবা হায়বস্মু লৈত্রবা মতমসিদা, ঐনা ইকাইবা হায়বত্থু করিগী অমুক লৈরুখিনি? ইন্দ্রিগা লোইননা ঐগী পুক্নিংগা করিগুম্বা মরী অমতা লৈত্রবদা, ঐহাক ফী য়াওবা য়াওদবা করি অমুক লৈ? পাগুবু ইকাইবনি, অতৈ করি অমুক ইকাইনিংঙাই লৈ? তাইবং মপুগী মফমদা নত্তনা, অরা-মুংঙাইগী মথা পোল্লিবা মীওইববু করি ইকাইরুকম লৈ? ঐ করিগী সভা ময়াইসিদা ফী লোথোকপা ঙম্মোইদৌরিবনো?" অসি খনবদগী জয়ন্তীনা ঙসাইমথৈ মহাক-মশা অরাবদা তারে হায়বসি থক খল্লুদে — লৌচৈনা ফুবদি ইখনবু খম্নিংঙাই লৈবা খবক নত্তে। অতুবু হৌজিক ফী লোথোকপা তায়কপগী মতম য়্যৌরক্লবসিদদি—কদোমদগীনো ইকাইবা হায়বা পাগু, লাক্নুনা ইন্দ্রিবু লাকশিনবা ঙম্নবী অর-মুংঙাই থাদোক্লবী জয়ন্তীমকপু থুত্থম চনথ্রে। অতুনা মুপী ওইবীগী মপোকসি তোন-থ্রেদা হায়না খন্দুনা জয়ন্তী কম্বাকথক্তা থুকউ লৈত্তানা কমথখিবনি। অতুদগী মথুৎ লোয়রত্থুনা, শেংলবা রাখলদ খম্মোই শেংক্লা জয়ন্তীনা মপুক্নিংদা কৌজরকই, "দীনবন্ধু! ঙসি ননাইবু বনবিয়ু! ঐহাক খঙরুই, পৃথিবীসিগী অরা-মুংঙাই পুম্বা ঐ থাদোক্লবীনি, অতুবু হে দর্পহারী! ঐগী নাপলতু মাঙক্লে, ঐবু ঙসি ইবুঙো নহাক্না কনবিয়ু! মুপী ওইনা করিগীদমক্তা শেম্বিরম্লিবনো প্রভু! অরা-মুংঙাই পুম্নমক থাদোকপা মঙম্মি, অতুবু মুপী ওইরবদা ইকাইবা হায়বসিমদি

থাদোকপা মঙমন্রে। অদুনা ঙসি রানা কৌজরি, জগন্নাথ। ঙসি ননাইবু কনবিয়ু।"

জয়ন্তীনা তাইবং মপুবু অসুম্না কৌজবা হোৎনরিবৈদা, শা য়োনবদুনা মাগী কীজি পায়দুনা কন্না চিংথোকপা লাক্লরকই। মদু উবদা মী ময়ামদু, খোঞ্জেল অমতা ওইনা অরাবগী খোল্লাও লাও-নরক্লে—হায়নরক্লে, "মহারাজ! পাপ অসিনা নহাক তুম্লগদবনি—নংগী লৈবাক মাঙলগদবনি।" নিংথৌনা মদু পুম্নমক মনাদা হাপ্তে। পাম্বৈ লৈত্রবী জয়ন্তীনা মাগী কীজিদু কন্না চিংথোকপা লাক্লজে, অদুবু থাদোকপা লৈখিদ্রে। মমিত্তা পি মরী মরী শিম্বরক্লে। শ্রী লৈরম্বা থোক্লবদি ওস্থোক্লা ঙক্কনি — জয়ন্তীগী মমিত্তা কনানসু কৈদৌঙ্গুংদা পি শিম্ববা উখিদ্রি। জয়ন্তীনা ঈ তৈরবা অশোকপা মথুত্তুনা মশাগী কীজিদু পায়রদুনা কৌরকই, "জগন্নাথ! ননাইবু কনবিয়ু।"

জগন্নাথনা রা অদু তাবিবগুম তৌরমাল্লে। মশীং লাকঙমত্রবা মীয়ামদু অসুম অরাবা খোল্লাও লাওরম্বদগী খঙহৌদনা অমুক জয়ধ্বনি লাওবা হৌরক্লে। "রাণীজিকি জয়। মহারাণীকি জয়! দেবীকি জয়!" তাঞ্জাসিদা মরাই-লুক্না লৈরিবী জয়ন্তীগী মনাকোংদা লিক-কোল ময়ামগী মখোল অমা তারক্লে। মহাক তন্না মমাইদু হাইগত্তুনা য়েংলকপদা উরকই, কোমুংগী মুপী ময়ামগা লোইননা মহারাণী নন্দা কপ্পাবথক্তা কারক্লে। জয়ন্তী হৌগৎলক্তুনা লেপ্লে।

কোমুংগী মুপীপুম্বদুনা জয়ন্তীবু কোয়শিন্দুনা লেপ্লরে। মহারাণী মশামক্না জয়ন্তীবু লুমশিন্দুনা, মমাংমক্তদা লেপ্লরে। য়েংলিবা

পুন্নমক খুবাক খুরহুনা হরিবোল হায়না লাওনরক্লে। শা-য়োনবহ্ জয়ন্তীগী মথুং থাদোক্লে, অদুবু কম্বাকথক্তগীদি কুমখিদে।

নিংথৌনা য়াম্না ওক্না অমস্তুং শাওনা শাথীরবা হক্কবা খোনক্ষমদা নন্দাদা হায়রকই, "করিনো তৌরিবদো মহারাণী!"

নন্দানা হায়রকই, "মহারাজ! ঐ ইপুরোইবা-ইচা-লৈথীনি। ঐ হিংলিবা মথৈদি নহাকপু কৈদৌঙুংদা অসিগুম্বা পাপ অসি তৌহল্লোই। মস্তুম তৌরবদি ঐগী কনামতস্তু অমুক লৈররোই।"

নিংথৌনা হান্নগুম শাওনা হায়রকই, "নংগী লৈফম কোন্নুংগী লৈমকোন্দনি, মফমসিদা নত্তে। চংথো লৈমকোন্দা।"

নন্দানা হায়রিবা য়াহুগী করিগুম্বা পাওথুম পিবা তৌদনা হায়রকই, "মহারাজ! ঐমক্না লেপ্লিবা কম্বাকথকসিদা, শা-য়োনবসিনা অস্তুম লেপ্তুনা লৈরিবসি করি মতিক লৈরননো? মাবু কুমথখিনবা য়াথং তৌবিয়ু।"

নিংথৌ বা ঙাংখিদ্রে। অদুদগী নন্দানা খোঞ্জেল য়াংনা হায়রকই, "কোন্নুং অসিদা ঐগীনি হায়বা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা লৈখিদ্রবরা, মসিবু নমহুনা চিংথখিনবা?"

মহু তাবদা য়েংলিবা লিশিংনা পুন্নপ ওইনা "হাংলু! হাংলু!" হায়না লাওরহুনা শা-য়োনবহ্ তম্না চেনশিল্লক্লে। মহাক কম্বাকথক্তগী কল চোংথহুনা তুরোই ঙাম্নোই চেন্নবা লাক্লরক্লে, অদুবু অয়েংবা কাংবুহুনা মাবু ফারহুনা, ফুর-ফুরগা লানবলগী য়াংম-তাম্না পুথোকখ্রে। অদুদগী য়াম্না শাথীনা লা-ক্লরবা তুংদা, মথরাইদং থাকপিরগা থাদোকখ্রে।

নন্দানা জয়ন্তীদা হায়রকই, "ইমা ! খৌজ্রানবিদুনা অকিবা পোকহনবিগনু। ঐ ওহোক্লা কিরে, কনাগুম্বা লাইনা লৌনম তৌদুনা লেংবিরক্লিবা হায়না। ইমা ! লঙজখিবা পুম্বা ঙাকপিয়ু। অমুক্তং কোন্নুংদা খুয়াগী উফুলদু ভাহনবিয়ম্মু, ঐ নংবু পুজা কচ্চগে।"

অদুদগী রাণীনা কোন্নুংগী দুপীপুম্বগা লোইননা জয়ন্তীবু কোয়শিল্লদুনা কোন্নুং মন্নুংদা পুশিনখ্রে। নিংথৌদু করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রদুনা সিংহাসনদগী হৌগৎলগা চৎখ্রে। মতৌদুদা য়াম্না লাও-থোংবগা লোইননা, অদুগা নন্দাবুসু থাগৎ থাগৎনা য়েংলিবা পুম্বদু লানহল মন্নুংদগী থোক্লখ্রে।

কোন্নুং য়ৌরক্লগা জয়ন্তীদি মিফুপ অমা ফাওবা পদুনা অমুক লৈরমখ্রে। নন্দানা, যথুৎমক্তা জয়ন্তীগী মথোঙদু গঙ্গাজলনা শেংদোক্লগা, সিংহাসনদা চংদুনা কপ্পিনবা ওহোক্লা য়াম্না হায়জ-থোচ্চ তৌরকই। অদুবু জয়ন্তীনা নোক্লদুনা য়াখ্রে। হায়রকই, "ইমা ! ঐহাক খয়াই-হকচাং-য়াওনা আশীর্ব্বাদ তৌরিবসিনি, নখোই মঙ্গল ওইবা ওইসনু। নপুক্লিংদা ওকথন খল্লুগনু, ঐহাক নখোইবু লাওবা অমদি হুংঙাইতবা লৈ হায়না। ঈশ্বরনা থোকপদি থোকহন-বিদলনু, অদুবু করিগুম্বা মতমদা নহাক অয়াবদা তারে হায়বসি হেক খঙলকপদা, ঐ থিন্দনা লাক্কুনা ওম্মখৈ নংগী নত্তেং পাংলগনি। অদুবু কোন্নুং মন্নুংদদি সন্ন্যাসিনীগী লৈকম নত্তে। অদুনা ঐ চৎলগে।" নন্দাগা কোন্নুংগী মী পুম্নমক্তুগা জয়ন্তীগী খুয়াগী উফুল লৌরদুনা মাবু বিদায় তৌরখ্রে।

## তরামাপললশুবা মতাং

কোন্নুং মনুংগী রাসি মপান্দসু অচুম্বক তানরকইদি হায়ববু, কৈদৌঙ্গুংদা অচুম্বা রারোলচুদি থোক্লক্তে। মুপীশিংগী মচিন্দগী মথং মথং রাচু অসুম শন্দোরকই, অচুনা ময়েক্লা চিম্বাং লাম্লক-লাম্লক্লগা অসুম অসুম হেনগৎলকই। মরু ওইনা খজিক্তুং শুক্লিংশাই ওইবা রাকমচুদি অমুক্তা হেন্না হাপকৎলকই। জয়ন্তীগী মরমদা শাজিনবা রারোল কয়া হান্ননা ফনা নিংথিনা শন্দোকখ্রে হায়বসি, নগরগী মীশিংনা শাংন শানবদা ঐখোই অচুম্বক খঙখ্রে। হৌজিক জয়ন্তীনা কোন্নুং মনুংদা চংখ্রগা তম্না অমুক থোকখিবা, ইতিং-তিংবা রাকম-সিবু মপান্দা শন্দোরকপদদি, ময়াম্না লৌনখ্রে, দেবীচু কোন্নুং হেক চংখিবগা অচুম্বক মাঙখ্রে, কনানা অমুক মাবু উবা ফংনখিদ্রে।

মরম অচুনা মীপুম্বা কয়া থাজনখ্রে, মহাক্তু নগর কোনবী অমদি নগর য়োকপী লাইরেম্বীনি, নিংথৌদা লৌনম তৌডুনা, অকায়বা চৎলকপা য়েংলগা লৈবাক থাদোক্তুনা চৎখ্রিবনি। অচুনা লৈবাকতি অমুক লৈররোই। লাইবক থীবদগী তাঙ্গাসিদা অসুম্বা তোকশা অমসু থোক্লক্লে, মুর্শিদাবাদতগী নবাবকী লাম্মী চংশিল্লক্লে হায়না। মরম অসিনা লৈবাক কায়গদবা ইকুই কুইত্রবনি হায়বসি মী অয়াম্বনা চিংনবা অমুক লৈরক্তে। মচুদদি নগর অচু পোৎ-চৈ য়োমথৎনবগী ইরাং-লাংনবা অমা হৌরক্লে! অয়াম্বনা নগর থাদোক্তুনা চৎনখিবসু য়াওরক্লে।

সীতারামদি ময়াম্বকসিগী পাও করিমতা লৌক্লবা তৌদনা চিত্তবিশ্রামদা চতুনা মথন্তা লৈখ্রে। হৌজিক মাগী মপুক্লিংচু

অশাওবনা থনপ্লে—অশাওবহূ মাইকৈ থুংননি, ময়াম্মকপুনি। পুম্নমক্কুদগী মানা শাওবসি শ্রীগী মথক্তনা ইহেন হেনপ্লে।

ঙাওচংনবা-রাখলদগী সীতারামনা অতোনবা শাজং হৈনবা পুকচেন পিকপা মনাই থরদা য়াথং পিরকই, "লৈবাকসিদা হেক লৈরিবা মশক ফজবী মখে ঐগী নাক্তা চিত্তবিশ্রামদা পুরকউ।" হৌজিক কাংবু কাংবু ওইনা কত্রবশিং অহূ মাইকৈ মরি থুংনা চেল্লক্লে। পৈশা পাম্বী অহূবুনা পৈশা পিহূনা পুরক্লে। মরমচং চুম্বী অহূবুনা, কাহূনা নমহূনা পুরক্লে। লৈবাক্তু রানরিঙৈগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না রানরক্লে।

পুম্নমকসি তারক উরক্লহূনা চন্দ্রচূড় ঠাকুরহূ কনামত্তা ক'রিমত্তা হায়রমদনা মপোৎ য়োমথত্তুনা পোৎ-পুবা মীগী মকোক্তা খোঙ্গংলগা তীর্থ-কোয়বা চংঙ্গ্রে। মাগী পুজিদা অমুক মহম্মদপুরদা মমাই ওল্লক্লে।

লম্বীদা অম্নুম লাকপদা চাঁদশাহ ফকিরগা মাপা উনৈ। ফকিরনা হংঙকই, "ঠাকুরজি, কদাইদা লেংলিবনো?"

চন্দ্র। কাশীদা। —অদোমদি কদাইদা চংপিরিবনো?

ফকির। মোক্কাদা।

চন্দ্র। তীর্থ-চংপগী রাথলনিদনা?

ফকির। হিন্দু লৈবা লৈবাক্তুদা, ঐ অমুক লৈররোই। মসিগী রাসি সীতারামনা নিংথিনা ভাকপিরে।

## কুনশুরা মতাং

জয়ন্তী থরাই-মকা-লাক্না মহম্মদপুরদগী থোরক্লে। অরাম্বা করিমতা পক্লে—মথরাইদু ওন্থোক্লা ঙংঙাই। লম্বীদা অস্নুম চৎনা চৎনা মপুক্নিংদা কৌজরকই,—"জয় জগন্নাথ! নংগী থৌক্লাল মপাল-নাইদ্রে! নংগী নগুণগী লোইবা লৈতে! নংবু খঙদবা, নংবু নিংদবা, মীহুতনা অরাবা রাথলদা তাওবনি! অবাবা কদাইবু কৌবগে প্রভু! মহু তাককম খঙদে; নংনা ঐবু লংথবিরুবা মওংদো, ওন্থোক্লা তাঙলবা লম্নি! ঐ অস্নুক কুইবসি করিমতা খঙজবা ঙম্রুদে, ঐ ধর্ম্ম কায়নীনি হাযবা; মরমদি, ঐ অরেম্বা নাপলদা তাওরুই, অবেম্বা থৌনাদা ময়াই কারুই, অচাওরমদা লুপ্নুই। অর্জ্জুননা কৌখি, ঐসু কৌজরি প্রভু, তম্বিয়ু প্রভু! লা-কশিনবিয়ু!

যচ্ছ্রেয়: স্যান্নিশ্চিতং ব্রূহি তন্মে

শিষ্যস্তেহং সাধি মাং ত্বাং প্রপন্নম।

জয়ন্তীদি তাইবং মপুবু মমাংদা থম্লগা, রা-লাং অতুম্মক ঙাংনবসি তম্মি। মপুক্নিংগী রাবোল পুম্বা হোদোক্তুনা তাইবং-শেম্বদা হায়বসি তম্মি। সুপীমচা ওইবীনা মপা মমাগী মফমদা নিংঙাই তৌহুনা অপাম্বা পোৎ ফংনবা তক্লবগুম, জয়ন্তীসু অতুম্বা অথোইবা মপা-মমাগী মফমদা হেক হেক তক্লে। হৌজিক জয়ন্তীনা মরম অমা তক্লরক্লে। তক্লরিবদি, সীতারামগী মরমদনি। সীতারামনা চংলিবা রাথল শাজৎ অতুনদি সীতারাম তুম্না মাঙবা হায়বতু কুইররোই। মহাকপু কনবিবা ঙম্নরোইদ্রা? মপাল নাইদ্রবা থৌজালগী মরক্তা মাগীদমক থৌজাল মচেৎ অমতা

লৈত্রবরা ? জয়ন্তীনা মসি খল্লকই। মহাক্না খল্লি, "ঐ খঙই, কৌবু কৌরবদি মহাক শোয়দনমক তা-বি। সীতারামদি কৌদ্রে— কৌবা কাওব্রে — নত্রবদবু অসুম্না করিগী মাঙথগদগে ? খঙই, পাপীশিংগী দণ্ডিদি মসিনি, মহাক থৌজালগী মপুবু কৌবসি অতুম্মক কাওই। অতুনা সীতারামনা মাবু কৌবা কাওব্রে, অমুক কৌখিদ্রে। অদুবু, মহাক্না কৌদ্রবসু, ঐনা মাগী ওইনা জগৎকী মপুবু কৌরবদি মহাক তাবিরোইদ্রা ? ঐনা ইপাগী মফমদা তক্লবদি, পাপচেনবা সীতারামবু পাপ্তগী কোকথোকপিয়ু হায়না, মহাক তাবিবা তৌরোইদ্রা ? জয় জগন্নাথ ! নহাকী নমিংতুগী জয় ! সীতারামবু কনবিবা তাই।"

অতুদগী জয়ন্তীনা খল্লকই, "লেপ্পমক মানা কৌবতু ভগবাননা তাবিকম লৈতে। ঐ ইশানা সীতারামবু কন্নবা করিগুম্বা থৌন্নাং অমত্তা তৌত্রবদি, করম্না ভগবাননা ঐগী খাত্ত তাবিগনি ? য়েংগে, করি তৌবা য়াই অহানবদা শ্রীবু পাম্মি। শ্রী চেনখিবতু অফবা থবক নত্রে। অতুবু চেনখিদ্রবসু করি থোক্লগবা হায়কম খঙদে। ঐগী করি ইতিক লৈ, ভগবাম্না তমশ্রবা থৌরমগা-থৌদোকগী পরেংবু খঙলুনবা ?"

অতুদগী জয়ন্তী, শ্রীগী মনাক তান্না চৎলে। মতম চানা শ্রীগা উনরে। জয়ন্তীনা শ্রীদা থৌদোকপুম্বা চিংখদনা তল্লে। শ্রীনা য়ানা হায়রকই, "নিংথৌ মাঙগদবা কুইত্রে। মহাকপু কন্নবা করিগুম্বা উপায় অমত্তা লৈত্রবরা ?"

জয়ন্তী। উপায় হায়ববু ভগবাননি। ভগবান্‌বু মহাক কাওব্রে। ভগবানবু মাগী মপুক্লিংদা হেক নিংশিংলকপা তুমিত্তুদা, মহাকী অমুক হন্না য়াইকবা হায়বতু লাক্কনি।

শ্রী। মহুগী উপায়দি করিনো? ঐনা মাপী মনাক্তা লৈরিবৈ মতমহূদা, ঐ ভতনা মঙোম্না ভগবানগী মরমতদা ঙাওই। মহাক মপুক্সিং চংনা অহূম্মক তায়।

জয়ন্তী। নংগী নচিম্না ঙাংবহূননি, মানা মপুক্সিং চংনা তারিবা। নংগী মাইথোংহূদাময়া কানা য়েংহূনা লৈবনি, নংগী শক্তা, অমদি নখোন্দা শুমহত্নুনা লৈবনি, ভগবানগী রায়মহূদি মনাকোংদা চংবা নত্তে। মহাক করিগুম্বা হুমিত্তা নংগী রারোলশিংহূগী পাওথুম পিরকপা য়াওত্রা? করিগুম্বা হুমিত্তা করিগুম্বা তত্তুগী মমুৎ তাবা রাহং হংলকপা য়াওত্রা? হরিনামদা করিগুম্বা মতমদা মপুক্সিং খোয়দাবা উত্রা?

শ্রী। মহুগী মঙংদি খোইনা পংউ উদে।

জয়ন্তী। অহুনদি মপুক্সিং চংলিবহূ নংগী নিংথিবা অদোমদনি —ভগবংকী রাকমলোমদা নত্তে।

শ্রী। অহূদি হৌজিক তৌনিংঙাইসি করিনো?

জ। নংনা করিনো তৌগদবা? নংদি নশানা হায়জরে, নহাক সন্ন্যাসিনীনি, নংগী নখৌ লৈত্রে?

শ্রী। নংনা তম্বিবদি অহূনি।

জ। ঐনবু মহূ নঙোম্না তম্বিখিত্রা? ঐনা তম্বিখিবদি তৌফম থোকপা থবক্তু, পুক্সিং লুপ্ন্নবদি তৌদনা মহৈ-চারকপরোমদসু য়েংদনা লেপ্তদনা পাওংথোক্লবা তৌরবদি কর্ম্ম থাদোকপা হায়বহূ ওই, নত্রবদি ওইবা য়াদে, অসি নত্রা? * নপুরোইবা লেবা তৌবা হায়বসি নংগী তৌকম থোকপা থবক নত্রা?

* কার্য্যমিত্যেব যৎ কর্ম্ম নিয়তং ক্রিয়তেঽর্জ্জুন।
সঙ্গং ত্যক্ত্বাফলঞ্চৈব স ত্যাগঃ সাত্ত্বিকো মতঃ॥ গীতা, ১৮।৯

শ্রী। অহুদি ঐবু চেনখিনবা নংনা হায়রিবহুদি করিগীনো ?

জ। নংনদি হায়রে, নহাক্কী য়েরুবদি, নিংথৌগা থানা তরা নিথোই গুরে। করিগুম্বা নংগী ইন্দ্রিশিং অহু নখা পোলহনবা ভমত্রবদি, নংনা নপুয়োইবা সেবা তৌবহু অপাম্বলোমদা তারগদবনি। খম্মোই-লুপ্পবু থাদোক্তনা থবক তৌরুবদি কর্ম্ম থাদোকপা হায়বহু ওইদে। অহুনা নংবু চেন্নো হায়রুবনি। অরাম্বহু পুবা ভমত্রবা মীশক্তুদা অরাম্বহু থোক্কংলুবা নত্তে। "পদং সহেত ভ্রমরস্য পেলবং" অসিনচিংবা থুদম নিংশিংলিব্রা ?

শ্রী ওম্থোক্লা ইকাইরে। রাখল তৌরগা হায়রকই, "হয়েং মসিগী পাওথুম পিগে।"

হুমিত্তু মসিগী রা অমুক ভাংনত্রে। শ্রীহু অহুগী হুমিত্তা জয়ন্তীগা কয়া তোয়না উন-খোংনবা তৌত্রে। মমৈথংদা জয়ন্তীনা মাবু কাররে। অহুগা হায়রকই, "ঐগী রাহুগী করি পাওথুম্নো পিরোদনা সন্ন্যাসিনী ?"

শ্রীনা হায়রকই, "ঐবু অমুক্তংগা পরীক্ষা তৌরো।"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "করে। অহুদি মহম্মদপুরদা চৎলো। নং ঐনা তৌগদবা ইথৌ করিনো হায়বহু, লম্বীদা তায়-তায়হুনা অহুম্মক চৎসি।"

অহুদগীদি মবানিমক অমুক হয়া মহম্মদপুর তম্না থোঙশাল্লরে।

---

কুনমাথোইশুবা মতাং

গঙ্গারাম চৎখ্রে, রমা চৎখ্রে, শ্রী চৎখ্রে, জয়ন্তী চৎখ্রে, চন্দ্রচূড় চৎখ্রে, চাঁদশাহ চৎখ্রে। অদুকাওবদা সীতারাম অমান তাবা লৈত্রে।

লৈহৌরিবা হায়রবু মৃন্ময় অদুগা নন্দা। নন্দাদি হন্নক ওম্বোক্লা শাওখ্রে—মপুরোইববু ভক্তি তৌবনা অশাওবদু নেমথ-খিত্রে। অদুবু নন্দাগী মতেং পাংবিনবা অতৈ কনা লৈত্রে। মৃন্ময়দং অদুক লৈবদু মঙাইরে। অদুনা নন্দাদু তৌকম থোকপা থোক্তবা হিরমশিং লেপ্পনবা নোংমা অমুক মৃন্ময়বু কৌরুনবা মী থারক্লে। পাও অদু মৃন্ময়দি য়ৌখিল্লে। মৃন্ময় অমুক লৈত্রে। তুমিত্তগী অয়ুক্তা মৃন্ময় শিখ্রে।

অমুক হেক য়াহৌরকপদা মৃন্ময়না পাও তারে, মুসলমান লান্মীশিং মহম্মদপুরদা লান্দাবা লাক্লে — যৌশিল্লক্লবনি — লানবদ পায়শিল্লক্লনি। বত্র তাবগুম পাওসি মৃন্ময়গী নাকোংদা য়৻ররে। মৃন্ময়দি লালগী করিগুম্বা থৌরাং অমতসু তৌহৌদে। হৌজিক্তি চন্দ্রচূড়গী লাকাবা মীশিংসু লৈত্রে, মাংজোননা পাও পিবিরমবা। পাও হেক তাকপা মৃন্ময়না অকুপ্পা মরোল খঙনবা মলাম্নক শক্তোল তোংদনা চৎখোক্লরে। থরদং চৎথোক্লকপদা মুসলমান লান্মীগা মাইয়োক্লরে। মহাক্তি চেনবা হায়বদু হৈত্রে, অদুনা মখোই ময়ায়া তকশিল্লক্লনা মথক্তাই অদুক লোখ্রে।

মুসলমান ল ন্মী ল কনা সীতারামগী লমনবল কোয়শিনখ্রে —নগর কায়দুনা থরদং লৈহৌবা প্রজাশিংদু চেনখ্রে। চিত্তবিশ্রামদা কজবী ময়ায়া কোয়শিন্দুনা তুংঙাই-ইরাংদা তাওরিবা সীতারামগী

মকমদা পাও য়োরক্লে, "মৃন্ময় শিরে। মুসলমান লাশ্মী লাক্ক্‌না লানবল কোয়শিনগ্রে।" সীতারামনা মপুক্লিংদা খল্লকই, "অদুদি ওসি অয়োইবা ওইরে। মুংঙাইবগী অয়োইবা; লৈবাক্কী অয়োইবা; পুন্সিগী অয়োইবা।" অদুদগীদি নিংথৌদু মুপী ময়ামদু হন্দোক্লম্লগা হৌগৎলক্লে।

ইরাংদা লুপ্পিবী ময়ামদুনা হায়রকই, "মহারাজ, কদাইদা লেংশিবনো? ঐখোইবু হন্দোকপিরম্লগা কদাইদা লেংগদৌ-ম্লিবনো?"

সীতারামনা শস্ত্রীশিংদা য়াথং তৌরকই, "মখোইগি চৈনা ফু-ফুদুনা তানখো।"

মুপীশিংদু ইশি-শিনা নোক্লদুনা হরিবোল হায়না হৌনা লাওরক্লে। ময়ামদু থামজিল্লগা ভানুমতী কৌবী মখোইগী মরক্তগী নিংথিজরবী মুপী অমথক্না নিংথৌগী মাং তান্না চংওক্লগা হায়রকই, "মহারাজ! ওসিতা খওলক্লমাগ্গে, থাজৈশেংনমক ধর্ম্ম লৈ হায়বা। ঐখোই ধর্ম্ম কায়জক্লবী নিংভোল ওাক্নি, ঐখোইগী শাগৈ মকহল্লে, ধর্ম্ম মাঙহল্লে, অদুগবু খনম্না, মদুগী মতিক চাবা কল কংলোই হায়না? ঐখোইগী ইরক্তগী কনাগুম্বাগী মমানা কপ্নি, কনাগুম্বাগী মপান্না কপ্নি, কনাগুম্বাগী মপুরোইবনা কপ্নি, কনাগুম্বীশীনা মচাশ্নিং কপ্নি — খনম্না, কপ্লদু তাইবং-মপুন্না খক তায়ম্লোই হায়না? মহারাজ, নগরদা নত্তে, বন্দা চংলো, মীয়াম-মাংদা শক্ক অমুক উৎলুরদু; অদুবু কাওদি কাওদু, ধর্ম্ম লৈ।'

নিংথৌদু হাক্লয়িবদি কবিমন্তা থুম্লম্বা তৌদনা, শগোল তোংদুনা দুংশিংমুক য়াওনা লানথলগী থোও তান্না থোক্লে। মথোক-কারকপী-

শিংছু মতুংদা চেন্না চেন্না ভান্নরকই। কনানা হায়রকই, "লাও মরুপশা, নিংথৌগী কোন্নুং লুট তৌরুসি। সীতারাম য়ায়না ছুন্না মাওবছু য়েংলুসি।" কনা অমনা হায়রকই, "সীতারাম আন্না শোনগ্রগনি, ঐখোইস্তু মাগা লোইননা শোন্নুরসি চংলু।" হায়রিবা য়াওাংশিংসি নিংথৌ অমুক না-দা হাপত্রে। ভান্নুমতীগী য়াছুনা নিংথৌগী নাকোংছু অতুম থনগ্রে। নিংথৌ হৌজিক য়ারে, "ধর্ম্ম লৈ।"

নিংথৌনা লাক্লগা উরে, মুসলমান লাম্মীনা হৌজিকফাও লানবলদি কোয়শিন্দ্রি — য়ৌরকপদা — মঙাইরি মখোইগী মমাং থারকপা উফুল, কীরাল অতুগা শগোল তোংবা ময়ামছুনা মাইকৈ কয়াদা কোয়চেন চেন্নছুনা মখোই মখোইগী লৈকম থোকপা মকমদা লৈনবা হোৎনরি; অতুগা শরুক অয়াম্বছুনা লানবলগী থোঙ মমাংদা চংশিল্লক্লি। সীতারামনা লানবল মন্নুংদা চংঙক্লুনা থোঙছু থিংজিল্লে।

অতুদগী নিংথৌনা মাইকৈ মরিমক্তা কোয়রকই। মানা উরকই, সিপাই ইলৈ লৈত্রে। হায়রুনিংঙাইবু লৈতে, মখোইশিংছু মতম শাংনা তলব কংলক্তুছুনা হান্ননা অতুম চেনগ্রবনি। খরদং লৈহৌবছুস্তু, মৃন্ময় শিখিবা অতুগা মুসলমানশিং চংশিল্লকপগী পাওছু ভাবদা অতুম্মক চেন্নগ্রে। অতুবু ব্রাহ্মণ নত্রগা রাজপুত অহম মরিদংদি য়ান্না মপু নিংই, চাক চখোম অমতংবু চারুরবদি মখোই থক কাওবা লৈতে, মখোইদংদি লৈরি। মখোইছু পুনশিল্লগা মন্নীং থীবদা য়াম্নবদা য়াংলৈমুক্তি মঙইনি। নিংথৌনা মপুক্লিংদা অসুম থল্লকই, "পাপ য়ান্না তৌরে। মখোইসিবু কল্লগে। ধর্ম্ম লৈ।"

নিংথৌনা উররে, অঙম-অথৌ কনামত্তা লৈত্রে। মরান্নক মখোই মখোইগী থরাই-লন পুত্থনা চেন্নরে। মীনাইশিংসু অমত্তা লৈত্রে। য়ামা লিয়বা মীনাই মখোই অমা অনিদং মবুঙোগা লোইননা পুম্না শিমিন্নগনি হায়না য়াশক্তুনা কপ্পা কপ্পা অত্থক লৈরিবত্থ মঙাই।

অত্থদগী নিংথৌনা কোঙ্গুংদা চৎলগা য়েংলুবদা উই, শাগৈ-নাত্তৈ মরুপ-মপাংপুম্বা কোঙ্গুংদা লৈরম্বশিংত্থ, ঙম্নমক মতম চানা মশা মশাগী মথরাই হিংনবা চৎনরে। চাওরবা কোঙ্গুং অত্থ ঙসিদি উমংশুমরে, মী লৈখিত্রে, ইচিক-চিকরে, মমরে। নিংথৌত্থ মমিত্তা পি তাররে।

নিংথৌত্থ খঙই, নন্দাদি কৈদৌঙ্গুংদসু চৎলোই, মহাক চৎকমসু লৈতে। মহাক মপি তৈথোক তৈথোক্না নন্দা থিবা লাক্লে। মতমত্থদা চুঙ্ চুঙ্ হায়না মুসলমানগী চৌপ মখোল তাররে— মখোই য়োশিল্লক্তুনা লানবল কোয়শিল্লগা থুগাইনবা লাক্লরে। য়ামা নিন-খোংবা মতৌ কোঙ্গুং মত্থুংদগী তাথা হৌররে।

নিংথৌনা নন্দাগী লৈকমদা য়োরক্লগা উরে, নন্দা উকুলথক্তা ঙম্নত্থনা লৈরি, মাইকৈ মরিদা মাগী মচানিপা হুপী অত্থগা রমাগী মচাত্থ ফম্নত্থনা কপ্লি। নিংথৌবু উবদা নন্দানা হাম্নরকই, "ওহোক-পনি মহারাজ! তৌবিরিবসি করিনো!"

নিংথৌনা হায়রক্লে, "লাইবক্তা তম্রকপত্থনি তৌরিবসি! ঐহাক অহানবগী তানফমদা মপুয়োইবা-হাৎপীবু লুহোংলুই, মাগী লৌনম-লাংদা তাথিত্থনা অসুম্বা শি-নবা য়াথললোমদা চংগ্রিবনি—"

নন্দা। করিনো তাকপিরিবত্থবো মহারাজ? শ্রীবুরা?

নিংথৌ। মাসি, শ্রীগী য়াসি হায়রিবসি।

নন্দা। ঐখোইনা হেলোইনি হায়না খল্লুবা মীচুবু, শ্রীনি হায়বা? অস্তুক কুইবসি ভাকপিজ্রিবা করিগীনো, মহারাজ?

নন্দাগী মাইথোংতু পিরম্বদাই মতমচুদস্থু মকা-লায়রে।

নিংথৌ। তাক্লগুনা করি তৌগদগে? হেলোইবু ওইরবস্থু, শ্রীবু ওইরবস্থু, কলদি চপ অচুম্বক মায়রে। শিবগী ভানকম য়োরক্লে।

নন্দা। মহারাজ! পোকপু পোক্লবদি শিবা শোয়ত্রবনি। মচুগীদমক্তি করিমতা রাজদে। অচুদা মহারাজনা লাম্মী লক্সাগী লুচিংবা ওইচুনা লাল শোক্ল-শোক্লনা শিখিবা, ঐনা নংগী নতুং ইজবী ওইবা — মচুমদি লাইবক্তা তম্রমগ্রিবসি করিগীনো?

নিংথৌ। লাম্মী লাক্ষ অমা হায়বচু ঐগী লৈত্রে, চাম কাওবা শুত্রে। অচুবু ঐহাক লানকমদা শিখিনি; মচুমদি কনানস্থু থিংবা ওস্লোই। ঐ হৌজিককমক লানবলগী খোঙ হাংদোক্লুনা মুসলমানগী লাম্মী মরক্তা চংলগনি। ঐ মচু নঙোন্দা তাক্লে অচুগা খুংলাইস্থু লোগে লাকপনি।

নন্দাগী মিংলূদা ইচেল কয়া পিগী ইরা শিন্দরক্লে; অচুবু নন্দানা মচু ভস্তে-ভৈথোক্লে। অচুগা হায়রকই, "মহারাজ! ঐনা মচুদা নংবু থাম্লবদি, ঐ অসি নংগী ননাই ওইনদা মতিক চাবী হায়বচু নত্রে। নহাক হৌজিক জ্ঞান নিংখিনা তাবিরে, মসিমক ঐগী লাইবক ওহোক্লা কবনি — লোংমা মিনিগী মমাংদা খোক্লবদি অক্লাবা ওইরমগনি! নংস্থু শিগনি মহারাজ! ঐস্থু শিগনি — নংগী নতুং ইনবী ওইজগনি। অচুবু ঐনা খক্লরিবদি — অঙাং পিশক

শিংকশিং অসিবু করম তৌহোগদগে। মখোইসিদি মুসলমানগী মথুম্ভা শোয়দনা তাহৌরগনি।"

হন্দক্তি নন্দাহ্ থিংবা ঙমদনা পংকপ্তা কয়ব্রে।

নিংথৌনা হায়রকই, "অচুনা নহাক্তি শিবা য়াত্রি। মখোইসিগী দমক্তা নং লৈথিবা তাই।"

নন্দা। ঐ লৈরগবু মখোই করম্না হিংগদৌরিবনো?

নিংথৌ। নন্দা! মী অমুক য়াম্না চেম্রে, নংদি চেপ্ত্রিবা করিগীনো? অচুম তৌরবদি মখোইসি হিংবা য়াগদবনি।

নন্দা। নংগী রাণী অমা ওইরগা ঐ কনাগা চেনগনি মহারাজ? নংগী নচাশিংসিবু ঐ নঙোন্দা তাক্লমদনা কনাগী মখুত্তা শিন্নগনি? ইচানিপাস্থ ওইসন্থ, ইচাহুপীস্থ ওইসন্থ, ঙম্নমক ধর্ম্মগী দমক্তনি। ঐগী ধর্ম্মদি নংনি। ঐ নংবু হন্দোক্লম্নগা ইচাশিং পুচুনা কদাইদা চৎলুগনি?

নিংথৌ। অচুবু হৌজিক্তি করি উপায়নো?

নন্দা। হৌজিক উপায় অমুক লৈত্রে। চংজকম লৈত্রবনি হায়চুনা মুসলমাননা কনবিরগা কনবিরে। কনবিত্রগা, ঈশ্বরনা ভম্বচু অচুম্মক থোকপা তারে। মহারাজ, মখোইসি নিংথৌগী ঈনা পোকপনি। নিংথৌ-শাগৈগীদি য়াইকবা থুদোংথীবা অনিমক অচুম লৈ — মচুগীদমক্তদি ঐ করিমত্তা য়ারুদে। কনাগুম্বনা নংবু পাঙদবনি হায়থিগত্রা হায়বগী মরমদনি, ঐনা পুক্লিং তপথবা ঙমত্রিবা।

নিংথৌ। অচুদি নোংদম্বনা ভম্নকপাচু থোক্লসু। উনরিবসিনা মপোকসিমগী নখোইগা অয়োইবা উনবনি।

অসি হায়রগা রা মখা অমুক ভায়মদনা, নিংথৌহু লালগী লৈতেংনবা থুংলাই থক্ষমদা চংলক্লে। নন্দাগু অঙাং পিশক পিশকশিংহুবু পুরহুনা নিংথৌগা লোইননা থুংলাই থক্ষমদা লাক্লে। নিংথৌ মথন্তা লালগী দমক মশাবু লৈতেংকররক্লে, নন্দানা অঙাংশিং অহুগা লোইননা মপি তৈথোক-তৈথোক্লা য়েংহুনা লৈরক্লে।

লালগী কীক্লোন শেংলগা, মশাপুম্বা থুংলাইনা য়োমশিল্লরবা মতমহুদদি, সীতারামহু অমুক হয়া সীতারামগুম্না নিংথিজররক্লে। অহুদগী মহাক মথৌনাগা লোইননা, শিবগী থোঙকমলোমদা, মথন্তা লানবলগী থোঙ পাংনা চংলক্লে। নন্দা অমুক হয়া লৈমাইথক্তা ওন্দুনা কপপ্রে।

মথন্তা লানবলগী থোঙলোমদা অমুম লাকপদা মহাক্লা উরকই, জয়ন্তীবু চৈনা ফুনবগীদমক্তা কাহনথিবা ফম্বাক্তুগী মথক্তা, কনানো মী অনিথক কম্মহুনা লৈরি। অশিবগী থোঙজিন্দা থোঙ থাংজিল্লকা অথৌবহুগী থম্মোইদকাও অথুকপা অমা হেক পোক্লকই। তকিং-তকিং মনাক্তা চংশিল্লকপদা উরে — ত্রিশূল পায়রহুনা, গেরুয়াগী ফীজোন-উং রুদ্রাক্ষনা লৈতেংলবী জয়ন্তী অহুম্মক, মথোঙ য়াম্বরহুনা ফম্লি। মনাক্তনা মহুম্বা ভৈরবীগী কীক্লোন্দা শ্রী।

নিংথৌহু মথোইহুনা অহুম্বা শাথীরবা মতম, মহাকী পুন্সি লোইরমদাইদা, কীক্লোন্দু শেন্তুনা মকমহুদা লৈরম্বহু উবদা, হাইকেং অকিবা অমা পোক্লে। হায়রকই, "নথোই ঐগী পুন্সি লোইরমদ্রাইসিদা, করিগী মকমসিদা লাক্তুনা কয়রিবনো? নথোইনা নিঙবা হৌজিক কাওবা থুংত্রিবরা?"

জয়ন্তী হাইকেৎ নোক্লকই। নিংথৌনা উরকই, শ্রীহ্ চিন্ খান্ ভনিক তনিক, মমিত্তা ইয়া চেল — মা ভাংনিংবগুম ভৌই, অহ্নবু ভাংথোকপাদি ভমত্রে। নিংথৌনা মতোন তম্না মুম্না য়েংলকই। শ্রী করিমত্তা ভাংখিত্রে।

মতোহ্নদা নিংথৌনা হায়রকই, "শ্রী! নংগী নরাইবক্তা তম্নকপহ্নমক থোক্লে। নংনা ঐগী শি-নবা মরম ওইরে। নংসি চায়বগী-থরাই-মাওহনবীনি হায়হ্ননা হান্না থাদোক্লব্হ ওম্বোক্লা অকবা ওইরম্মি। হৌজিক্তি লাইবক্তা তম্নকপহ্ থোক্লে — করিগী-দমক অমুক লাক্লি?"

শ্রী। ঐগী ত্তোকম থোকপা থবক লৈ — মহ্ পাঙথোকপা লাক্লিবনি। ভসি নহাক থরাই থাগদৌরি, ঐস্নু নংগা থরাই থামিন্নবা লাক্লিবনি।

নিংথৌ। সন্ন্যাসিনীনবু শিমিন্নবা হায়বা লৈত্রা?

শ্রী। সন্ন্যাসীবু ওইরবস্নু, য়ুম পানবা মীবু ওইরবস্নু, শিনবগী হ্নকতি চপ মান্নবা লৈ।

নিংথৌ। সন্ন্যাসীদি কর্ম্ম হায়বমুক লৈত্রে। নহাক কর্ম্ম থাদোক্লবনি—নং ঐগা শিমিন্নদৌরিবা করিগীনো? ঐগা লোইননা, নন্দা চৎনবা শেম শাহ্ননা লৈরে। নহাক সন্ন্যাস ধর্ম্মহ্ অহুম ভাকউ।

শ্রী। মহারাজ! অমুক কুইবসি ঐবু শাওবিবা লৈবিরক্লু-বনি, ভসিগী হ্নমিত্তা শাওখিবা ভৌবিরগম্নু। ঐ নংগী নকমদা ইরাল লওজরে হায়বসি — হৌজিক নংগী ঐগী শিরমদাই য়ৌরক্লবা মতম-সিদা থওজরে। হৌজিক ঐ নংগী থোঙথক্তা ইকোকসি থমজহ্ননা,—

অসি হায়রগা শ্রী কম্বাকথক্তগী কুমথরক্তুনা, সীতারামগী খোঙথক্তা তুথরগা, খোক্লেল য়াংনা হায়রকই, "নখোঙ পায়রচ্লা হায়জরিবসিনি — ঐ অমুক সন্ন্যাসিনী নত্রে। ঐগী ইয়ালসিবু ঙাকপিরয়োইত্রা ? ঐবু অমুক লৌশিনবিরয়োইত্রা ?"

সী। নংবু ওম্বোক্লা পাম্না চুংশিনা লৌশিন্নুবনি — হৌজিক্তি অমুক লৌশিন্নবা মতম লৈত্রে।

শ্রী। মতম লৈরি — ঐ শিজনবা মতম মরাং কায়না লৈরি।

সী। নহাক অচুম্বক ঐগী রাণীনি।

শ্রীনা নিংথৌগী খুয়াগী উফুল লৌরে। জয়ন্তীনা হায়রকই, "ঐদি ভিখারিণীনি, ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি — ঙসিদগী হৌনা লোইনাইত্রবা মতম য়ৌনা নখোই অনি মাইপাকপা ওইসনু।"

সী। ইমা! নংগী নকমদা ঐ য়াম্না লানত্রে। নং ঙসি ঐগী অরাবা দশাসি নমিৎ পেন্না য়েংনবা লাকপনি হায়না খল্লে, নংগী আশীর্ব্বাদ অসিদগী খঙলে, নহাক থাঙ্গেশেংবী দেবীনি। হৌজিক অচুক তাকপিয়ু, নংগী নকমদা করি প্রায়শ্চিত্ত তৌরগা নহাক্লা পেনবিগদবা ? অসে তারক্নে! মুসলমানগী টোপ! ঐ টোপ অসিগী মচিন্দা হৌজিকমক ইশাসি কৎথোক্লুরগনি। করি তৌরগা নংনা পেনবিগনি, মতমসিদা তাকপিরো।

জয়ন্তী। নোংমা নহাক নথক্তনা লানবলসি ঙাকথি।

নিংথৌ। মচু ঙমিদি য়ায়রোই। ইশিংগা কংকানবা য়াম্না থেত্রে। পৃথিবীসিদা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা লৈত্রে, ঙদি নথক্তনা লানবলসি ঙাকপা ঙমগদবা।

জয়ন্তী। নখাক্কী মৌজিকসু সিপাই য়াংথৌদি লৈরি।

নি'থৌ। লাওলিবা মীনীন অসি তারেংদবা? অসুক য়ামগ্রবা লাম্মীসিদা য়াংথৈথক অসিনা করি তৌরুনি? ঐ ইশাগী থরাইসিদি ঐনা হেক পাম্নকপদা, ইশানা পাম্বা মওংতুদা থাদোকখিবা ভক্তি। অদুগা মরাল লৈতনা মথোইবু করিগীদমক হাণ্ডোক্লুদগে? মী য়াংথৈথক পুক্রবনদি লানফমসিদা শিবা নন্তুনা অতৈ থোক্লিংঙাই লৈতে।

শ্রী। মহারাজ! ঐসু নন্দাসু শি-নবা থৌরাংলে। অদুবু নন্দাগা রমাগগী মচা পিশক পিশক থর লৈ, মথোইতুবু করবা উপায়দি শীনবিবা য়াত্রবরা?

সীতারামগী মিত্তা পি শিন্দ্ররক্লে,। হায়রকই, "উপায় লৈত্রে। করি উপায়নো তৌগদবা?"

জয়ন্তীনা হায়রকই, "মহারাজ! উপায় লৈতবগী উপায় অমথক লৈ—মক্ত মহারাজ থঙবিত্রা? থঙদি মথঙবি। মখু থঙবির-বসু লন-থুমগী মুংঙাই-ইরাংদা কাওবিখিবনি—হৌজিকসু উপায় লৈতবগী উপায়, পাজল লৈতবগী পাজল অদুবু নিংশিংবিত্রিবরা?"

সীতারাম মমাই লুকথত্রে। মতমতুদা মহাক মতম কুইরবগী তুংদা উপায় লৈতবগী উপায়, গতি লৈতবগী গতি অদুবু নিংশিংলক্লে। অমুবা নোং, মুংশিংনা হুমদোকল্লে—থম্মোইমুংদা থরা থরা, মথং মথং, মুমিংকী মঙাল কাওরক্লে—রাখল তৌনা তৌনা মপাল নাইত্রবা ব্রহ্মাণ্ড-কোংদোকপা লংলনা মঙালচু ভাম্বোরক্লে। মতমতুদা সীতারামনা থম্মোইগুংদা কৌজরকই, "নাথ! দীননাথ! অনাথনাথ! উপায় লৈতবগী উপায়! গতি লৈতবগী গতি! পুণ্যগী তুংনকপ! পাপ চেনবগু লানবিরিবা!

ঐ অসি পাপ চেনবনি হায়রদুনা নংগী থৌজাল পিনবিরক্লোইরো ?"

সীতারামনা পুক্সিং লৈম্ফেনখিদুনা ঈশ্বরগী রাথলদা লূপখিবদু উবদা শ্রীদা জয়ন্তীনা ইঙ্গিত তৌরকই · মতমদুদা তফিং তাফং মবানিমক কম্বাকথক্তুদা থুকউ নৈতানা কমথরগা, মথুং অনি লোয়রদুনা, মমাই নোংথক ওয়া, কোবা হৌরক্লে—মালং ইপোম লাঙহনবা, নোংমদোন শীল্লবা, হুংশি-শৈহেক্লবা চেক্লাশিংনা তমজকম ওইরবা খোম্বাংদা, চাওরবা লানবলদুগী মাইকৈ মরি খোম্বাং-য়ৈহল্লা কোবা হৌরক্লে,—

ত্বমাদিদেবঃ পুরুষঃ পুরাণ
স্ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম।
বেত্তাসি বেদ্যঞ্চ পরং চ ধাম
ত্বয়া ততং বিশ্বমনন্তরূপ! ॥

লানবলগী রাংমদা সমুদ্রগী ইরাওথোলগুম মুসলমান লান্মীনা নিম্লি; চেকপল নমথারনবা কাপশিল্লকপা টোপকী হৌরবা মথোলনা লৌবুক থুদিং, জঙ্গল থুদিং, তুরেলগী তোরৈ থুদিং, খোম্বাং কল্লা য়ৈরক্লি;—লানবল মদুংদু মী নৈতে, খোম্বাং য়ৈরকপগী নিল-থোংবদু নত্তনা অতৈ মথোল তাদে—মদুগী মরক্তা থাজৈমকশেংলবী জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী শক্তম ওইবী জয়ন্তী অমসুং শ্রীগী সপ্তস্বর খোঙলোইনবা চাংদমকম নৈত্রবা হুংশি-খোম্বাংগী ইশৈদুনা নোংমদোন কাওথিদুনা, সীতারামগী মশাদু তু চুংহনবমথৈ, নোংথক তম্লক্লে—

নমো নমস্তেহস্তু সহস্রকৃত্বঃ
পুনশ্চ ভূয়োঽপি নমো নমস্তে।

নমঃ পুরস্তাদথ পৃষ্ঠতস্তে
নমোস্তু তে সর্ব্বত এব সর্ব্ব। ॥

মসি তাবদা সীতারাম থম্মোই ওমহৎখ্রে, —খুদক্তা থোক্লগদবা অরাবা পুম্বা কাওখ্রে, মখুৎ লোম্রনা, মমাই নোংথক তম্না, স্নুংবংমনা স্নুংঙাইবগী পিরাং শিম্বরক্লে,—মহাক্কী থম্মোই অমুক হম্না শেংখ্রে। জয়ন্তী অমস্নুং শ্রীনা অতিয়া-ইপোম-লাংহনবা খোঙ্গাংহুদা অমুক হরিনাম শোনবা হৌরক্লে, হরি! হরি! হরি! হরি হে! হরি! হরি! হরি! হরি হে!

তাঙ্গা সিদা লানবল মস্নুংহু হৌরবা ইরাং অমা থোক্লক্লে—মথোল অমা তারক্লে—"জয় মহারাজকি জয়! জয় সীতারামকি জয়।"

---

## কুমিথোইগুবা মতাং

পাবিরিবশিংদা তাক্লনিংঙাইবু লৈতে, লানবল মস্নুংদা সিপাইশিং থম্মি হায়বসি। মসিমস্নু নিংশিংখ্রে, সিপাইপুম্বা লানবল থাদোক্লনা চেম্রখ্রে, মপু য়াম্না নিংঙ্গবা ব্রাহ্মণ অমস্নুং রাজপুত য়াংখৈদংদি চেন্দনা অহুম্মক লৈ। মথোইহু অথম্রবা মী ওাক্লি — অথম্রবা মী নত্তনদি অস্নুম্বা মতমদা তলব কংদনা শিননবগীদমক্তা লেঙদনা লৈগদবা মী লৈতে। হৌজিক মথোইহু ওম্মোক্লা মথরাই হুংঙাইতবা অমা পোক্লে। অসোমদা মুসলমান লাম্মী লাক্লনা খুংলরে, ওম্মোক্লা মিন-থোংলরে, টোপকী মথোলনা পৃথি থক্‌ থক্‌ নিকহল্লরে—টোপ মরূনা লানবলগী চেকপল কাপথাররক্লে—অহুবু

কনামতনা মখোইবু লানগী শেম শানবা হুকুম পিরক্রে! নিংথৌ মশামক লাক্তুনা পুম্নমক য়েংখ্রে। কদাই? মখোইবু শেম শানবা হুকুমদি পিরমক্রে। মখোই মথন্নাই থানবগীদমক্তা লৈখিবনি, অতৈ মনা পাম্বা নত্তে, অত্তবু মত্তু কাওবা থোক্লোইদৌরে — কনামতনা হায়রক্রে, "লাও! ঐগীদমক শিরো!" মতৌসিদা মখোই ওয়োক্লা মথন্নাই হুংঙাইক্রে।

মতৌত্তদদি মখোই ময়াম পুন্নগা ব্রা তামরে। রঘুবীর মিশ্র কৌবত্তু মখোই পুম্নমক্কী অহম্নি অত্তগা কমস্থ খ্বাইদগী চাওই — রঘুবীরনা মখোইদা ভাব তানা খঙহল্লকই। মানা হায়রকই — "ইচিন-ইনাও পুন্না! ইমুংদা চংলক্তুনা মুসলমাননা থাংদোম্না খিন-খিন্দুনা হাৎলনি, মত্তুবু করিব্রা? লাকও, শিবা তারবদি নিপাথোক্লা শিথিসি! চৎসি, শেম-শারগা লাল তৌরুরসি। কনামতনা হুকুম পিরক্রে — পিরক্রসত্তু। শিবগীবু হুকুম হায়বা করিমুক লৈ? মহারাজগী মচেং চারুরবনি. মহারাজগীদমক্তা লাল তৌরুসি — হুকুম ফংদে হায়ত্তুনা, তাঞ্জা য়োরক্লবকাওবা মাগীদমক খুৎলাই পায়ররোইব্রা? চৎলসি, হুকুম ফংলবস্থ ফংব্রবস্থ ঐখোই চত্তুনা লাল তৌরুরসি।"

ব্রা অসি ময়াম পুন্নমক য়ানরে। অত্তবু, গয়াদীন পাঁড়েনা ব্রা অমা হংলক্লে, "অত্তবু লালবু করম্না মওংদা তৌদৌরিবনো? হৌজিক লানবল ডাক্লবা পাম্লেদি টোপতা মঙাইরে। অত্তবু টোপ কাপ্লবা লাম্নীদি ওম্নমক চেনখ্রে। ঐখোইদি টোপকী মরমদা পংহৈ-হৈবা য়াওদে। ঐখোই হৌজিক করম্না মওংদা লাল তৌবনা করি?"

হৌজিক মখোই ছিরমসিদা থন্নবা হৌরক্লে। মতমথুদা দুর্ম্মদসিংহ জমাদ্দারনা হায়রকই, 'অদুক য়াম্না থন্নরুদুনা করি কান্নদগে ? খুৎলাই লৈ, শগোল লৈ, নিংথৌসু লানবল মতুংদা লৈ। চৎসি ঐখোই, খুৎলাই কোম্বনা শগোল তোংখৎলগা নিংথৌগী মফমদগী হুকুম লৌরুরসি। মহারাজনা তাকপিরকপা অদুমা, অদুম্মক তৌসি।”

হৌদোরক্লিবা রাসি য়াম্না ফরে হায়দুনা ময়াম্মক য়ানরে। থিন্দনা মখোই লালগী শেম-শানরক্লে—মখোই মখোইগী শগোলশিং লৈতেং খোক্তেংলক্লে। অদুদগী ময়াম্মক শেম-শাবা লোইরগা শগোল তোংখৎলদুনা মথৌনা উৎপগা লোইননা, খুৎলাইশিংদুগী হৌরবা মখোলগা ইরোইননা খোঞ্জেল রাংনা লাওরক্লে, “জয় মহারাজকি জয়! জয় রাজা সীতারামকি জয়।”

খোল্লাও অসিনি সীতারামনা তাবা কংগ্রিবদু।

---

## কুনহুমদোইশুবা মতাং

লাঙ্গীশিংদু জয়ধ্বনি লাওর-লাওরদুনা পরেং শানা, কম্বাক-নাক্তা সীতারামনা জয়ন্তীগা শ্রীগগী লাইশোল-ইশৈ তান্নিবা মফমদু তাম্না লাক্ক্লনা, জয়ধ্বনি তৌরে।

রঘুবীর মিশ্রনা হংলকই, “মহারাজগী করম্বা হুকুম ? নরাখং কংজররদি ঐখোই মী থরা অসিনা লুকোকপা কাংবুসি জানখাইজরুগে।”

সীতারামনা হায়রকই, "নখোই ঙাইহাক্তং মকমসিদা ঙাইরমখো। ঐ তম্না অমুক লাকে।"

অসি হায়রগা নিংথৌহ্ন কোম্নুং মম্নুংদা চংখ্রে। সিপাইশিংহ্ন তাম্নক্তুদা মপুক্কিং চংনা রাখল লম্ফেনবা তৌদনা চুমত্তিংনা লেপ্লহুনা সম্ন্যাসিনী অনিহুগী লাইরৈবাকী শৈশক্‌ন্নবা ইশৈহ্ন তাহুনা শৈরকই।

মতম চানা নিংথৌহ্ন দোলাই অমগা লোইননা কোম্নুং মম্নুংদগী থোরক্লে। নিংথৌগী মনাই-মশলশিংদি ঙম্মক চেম্নখ্রে হায়না মথক্তা পনগ্রবহুনি। অহুগা লিরবা অহল ওইরবা মনাই অহুম মরিদি চেন্দে হায়বহুসু অহুম নিংশিংখ্রে। মখোইহুনা দোলাই পুহুনা লাকই। দোলাইগী মম্নুংদা নন্দা অমসুং অঙাং মুগী নিপাশিং য়াওরি।

নিংথৌনা সিপাইশিং অহুগী মনাক তাম্না চংঙক্লগা মখোইহুবু পরেং শানা লেপহন্দুনা, থাইনা মমাংথৈগী চৎনবী মতুংইন্না য়াম্না পিক্লবা চেকশিল্লবা ব্যূহ অমা শেম্লে। ইকোয়-কোয়রিবা অহুগী ময়াইদা নন্দাগী দোলাই থম্নগা, মহাক মশামক্লা ব্যূহহুগী মমাংথানা শগোল তোংলহুনা লেপ্পরে। অহুদগী মহাক্লা জয়ন্তীগা শ্রীগবু কৌরগা হায়রকই, "নখোই মপান্দা লৈরিবা কন্নিগীনো? ব্যূহ মম্নুংসিদা চংলক্লো।"

জয়ন্তীগা শ্রীগা নোক্লকই। অহুগা হায়রকই, "ঐখোইদি সম্ন্যাসিনীনি, শিবগা চংবগা ঐখোই থেম্নমা থম্দে।"

অসি তাবদা সীতারামনা মা মথা অমুক তাবা তৌদনা, "জয় জগদীশ্বর! জয় লছমী নারায়ণজী!" হায়না লাওরহুনা

থোঙ-ভম্না চংশিল্লক্রে। শিক্লবা বুংগ্যত্থ মাগী মতুং অতুম ইম্নরক্রে। মতমতুদা সন্ন্যাসিনী অনিত্থনা করিমতা চিংনবা পোক্কনা মানা ভোংলিবা শগোলত্থগী মমাংদা চংশল্লক্কুনা ত্রিশূল অনিত্থ থাজৎলগা—

জয় শিব শঙ্কর ! য়েক্লববু মাঙহনবা !

লান্দা মপা-লৈতবা ! জয় জয় রে !

চক্রগদা পায়বা ! কৃষ্ণ স্নাফীগে থোনবা !

জয় জয় হরি হর ! জয় জয় রে !

অসিনচিংবা কয়া লাওর-লাওরত্থনা মাং থানা চৎলক্রে। মত্থ উবদা ঙক্না নিংথৌনা হায়রকই, "করিনো ভৌরিবদো ! হোক্লীঙমক নেংখায়রত্থনা শিবা তারে !"

শ্রীনা হায়রকই, "মহারাজ ! নিংথৌশিংদগী সন্ন্যাসীশিংনা শিবা হেন্না কিগনি খনবিত্রা ?" অত্থবু জয়ন্তীদি ন্না অমতা ঙাংলক্তে। জয়ন্তী অমুক নাপল তৌদ্রে। নিংথৌস্থ, স্থপীশিংসিদা ন্না ঙাংলুবগী কান্নফম লৈতে খঙত্থনা মখা অমুক তাত্রে।

অত্থদগী লানবলগী থোঙজিন য়ৌরক্লগা নিংথৌ মথুৎমক্লা শোত্থ হাংদোক্কুনা পোরোল শৎলে। চাওরবা য়োংলিশিংত্থ হোরবা মখোল থোক্লক্রে—স্নখোঙগী ন্নাংলবা দোলাল মতোন্দা মখোলত্থগী খোস্থাং হৌনা ঙংনা য়ৈরক্রে—শগোলশিংত্থগী খোঙথাং মখোল খোস্থাং য়ৈরক্রে। মতমত্থদা যবন-লান্মী ইপাক্কী কম্নবা ইথক মরোল-মরোলনা ফুজিল্লকপদগী ইত্থ্বা ঙমত্রবা য়োংনা শাবা চাওন্নবা থোঙজাওত্থ মথন্তমক হাংদোকচরক্রে — থোঙ হাংদোরকপত্থ হেক উবদা ব্যূহ শেম্নিবা লান্মী কাংবুত্থ লালগী হক্লাঙ জগোই শাররক্রে।

অসোমদনা, পন নমথারগ্রবদা ইংগাওগী ঈশিংনা, চীংলকী ঈশিং-চাইবীগুম শাফু কয়া চেন্নকপগী পান্দম ওইনা, মুসলমান লাম্মীশিংছু লানথলগী থোঙ হাংদোক্লবত্থদা শাফু কয়া চেনখিল্লক্লে। অছুবু মমাংমক্তদা জয়ন্তীগা শ্রীগবু খংউ উবদা লাম্মীগী ইথক্তু,—খঙহৌদনা মগ্রনা শুমহৎলবা লীলগুম্না খংলেপ লেপক্লে। তাইবং শুমহৎপী দেবীগী শক্তম, ওক্লবা কীক্লেৎ, ওক্লবা উথিংতাখিগ্রিবা থৌনা, মীপুম-খুদিং-থম্মোই-শুমহৎলবা লাইশোলইশৈ!—মুসলমান লাম্মীশিংছু মথোইবু কোঙ্গুং ঙাক্লিবী দেবীনি খল্লুনা কিনা কিনা লম্বী থাদোরক্লে। মথোই অনিনা ত্রিশূল মতোল্লা লম্বী থায়দোক্তুনা, যবন লাম্মী ফাওত্থনা চৎলক্লে। ত্রিশূলনা কাৎলক্লিবা লম্বীত্থদা সীতারামগী ব্যূহছু অপনবা লৈতনা মুসলমান লাম্মীগী মরক ফাওত্থনা লাক্লে। হৌজিক সীতারামগী থম্মোইত্থুংদা ঈশ্বর মতুনা অতৈ অমা লৈখিদ্রে। হৌজিক মাগী অরেপ্পা রাখল হায়রববু ঈশ্বরবু লিংখিংলগা মানা তম্নকপা মওংদা শিখিবা অসিতনি। অছুনা সীতারামছু রাখল অতৈ অমা লৈত্রে, পুক্লিং লোঙক্রে, থবক্তা চময়দ্রে, থম্মোই মকা লাক্লে, হরাও মিনোক্লা থনব্রে। সীতারাম ভৈরবীগী মচিন্দগী হরিনাম তাহ্নবা, শ্রীহরিগী রাখলদা লুপখিবনা মশাবু ফাজিনজবা ওনব্রে, হৌজিক মাগী মফমদা মুসলমাননা কৈরেৌক্কক ওৎপনি!

মাগী মকা-লাম্বা মাইথোং, অছুগা ওহোক্না: [illegible] অহুমদি ওইরগা লানঙ্গম থোঙচম্মা চৎলিবা মাগী লাম্মীশিংচু উথনা মুসলমান লাম্মীশিংনা "হাংজো! হাংজো!" হায়না লাওনরক্লে। তুপী অনিছুবুদি কনামতনা করিমত্তা হায়রুদে—মরাশায়ক্লা লম্বী অহুম

থাদোক্লে। অদুবু সীতারামগা মাগী সিপাইশিং অদুগবুদি মাইকৈ মন্নিমক্তগী লান্দাবা হৌরক্লে। অদুবু সীতারামগী লান্মীশিংদু মাগী য়াথং মতুংইন্না, মফম কৈদা মিকুপ অমতং পন্থদুনা লাল তৌরুবা লৈতে — মাংলোমদা লেপ্তুনা অদুম চৎলি। অয়াম্বনা মুসলমানগী থুত্তা শোক-পম্নরে — অয়াম্বনা থরাই মাঙদুনা শগোলথক্তগী তাগ্রে, অদুবু থুদক্তুদা অতোপ্পা অমনা তুংলোমদগী চংশিল্লক্তুনা মাগী মফমদু তনশিন-শিল্লি। অসুম্না সীতারামগী ব্যূহ মচাদু কায়বা লৈতনা মথং মথং মুসলমান লান্মীগী মরক শমদুনা চৎলক্লে, মাংদা জয়ন্তীগা শ্রীগা লম্বী অদুম ফাংলি। সিপাইশিংদুগী মথক্তা লান্দারকপদু, অকিবগী মশক্তি; অদুবু সীতারামগী য়াথংনা, থৌগৎ-রাহৈনা, অথাঙ-কনবনা অমদি মতম্বিনা, মথোই য়ৈথাইবা পুম্বদু জয় তৌদুনা চৎলক্লে। নাকলোমদা য়েংবা তৌদনা মাংদা থিংলব-দুত্তবু য়াম্থ্রদুনা, হাত্তোক্তুনা, শগোলনা নেৎখায়দুনা মথোই লেপ্তুনা মাংলোমদা অদুম চংশিল্লক্লে।

ওক্লবা থৌদোকসি উবদা, মুসলমানগী সেনাপতিদুনা সীতা-রামবু থিংননবা টোপ অমা ব্যূহদুগী মমাংদা থারক্লে; মসিগী মমাংদদি মুসলমানশিংনা লানবলদু কাপথায়নবা টোপপুম্বা মফম চানা চানা থম্মুই, অদুনা ব্যূহদুগী মমাংদা থুদক্তা টোপ হেক য়োহল্লকপা হায়বসি ঙমদ্রে। হৌজিক নিংথৌ-রাণী অনিমক চেন্নবা হোৎনরক্লে হায়বদু খঙলক্লদুনা, য়াম্না রানা অমসুং চেকশিন্না টোপ অমা চিংথোরক্তুনা সেনাপতিদুনা ব্যূহ মমাং তাল্লা থারক্লে। মহাক মশাদি মাইকৈদোমদা লাকপা ঙমদ্রে; মরমদি, লানবলগী থোঙ

হাংলবহুদা লাম্মী অয়াম্বা লুঠ তৌনিংবদগী মাইকৈদোমদা চেনশি-য়খ্রে। অহুনা মাসু মাইকৈদোমদা অহুম চৎপদা তারে—সুবাদারনা কংকম খোকপা নিংথৌগী লনগৈহু মখোই খরনা লুঠ তৌহুনা লোথোকখিদনবগীদমক। টোপ য়োরক্তুনা সীতারামগী ব্যূহ মমাংদা খিল্লরে। মহু উবদা, সীতারামগী মীপুম্বা মিপাইনরক্লে। অহুবু শ্রীদি করিমক্তা মিপাইদে। শ্রীগা জয়ন্তীগা মখোই অনিমক তকিং তকিং চংখিহুনা টোপকী মমাং য়োরক্লে। শ্রীনা জয়ন্তীগী মাইথোং তম্না য়েংলহুনা নোক্লা নোক্লা টোপকী মচিন্দা মথবাক্তু, ভাশিল্লগা, মাইকৈ মরি লৈ-হুনা, তপ্পা, মেঙনা. মাইথোং-মকা-লাম্না লানঙম খুদমগী মশক ওইনা নোক্লকই। জয়ন্তীসু শ্রীগী মাইথোং তম্না য়েংলম্মগা. টোপ-কাপ্পা মীহু তম্না য়েংলক্তুনা অসুম্বা মিনোক নোক্লকই--মবানি অমগা অমগা হায়নবগুম তৌরি—"টোপ মুন্দুনা লোরে।" মহু উবদা টোপ-কাপ্পা-মীহু মথুত্তগী মৈনা চুনবা মৈরা থাপ্পা হুন্দোকশ্রগা, নোল্লুক্লা টোপ মনাক্তগী চৎথোক্তুনা লেপখ্রে। তাল্লকসিদা সীতারামনা ফিংনা চোংশিল্লক্তুনা মাবু মঙক কক্লগে হায়না থাং হাইগৎলকই। খুদক্তুমক্তদা জয়ন্তীনা লাওরকই, "করিনো তৌবিরিবদো! করিনো তৌবিরিবদো! মহারাজ, কনবিয়ু!" "য়েক্লববু করিগী কনগদৌরিবা!" অসি হায়রহুনা সীতারামনা থাংগৎলিবা থাংশাং অহুনা য়াম্বরক্তুনা তোপ-কাপ্পা-মীহু মঙক কক্লগা টোপ অহু লৌশিল্লে। হেক লৌশিনবগা, খুৎলৈ খুরবা, ম-পা লৈতনা হৈ-শিংলবা সীতারামনা, টোপ অহু মমাই লৈথোক্লক্তুনা মাগী ব্যূহ অহুগী মম্মী শেংদোক্লে। সীতারামকী মখুত্তা টোপ অহু শ্নেয় মতমগী নোংঙম অতৎ-অথম. লৈতনা

অকিবা খুংনা ভংলক্রে। মতুদগী কাপথোরকপা য়োং মতুম মযাম্না পান্দুনা মুসলমানগী লান্মীশিংছু মাংদা থংলম্বা লম্বী থাদোক্লগা ইচাই চাইনা মাইকৈ মরিদা চেম্রক্রে। ব্যূহগী লম্বী শেংলে! অতুদগী সীতারামনা ইরায় লায়না মাগী তুপী অঙাং অমসুং লেমহৌবা সিপাইশিংছু পুরকুনা মুসলমানগী পল-পূম্বা লাম্হোক্লগা য়ৈথাই খিনগাইবা লৈতবা নমদমদা থুংক্রে। মুসলমানশিংনা লানকলদি অদুম লুঠ তৌহৌরে।

অসুম্না সীতারামগী লৈবাক অছু মাঙক্রে।

---

## হুনমরিগুবা মতাং

শ্রীনা য়াচংবা মতুংদা জয়ন্তীবু অচিকপা মকমদা থেংনরকুনা হংঙকই, "জয়ন্তী! টোপ-কাপ্না-লাম্মীছু কনানো?"

জয়ন্তী। মহারাজনা মঙক কক্লুনা হাংখিবতুবুরা?

শ্রী। হোয়, নংনা মহারাজদা মঙক কক্লনবা থামখ্রিবা অছুমা করিনো?

জয়ন্তী। সন্ন্যাসীনীনা মছু থঙলুহনা করি কায়দগে?

শ্রী। কাবক্তংদসু মকপকনিদনা! মতুনা সন্ন্যাসধর্ম্ম মাঙলিংঙাইদি- লৈতে।

জয়ন্তী। কপকদৌরিবনা করিগী দমক্তা?

শ্রী। হিংলিক্তৈদদি ঐ মপক থঙবা ঙমদে। অছুবু নংনা খাক্রম্নু তাবকা- ঐ অনিবা মপাছু হাইকেং মুমা য়োংলুই। মতুদা

ঐ চিংনবা অমা পোক্লে। নিপাহ্ অমা অমবু ওইরবস্তু, ঐনা মহাক শিনবগী মরমহ্ খোকহনব্রে। ঐনা টোপকী মচিন্দা থবাক শাশিল্লমত্রবদি মহাক শোয়দনমক টোপ কাপ্লগদবনি। মহুম তৌরবদি মহারাজ লেপ্পা অহুম্মক মাঙলগদবনি, টোপ-কাপ্পহুবু কনানা মতমহুদা হাৎলুনি ?

জয়ন্তী। মহাক শিগ্রে, মহারাজনা হিংহোরে, মহুনা নংগী তৌগদবা নখোঁই পাঙখোক্লে—মহুদা অমুক কৃপ্পা থিজিল্লুবগী করি কান্নফম লৈ ?

শ্রী। অহুমকপু চিংনবা অমা লৈরিবসিদি কোকহনবনা চুম্মি।

জয়ন্তী। সন্ন্যাসিনীনা অহুক খোয়রাংবা পোক্লিবদি করিগী নো ?

শ্রী। সন্ন্যাসিনীবু ওইরবস্তু, অমবু ওইরবস্তু, মীওইবদি মী ওইহুনা অহুম্মক লৈরগদবনি। ঐ নংবু দেবীমক্লি খল্লি, অহুবু নংস্তু মীরামলক্তা জগৎকী হৌনবী ইকাইবা হায়বহুনা অহুম্মক কৃপথি, অহুগা নংনা ঐঙোন্দা সন্ন্যাসধর্ম্ম কায়বগী রা করিগী অমুক হোদোরক্লিবনো ?

জয়ন্তী। অহু ওইরবদি চৎলো, চিংনবহু কোকহল্লুরসি। ঐ মফমহুদা থুদম অমা থনম্মি—অহিংসিদস্তু মফমহ্ অহুম্মক খঙবা ঙমগনি। অহুবু মৈদি পুবা তাই।

অসি হায়রহুনা মখোই অনি চরুগী মৈরা অমা লেন্নগা মৈ চুহুনা লাম্ফমদা য়েংবা লাক্লে। থুদমহ্ য়েংলপ্লয়েংলহুনা জয়ন্তীনা, মখোইনা থিরিবা মফমহ্ পুখোক্লে। মৈরাহ্ শায়হুনা অস্তুম কোইথি থিরকপদা টোপ কাপ্প লাম্মীহুগী অশিবা মশাহ্

খোংনরে। মশক্তু ঊবদা শ্রীগী চিংনবতু কোকপা ঙমজে। মতমতুদা জয়ন্তীনা অশিবা মশাতুদা য়াওরিবা পোক হৌরবা শমতু পায়রতুনা চিংখোক্লে—অহাপ্পা শমতু নাম্বোক্তুনা তারক্লে; অঙৌবা কোইতু অমুক চিংলক্লে—অহাপ্পা কোইতুসু নাম্বোরক্লে। মতু ঊবদা শ্রী চিংনবা অমুক লৈত্রে—মহাক্তু গঙ্গারামনি।

শ্রীগী মমিত্তা অরেপ্পা লৈতনা পি শিম্বরক্লে। জয়ন্তীনা হায়রকই, “ইবেম্মা, অরাবসিনা খম্মোইতু পুঙমদবা ওইরবদি, করিগী সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌরুরি ?”

শ্রীনা হায়রকই, “মহারাজনা ঐবু অরেম্বদা চৈবিরে। ঐ মহাক্কী মখল্লাই মাঙহনবী হায়বতু ওইদে—ঐমক্কী ইবুংগী মখল্লাই মাঙহনবী হায়বতুদি ওইরে। লাইবক্তা তন্নকপতু হৌজিক্তা খোল্লরে।”

জয়ন্তী। নোংদম্বনা কনাগী দণ্ডি কনাবু পিহনবা, মতু খঙলুবা ঙম্বা নত্তে। মহাক্কী নপাল্দগী গঙ্গারামনা অনিরক মখল্লাই হিংখি, অতুগা মহাকমক্তা অমুক মাগী শিননবা মরম ওইররি। অতুম অতুম ওইতুনসু, গঙ্গারাম পাপকী থবক তৌখি, অমুকসু পাপ তৌনবা লাকপনি। ঐনা খনবদা, রমা শিঙ্গ্রে হায়বসি মহাক খঙদে, অরোন-শক্তমদা লৌনম তৌতুনা মাবু ফংননবগীদমক্তা মহাক মুসলমান লান্মী মরক্তা টোপ-কাপ্পা অমা ওইনা লাকপনি। মরমদি, রমানা মাবু মশক খঙলবদি কৈদৌসুংদা মাগা লোইননা চৎসি য়ারোই হায়বসি মহাক খল্লম্বা তাই। ঐ থাজে, দোলাই মতুংদা রমা য়াওরি হায়না খল্দুনা মহাক টোপনা লম্বী খিংননবা হোৎনরকপনি। অতু অদাবু ওইরবসু, মাগীদমক অরেম্বদা কপ্তুনা লৈবগী মতুত্তা, মশাসি মৈ থাদোক্লবতুম তৌরসি লাকও।

অহুদগীদি মখোই অনিনা পম্মোই থাংবোই তৌহুনা গঙ্গারামগী অশিবা মশাহু মকম চাবা অমদা পুরক্লগা মৈ থারে।

জয়ন্তীগা শ্রীগহু অমুক হন্না সীতারামগা উনরুবা তৌরে। অহিং অহুদা মখোই অমম্বা মরক্তা কদাইদা তিনগ্রবা, কনামতনা অমুক খণ্ডনখিরে।

---

## লেমহৌবা শরুক

ঐখোইনা হান্না শকখঙনগ্রবা, রামচাঁদ অমসুং শ্যামচাঁদ হায়বা মরূপ অনিহু মাংজৌননা হান্না চেনখিহুনা নলডাঙ্গাদা লৈরে। মকমহুদা শঙতপ অমগী মাঙ্গোলদা ফম্লহুনা মখোই রারি শারি।

রামচাঁদ। কমদোই ভায়া! মহম্মদপুরগী পাওসি তারবরা?

শ্যামচাঁদ। তারে হোয় — মহুদি হান্নবা অহুম খঙহুনা লৈরবনি। লালবল-সুংবল পুম্নমক মুসলমাননা লৌখিহুনা লুঠপাঠ তৌরেদনা।

রাম। নিংথৌ মহারাণীবু কররম তৌরবগে, পাও অমুখা কা তা-লাকপ্রা?

শ্যাম। ঐনা তারদি, মখোইহু কারগা মুর্শিদাবাদতা থারে। অহুগা মকমহুদা তা-না লেংহুনা হাংরে হায়।

রাম। ঐসু মহুদি, তার, অহুবু শীঙ্গা হায়নবসু রাওই, মখোইহু লম্বীদা হু চান্নবা শিরে। অহুগী অশিবা মশাশিংহু পুরগা য়োংশিহুনা তা-না লেংহুনা তাখি হায়না।

শ্যাম। মীরা হায়বসিদি পংথোক-মথোকপনি। কনা কনাগুম্বনম্ সু হায়নবা য়াওই, নিংথৌ মহারাণী অনিত্তুদি কাথিদে —লাইরেম্বীদু লাক্কনা মথোইবু পুত্বনা চৎপ্রে। অত্তুদগী কোক্কাংবা য়োংশিংত্বনা নত্তবা মীশকপু নিংথৌ মহারাণী শাজিন্নগা মুর্শিদা-বাদতা পুত্বনা তা-না লেংবনি।

রাম। নংসু অত্তুমগাই! পুন্নমকসি হিন্দুশিংনা শেমজিনবা রা ওাক্কি, উপন্যাসমক্তনি।

শ্যাম। অত্তুবু মসিনা উপন্যাসনি, মত্তুনা উপন্যাসনি হায়বসি, করম্না থঙলুগদৌরিবনো? পুন্নমকসি মুসলমাননা শেম্বা ওইরম্বসু য়াই। কৈদৌনগবনো ওইনিংবদা ওইরসত্তু—ঐখোইদি পোংচোই লল্লোনবনি — জাহাজগী মপাও লৌরুরগা করিবু কান্নদগে? ঐখোই ঐখোইগী থন্নাই হিংজহৌরিবসে, মসিনা কত্তুম কমল্লে। হৌজিক্তি হিদাক্তু নৌনা অমমুক পানথৎলকউ, থক্কনা ময়েংসি।

রামচাঁদগা শ্যামচাঁদগা হিদাক অমুক পানথত্তনা থক্কনা অত্তুম লৈরসত্তু। ঐখোই তাল্লকসিদা লাইরিকসি অসুম লোইশিল্লসি।

---

লোইরবা